# ভূমিকা।



## চতুর্বেদ।

ঋগ্, যজুঃ, সাম অমসুং অথর্ব্ব কৌবা বেদ মরিনি। তাইবংপানবদা লাইরিক পুন্নামক্কী অহানবদি—বেদনি। ব্রাফম অসি তাইবংপানবগী পণ্ডিত অয়াম্বনা য়ানরবা ব্রাফমনি। ঋষি বাল্মীকিনা রামায়ণদা মাহুম্না কৃষ্ণদ্বৈপায়ন-বেদব্যাসনা মহাভারততা বেদগী ব্যাখ্যা তৌহুনা হাঙ্গৈরমই। মাহুদি,—"তাইবংপানবদা লৈবা লৈপাক পুন্নমক্তগী মিতৈ লৈপাক মণিপুরনা অহান-বনি, তাইবংমী পুম্বগী অহানবদি ইম্ফাল মণিপুরগী প্রাচীন অধিবাসী মিতৈনা অহানবনি" অসুম্না হাঙ্গৈরমই। মাহুদা হাঙ্গৈ,—বেদনা তাকপা অহানবা—বৈদিকধর্ম্মনা ইথ্বাইমক্তগী অহানবদা ইম্ফাল, মণিপুরদা থোক্লগা অতোপ্পা মফম—ব্রহ্মাবর্ত্তনাচিংবদা কোন্না সন্দোকখিবনি।

মথক্তা হাঙ্গৈখ্রবা ব্রাফম অসিগী মচিনথোকপা সাক্ষীদি—মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্যনি। থৃদম্ দমক মিতৈনা চৈত্রমাসবু 'যচাযু' কৌই, অর্থদি যগ্না মচী হৌবা থা হাঙ্গৈবনি। ব্রাফম অসি পৃথিবীদা লৈবা জাতি অমত্তা-দসু চৎনদে, মাহুম্না—বেদ নত্তবা অতৈ লাইরিক্তসু হাঙ্গৈদে; সুপ্পগী কৃষ্ণ-যজুর্ব্বেদ সংহিতাতদা হাঙ্গৈ। মিতৈতনা হুজিক ফাউবা মনাৎ ওইনা চৎনৈ। মাসুম তৌহুনা ভারতীয় হিন্দুসিংনা চৎলিবা ধর্ম্ম অপুম্বা ব্রাএন অসিগী মথক্তা হাপতুনা চৎপনি। মাসুম তৌহুনা মিতৈগী প্রাচীন কালদগীনা চৎন-কপা পুন্নামক অসিগী মরু থিরুবদা বেদতদা লৈরম্বা অত সংসংনা উবা ফংই। মরম অসিনা এখোইনা তৌগদবদি—ঋগ্, যজুঃ, সাম অমসু অথর্ব্ব বেদ সংহিতা মরিমক্তা লোইননা মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্যসিংবু মাংদনবা রক্ষা তৌবনা মিতৈ পুম্বগী তৌদবা য়াদবা থবক অমনি।

এখোইগী বেদ পুম্বাবু নত্রগা থোইদোক্লমক তৌদবা য়াদবা ঋগ্বেদবু মিতৈয়োনদা অনুবাদ তৌথোকপা, অহুগা লোইনাহুনা মিতৈগী মনাৎক্তা—তুলনামূলক সমালোচনা তৌদুনা এংবা অসিনি। মরম অসিনা ইজাতি

পুম্বদা নোল্লুকপা স্বাহৈনা নিংশিংজরি, মাহুদি,—অহানবদা ঋগ্বেদ সংহিতাবু অনুবাদ অমসু ব্যাখ্যাগা লোইননা পুথোকতুনা মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্যগা থান হুনা ( সন্নীক্ষা তৌত্নুনা ) এংবা অসিনি। মাসিগীদমক ঐখোইগী জীবন চুপ্না হোৎনজরকপবু হুজিক ফাউবা পাংথোকপা ঙমদরি। মহাকপু ঐখোইগী থাদোকপা য়াদবা থবক ওইবনা ঐখোইগী পীকখ্রবা জ্ঞান অসিদা ফংজবগী মথৈ মতেক মতেক ( খণ্ড খণ্ড ) ওইনা ফোংবা হৌজরগে হাঙ্গইহুনা ঈজাতি পুম্বদা নোল্লুক্না হাঙ্গইজরি। ঐখোইগী পাঙ্গলনা ঙম্বমথৈ হোৎনজহুনা পাঠক-সীংগী পাৰ্বিবদা অৱাক-তম্না সমালোচনা তৌবা য়ানবা ডিমাংদা পেজ ৮ না কাম্মাং ওইবদা পেজ ২৬৯ না খণ্ড অমমম ওইতুনা ঋগ্বেদসংহিতা মণিপূরীয় ভাষা, ভাষ্যগা লোইননা ফোংনবা হৌজরি।

ঐগুম্বা কঁরিসু লৈতবা জীব অমনা বেদবু অনুবাদ তৌত্নুনা ব্যাখ্যা তৌগে হাঁইবা স্বাহৈ অসিদি— হাঙ্গইগদবা ইতিক নত্তে, মাহুগী মরমদা চিংনবা লৈতে। তৌইগুম্বসু মতাং অসিদা বিশ্বকবি কালিদাসবু নি.স.ই—"প্রাংশু লভ্যফলে লোভাদ্ উদ্বাহুবিরব বামনঃ।" অহুবু ঐখোইনা মিতৈঙু ক্যাম্ব-দগীনা চিংথংখোম্বা ফাউবনাচিংবা নিংথৌরেনসীংনা সেন্নম্বা লম্বেনদা চৎতুনা "মনৌ বজ্রসমুৎকীর্ণে সূত্রস্যাস্তি মে গতিঃ।" হাঙ্গইহুনা স্বপ্নগী মিতৈগী কলচরগা ঋষি প্ৰণীত শাস্ত্রগা অনিনা লৌখৎলম্বা বেদগী ব্যাখ্যাদা ইজগনি। মাহু-দদি ঐসু মিতৈসনালৈপাক মচানিনা থোইদোক্না লাঙ্গইবরোই।

## "বেদ" স্বাহৈ অসিদা তৌবা বিচার।

"বেদ" স্বাহৈ অসি মখল ঙনি থোকই। মাহুদি—অমনা আদ্যুদাত্ত "বেদ", অমনা অন্তোদাত্ত "বেদ" নি। পাণিনিনা উঞ্ছাদি (৬।১।১৬০) অমসু বৃষাদি (৬।১।২০৩) দা গণ অনিদা পাঠ তৌই। মাহুদা উঞ্ছাদিদা হাঙ্গইবা বেদ শব্দদি করণবাচ্যদা 'বেদ' অন্তোদাত্তনি। বৃষাদি গণদা পাঠ তৌবা বেদ শব্দদি আদ্যুদাত্তনি।

আদ্যুদাত্ত 'বেদ' শব্দনা বেদ অর্থ অসিদা ঋগ্বেদ মশা পুম্নমক্তা য়াওদে। ঋগ্বেদদা মকম ৮।৪ দা 'বেদ' স্বাহৈ অসি য়াওই। তৌইগুম্বসু মাহুদি—ধনবাচী 'বেদস্' শব্দনি। অথর্ব্ববেদদা 'বেদ' শব্দ অসি অনিরক হননা

য়াওই। অর্থদি, বেদ—( জ্ঞানময়, মন্ত্রময় বস্তু ) অর্থদা পিজৈ। মাহুদি—

( ১ ) এয় মাতম্মাম্মা হিংসীদ্‌বেদঃ পৃষ্টঃ শচীপতে।

( অথর্ব্বঃ ৭৫।১।১ )

( ২ ) ঋচঃ প্রক্রস্তম্ভং যো যজুংষি তিম্মঃ।

বেদ আস্তরণং ব্রহ্মোপবর্হণম্ ॥

( অথর্ব্ব ১৫।৩।৭ )

মথক্তা লৌথংলিবা অসিদা ঋক্, সাম, যজুঃ নাচিংবগী রাফমনি মাস্থম তৌহনা যজুর্বেদদা স্থপনগী মফম অমত্তংতদা "বেদ" শব্দ যাওই।—

বেদেন রূপে ব্যপিবৎ সুতা সুতৌ প্রজাপতি।

( যজুঃ ১৯।৭৮ )

বেদদা মফম কযামুক্তা বেদ বাচক বাক্‌কী বর্চস্ নাচিংবা শব্দ প্রযোগ তৌই।

## বেদ শব্দগী ব্যুৎপত্তি।

প্রাচীন পণ্ডিতসিংনা 'বেদ" শব্দগী ব্যুৎপত্তি মথল মথা যাম্না পুথোকই, মাহুদি,—

'বেদেন বৈ দেবা অসুরাণাং বিত্তং বেদ্যমবিন্দত।

তদ বেদস্য বেদত্বম্ ॥" ( তৈ০ সং ১।৪ ২০ )

বেদনা 'বেদ' কৌনবগী মবমদি মাসিনি।

বেদিদেবেভ্যো নিলাযত তাং বেদেনান্ববিন্দন্।

বেদেন বিবিত্তঃ বেদিং পৃথিবীম্। ( তৈ০ ব্রা০ ৩।৩ ৯।৬১ )

বেদিনা লাইবু উহন্দহুনা লোৎখবে অহুদা মহাকপু বেদনা তাকতুনা ফংহনখি। বেদনা তাকতুনা পৃথিবীবু বেদনি হাঙবা থংখি।

আয়ুরস্মিন্ বিদ্যতেঽনেন বা আয়ুর্বিন্দতি, ইত্যায়ুর্ব্বেদঃ।

( সুশ্রুত সূ০ ১।১৪ )

আয়ুর্বেদযতি ইত্যায়ুর্বেদঃ। ( চরক, সূ০ ১।১৪ )

সুশ্রুত অমসু চরকনা "বেদ" শব্দগী "বিদ্" ধাতুবু লৈবা, ফংবা অমসু

থংহুনবা অর্থদা তোঙান তোঙান পুথোকই, মাস্তম তৌহুনা পণ্ডিতসীংনা 'বেদ' অর্থদা তোঙান তোঙানবা ব্যাখ্যা তৌৱৈ।

## বেদ মরিমক চপ-মান্ননা থোকমিন্নরকই।

বেদসী মিং হাঙ্গীবা মতমদা ঋগ্, যজুঃ, সাম অমসু অথর্ব্ব অমুন্না মথং মনাও নাইনা হাঙ্গীরৈ। তৌইগুম্বসু বেদনা তাইবংদা থোরকপদদি— মাসুন্না অকোন-অহান মাইনা মথং মনাও থোরকপা নত্তে। বেদদি জ্ঞাননি, মহাক্তি নিত্যনি। মরমদি জ্ঞানসী তুংনকমদি ঈশ্বরনি, মহাক্তি নিত্যনি। ঐখোইনা ৱাংনবা মতমদা ঋগ্বেদবু হান্ননা হাঙ্গীনবতনি। বেদমক্তদসু করি করিগুম্বা মতমদা বেদনা অহানবা থোরকপগী ৱা হাঙ্গী; মাহুদা বেদ মরিমক চপ মান্ননা থোরকই, হাঙ্গী। মাহুদি, পুরুষ সূক্তদা হাঙ্গী,—

তস্মাদ্ যজ্ঞাৎ সর্ব্বহুত ঋচঃ সামানি জজ্ঞিরে।
ছন্দাংসি জজ্ঞিরে তস্মাদ্ যজুস্তস্মাদজায়ত॥

( ঋগ্বেদঃ ০।৯০।৯, যজুঃ ৩১ ৭ )

যস্মাদ্ ঋচোঽপাতক্ষন্ যজুর্যস্মাদপাকর্ষন্।
সামানি যস্য লোমানি অথর্ব্বাঙ্গিরসো মুখম্।
স্কম্ভং তং ব্রুহি কতমঃ স্বিদেব সঃ॥ ( অথর্বঃ ১০।৭।২০ )

স্তোম আত্মা ছদাংসি অঙ্গানি যজুঁষি নাম। সামতনূং০।

( যজুঃ ১২।৪ )

ঋচঃ প্রাঞ্চ স্তনবো যজুংসি তির্যঞ্চঃ। ৬॥
বেদ অস্তবণং ব্রহ্ম উপবর্হণম্। সাম আসদ উদ্গীথ উপাশ্রয়ঃ। ৭॥

( অথর্ব্বঃ ১৫।৩।৬ )

কালাদ্ ঋচঃ সমভবন্ যজুঃ কালাদজায়ত।

( অথর্ব্বঃ ১৯।৫৯।৩ )

হাঙ্গীখ্রবা উদাহরণসীং অসিদা সর্বহুৎ যজ্ঞ সুপর্ণ, কাল, স্কম্ভ মিং পুম্নমক অসি বেদ পুথোকপগী মিং ৱাক্তনি। মাখোই অহু তোঙানবা নত্তে, পুম্নমক অহু ঈশ্বরতগী মিংনি।

পরম জ্ঞানময় পরমেশ্বরদা লৈবা বেদদা মাসিনা লীরবনি, মাসিদি—

নৌরিবনি হাঙ্গবা নৈতে। পরমেশ্বরনা তাইবং পুম্বা অসি সেম্লনি, অহুগা লোইননা জ্ঞানময় বেদসু ইবুঙো মানা পুথোকপনি।

## বেদনা করমদৌনা থোরকই?

বেদমন্ত্রনা কবমনা থোরকপগে? অসুম্না হংবদা পণ্ডিতসীংনা মহাক মহাক্কী মতকী মতুংইন্না হাঙ্গনৈ। বেদবু আদিকালগী ওইবা ঈশ্বরগী জ্ঞাননি, অসুম্না মানীবাসীংনা ঋষিসীংবু বেদমন্ত্রগী কর্ত্তানি, অসুম্না মানিদে। বেদ-মন্ত্রসীংবু মাখোইনা লৌই,—মাখোইনা উবা—দ্রষ্টানি, অসুম্না লৌই। মাদু-মক নিরুক্তদা যাস্কাচাযনা হাঙ্গরমই,—

সাক্ষাৎ কৃত ধর্ম্মাণ ঋষযো বভূবুঃ। তে অবরেভ্যোঽসাক্ষাৎ কৃতধর্ম্মেভ্য উপদেশেন মন্ত্রান্ সপ্রাহুঃ॥ (নিরুক্তঃ অঃ ১।৬।৪)

ঋষিসীংনা ধর্ম্মবু সংসংনা খংখি, মাখোই অদুনা ধর্ম্মবু সংসংনা খংদবা মথংগী মীসাংদা তাকতুনা মন্ত্রসীংসি পীরমই।

## কনা কনানা ইহান হানুনা উথিবগে?

ব্রাহ্মণ গ্রন্থসীংনা হাঙ্গ,—

"তেভ্যস্তপ্তেভ্য স্ত্রযোবেদা অজাযন্ত। অগ্নের্ঋগ্বেদো বাযোর্যজুর্বেদঃ সূর্যাৎ সামবেদঃ॥" (শতপথঃ ১১। অঃ ৫)

মথক্তা লৌথৎলিবা শ্রুতি অনিসু মমুনা নিংসংলমই,—

অগ্নির্বাযু রবিভ্যস্তু ত্রযং ব্রহ্ম সনাতনম্।
দুদোহ যজ্ঞসিদ্ধ্যর্থমৃগ্ যজুঃ সাম লক্ষণম্॥

অর্থাৎ—অগ্নিদগী ঋগ্বেদ, বাযুদগী যজুর্বেদ, অমসু সূর্যদগী সামবেদ থোকই।

## শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাস।

ব্রহ্মানা বশিষ্ঠ, মহাক্না শক্তি, মহাকনা পরাশর পোকই। মহাক্না দ্বৈপায়নহ্রদদা বাসবী সত্যবতীগী গর্ভদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন পোকই। মহাকনা কালনা মাংহনখরবা ইচোই চোইনা নৈখরবা বেদবু খোমজিন্দুনা ইথোকই। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ননা বেদব্যাস কৌহুনা কাউই। মাহুগী মতুংদা

কাঙ্গৈনাথংদা পাশ্চাত্তী পণ্ডিত মতিক চাওৱবা ম্যাক্সমুলারনা ছাপা নমখোক্-লমই। মাহুগী মতুংদা প্রাচ্য পাশ্চাত্য পণ্ডিতসীংনা সায়নাচার্যনাচিংবগী—ব্যাখ্যা মতুংইন্না তাইবংমীগী মরোনদা অনুবাদ তৌই। অসিগী মতুং কাঙ্গৈনা থংদা ঐখোইনা সায়নাচার্যগী ব্যাখ্যাগী মতুংইন্না মিতৈগী অফাউবা পণ্ডিত-সীংগী মতকা তুলনামুলক সমালোচনা তৌহুনা মিতৈলোননা অনুবাদ ব্যাখ্যা তৌনিংহুনা হৌগংলি, ৺ভগবান্ বেদ পুরুষনা করম তৌহনবিগদগে হাঙ্গৈবদি ভবিষ্যৎকী গর্ভদা লৈ। পীকথরবা ককচেং ঐখোইগুম্ব া পাঙ্গলনা সমুদ্রবু ঈরোইহনা লানগনি হাঙ্গৈবদি থাজবা য়াবা নত্তে। অদুবু তাইবংপানবগী মপুনা করি তম্বিগদগে হাঙ্গৈজবা ঙমদরে। ঈরৈপাক ঈজাতি পুম্নমককী থৌজানতনি। অলমিতিবিস্তরেণ—

নিঃ—শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা।

তাং ২।৬।১৯৬০ ইং

বিশ্বেষাং ভারতীং জন্যা "ভারতী" নামনামতঃ।
হদা প্রবর্ত্তিকাং বন্দে মমজীহ্বাগ্রনর্তকাম্ ॥

### বেদনা করি হাঈ ?

বেদনা অচুম্বা—থাজৈশেংবা হংঈ। তৌইশুম্বম্বু অতাবনীতদা থৈমো মবমদি,—বেদদি স্বযংভগবান্ পরমেশ্বরনি। মতাকনা গোপ্তেনগী মশক ওইহুনা তাইবংপানবা অসিবু ছিংহন্দুনা লৈ, মবম অদুনা বেদবু 'শব্দময ব্রহ্মবাণি' কৌই। মহাক্কী অর্থদি গুরুগম্যনি, গুরুগী কৃপা নত্তনা—বেদগী অর্থ খংনবা উপায লৈতে। মবম অসিনা ঐগী গুরুসিংগী ফংবা বেদগী অর্থতা ফোংদোকতুনা ঋগ্‌বেদগী মিতৈবোনদা অনুবাদ, ব্যাখ্যা তৌই, মাতুদা যাওবা অবানবা মখেদি ঐগী দোষনি, করিগুম্বা অচুম্বা যাওবিবাসীং অতুনা গুরুগম্য ওাক্তনি। ঐখোইনা ঋগ্‌বেদদা প্রথমাষ্টক, প্রথমমণ্ডলদা সূক্ত সুপনাগী কুনমগুাতংতগী অন্বযানুবাদ, অনুবাদ অমসু মরক মবক্তা ব্যাখ্যা তৌজে। মাতুদা পাঠকসীংনা অনিং অনিংবা মতাং অতু পাঠতৌবা যানবা ব্যাখ্যাগী নির্ঘটপত্র অসি ইজবি।

১। তাইবংপানবদা লৈবা আর্যজাতি অযাম্বনা—মৈ ঈডাংলি, মাখোইগী লোন্দা মৈগী মিং অতু আযভাষাগী অপভ্রংসদগী থোকখিবনি, তাকপা পৃ ১--পৃ ২

২। তাইবংপানবগী লাইবিক অহানবা বেদ, তাইবংপানবগী সভ্যতা হান্না ফংবা জাতিনা তাইবংপানবাগী অহানবা ধর্ম্ম চৎলি, মাতু মীনা আর্যজাতি, ধর্ম্মনা বৈদিকধর্ম্মনি পৃ ২ দা—পঙ ৯—পঙ ১৮ ফাউবা।

৩। পৃথিবীদা লৈবা কবম্বা জাতিনা কবম্বা মতমদা কবম্বা মফমদা—বেদ ফংবগে ? বেদ অতু ফংলগা বেদনা তাকপা ধর্ম্ম অতু কদাইদা চৎপা হৌখিবগে, মথংদানা কদাইদা হান্না সন্দোকখিবগে ? হাঈনা থিবা, মাতুদা—মিতৈ লৈপাক মণিপুরদা যুম্ফালদা লৈবা মিতৈসীংনা ইখ্রাইমক্তগী ইহান হান্না বেদ ফংই, বেদনা হাঈবা ধর্ম্ম চৎলি, মতুংদা ব্রহ্মাবর্ত, আর্যাবর্ত, দগী অতৈ অতোপ্পদা চৎলি, হাঈনা পৃঃ ২ গী পঙ্ ১৯ দগীনা পৃঃ ২৩ ফাউবা হাঈ। মথক্তা হাঈখরবা ব্যাখ্যা অতু আন্তর্যাতিক ভাষাদা নিংথৌ খোজন শ্রীতোম্বীসিংহ, এম, এ, খোকেশ্বরনা অনুবাদ তৌবা পৃঃ ২৬ দগীনা পৃঃ ৪৩ ফাউবা। মিতৈরোনগী খোলহাঈ, অদি বৈদিকভাষাগুম্না উদাও

অনুদাত্ত স্বরিত অসুম্না অহুমথোকনা থাই, অহুনা বেদ পাবা মতমদা খংনখগীদমক মিতৈয়োন অমসু বৈদিক শব্দগী মনুংদা অচেৎপা মড়ী লৈনবা খংনবগীদমক ভাষাবৈজ্ঞানিক ব্যাখ্যা, পৃঃ ৪৪ দগীনা ৪৬ ফাউবা, মাতুগী আন্তর্জাতিকভাষাদা উক্ত প্রোফেসারনা তৌখা অনুবাদ পৃঃ ৪৭তগীনা ৪৯ ফাউবা।

৪। পৃঃ ৫০ দা থাইনগী ঋষিসীংনা মৈ ঈড়াৎপগী মিতৈ পূর্ব্বপুরুষসীংনা মৈ লাৎপগা চাংদমনবা ব্যাখ্যা—পৃঃ ৫০।৫১ দা হাঙ্গী।

৫। পৃঃ ৫২ দা যজ্ঞ তৌবদা লাইগীদমক পীবা হব্যবু মৈবা ওাকতুনা হিংচাবদা পিদতুনা লাইদা পাবা। অমসু মিতৈয়োন্দা ধনবু লন কৌই, লন অসি বৈদিকশব্দ 'রৈ' নি তাকপা।

৬। পৃঃ ৫৩ দা অঙ্গিরা অমসু অঙ্গারা শব্দগী মরমদা ভারতীয় পণ্ডিত অমসু ইউরোপিয়ান পণ্ডিতসীংগা মতম মান্নদবা।

৭। পৃঃ ৫৫।৫৬ তা বৈদিক 'সোমলতা' গী ব্যাখ্যা।

৮। পৃঃ ৫৮ দা বৈদিক দেবতা ইন্দ্র অমসু বায়ু অগ্নি অসিগী চান্নারবগী মতৌ ওইনা বেদনা হাঙ্গিবগী মরমদা সন্দোকপা পৌরাণিক কথা পুথোকই। মাগী পাদটীকাদা বেদগী অর্থ খংনবগীদমক, ঋষিসীংনা—বিদ্যাবু মখল তরামিপান্নথোক্না খ'ইদোকপগী বিচার তৌই।

৯। পৃঃ ৬২ দগীনা পৃঃ ৬৫ ফাউবা 'মিত্রাবরুণ' দেবতাগী পরিচয় তৌই, মিতৈ লৈপাক্তা ষ্যাংবরেণগী সুগুন্নদা খুবম য়াতুনা ঈড়াৎপাগী মরমদা সন্দোকপা ব্যাখ্যা তৌই।

১০। পৃঃ ৬৫।৬৬ তা বৈদিকদেবতা 'অশ্বিদ্বয়' গী মরমদা ব্যাখ্যা তৌই।

১১। পৃঃ ৬৭।৬৮ দা—যুবাকবগী ব্যাখ্যা।

১২। পৃঃ ৭২ দা সরস্বতী দেবী অমসু সরস্বতীনদী অনিগী ব্যাখ্যা।

১৩। পৃঃ ৭৫ দা সায়ণাচার্য্যগী বেদব্যাখ্যাদা মত লৌবা।

✓১৪। পৃঃ ৭৫ দগী ৭৭ ফাউবদা— বৈদিক দেবতাগা মিতৈগী উমংলাইগা অনিগী আলোচনা।

১৫। পৃঃ ৭৯ দা ইন্দ্র বৃত্রাসুরগী লান ব্যাখ্যা।

১৬। পৃঃ ৮৩ দা পাষণ্ড অমসু মাখোই মত লৌবাসীংনা বেদবু অনিন্দনি, হায়বাসী চুমদবা খংহনবা।

১৭। পৃঃ ৮৫ দগীনা পৃঃ ৯৪ ফাউবদা ওস্লবা সূক্তগী ভূমিকাদা ইন্দ্র দেবতাগা মরুদ্দেবতাগা অনিগী মরমদা ঐতিহাসিক ৱাকম কয়ামুক পুথোকতুনা ব্যাখ্যা তৌই।

১৮। পৃঃ ৯৫ দগীনা পৃঃ ৯৯ ফাউবদা ভগবান্‌গী বিভূতিয়োগবু ব্যাখ্যা তৌই।

১৯। পৃঃ ১০০ দগীনা পৃঃ ১০১ ফাউবা ভক্তিগা জ্ঞানগা অনিগী সমন্বয় তৌবাগী মরম।

২০। পৃঃ ১০২।১০৩ ফাউবদা তাইবংপানবগী মপুনা দ্রুমিৎ ওইনা থোকপাগী ৱা হাঙ্গী।

২১। পৃঃ ১০৩।১০৪ ফাউবদা মরুৎসীংনা দ্রুমিৎনা নোংদা গর্ভপীবা অমসু ঐগী ওজা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীগী অধ্যাত্মিকার্থসু হাঙ্গী।

২২। পৃঃ ১০৪ দগীনা ১০৬ ফাউবদা 'পনি' হিংচাবমা যণ হুরানববু 'সরমা' লাইগী হুইমা থিবা ৱারি হাঙ্গী।

২৩। পৃঃ ১০৮ দা তাইবং মপুদা লন পিমু হাঙ্গীনানি, মাহুদা লন করম্বা লননো? হাঙ্গীবদা মশক তাকপা।

২৪। পৃঃ ১১২ দা 'পঞ্চক্ষিতনাম্' গী ব্যাখ্যা তৌই।

২৫। পৃঃ ১২২ দগীনা ১২৪ ফাউবদা ঋগ্ অসিদা সায়ণনা তৌবা ব্যাখ্যা অদু ঐখোইনা লৌবা ঙমদে, কঁরিগুম্বা মিতৈগী জগোই অমগদি কনা য়ানৈ, তাকপা। অমসু আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসি ব্যাসদেবনা মহাভারততা ব্যাখ্যা তৌই, মাদু উৎপা।

২৬। পৃঃ ১৩২ দা বলহিংচাবনা লাইগী যণ হুবগী ৱা।

২৭। পৃঃ ১৩৫ দগীনা পৃঃ ১৫৪ ফাউবা ভারতকী ধর্ম্মগী ইতিহাস।

২৮। পৃঃ ১৬৪ দা "আপ্রিসূক্ত" গী মশক উৎপা।

২৯। পৃঃ ১৬৬ তা 'আদিত্য' দেবতাসীংগী ৱা হাঙ্গী।

৩০। পৃঃ ১৮৩ দা কল্কিবান্‌গী ৱারি।

৩১। পৃঃ ১৯১ দা 'ঋভু' সীংগী মরমদা হাঙ্গী।

৩২। পৃঃ ১৯৪ দা 'চমস' পাত্রগী মরম।

৩৩। পৃঃ ১৯৪ দা বেদদা 'পাটিগণিত' হাঙ্গীরম্বগী খুদম।

৩৩। পৃঃ ১০৩ দগীনা ২১১ ফাউবদা পাথংবগী 'বর্ত্তি' মিং কৌবগী

বর্ণ তাকপা,—বাম্নুগী মমুরমমুবা মিতৈগী এক, অমসুং গী মশক তাকপা অর্থ্যাকপগী মশক থোকনা তাকপা। মিতৈ জাতিগী চাম্বা মশক তাকপা।

৩৫। পৃঃ ২১৩ দগীনা ২২২ ফাউবদা মিতৈগী এক অমুং, অসি অমুং অমুংপু হাঙ্গবনি। ঋতুম্ বেদনা পিতৃগণ কৌই। মহাঙ্গি অমোক ৭ অমোক ৬ অমসু অমোক ৫ থোকনা খাইবা অতুগী মরমদা বেদনা তাকপা, বর্ণ মরি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয, বৈশ্য অমসু শূদ্র খাইবগী মরম। অমসু— অহানবদা সুপনাগী অমত্তা ঙাইরবদগী মরি থোকনা খাইদোক্লকপা। মী পুম্নামক অসি বেদনা তাকপা ধর্ম্ম তৌবা মতমদাদি সুপনাগী ব্রাহ্মণতা ওইবাগী মরম অসি-চিংবাগী ব্যাখ্যা, মাতুদা মী পুম্নামক করিগুম্বা থবক অমত্তং তৌরবদি, হাঙ্গবদি ইকজ্জবা ফাউবা ঐ ব্রাহ্মণনি হাঙ্গনা নিংত্রবদি স্নান— ইরুজ্জবা ফাউবা য়াদে, অতুনা 'গোত্র' বরুণ তৌবা অসিনাচিংবা।

৩৬। পৃঃ ২২২ দগীনা ২২৪ ফাউবাদা বিষ্ণুনা খোঙথাং অহুমথাংবগী রা।

৩৭। পৃঃ ২২৪ দগীনা ২২৬ ফাউবদা বিষ্ণুনা খোঙথাং অহুম থাভৈদা মিতৈ লৈপাক মণিপুরগী সোমরা চীঙদোনদা অহানবা খোঙথাং নেৎখি হাঙ্গবা।

৩৮। পৃঃ ২৩২ দা 'পৃশ্নি' গী অর্থদা মত মান্নাদবা উৎপা।

৩৯। পৃঃ ২৩৮ দগীনা ২৪৬ ফাউবা শুনঃশেপ ঋষিগী ৱারি।

৪০। পৃঃ ২৪৯ দগীনা পৃঃ ২৫১ ফাউবাদা বরুণ—থাংবরেণ কৌবা লাই অসিবু গ্রহ মখল অমনি অসুয় তাকই। মাসি ইউরোপিয়ান পণ্ডিত-সীংনা মাখোইনাসু পুথোক্লে, হিন্দুগী জ্যোতিষদাসু মাগী ফলসু পুথোক্লে।

৪১। ২৫৩ দগীনা ২৫৪ ফাউবদা ঐখোইনা অহিংদা অরাংদা ধ্রুব-তারাবু কোইসিনবা সপ্তঋষি তারাবু ঋক্ষমণ্ডল কৌবাগী উপপত্তি হাঙ্গ।

৪২। পৃঃ ২৫৬ তগীনা পৃঃ ২৫৯ ফাউবদা বেদনা বরুণবু অসুর কৌবগী ব্যাখ্যা হাঙ্গ।

৪৩। পৃঃ ২৬০ দা 'ব্রত' শব্দগী অর্থ হাঙ্গ।

৪৪। পৃঃ ২৬৩দগীনা ২৬৪ ফাউবদা সৌর অমসু চান্দ্রবর্ষগী সামঞ্জস্য তৌই

৪৫। পৃঃ ২৬৯ দা ২৪ সূক্ত ২৫ সূক্তগী অরোইবা মন্ত্র অনি—মান্নাবগী মরম তাকই।

——:(ক):——

ওঁ তৎ-সৎ।

মৈতৈরোন্না সন্দোক্না অর্থ হন্দোকপা,

# ঋগ্বেদ সংহিতা।

১ অষ্টক। ১ মণ্ডল। ১ অধ্যায়। ১ অনুবাক।

১বা সূক্তদগীনা সূক্ত ১০ ফাউবা বিশ্বামিত্রগী মচা মধুচ্ছন্দানা ঋষিনি।
মাসিদগীনা গায়ত্রীচ্ছন্দ হৌব, সূক্ত অসিগী দেবতানা "অগ্নি" নি।

---

ওঁ অগ্নিমীলে পুরোহিতং যজ্ঞস্য দেবমৃত্বিজম্।

হোতারং রত্নধাতমম্ ।১।

**পদান্বয়ানুবাদ,**—যজ্ঞস্য (যজ্ঞগী) পুরোহিতম (পুরোহিত) দেবম্ (অঙানবা) হোতারম (মানা লাই মথান্তু ঈরাংনবগীদমক কৌবা) ঋত্বিজম (ঋত্বিক্ কৌবা পুরোহিত ওইবা) রত্ন ধাতমম্ (যজ্ঞ তৌরগা থোকপা মহৈগী মশক ওইবা হি যাই পুন) অগ্নিম (মৈবু) ঈলে (এৈনা ইডাংঙ্‌ল)।১।

**অনুবাদ,**—মৈন যজ্ঞগী পুরোহিত ওইবা, অঙানবা লাইপুম্বন মানা যজ্ঞদা লাও হাঙ্গনা কৌব। যজ্ঞ তৌগনা ফংবা মহৈগী মশক ওইবা হি-যাই পুনা, মৈবু এৈনা ঈডাংঙ্ন—লেপস নৈথোনল।১।

**ব্যাখ্যা** তাইবংপানবগী পণ্ডিত অনাম্বনা হিন্দু, গ্রীক্, রোমন পার্শি-য়ান অসিনচনা জাতিবু আর্য জাতিগী শাখাশিং, হাঙ্গৈ। পৃথিবীদা লৈবা আর্য জাতি পুম্বা মৈ ঈডাংলে গ্রীক্‌স না হাঙ্গৈ,—লাইঅমনা তাইবং মীগী যুনবগাদমক স্বর্গদগা মৈ হতুনা তাইবংদা পুরকই। লাই অত্তবু

(প্রোমেথিয়ুস্ (Prometheus) কৌই, মাতুদি সংস্কৃত্তা "প্রমন্থ" হাঙৈবনি। রোমানসীংনা বুলকন (Valcan) সংস্কৃত্তা উল্কা কৌতুনা মৈ ঈড়াংলি। লাটিন ভাষা ঙাংবসীংনা অগ্নিবু ইগ্নিস্ (Ignis) অমসু স্লাবসীংনা ওগ্নি (Ogni) কৌতুনা মৈ ঈড়াংলি। ঈরাণী নত্রগা পার্শিয়ান্‌সীংনা মৈবু অতর কৌতুনা ঈড়াংলি। ভারতকী সুপ্রাচীন জাতি মিতৈসীংনা মিতৈলৈপাক মণিপুরদা আহবনীয়, দাক্ষিণ অমসু আবসথ কৌবা মৈকম অহুম পুল্লপ তিন্নতুন ওধমগী মমিং "ফুঙ্গা" = ভর্গ কৌতুনা যুমগী ময়াইদা মৈ যোক্তুনা অগ্নিবুনা 'মৈ' সংস্কৃত্তা 'মন্থ" কৌতুনা ঈড়াংলি।

তাংপানবগী সাহিত্য—লাইরিক পুস্বগা অহানবনা বেদনি, বেদ পুস্বগী অহানবা মকোক্তা ঋগ্‌বেদবুনা হান্না হাঙৈনে। ঋগ্‌বেদগী অহানবা হৌগৎপদা "অগ্নিম্ ঈলে" হাঙৈবদি "মৈ ঈড়াংলি" হাঙৈনা হৌই। মাসুম তৌতুনা তাংপানবগী মী পুস্বগী চহুংদা আর্য জাতিনা সভ্যতা ফংবা অহানবনি হায়কম অসি পৃথিবীগী পাণ্ডিত অযাম্বনা য়ানরবা য়ানি। আর্য জাতিপুন্ধনা মৈ লাংলি। মাসিদগী খংবা ঙমলে মতুদি,—পৃথিবীদা পোকলিবা মী পুস্বদগী সভ্যতা ফংবা অহানবা, আর্য জাতিনা তাইবং পানবগী লাইবিক পুস্বগী অহাবা লাইবিক ঋগ্‌বেদগী মকোক হেক হৌবদা হাঙৈবা ধর্ম্ম পুস্বগী অহানবা মৈ ঈড়াংপা ধর্ম্ম অসি চংলি।

পৃথিবীদা লৈবা আর্য জাতিসীং অসি হুর্জিক্তি মথল য়ামখরে মাখোই অতুগী মপুংদা করম্বা আর্য জাতিনা কবম্বা মফমদা লৈতুনা কবম্বা মতমদা পৃথিবীগী লাইবিক পুস্বগী অহানবা বেদ ফংতুনা বেদনা তাকপা মৈ ঈড়াংপা ধর্ম্ম অসি চংপা হৌখিবগে? হাঙৈবা অসিসু এখোঙৈনা থিবা চুমই।

মতম অসিদা পৃথিবীগী পণ্ডিতসীংনা মরম অসিদা বিচার তৌতুনা বেদগী অহানবা থোকফম থিনবদা মত মান্নদবদগী মানা-মানা থোকপা হাঙৈনতুনা তাইবংপানবদা মসিং লাকপা ঙমদবা লাইরিক ময়াম থোকখরে। তৌইগুম্বয় পণ্ডিতসীংগী লাইরিকসীং অতু লাইরিক ওইনবদা মীওইবগী বুদ্ধি চাওখৎনবদা অফবা ভাক্তনিদি হাঙৈববু মাখোইগী মপুক থোক্না সেম্বা য়াকম অতুনাদি চাননা য়া ওইনবদি যাম্নোই। পণ্ডিতসীং অতুদা বেদবু সংসংনা উবা ঋষিদি অমত্তা য়াওদে। ঋষিনা হাঙৈবা রাতা লৌগদবনি।

মাদুদি ঋষি বাল্মীকি অমসু ঋষি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা হাঙ্গৈবা বেদগী অর্থ লৌগনি। মাখোইনা হাঙ্গৈববুদি ভাইবংশানবগী পণ্ডিত পুম্বনমু লৌই। রাফম অসি বেদ মশক থংবা পণ্ডিত পুম্বনা য়ানরবা রানি। মাদুগী রাফম উত্তনা অমোকসু হাঙ্গৈবা যাই, মাদুদি,— বেদবু মহাক মহাকী মবোন্দা অনুবাদ তৌথোকপা, দক্ষিণ ভারত মচানা পুম্নমক্তগী ইহান হান্নলি। দক্ষিণ ভারত মচা ঐখোইগী গুরু মাধবনা মাসিগী মরমদা— স্কন্দ পুরাণগী বচন অমা মহাক্কী বেদান্ত ভাষ্যদা লৌখৎলমই. মাদুদি —

"ঋগ্ যজুঃ সামাথর্ব্বাচ ভারতং পঞ্চরাত্রকম্।
মূলরামায়ণঞ্চৈব শাস্ত্রমিত্যভিধীয়তে।
যচ্চানুকূলমেতস্য তচ্চ শাস্ত্রং প্রকীর্ত্তিতম।
অতোহন্যগ্রন্থবিস্তারো নৈব শাস্ত্রং কুবর্ত্ম তৎ॥" ইতি—

মবম অসিনা ককচেংগুম্বা পীকখ্রবা ঐখোইগুম্বনা বেদবু ইমাগী মবোন্দা খজিক্কং ব্যাখ্যা তোগে নিংজবা অসিদা বাল্মীকি রামায়ণনে কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসীয় মহাভারতনে অমসু মিতৈ প্রাচীন সংস্কৃতিনে অদুম অসিগী তুলনা মূলক সমালোচনা তৌবদগী থোকপা অর্থতা লৌজগনি।

ওঁ

প্রণম্য মাতরং ভূয়ঃ শ্রীগুরুং পিতরং মম।
লোকনাথং জগচ্চক্ষুঃ শ্রীসূর্য্যং তমুপাশ্রয়ে॥
বিশ্বেষাং ভারতীং ভক্ত্যা ভারতীনাম নামতঃ।
হৃদা প্রবর্ত্তিকাং বন্দে মম জীহ্বাগ্রনর্ত্তকীম্॥

## য়ুমফাল।

সৌরজগৎ অসি শেমগৎলকপগী অহানবা মতমদদি, মপান নাইদবা অতিযা অহাংবদা মুমিংকী মওান্না ফংলিবা— ওাল্লিবা মফম পুম্নমক অসি থম্না অসাবা (মনিলগুম্বা) ওাক্তা লৈরমই। মাস্নমনা চহি কোটি কযামুক হৌখববদা মৈ অদু মুৎখরে। মৈগী মফমদা ঈশিং ওাক্তা ওাইহৌরে। মতম অদুদা পৃথিবীনা মৈ মুৎলবা মৈতানগুম্না প্রলযগী ঈশিং মনুংদা লুপতুনা লৈরমই। মাস্নমনা চহি কযামুক হৌখববদা প্রলযগী ঈশিং অদু মথং মথং কংথখরে। মতম অদুদা হায়না ঈশিং মনুংদা লুপতুনা লৈরম্বী পৃথিবী অসি

ঈশিং মথক্কা লৈৎখৎখ। মাসুম তৌতুনা পৃথিবীনা সমুদ্রগী ইঙ্গুংবৃদগী হেক থিনগৎলকপা মতমদা নুমিৎনা থোকতুনা লৈরম্বা মফম্ বেদনা (ঋগ্ ১।৩০।৯) "প্রত্নৌকস্" কৌই। অর্থদি— নুমিৎকী অহানবা থোকফম মুম অহানবা অর্থাৎ—"যুমফাল" হাঙ্গৈবনি।

ঋষি বাল্মীকিনা ঋগ্মন্ত্র (১।৩০।৯ গী ব্যাখ্যা তৌতুনা রামায়ণদা কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ডদা সীতা থিনবগী দমক নোংপোক মাইকৈ লম তাকপদা বেদগী— প্রত্নৌকস্—যুমফালবু জগৎ সৃষ্টিগীদমক নুমিৎনা অহানবা থোকখিবা চীঙনি, উদয় পর্ব্বত কৌই অমসুং বৈদিক যাগ-যজ্ঞ তৌবদা মাদোমদা ওনচুনা তৌনবগীদমক পূর্বদিক কৌই, হাঙ্গৈনা তাকই। ব্রাফম অচুদা উদয়পর্ব্বতকী অক্ষাংশ অমসুং পূব দ্রাঘিমা তাকতুনা যুমফাল—মণিপুর—মিতৈ লৈপাককী ভৌগোলিক বিন্দু পুথোকই। মাসদা হাঙ্গৈ,—

(রামায়ণ, কিষ্কিন্ধ্যাকাণ্ড ৪১ সর্গঃ)

তত পরং হেমময়ঃ শ্রীমানুদয়পর্ব্বতঃ।।৪৪।।
তস্য কোটির্দিবং স্পৃষ্ট্বা শতযোজনমায়তা।
জাতরূপময়ী দিব্যা বিরাজতি সবেদিকা।।৫৫।।
সালৈস্তালৈশ্চ কর্ণিকারৈশ্চ পুষ্পিতৈঃ।
জাতরূপময়ৈর্দিব্যৈঃ শোভতে সূর্যসন্নিভৈঃ।।৫৬।।
তত্র যোজনবিস্তারমুচ্ছ্রিতং দশযোজনম্।
শৃঙ্গং সৌমনসং নাম জাতরূপময়ং ধ্রুবম্।।৫৭।।
তত্র পূর্ব্বপদং কৃত্বা পুরা বিষ্ণুস্ত্রিবিক্রমে।
দ্বিতীয়ং শিখরে, মেরোশ্চকার পুরুষোত্তমঃ।।৫৮।।

অচুগী মথংদা সনা মানবা যজবা উদয় পর্ব্বত লৈ, মহাক মতোন্না স্বর্গ থেৎনা ব্রাং, যোজন চামা শাংই, মশা পুম্বা ইরং লংই। অসিগুম্বা চীঙদান অসিনা লৈতংলিবা চীঙ মশা অচুনা লৈপুঙগুম্বা ফই। মতোন্দা হৌবা সাল, তাল, তমাল অমসুং কর্ণিকার পানবা ময়াম্না সনা মানবা মপান শাংতুনা নুমিৎকুম ঊং লংই। উদয় পর্ব্বততা যোজন অমা শাংবা যোজন তরা ব্রাংবা সনাগুম জবা "সৌমনস" কৌবা চীঙ অমা মাতান মখাম লোতুনা লৈ। আসগুম্না (সৌমনস) চীঙ অসিদা মমাংদৈদা বিষ্ণুনা

খোঙথাং অহুমক থাংগৈদা অহানবা খোঙথাংনা মঙোন্দা নেংখি, অনিসুবা খোঙথাংনা মেরুচীঙদা লেংখি (৫৪—৫৮)।

মাসুমনা হাঙ্গৈরগা উদযচীঙদা তাইবংদা সুমিৎনা ইহান হান্না থোকখিবা মকম উদয়চীঙগী সৌমনস কৌবা চীঙদোন অহুগী অৱাংগী লমথৈ—অক্ষরেখা তাকই। মাহুদি,—

উত্তরেণ পবিক্রম্য জম্বুদ্বীপং দিবাকরঃ।
দৃশ্যো ভবতি ভূযিষ্ঠং শিখরং তন্মহোচ্ছ্রয়ম্‌ ॥

সুমিৎনা উত্তবায়ণদা জম্বুদ্বীপপু অৱাংলোমদা কোঙ্গৈরকপা লোইদুনা উদয পর্ব্বতকী সৌমনস চীঙদোনদা থোকপা উই।

অর্থদি—উদযচীঙগী সৌমনস চীঙদোন অসি কর্করেখাগী মথাদা লৈ; তাকই,— "অযং সুদর্শনোদ্বীপঃ পুরো যস্য প্রকাশতে।"

(রামাযণ কি০ কা০।৪০।৬১)

অর্থদি—সুদর্শনদ্বীপ মাহু হাঙ্গৈত্রগা জম্বুদ্বীপ (১) কৌবা ভারতবর্ষ অসিনা উদযপর্ব্বতত লৈবা সৌমনস চীঙদোনগী মনাক্তা লৈ। রামাযণগী প্রমাণ বচনসিং অসিনগী চিনবা লৈত্তনা খংলে, মাহুদি,—সুমিৎকী অহানবা থোকযম উদযপর্ব্বতত লৈবা সৌমনস কৌবা চীঙদোন অসিদি ভারতবর্ষগী নোংপোকথংবা সীমান্তদা কর্কবেখাদা লৈ। মাহুদি ইম্ফাল মাণপূরতনি, অতৈনা সিনবা যাদে। মাসুমনা মহাভারতনসু হাঙ্গৈ,—

(মহাভাবত। উদ্যোগপর্ব। অধ্যায ১০৮)

সুপর্ণ উবাচ।

অনুশিষ্টোঽস্মি দেবেন গালবাজ্ঞযোনিনা।
ব্রুহি কামস্তু কাংযামি দ্রষ্টুং প্রথমতো দিশম্‌ ॥১॥

গরুড়না হাঙ্গৈ,—হে গালব! মাবু হানবা লৈতবা বিষ্ণুনা ঐঙোনদা

---

(১) "ব্যাসর্ষিরচিত্তে গ্রন্থে জম্বুদ্বীপে চ ভারতম্‌।" ইতি—ব্যাডীঃ। তথা তত্র "পুরঃ" ইতি পুরস্তাৎ সমীপ এবাযং প্রাগুক্তসুদর্শনসরশ্চিহ্নোদ্বীপঃ প্রকাশতে। ইতি তিলকাখ্য তৎটীকাযাং ব্যাখ্যাতঃ।

থৌদামকই, মরম অহুদগী নংনা পাম্বা মাইকৈ হাঙ্গৈযু, অহানবদা করমবা মাইকৈদা এংনবা চৎসিগে ? ।১।

পূর্বাং বা দক্ষিণাং বাহমথবা পশ্চিমাং দিশম্,
উত্তরাং বা দ্বিজশ্রেষ্ঠ কুতো গচ্ছামি গালব ॥২॥

হে দ্বিজ অথোইবা, হে গালব! নোংপোক্তরা ? অমসুং নোংচুপ্তরা ? নত্রগা অৱাংদরা ? ঐ কদোমদা চৎকদগে ?।২।

যস্যামুদযতে পূর্ব্বং সর্ব্বলোক প্রভাবনঃ।
সবিতা যত্র সন্ধ্যায়াং সাধ্যানাং বর্ত্ততে তপঃ ॥৩॥

মহাক্না মণ্ডাল পীহুনা থৱাইপানবা পুম্নমকপু থবক তৌবা ভমহুনবা সুমিৎনা মমাংঙৈদা ইহান হান্না থোকখিবা মাইকৈ অহুদা সন্ধ্যাদা সাধ্য-সীংনা তপ তৌহুনা লৈ।৩।

যস্যাং পূর্ব্বমতির্যাতা যযাব্যাপ্তমিদং জগৎ।
চক্ষুষী যত্র ধর্ম্মস্য যত্রৈচব প্রতিষ্ঠিতঃ।৪॥

সুমিৎকী অহানবা থোকফমদা ৱাখল লৌশিং ( মতি ) না ইহান হান্না পোকখি, মতুংদা মাইকৈ অতোপ্পদা কোন্না চৎতুনা ভাইবং পুম্নমক্তা সিন-থুংনা লৈখি, সুমিৎকী অহানবা থোক্লফম অহুদা ধর্ম্মগী মীৎ অনিনা ইথ্বাই-মক্তগী ইহান হান্না থোকই, অমসুং ধর্ম্মনা লেংদনা লৈ।৪।

হুতং যত্তোমখে হব্যং সর্পতে সর্বতো দিশম্।
এতদ্দ্বাবং দ্বিজশ্রেষ্ঠ দিবসস্য তথাধ্বনঃ।৫॥

হে দ্বিজ অথোইবা! মফম অসিদা হব্যবু পুম্নমক্তগী ইহান হাননা হোম তৌখি, অক্তগী মথংদা হোমনা মাইকৈ পুম্নমক্তা কোন্না সন্দোকখি, মফম অসিনা নোংমগী অমসু লম্বেনগী, থোংনি, হাঙ্গৈবদি কোম্থোংনি।৫।

অত্র পূর্বং প্রসূতা বৈ দাক্ষায়ণ্যঃ প্রজাস্ত্রিযঃ।
যস্যাং দিশি প্রবৃদ্ধাশ্চ কশ্যপস্যাত্মসম্ভবাঃ।৬॥

মাইকৈ অসিদা দক্ষগী মচানুপীসীংনা অহানবদা মচা পোকখি, মাইকৈ অসিদা কশ্যপ প্রজাপতিগী মচাসীংনা চাওই।৬।

অতোমূলং সুরাণাং শ্রীর্যত্রশক্রোহভিবিচ্যতে।৭॥

হে বিপ্রর্ষে! মাইকৈ অসি লাইগী সম্পত্তি পুম্বগী লৈফমনি, মফম

অসিদা শুরারেন্দবু লাইগী নিংথৌ হাপই, অমসু লাই পুম্নমক মফম অসিদা তপস্যা তৌদুনা লৈ।৭।

এতস্মাৎ কারণাৎ ব্রহ্মন্ পূর্ব্বত্যোযাদিগুচ্যতে।
যস্মাৎ পূর্বভবে কালে পূর্বমেবাবৃতাঃ সুরৈঃ ॥৮॥

হে ব্রাহ্মণ! থাইনা কুইখরবা মতমদা অহানবদা লাইনা মাইকৈসিদা লৈগে হাঙৈদুনা লৌখি, মরম অসিনা মাইকৈ অসিবু পূর্ব—অহানবা লোংপোক কৌই।৮।

অতএব চ সর্বেষাং পূর্বামাসাং প্রচক্ষ্যতে।
পূর্বং সর্ব্বাণি কার্যাণি দেখানি সুখমীপ্সতা ॥৯॥

অমসু সুডাইবা পাম্বা পুম্নমক্কা লাইগী ঈড়াৎ থৌনিবদা মাইকৈ—অসোমদা ওন্দুনা তৌই; মরম অসিদগী মাবু মাইকৈ পুম্বগী অহানবা মাইকৈ কৌই।৯।

অত্র দেবান্ জগৌ পূর্বং ভগবান্ লোকভাবনঃ।
অত্রৈবোক্তা সবিত্রাসী সাবিত্রী ব্রহ্মবাদিষু ॥১০॥

মফম অসিদা ইশ্বরাই মক্তগী ইহান হান্না ব্রহ্মানা বেদ পুম্নমক ছকখি, অমসু সবিতানা বেদবাদীসী দা গায়ত্রী তম্বিখি।

অত্র দত্তানি সূর্যেণ যজুংসি দ্বিজসত্তম।
অত্র লব্ধবরঃ সোমঃ সুরৈঃ ক্রতুষু পীয়তে।১১॥

হে ব্রাহ্মণ অথোইবা! মাসিদা সূর্যদেবনা যাজ্ঞবল্ক্যদা যজুর্বেদ পীখি, মফম অসিদা লাই পুম্বনা যজ্ঞদা বর ফংলবা সোমরস থকখি।১১।

অত্র তৃপ্তা হুতবহঃ স্বাং যোনিমুপভুঞ্জতে।
অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়মাপ চ।১২॥

মফম অসিদা মৈনা যজ্ঞদা পেল্লদুনা মাগী পোক্লফম ওইবা ঈশিং থকখি, মফম অসিদা বরুণ—ঝাংবরেণনা পাতালদা লৈদুনা মাগী সম্পত্তি ফংখি।৯২।

অত্র পূর্ব্বং বশিষ্ঠস্য পৌরাণস্য দ্বিজধ্বভ।
সূতিশ্চৈব প্রতিষ্ঠিতাচ নিধনঞ্চ প্রকাশতে।১৩॥

হে দ্বিজ অথোইবা। মফম অসিদা মমাঙৈদা পুরাণ ঋষি বশিষ্ঠনা—মিত্রাবরুণগী বীর্যদগী উর্বশীগী গর্ভদা পোকই, লে'দনা লৈ, অমসু নির্মিগী শাপনা শি, মাহুমনা তৌত্তুনা মতম পুন্নমক্তা ভান্দুনা লৈ।১৩।

ওঙ্কারস্মাত্র জায়ন্তে সুতয়ো দশতীর্দশ।

পিবন্তি মুনয়ো যত্র হবির্ধূমকধূম্রপাঃ।১৪॥

মফম অসিদা বেদগী শাখা লাসি' তরাগী মশক ওইবা উপনিষৎ পুন্নমক থোকখি, মফম অসিদা যজ্ঞগী মৈপু থকপা মুনিসীংনা হাবগী মৈখু থকখি।১৪।

প্রোক্ষিতা যত্র বহবো বরাহাদ্যা মৃগা বনে।

শক্রেণ যজ্ঞভাগার্থে দৈবতেষু প্রকল্পিতা।১৫॥

মফম অদুদা ইন্দ্রনা যজ্ঞদা লাইদা পীনবগী শমক লমওকনাচিংবা—অশেংবা শা মযাম লৈহনখি।১৫।

অত্রাহিতাঃ কৃতঘ্নাশ্চ মনুষ্যাশ্চ দেবাশ্চ যে।

উদয়ংস্তান্ হি সবিতা ন ক্রোধঘ্নন্তি নিশাচরাঃ।১৬।

মফম অসিদা ফত্তবা—বেদগী যাথং ইং ব, ত্তৌ ১ন ন দবা মী অমসু হিংচাবা মযাম লৈ, মাংখাই পুন্নমক কন্দবু য় ওত্তুনা পুমিংনা থোকতুনা—থোকতুনা মাংহল্লি।১৬।

এতদদ্বারং ত্রিলোকস্য স্বর্গস্য চ সুখস্য চ।

এষ পূর্বদিশাভাগো বিশ্বাবাহন যং চ্ছসি॥১৭॥

মফম অসিদি মবোল অহুমী স্বর্গগী অমসু সুত্তাংবগীসু থো নি, মফম অসিদি নোংপোক মাইকৈনি, নঙা মাদোংদা চৎনলবদি এথোই ত্তন চৎমিন্নসি।

রামায়ণ অমসু মহাভারত অনিগী

## তুলনামূলক সমালোচনা।

১। রামায়ণনা— তাইবংপানবদা সুমিৎনা ইহান হান্না থোকখিবা মফম অহুবু উদয়পর্বতকী সৌমনস কৌবা চীঙদোলমি হায়না তাকখ্রে।

২। রামায়ণম্না মাসিসু তাকখরে, মাহুদি,— উদয়পর্বতকী সৌমনস

কৌবা চীঙদোন অদুবু কর্করেখাদা অমসু ভারতবর্ষগী নোংপোকথংবা লমথৈ দা লৈবনি, হায়না তাকই।

৩। রামায়ণনা মাসিমসু হায়, মাদুদি,—পৃথিবীনা ঈশিং মসুংদগী—লিংখৎলকপদা সুমিৎ থোক্লম্বা মফম অদুবু পুর্বা=নোংপোক কৌই, হায়খরে। মহাভারতনসু মাদুমক পূর্বা=নোংপোক কৌই। চৎনবীদদি নোংপোক কৌবা মফম অমা কক্তুনা থম্বা হৌনদে। হায়রিবা মফম অসিবু বেদনাদি (ঋ০ ১।৩০।৯) "প্রত্নৌকস্" কৌই। মাদুগী অর্থদা গিতৈরোনদা চপচানা হল্লবদি (হায়রবদি) "য়ুমফাল" কৌই।

৪। নোংপোক কৌবদি,—করিগুম্বা বিন্দু অমদগী মাংলোমদা চপচুম্না লয়ি চিংখ্রবদি লয়ি অদুনা অংশ ৯০ সুবদা বিষুব বৃত্তদা তারুগনি। অদুগুম্বা মফম অদুবু "পুর্ব্ব-স্বস্তিক"=ট্রু ইষ্ট=ইষ্ট কাডিনেল পোইন্ট হায়বদি বিন্দু অদুগী অচুম্বা নোংপোক কৌই। অহিং মুংথিন শাংবা মাম্নবা সুমিত্তা—বিন্দু অদুদা সুমিৎ থোক্লকপা উগনি, মাদুবু ব্যবহারিকতা নোংপোক কৌদুনা সভ্য-জগত্তা চৎনৈ। ইখ্বাইনা চৎনবা নোংপোক অসিবুদি বৈদিক কর্ম্মদা চৎনদে। সুপ্নগী বেদতনা নোংপোক কৌবদি জগৎ সৃষ্টিগী হৌগৎপদা সুমিৎনা অহানবা লৈরম্বা মফম অসিতবু নোংপোক কৌই। মরম অসিনা বৈদিক ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌবদা সুমিৎকী অহানবা থোকফম অসিতবু শিজন্নে। বেদনা নোংপোক কোবা লম অসিদি য়ুমফাল=মণিপূর অসিনি।

৫। ব্রাফম অসি খুদম উৎতুনা প্রমাণ তৌরি,— বেদগী করিগুমবা থবক—যাগ-যজ্ঞ অমতং তৌবা তারবদা অহানবদা "নোংপোক—প্রাচী" মাইকৈ খংদনা য়াদে। মরম অসিনা ব্রাহ্মণ ভাগতা বেদনা নোংপোককী মশক তাকই। মাদুদগী চিংনবা লৈত্তনা খংলে,—বেদনা তাকলিবা নোংপোকতি শাস্ত্রনা হায়বা অমসু ইখ্বাইনা চৎনবা নোংপোক অসি নত্তে। মিতৈ লৈপাক মণিপুরতবু বেদনা নোংপোক কৌই হায়না তাকই। মাদুদি শতপথ ব্রাহ্মণনা হায়,—

"একং দ্বৌ ত্রীণি চত্বারি বা অন্যানি নক্ষত্রাণ্যথৈতানি যৎ কৃত্তিকা স্তম্ভুয়মানমেতদ্ভূপৈতি তস্মাৎ কৃত্তিকাস্বাদধীত। এতাহবৈ প্রাচ্যৈ দিশো ন চ্যবন্তে, সর্ব্বানিহবা অন্যানি নক্ষত্রানি, প্রাচ্যৈদিশশ্চ্যবন্তে, তৎ

প্রাচ্যামেব অস্মিন্নাহিতৌ ভবতস্তস্মাৎ কৃত্তিকাস্বাদধীত ” ইতি—

থবাম্মচাক অতৈদি অমা, অনি, অহুম নত্রগা মরি থোকই, কৃত্তিকাজনা সয়োম চাওই, জাম্নি। মবম অসিদগী মাঙোন্দা মৈ হোৌগদবনি। কৃত্তিকা—খোংচোংনুবীনা নোংপোকপু থাদোক্তে, থবাম্মচাক অতৈদি নোংপোক থাদোকই। মবম অহুদগী খোংচোংনুবীদা নোংপোকনে অফবনে অনিমক লৈ। মবম অসিদগী খোংচোংনুবীদা মৈ হোৌগদবনি। মাস্তুয়া শ্রুতিনা হাঙ্গীবদগী “নিয়ম-বিধি” কৌবা য়াএন অমা শেমগনি। মাহুদি—খোংচোংনুবী এংহুনা নোংপোক চিগনি। মাস্তুম্না কর্ম্মান্ত-সূত্রদা দেব-যজন-কল্পদসু হাঙ্গী,—

‘প্রাগ্বংশ-শালাং স্থাপয়ন্তি যৎ কৃত্তিকা খল্বিমাঃ প্রাচীংদিশো ন পবিচ্ছবন্তি তাসাং দর্শনেন মাপয়েৎ।” ইতি—

খোংচোংনুবীনা প্রাগ্বংশ-শালাবু লৈহনলি, মাখোই অসিনা নোংপোকপু থাদোক্তে, মাখোইবু এহুনা ওহু। খোংচোংনুবীবু এনবদি কাত্যায়নগী—শ্লোকসূত্রদা হাঙ্গী,—‘এতৎ প্রাগাদিশোকশং যুগমাত্রা দতে পুবঃ।” অর্থদি মাসিনা নোংপোকপু মশাকনি, মাহুদি—খোংচোংনুবীনা থাদ যুগ অমা য়াং থংনা থোকপা মফমদু নোংপোক। মাসি। যুগ অমা য়াবা হাঙ্গবগী অর্থসু মহীধরনা মহাকা ভাষ্যদা হাঙ্গী,—‘বৃষভস্কন্ধোপরি দীয়মানং কাষ্ঠং যুগং তৎ ষড়শীত্যাঙ্গুলাঃ।”—মগ লাবগী মবেংদা হা। চৈ, হাঙ্গীবদি—পোপপুবু যুগ কৌই; মাহুদি খুংগী ৮৬ নি। মবম অসিনা খোংচোংনুবীবু লৈপাকক্তা নোংথোগা সম্নবা মফমদগী খুংগী ৮৬ য়াংথংপা মফমদা উবা মফম অদুবু প্রাচী কৌই, হাঙ্গীবদি—সুবিংক অহানবা থোকফম নোংপোকনি। মাহুদা য়া অমনা পিন্দুনা এংগনি, য়া মহু প্রাগ্বংশ কৌই। মাহুনা মযাইদা থমলগা অরম্বী ভবা পাকপা অমসু শাংবা যুম অমা শাগনি, মাহুবু প্রাগ্বংশ-শালা কৌই। মাহুদা যজমাননা যম্নগা য়া মতোম্না থিল্লিবা মাইকৈ অহুদা ওন্দুনা যম্না যজমানবু যাগগী দীক্ষা তৌগনি. অমসু যুম অহুদা হোম—তৌনবা পোৎ চৈ থমগনি। হোম তৌননা নোংপোক ওনবা লমি চিংবসু প্রাগ্বংশনা তাক্লিবা নোংপোক অহু ওন্দুনা চিংগদবনি। মাস্তুম তৌহুনা—প্রাগ্বংশনা তাক্লিবা নোংপোক অহুদি—সুমফাম মণিপুরতবু হাঙ্গীবনি। খুদমগী দমক কুমারিকা অন্তরীপতা অমা, কুরুক্ষেত্রদা অমা অমসু হরদ্বারদা অমা,

মফম অদুম অসিদা মতম অমত্তদা হোম তৌই। মফম অদুমগী প্রাখংশদগী তেন অমামম কাপক্রবদি তেন অদুম্মক অতু যুমফাল চঁঙদা থাগনি, মাখোই তেন অদুম্মকনা ইষ্ট কাড়িনেল পোইন্টদা চৎলোই—থুংলোই।

৬। মথক্কা লৌখৎখ্রবা ব্যাসকী বচন—১২ সুবা শ্লোক,—

'তত্র তৃপ্তা হুতবহঃ স্বাং যোনিমুপভুঞ্জতে।
অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়মাপ চ॥"

অর্থ—মফম অসিদা মৈনা যজ্ঞদা হব্য চাবামত্তনা পেল্লদুনা মহাক্কী পোক্লফম ঈশিং থকখি। হাঈবদি—মণিপুর অসি অহানবদা চঁও মযামনা কোঈসিন্দুনা সমুদ্রগী ঈন্দু বুংদা লুপতুনা লৈবমই, মতমগী মতুংইন্না কংথতনা হুজিক্ত তম্পাক ওনথরে। অতুনা মহাকপু ঈশিং কংখিবা মফম্নি, হাঈদুনা "কংলৈ" কৌই। মাসুম তৌদুনা মফম অসিদা বরুণন পাতালদা লৈদুনা মাগী সম্পত্তি ফংই, হাঈ দি—মিতৈরোনদা বরুণবু বা বরেণ কৌই। মহৌ-শাদি মণিপুর অসি সমুদ্র মনুংদা লুপতুনা লৈবমদগী যুমফালগা থা নোং-পোকতা ঈশিং চেন্থখিদুনা কংখ্রদা হাজিক ফাউবা ঈশিং চেন্থফম অদুদা বরুণ=বা বরেণ। মফম লৈবি, মাগী চাং পুংগী দেবযাবা তৌবি। মিতৈ-লৈংনা বরুণবু—বা বরেণ—ঈশ্বর বরুণ বোদুনা ঈডাংনি। হি চ।গুমনা মপুক ফত্তবনি হাঈনা যান্না কিদে। মাগী যাবাদা ঈডাংপদা অরানবা যাওরবদি মী অতু হেক্তা শি অসিনাচিংবা খুদম মযাম লৈ, মিতৈনা য়ান্না কি। হিন্দুগী ধর্ম্মশাস্ত্র পুম্বদা বরণদি নো চুপকী মপুনি, হাঈবাবু ব্যাস-দেবনা নোংপোক মাইকৈদা লৈবা ওইনা বরুণবু হাংবিবা অসিনি। মিতৈ-লৈংনা অনাদিকালদগীনা হুজিক যাউবা অসি বরুণবু মী চাবনি হাঈদুনা কিনৈ। মাডোন্দা থোক্লকপা খুদমসু মী পুন্নমককী হবপা ডাক্তা তৌই। মাঙোন্দা কৎপা সনা, লুপা পুম্বা চংওথক্তা হুন্দোকদুনা লৈ, মী অমত্তনসু সিগনি হাঈদুনা লৌনদে।

৭। মথক্কা লৌখৎখরবা ব্যাসকী ১৩ সুবা শ্লোক,—

"অত্র পূর্ব্বং বশিষ্ঠস্থ পৌরাণস্থ দ্বিজর্ষভ।
সুক্তিশ্চৈব প্রতিষ্ঠাচ নিত্যশ্চ প্রকাশতে॥১৩॥"

হে দ্বিজ অথোইবা। মফম অসিদা মমাংডৈদা পুরাণ ঋষি বশিষ্ঠনা

মিত্রাবরুণগী বীর্য্যদগী উর্ব্বশীগী গর্ভদা পোকই, লেংদনা লৈ, অমসু নিমিগী শাপনা শি, মাসুম তৌত্তুনা মতম পুন্নমক্তা ডান্দুনা লৈ।

তাৎপর্য্য,—"পুরাণ ঋষি বশিষ্ঠ" হাঙইবদি—যজ্ঞদা হোম তৌনবা মৈরি থোক্লা চাকলিবা "মৈ" হাঙইবনি। "নিমি" হাঙইবনা মৈরি-থোক্তবা * হোম তৌবা য়াদবা মৈবু হাঙইবনি। মাসি পৌরাণিক কথা ( Mythology ) দা য়ারী অমা পুথোকই, মাহুদি,—বিবস্বান্ কৌবা সূর্য্যনা মেকচীগুদা পাল-লমই, মাবু সুমিৎনা পোকপনি, অসুম্না ইখ্বাইনা থংনরমই ; অহুনা মাগী থারাবু সূর্য্যবংশ ক্ষত্রিয় কৌনৈ। বিবস্বান্না মনু পোকই, মনুনা ইক্ষ্বাকু পোকই। ইক্ষ্বাকুগী মচা নিমি কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মাদি ধর্ম্ম য়াম্না থংই, বেদ হৈ। মানা হোম তৌগে নিই, মানা মাগী গুরু—পুরো-হিত বশিষ্ঠদা হোম তৌবিয় হাঙইজে। বশিষ্ঠনা খুমই,—ঐদি ইন্দ্রগী হোম তৌনবগী দমক নিমন্ত্রণ হাম্নদা লৌরুরে, ইন্দ্রগী হাম্না তৌগে, নংগীনা কোম্না তৌগে, নং ঐবু ঙাইখো, হাঙই। নিমিনা খুমদে, বশিষ্ঠনা খুমত্রবদি যাববনি হাঙইদুনা ইন্দ্রগী হোম তৌবা হৌখরে। নিমিনা মীওইবদি ঙসি শিগনি খদে. হয়েং শিগনি পাউজেন্দে, ধর্ম্মদি শিদারিডৌদা তেগদবনি, ধর্ম্ম তৌবদা ঙাইবা যাদে, অসি হাঙইদুনা নিমিনা অতোপ্পা ব্রাহ্মণবু পুরোহিত ওগইদুনা হোম তৌবা হৌরে, বশিষ্ঠবু ঙাইদ্রবে। বশিষ্ঠনা চংবদুনা সাগুবে। নংনা গুরুবু উশিতদুনা ঐব ঙাইদরে, "নং শিরে" হাঙইদুনা সাওদুনা শাপ তৌরে। নিমিনা খুমলে,—নংদি ধর্ম্ম থংদে, লন্ পামদুনা কবাম্লে, "নংসু শিবো" হাঙই-দুনা বশিষ্ঠবু চৈরে। নিমিসু বশিষ্ঠসু অনিমক শিরে।

বশিষ্ঠগী অশিবা থরাইনা ব্রহ্মলোকতা চৎতুনা মপা ব্রহ্মাদা—"ঐদি নিমিনা চৈদুনা শিরে" হাঙইদুনা তাকল্লবে। ব্রহ্মানা হাঙরে,—"বশিষ্ঠ। নংদি মিত্রাবরুণগী বীর্য্যদগী উর্ব্বশীগী গর্ভদা চংদুনা পোকল্লরো, অদুগা হান্নগী

* শুক্ল যজুর্ব্বেদীয় মাধ্যান্দিন শতপথ ব্রাহ্মণদা "১কা৹, ২য় প্র৹, ৫ ব্রা৹, ৪অ৹, ১ব্রা৹" গা পৌরাণিক বশিষ্ঠ নিমিগী কথাগা অমসু অতোম-পোকপা লাই পুরৈলোম্বগী কথাগা অহুম অসি তুলনা মূলক আলোচনা তৌরগা নিমিগা বশিষ্ঠগা মাখোই অনিনা থংনবগী অর্থ লৌবা ঙমই। মাহুগীদমক ঐগোইগী মৈহৌরোন কৌবা প্রবন্ধদা অমসু ঐখোইগী ব্যাখ্যাত শ্রীভাগবততা উগনি।

বশিষ্ঠ অমু অহুম্মক ওইরো” অসি হাঙ্গইদুনা বয় শীরক্নে। মিত্রাবরুণনা উর্বশীগী গর্ভদা চংহল্লক্লবদা উর্বশীনা বীর্য অহু:হুন্দোক্লে, অহুদা মিত্রাবরুণনা উর্বশীবু বীর্য মাংহনলি হাঙ্গইদুনা শাপ তৌগন্নি, হাঙ্গীনা কিরহুনা লৈপাক্তা তাখরবা বীর্য অহু খুন্দুনা চকু অমদা হাপতুনা থমই। চকু মনুংদগী বীর্যনা বশিষ্ঠনে অগস্ত্যনে মুনি অনি পোকই। মাহুম তৌহুনা বশিষ্ঠনা অযোক হিঙ্গংখি।

নিমিদি বশিষ্ঠগী শাপনা শিববদা মচা লৈত্তবা মরম্না মাগী হৌগংলুরবা যজ্ঞ অহু লোইবা যাদবে; যজ্ঞ কাইবা ত্তারে। মতম অহুদা নিমিগী যজ্ঞ তৌবা ব্রাহ্মণসীংনা মাখোইনা হৌগংলুরবা যজ্ঞ অহু লোইবা য়ানবগীদমক নিমিগী অশিবা হকচাং অহু মনম মুংশিবা হিদাক হাপতুনা পুমহন্দনা— থমই। মাহুম তৌহুনা যজ্ঞ অহু লোইরবদা যজ্ঞদা লাকপা লাইসীংদা নিমিবু শিহনবিগনু, অশুম্না ব্রাহ্মণসীংনা হাঙ্গজরবদা, মতম অহুমক্তদা— নিমিগী মথন্বাইনা অতিযাদা লৈরহুনা হাঙ্গিরকই,— “ঐদি মীওইবা ওমক্ত-ররোই, ওইনিংদে। ওা গুম্না অওম অওম চানবা মী ওইনিংদে” হাঙ্গইদুনা নিমিনা হিংউ হাঙ্গবা যাদবে। মতম অহুদা লাইনা হাঙ্গরে—“নিমিদি বি-দেহ ওইরে—মাগী হকচাং লৈতবে। মাগী থরাইনা তাইবংমীগী মিৎতা লৈসনু, মিৎ বুপ্নী উইসিনবা পাংথোকপদা কুফেৎ কাফেৎ তৌবনা হকচাং য়াওদ্রবা নিমিগী হকচাং খংনবা খুদম ওইরসনু” অসি হাঙ্গরম্নগা লাই মরাম চৎখরে।

ব্রাহ্মণসীংনা হাঙ্গরে,— নিংথৌ পাল্লবদি হুরানবা ডাকুনা লুটপাৎ তৌহুনা লৈপাক খুঁনপানবা ওমলোই। নিমিদি মচাসু পোক্তে, হিংউ হাঙ্গ-বসু য়াদবে। অসি হাঙ্গইদুনা নিমিগী অশিবা হকচাং অহুবু কম্না নোইহুনা ত্তকতুনা নৈখাইরে। যঙ্গোম নৈরগা মাখোন থোরকপাওম নিমিগী নৈখাই-রবা হকচাংদগী নিপা অমা থোরকই। মাহুবু মথন্তা পোক্লকই, হাঙ্গইদুনা “জনক” কৌই। হকচাং যাওদ্রবা নিমিনা পোকই, হাঙ্গইদুনা “বিদেহ” সু কৌই। মাহুম তৌহুনা নৈবদগী পোকই, হাঙ্গইদুনা “মিথি” সু কৌই।

ঐখোইনা বশিষ্ঠগা নিমিগা খৎনবা, মাখোই অনিমক শিবা অমসু হিংগৎপা পুরাণগী য়ারী অহু মথক্তা লৌখৎখরবা অসিনি। কৃষ্ণদ্বৈপায়ন

বেদব্যাসনা বেদগী ব্যাখ্যা তৌহনা হাঙ্গৈরি,— অসিগুম্বা পুরাণদা হাঙ্গৈরিবা নিমিগা বশিষ্ঠগা অনিগী থৌদোক অসি মুমিংকী অহানবা থোকফম— যুম অহানবা—যুমফাল—মণিপুর কৌই, অহুম্না হাঙ্গৈরি। মাহুদগী ঐথোইনা খংবা ঙমলে, মাহুদি,— মুমিংকী অহানবা থোরফম যুম অহানবা—মণিপুর অসিবু মিতৈ লৈপাক কৌবদি মিথিনা পানবা লৈপাকনি, হাঙ্গৈহনা "মিথি লৈপাক" হাঙ্গৈবনি। মাসুমনা মণিপুরদা লৈবা প্রাচীন অধিবাসীসীংবু— মিতৈ মাহু হাঙ্গৈরগা মৈতৈ হাঙ্গৈবা অসিদি মিথি নিংথৌগী বংশনি হাঙ্গৈবনি। মাসিগী মরমদা চিংনবা লৈতে। তৌইগুম্বসু নিমিগা বশিষ্ঠগা খংনবদগী থোকখিবা থৌদোক অসিবু বেদব্যাসনা পুরাণগী ব্বানি, হাঙ্গৈ। মাহুদি "পুরাণস্থ দ্বিজর্ষভ"—"হে দ্বিজ অথোইবা গালব। পুবাণ ঋষি বশিষ্ঠগী" অহুম্না হাঙ্গৈ। পৌরাণিক কথা হাঙ্গৈবদি— "বৃটার্থ কাল্পনিক কথা" মাগী অর্থবু হোংদোকপা যাদনবা মনুংদা ফুম্নগা মপানদা ব্বাফম অমা ওইনা— সেনজিনবা হাঙ্গৈবনি। মাবু আন্তর্জাতিক-ভাষাদা 'Mythology' হাঙ্গৈনৈ। অমসু শ্লোক অসিগী অরোইবদা "প্রকাশতে" হাঙ্গৈ, মাহুদি—মতম পুম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈ, অহুম্না হাঙ্গৈ। মাহুদি,—

"সৃতিশ্চৈব প্রতিষ্ঠাচ নিধনঞ্চ প্রকাশতে।" অসিনি।

মাসিগী তাৎপর্যদি—মিতৈ লৈপাক মণিপুরদা বশিষ্ঠ পোকপ, লেংদনা লৈ, অমসু শিবসু শি, মাহুম তৌহনা মতম পুম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈ, হাঙ্গৈবদি মুমিংকী অহানবা থোকফম যুমফাল—মণিপুরদা ইখাইমক্তগী অহানবদা— মৈবা চিংহনা মৈ লৌথি, মৈ অহুবু মুৎহন্দনা লেংদনা লৈহনলে। শি হাঙ্গৈবদি অমোকসু মৈরি মুৎতুনা লৈ, মাহুদগী মৈবি অমোক থোক্তুনা ইঙান ঙানলি হাঙ্গৈবনি। খুদমগী দমক হুজিক ফাউবা লৈশেম্নকৈদেগী অন্দ্রোদা মৈফম অমা লৈরিবা অসিনাচিংবনি। মতম অসিদা সভ্য জগতা "অখণ্ড জোতি." হোরলি। মাগোই পুম্নমক অহুদি কোম্না কাইনাথংদা তৌরবনি. যুমফাল—মণিপুরদা থোক্লিবা মৈ অসিনা অহানবনি. অহুম্না মহাভারতত কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা ভাক্লিবনি। রামায়ণ, মহাভারতনা ব্যাখ্যা তৌহনা লোনগী অর্থ অদি চিংনবা লৈতনা খংলে, মাহুদি,—কংলৈবু যুমফাল কৌবা অদিদি-কোনা প্রস্তোকপ কৌবগী অর্থনি। মাঙোন্দা লৈবা প্রাচীন অধিবাসীবু

মিতৈ শত্রুগা মৈতৈ হাঙৈবদি পুরমক্তশী ইহান হায়া মৈবা চিংহুনা মৈ তৌরকপা মৈবু যজ্ঞ তৌহুনা উপাসনা তৌবা জাতি, মামা সভ্যতা ফংবদা তাইবংগী পুম্বগী অহানবা হাঙৈবনি। মাসিদগী চিংনবা লৈতনা খংলে,—মাখোইনা— মৈবা চিংলগা থোকই হাঙৈহুনা অগ্নিবু “মন্ত্র” হাঙৈবদগী “মৈ” কৌই। ব্যাসদেব বাল্মীকি অনিগী বচন, প্রমাণ অসি চুমই চুমদে হাঙৈবদি বেদগা চান-হুনা এংলগা খংগনি। ঐংখোইনা মতাং অসিদা রামায়ণ অমসুং মহা-ভারতকা তুলনা মূলক সমালোচনা তৌনবগী দমক “শুক্ল যজুর্ব্বেদীয মধ্যা-ন্দিন ব্রাহ্মণগী রাবী অমা লৌখৎলি।—

## শুক্ল-যজুর্ব্বেদীয় মধ্যান্দিন শতপথ ব্রাহ্মণম্।

(১ম-কা০,২য-প্র০,৫ম-ব্রা০,৪র্থ-অধ্যা০,১ম ব্রা০)

ঘৃতাচ্যতি। বিদেঘোহ মাথবোঽগ্নিং বৈশ্বানরং মুখে বভার, তস্য গোতমো রাহূগণঃ ঋষিঃ পুরোহিত আস তস্মৈ হস্মা মন্ত্রমানো ন প্রতি-শৃণোতি নেমেঽগ্নির্বৈশ্বানরো মুখান্নিষ্পদ্যতা ইতি।১০॥

তমৃগ্ভির্হ্বয়িতুংদধ্রে। বীতিহোত্রং ত্বা কবে দ্যুমন্তং সমীধিমহি অগ্নে বৃহন্তমধ্বরে বিদেঘ৩।১১।

স ন প্রতিশুশ্রাব। উদগ্নে শুচয়স্তব শুক্রা ভ্রাজন্ত ঈরতে তব জ্যোতীংষ্যর্চয়ো বিদেঘ৩ ইতি।১২॥

সহ নৈব প্রতিশুশ্রাব তত্ত্বা ঘৃতস্নবীমহে ইত্যেবাভিব্যাহরদথাস্য ঘৃত কীর্ত্ত্যাবেবাগ্নির্বৈশ্বানরো মুখাদুজ্জ্বাল তন্ন শশাক ধারয়িতুং সোঽস্য মুখান্নি-ষ্পেদে স ইমাং পৃথিবীং প্রাপাদ।১৩।

তর্হি বিদেঘো মাথব আস। সরস্বত্যাং স তত এব প্রাঙ্দহন্ন ভীযায়েমাং পৃথিবীং তং গোতমশ্চ রাহূগণো বিদেঘশ্চ মাথবঃ পশ্চাদহন্ত-মন্বীয়তুঃ ইমাঃ সর্ব্বা নদীরতি দদাহ তা ং হস্ম তাং পুরা ব্রাহ্মণান তরন্ত্য নতি দগ্ধাগ্নিনা বৈশ্বানরেনেতি ১৪॥

তত এতর্হি। প্রাচীনং বহবো ব্রাহ্মণাস্তদ্ধা ক্ষেত্রতরমিবাস স্রাবিতর-মিবাস্বাদিতাগ্নিনা বৈশ্বানরেনেতি।১৫॥

তদুহৈতর্হি। ক্ষেত্রতরমিব ব্রাহ্মণা উহি নূনমেনদ্যজ্ঞৈরসিষ্বদন্ত

নাপি জঘন্যে ঽমদাধে সমিধৈব ক্ষোপয়ন্তি তাবজ্জীত্তানন্তি দগ্ধাহগ্নি বৈশ্বানরেণ।১৬॥

সহোবাচ। বিদেঘো মাথবঃ কাহং ভবানীত্যত এবতে প্রাচীনং ভবনমিতি হোবাচ সৈষা প্যেতর্হি কোসল বিদেহানাং মর্যাদা তেহি মাথবাঃ।১৭॥

'ঘৃত' মিং অসিতা হাঙ্গৈবতনস্থ মৈবু চাকথংহল্লি হাঙ্গৈবা খংনবগীদমক্ষ মেদনা স্বামী অমা লীতুনা তাকই। স্বামী অতুদি মাসিনি,—মথুগী মচানিপা 'বিদেঘ' কৌবা অমা লৈরমই। মানা ভাইবংপানবা পুম্বগী ফননবা তৌবা মৈবু মচীনদা হাপতুনা থম্নমই। রহূগণগী মচানিপা গোতম কৌবা ঋষি অতুনা বিদেঘ নিংথৌগী পুরোহিত ওই। পুরোহিত ঋষিনা কৌবদা নিংথৌনা মানা পুরিবা মৈ অত্ত ভাখিগনি হাঙ্গৈতুনা খুমদবে।১০।

পুরোহিত ঋষিনা নিংলে, মাতুদি,— ঋগমন্ত্র মগাম সোন্দুনা, হাঙ্গৈতুনা বিদেঘ নিংথৌ অতুবু কৌগে, অস্তুম্না নিংলে, মাস্তুম্না পুক্নিংদা লেপ্লতুনা— "বীতিহোত্রং……" অসিনা হৌবা মন্ত্র অসি হাঙ্গৈবগা 'বিদেঘ৹' (১) অস্তুম্না কৌই।১১।

নিংথৌনা (খুমদরে) অতুগী মতুংদা ঋষি পুরোহিতনা অস্মাকস্থ— "উদগ্নে শুচয স্তব শুক্রা ভ্রাজন্তে তব জ্যোতী গুং ষ্যচযঃ বিবদেঘ৹॥" মাসি হাঙ্গৈতুনা কৌই।১২।

অতুম্না কৌতুনস্থ নিংথৌনা তাদে (খুমদে) পুরোহিত ঋষিনা অমোকস্থ "তত্বা ঘৃতস্রবীমহে" মন্ত্র অসি হাঙ্গৈবদা যাওরিবা 'ঘৃত' মিং অসি হেক ভাবদা তাইবংপানবগী ফনবতা তোলা মৈনা বিদেঘ মাথব নিংথৌগী মচৈন্দা লৈরম্বদগী মৈরি থোকতুনা মপান্দা থোরক্লে। নিংথৌনা মচীন্দা মৈ অত্ত পুবা শুমদরে। মৈনা নিংথৌগী মচীন্দগী মপান্দা থোকখিতুনা লৈপাকতা ভাথরে।১৩।

মতম অতুদা মথুগী মচা বিদেঘনা সরস্বতী তুরেনদা লুপতুনা মৈদা থাংলমই। মৈনা মফম অতুদগী হৌতুনা প্রাক্=নোংপোক (২) লোমদা

---

(১) মাসিদা "৹" অক্ষ অসি প্লুতস্বরগী খুদমনি। (২) প্রাক্=প্রাচী অসি সুমিংকী অহানবা থোকফম নোংপোক হাঙ্গৈবনি। সুমিংকী থোরকফম =মমাংলোম পুজমকপু নত্তে, ইষ্ট কার্ডিনেল পোইন্টস্থ নত্তে।

পৃথিবী পুম্বা সিন-থুংনা চাকতুনা চৎখি। ঋর্দ্ধগণগী মচা গোতমস্তু মথুগী মচা বিদেঘস্তু চাকৃতুনা চৎখ্রবা মৈগী মতুং ইন্দুনা চৎখয়ে। মৈ অতুনা— পৃথিবীদা লৈরম্বা তুরেল পুম্নমক চাকতুনা কংহনজি। অন্নাং চিঙদগী চেন-লকপী সদানীরা তুরেনবুদি মৈনা চাকথেকতুনা লানবা ওমখিদে। সদানীরা তুরেনগী নোংপোক্রোমদদি ব্রাহ্মণসীংনা লৈরমদে। তাইবংপানবগী ফনবা তৌবা মৈনা মফমসীং অতুবু চাক্লমদে। মৈনা চাক্তবা লমনি, অতুনা— ব্রাহ্মণনা লৈরমদে।১৪।

অতুগী তুংদা হুজিক্তি নোংপোক (প্রাচী) কৌবা লমদা ব্রাহ্মণ মযাম্না থাদোকপা লৈত্তনা লৈরে। মবম অসিদগী হুজিক্তি লম অতু লম অখোইবা লমরেন গুমলে। মমাংঙৈদদি বৈশ্বানব- তাইবং পুম্বগী ফনবা তৌবা মৈনা মযম অতুদা চাক্তরিবা ওইতুনা মফম অতুদা তৌবা দান, ধর্ম্ম পুমনমকনা চফু অকাইবদা হাপ্না ঘীগুম্না মহৈ মাংই।১৫।

হুজিককী মতম অসিদদি অফবা লম ওইবে, মাঙোম্দা ব্রাহ্মণ মযাম লৈরে ব্রাহ্মণসীংনা লৈতুনা মফম অতুদা যজ্ঞ তৌবদগী বৈশ্বানর কৌবা মৈনা লম অত্র শেংদোকলে। সদানীরা কৌবা তুরেননা কালেন থাগী চাক-লবা মহাও য়াওদ্রবা মতমদস্তু মাঙোম্দা ঈশিং যামনা লৈবা মরম্না সাঙ-ছনতা লৈরমই। তাইবং পুম্বগী ফনবা তৌবা মৈবু মাগী অইংবনা থৎতুনা থম্লমই। মতম অতু ফাউবা মৈনা লম অতুবু শেংদোক্লমদে।১৬।

(মাস্থম তৌতুনা মৈনা লৈপাক পুম্নমক চাকপা লোইয়বদা) মথুগী মচা বিদেঘনা মৈদা হংই,—"ঐ কদাইদা লৈগদগে?" মাতুদা মৈনা খুমই, "ইত্যন্ত এব তে প্রাচীনং ভবনমিতি।"— মাসিমক্তদগী হৌতুনা "প্রাচীন ভবনম্"—স্তুমিৎকী অহানবা থোকফম— প্রাচীন ভবন অসি মৈ নহাককী লৈফমনি।" মাস্থমনা মৈনা খুমই। হুজিক ফাউবা সদানীরা তুরেন অসিনা কোসল অমস্তু বিদেঘ লৈপাককী লমথৈ ওইনরি। মরম অসিদগী (মৈনা মংগীনি, হাঙ্গৈনা তাকপদগী) মাখোই অতুস্তু (প্রাচীন ভবনস্তু) মাথব—মথুগী মচাগী লম ওাক্তনি।১৭। *

---

* সদানীরা তুরেনবু কনাগুপ্বসীংনা 'গণ্ডক' তুরেমনি, হায়ি। যাস্তু চুমদে।

পুরাণ স্মৃতিগী কথাসে শতপথ ব্রাহ্মণদা হাঙ্গৈবা শ্রুতিগী আখ্যাযিকা অনিগী তুলনা মূলক সমালোচনা তৌবদগী মখাদা ইখিবা অর্থ অসি যংলে মাদুদি,—

## শ্রুতিগী অর্থ।

অঙানবা মৈরী থোক্তবা মৈবু শ্রুতিনা মাগী হকচাং যাওদরি হাঙ্গৈদুনা বিদেঘ কৌই। মৈবু সিড তক্রবদগী থোকই হাঙ্গৈদুনা মথুগী মচা—মাথবম্থ কৌই। মৈরী থোক্না চান্নবা অঙানবা মৈবু মাঙোন্দা হোম তৌই হাঙ্গৈদুনা মাবু বেদনা পুরোহিত কৌই (ঋগ্ ।১।১ অগ্নিমীলে পুরোহিতম্)। মবম অসিনা অঙানবা মৈব থোক্রনা মৈবু শ্রুতিনা আখ্যাযিকা অসিদা হাঙ্গৈবি,—"ঋষি গোতমনা বিদেঘগী পুরোহিতনি।" (গোতমঃ=মঙান অথোইবা=যামনা ঙানবা=মৈবী চাওনা থোন্নবা মৈ=মৈবং অবাবনি) অমসু মৈগী হকচাংদি মহাককী ওরাবা মঙান্না ওই। মাদুনা থুপতুনা লৈবা মৈরী থোক্তবা মৈবু শ্রুতিনা বহুগংগী মচ বাক্তগণ কৌই।

হোম তৌরমদাইদা মৈবু মৈব থোকনা চক্রবর্গ দম ৫ পুরোহিতনা সামধেনী মন্ত্র সোন্দুনা চিনন ফু যু কামই। মতম ওদুদা মৈ তৌদ্রবদি পুরোহিত মৈ কাম্বনা সাওনিংই।

অমমনা "করতোয়া সদানীবা" অস্তমনা হাঙ্গৈ। মহাভারততা জরাসন্ধ-হাৎপা শ্রীকৃষ্ণ, অর্জ্জুন অমসু ভীমনা চৎপদা গণ্ডক অমসু সদানীবা তাবন অনি থোকনা হাঙ্গৈ, তাবন অনি অদু যামনা লাপনা লৈবা ওইনা হাঙ্গৈ। শতপথগী খ্বাবী অসিবু রেবরনাচিংবা ইউরোপিয়ান স্কোলারসীংনদি অতি রঙ্গক ওইবা মবমনা ঐতিহাসিক তত্ত্ব হাঙ্গৈ। মাখোইনা হাঙ্গৈ,—ভারততা আর্যসীংনা খুন সন্দোকপগী কাল্পনিক কথানি হাঙ্গৈ। মাখোইনা হাঙ্গৈ,—ভারততা আর্যসীংনা খুন সন্দোকপা অসি মথাং অহুম্নকনি। অহানবদা—পঞ্চনদ প্রদেশ কাউবনি। অনিশুবদা সদানীবা—করতোযা ঘাউবনি। অহুমলক শুবদা নোংপোক গোখ। সদানীবাদি করতোযানি, বগুড়া জেলা অসিনি। মাগী নোংপোকতি যুমফাল মণিপুরনি। মফম অসিদি ব্রহ্মাবর্ত্ত-বুম যুমফালনা হায়নি।

"ত্বা ঘৃতস্নবীমহে"—"অদুদি নঙোন্দা ঘী হৈব্রগে" অসি হাঙ্গৈবা ঋগ্‌মন্ত্র অসি সোন্দুনা মৈদা ঘী হৈহুনা কামই, মাহুদা মৈনা ফুং হেক হোৌহুনা মৈরী হেক থোকই। মাসিবু শ্রুতিনা— "বিদেঘ নিংথৌগা পুরোহিত—গোতম ঋষিগা কৌবা খুমদে" হাঙ্গৈনা থৎনবা ওইনা আখ্যায়িকা অসিবু লেংথোকপনি।

ব্রাফম অসিবু শ্রুতিনা হাঙ্গৈবি,— মথুগী মচা বিদেঘনা মচীনদা মৈ উমহুবা লৈ। মাগী পুরোহিত রহুগণগী মচা গোতম ঋষিনা বিদেঘবু কৌই (কামই), বিদেঘনা খুমদে (মৈরী থোক্তে— মৈ হোৌদে)। পুরোহিতনা নিংলে,—বিদেঘগী মচীন্দা লৈবা মৈবু ঋগ্মন্ত্র মযাম সোন্দুনা লৈসি লৈথোনলগা কৌগে নিংলে। মাস্তুম তৌহুনা গোতম পুরোহিতনা ঋগ্মন্ত্র সোন্দুনা 'বিদেঘ' হাঙ্গৈনা কৌই (কামই), খুমদে (মৈ হোৌদে), পুরোহিতনা সাওনিলে। "ত্বা ঘৃতস্নবীমহে"—"অদুদি নঙোন্দা ঘী হৈবগে" ঋগ্মন্ত্র অসি সোন্দুনা ঘী হৈবগা 'বিদেঘ' হাঙ্গৈনা ঘ দা লৈবা অ কাববু প্লুত ওইনা (সাংনা হাঙ্গৈহুনা) কৌই। মৈ ফুং হেক হোৌই। মাহুবু শ্রুতিনা অতিশয়োক্ত অলঙ্কারদা হাঙ্গৈ। বিদেঘগী মচীন্দা লৈবা মৈনা 'ঘী' মিং অসি হেক তাবতদা হেক হোৌই। মাস্তুম তৌহুনা হোম তৌনবগী দমক মৈ চাকখৎহনবাবু নিংথৌ বিদেঘ মাথৌ, যজমানবু গোতম রাহুগণ পুরোহিতন—কৌবা খুমদব॥ রাথোক ওইনা থোক্তিন্দুনা শ্রুতিনা আখ্যায়িকা অসি সেমদোকপনি।

মাসিদা খ গদবা ব্রাফম অমদি—ঋগ্‌ ৩।২৩।৪ দা হাঙ্গৈ, মাহুদি,—পৃথিবীগী খোঙ্গৈদোনা মশক ওইবা মুমিৎকী অহানবা থোবফম প্রস্তোকস্ যুমফাল মণিপূবদা ইখ্বাইমক্তগী ফহান হান্না মীওইবনা মৈ ফংই, মৈ অহুদা ইখ্বাইমক্ত॥ অহানবদ শাওইবনা হোম তৌই, অমস্তু মফম অহুদা মৈ অহুনা লেংদনা লৈ, মতুংদা কোম্না দৃষদ্বতী, আপযা অমস্ত সরস্বতী তুরেনসীং—অসিগী মনাক্তা লৈবা ব্রহ্মাবর্ত কৌবা লমদমদা কোম্না চংখিবনি। ব্রাফম অহু কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসন (ঋগ্‌ ১০।১২৯১ গী) ব্যাখ্যা তৌহুনা মুমিৎনা ইখ্বাইমক্তগী অহানবা থোকখিবা মফম তাকপদা হাঙ্গৈখবে। ঐথোইনা লৌখৎখ্রবনি, মাহুদি,— "হুতং যতো মখে হব্যং সর্পতে সর্বতো দিশম্॥৫॥"

অসিনি। শতপথগী আখ্যায়িকা অসিনা হাঙ্গৈরিবা অসিদি য়ুমফাল মণিপুর-দগী ব্রহ্মাবর্ত্তদা চৎখিবা মৈনা অমোক নোংপোক্লোমদা সন্দোক্লকপগী ৱাকপি। ৱাকপ অসি থংনবগী দময়ক শতপথগী শ্রুতিনা হাঙ্গৈরি, মাহুদি.— বিদেঘগী মাথবগী মৈনা হোত্তনা পৃথিবী পুম্নমক থন্না চাকখরে, মৈশা অহু থাংবা— ওয়দহুনা বিদেঘ নিংথৌনা সরস্বতী তুরেন্দা লুপতুনা থাংভি।

বেদগী ধর্ম্ম অহানবা হৈাম কৌবা ধর্ম্মনা সরস্বতী তুরেন্নাচিংবগী মনাক-তগী হাঙ্গৈবদি ব্রহ্মাবর্ত্তদগী পৃথিবীদা অতৈ অতোপ্পদা সন্দোকখি। মাহুন্না সন্দোকপদা অহানবদা অৱাংথংবা ভারততা আর্য্যাবর্ত্ত পুন্বা সিনবা থুংনা— সন্দোকই। অহুগী মতুংদা অতৈ অতোপ্পদা কোন্না সন্দোকই। মাস্থমনা সন্দোকপদা ব্রহ্মাবর্ত্তদগী হোমনা মুমিংকী অহানবা থোকফম পৃথিবীগী— নাভিস্থান—মণিপুর তন্না চৎখি. অস্থমনা শ্রুতিগী আখ্যাযিকানা তাকলি। মাহুদি,—‘ প্রাগদহন্ ন ভীয়াবেমাং পৃথিবীং ” অসিনি। মৈনা মফম অসি দগী প্রাক্—নোংপোকলোমদা পৃথিবীবু সিন-থু'না চাকতুনা চৎখি, অসিনি। মাস্থম তৌহুনা হোমনা আর্য্যাবর্ত্তদা মথং মথং সন্দোক্লকপদা সদানীরা তুবেনগী নোংচুপ থংবা ফাউবা সন্দোক্লগা নোংপোক থংববুদি সূর্য্যোদয়গিরি মাহু— হাঙ্গৈদ্রগা যুমফালবুদি যৌবমদে, মতম থরা পন্দুনা লৈরমই। মাহুবু শ্রুতিগী আখ্যায়িকা অাসনা হাঙ্গৈবি, মাহুদি—মৈনা চাকপদা নোংপোক্লোমদা মথং মথং মথং লাকপদা সদানীরা তুরেনবুদি ৱাংমা লানবা ওমদয়ে।

সদানীরা তুরেনগী ৱাংমা—মমাং অহুবুদি মৈনা চাক্তে। ব্রাহ্মণসীংনা যজ্ঞ তৌহুনা মৈনা শেংদোক্তবা লমনি, অমাংবনি, লম অহুদা দান, ধর্ম্ম তৌবদি মাংই, হাঙ্গৈবদি মৈগা লোইনবকপা নিংথৌ বিদেঘ মাথব অমসু গোতম রাহুগণনা চক্তে—য়ৌদে অস্থমনা হাঙ্গৈরি।

তৌইগুম্বসু সদানীরাগী মমাংলোমদা লৈবা পৃথিবীগী নাভি— খোঙ্গ-দৌ, মুমিংকী অহানবা থোকফম প্রাচী—নোংপোক লৈপাক লৈ। মৈনা ব্রহ্মাবর্ত্তদগী লাকপদি মহাকপু তমত্তনা লাকপনি। মরমদি— মফম অহুদা মীওইবনা ইথ্রাইমক্তগী ইহান হান্না মৈ ফংখি, হোম ধর্ম্ম তৌখি। অতৈ মফমদনা কোম্ন তৌখিবনি। মাস্থম তৌহুনা মফম অহুদা হোমগী মৈনা মুংপা লৈতনা লেংদনা লৈ। মরম অসিনা শ্রুতিনা আখ্যায়িকা—ৱারী অসি

হায়রিবনি। মাহুদি "তম্নইহেতর্হি" না হৌবা ১৬ সুবা শ্রুতি অসিনি। হুজিকী মতমদদি অকবা মকম ওইরে, ব্রাহ্মণ ময়াম লৈরে। ব্রাহ্মণশীংদো লৈতুনা মতম তৌবদগী বৈশ্বানর অগ্নিনা লম অহুবু শেংদোকলে, হায়বনা—মুমিৎকী অহানবা থোক্কম প্রাচীগী লম—য়ুমফাল মণিপুরবু হায়বনি। য়ুমফাল হায়বদি কংলৈতবুনি। অহানবদা মণিপুর অসি অহুম থোক্না খাইরমই। মাহুদি,—অরাংথংববু কংলৈ (য়ুমফাল), ময়াইথংবনা থুমন অমসু মথাথংবদু মোইরাং কৌরমই, হুজিকস্তু মুন্তরি।

অহুগা শ্রুতিনা হায়বা—"সাপি জঘন্ত্যে" না হায়বা সদানীরা তুরেনা কাশেনগী চাক্লবা মহাও য়াওদ্রবা মতমদসু মাঙোন্দা ঈশিং য়াম্না লৈবা মরম্না সাওহনতা লৈরমই। তাইবং পুম্বগী ফনবা ওইবা মৈবু মহাককী অইংবনা থৎতুনা থম্লমই। মতম অহু ফাউবা মৈনা লম অহুবু শেংদোক্লমদে, অসুম্না হায়বনা সদানীরা তুরেনগী মমাং মণিপুর নত্তবা লমদা হোম তৌদবা মফম্বু হায়বনি।

মাসুম তৌহুনা বেদগী হেম কৌবা ধর্ম্মনা ব্রহ্মাবর্তদগী লাকপদা—সদানীরা তুরেন মপান্দগী মণিপুরদা চৎখি, অসুম্না শ্রুতিনা হায় (সহোবাচ বিদেঘ .....। ৬। মথুগী মচা বিদহনা মৈদা হংই,—"ঐ কদাইদা লৈগদগে?" মাসিদগী প্রাচ ভু(ভ)বন= নোংপোক কৌবা লম অসি নংগীনি, মাসুমনা মৈনা হায়। মাসিদগী খংলে,— প্রাচীন ভুবনদি হায়না মৈগী—অহানবা থোককম, লৈফম অমসু ঈড়াংফম্নি। মরম অহুদগী শ্রুতিনা প্রাচীন ভুবনদি মৈ নংগীনি হায়বনি, অমসু মাসিদা শ্রুতিনা অমোক হন্না হায়বগী ভাবতি, নোংপোক্তগী মৈ যোকপা ধর্ম্ম সন্দোকপা কোম্না লাকপা অসিনা হান্না কংলৈদা লৈরম্বা মৈ লাৎপগা তিনসিন্নাখ হায়বসু থংহনলি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অমোকসু হায়রি, মাহুদি— "সৈষা পোতর্হি কোসল বিদেঘানাং মর্যাদা তেহি মাথবাঃ।"—হুংক্রক কাউবা সদানীরা তুরেন অসিনা কোসল অমসু বিদেহ লৈপাককী লমথৈ ওইনা লৈরি। মরম অসিদগী—(মৈনা বিদেঘগা নংগী ন. হায়না ভাকপদগী) মাখোই অমম্না তে (প্রাচীন ভুবন পুম্বমক অহুসু মাথব=মথুগী মচাগী লম ভাকনি, অসিনি। মাসিদগী খংলে,—প্রস্রোকস্=প্রাচীন ভবন=য়ুমফাল।

## প্রকৃতিগী অর্থবু মিতৈগী পুরাণনা নিংসংবা।

অসিকথা প্রকৃতিসিং অসিবু মিতৈ পুরাণনা নিংসংই, মাচদি মিতৈগী পুরাণনা হায়ী,—অদাই পুরৈরোম্বনা ময়াদা নোংজুম উমহুনা চংপবু লাইনা হুন্না কাবিদো? মচানদা উম্বা অদো? হায়না হংই, কোই। মহাক্কী ভুংদা মাসিদি মচান্না পোংস্থ উমহুনা পুই, মরৈস্থ লোমই, ম্বা থাংদে, অসি হায়হুনা মাবু মিং ( পুরৈরোম্বা ) অসি থোনবনি।

মতম অমদা থাইনা নিপা অমা কংলৈদা লাকই, মানা হায়রে,—"ঐদি নিংথৌনি, ইঅংদি পুরৈরোম্বা কোই, নি থৌ ওইগে" হায়। মতম অদুদা মিতৈ নিংথৌ পাথংবদি কোইথি, লৈতে। লৈপাক্না 'করে' হায়হুনা হায়রে—পুরৈরোম্ববু কংলৈগী নিংথৌ হাপলে। থরা লৈরগা নোংমাই নিংথৌ চিংশোনবা কৌবা নিপা অমা লাক্লে। মানা হায়ররে,—"ঐগী ইনাওনিপা অমা অসিদা নিংথৌ ওইহরি, হায়না তাই। মাবু উনগে, ঐদি মীংবে—হায়হুনা থিবা লাকপনি।" অসি হায়রে। লৈপাকনা— "পুরৈরোমবদি মচিন মনাও লৈতে, হায়। নংবু থাজদে।" অসি হায়না খুমলে। সামু মাইসা থাজিন্দুনা পরীক্ষা এগে হায়রে। সামু থাজিন্দুনা এংনবদা সামু মাইসানা ময়া লৈপাক্তা থৈনিন্দুনা চিংশোনববু উংগা খুকমই। মকোকতা হাপতুনা পুরে, লৈপাকনা থাজরে। 'নং নি থৌ ওইরো" হায়রে। চিংশোনবনা য়াদে। "ঐদি ইনাও উনবা লাকপনি, নি থৌ ওইবা লাকপা—নত্তে" হায়রে। লৈপাকনা—"অদুদি নখোই অানমক নিংথৌ ওইয়ু" অসি হায়রবদা পুরৈরোম্বস্থ চিংশোনবস্থ অনিমক নিংথৌ ওইরে। পাথংবা—হল্লকলে। মানা পুরৈরোম্বা অমস্থ চিংশোনবা অনিমকপু হাৎকে হায়হুনা তাস্লোকখি। মাখোই অনিমক্না লোংমাইচৌডদা কাদুনা পানখি; হাননগী মতোমদা তিনখি।

ঐথোইনা মথক্তা লৌখংলিবা মিতৈ পুরাণগী ম্বারী অসিগা শতপথগী আখ্যায়িকাগা থান-হনা এংবদগী শতপথ ব্রাহ্মণগী ম্বারী অসিগী অর্থ থংবা ঙমদে। মৌবিজ্ঞানিমক মশা অমত্তন। পুরৈরোম্বা অসি—বিদেখ মাথবদি, মাদি মৈরী থোক্না চাক্তবা মৈনি। লাইসোংনা গোতম পুরোহিতনি। মতম তৌমদবগী মৈ মাথবংলদা মৈরী হৌদবা অফবু কৌবা খুমদে, হায়বনি।

অন্বয়ানুবাদ :— বায়োঃ ( হে মুংশিৎ ও ! ) সুত সোমাঃ ( অভিষুত— অভিযবনাচিংবা সংস্কারগী মশক ওইবা থবক তৌতুনা শেংদোক্লবা সোমরস-গা লোইনবা ) অহর্বিদঃ ( নোংমগী মশক খংবা হাঙ্গৈবদি নোংমদা তৌগদবা অগ্নিষ্টোমনাচিংবা ক্রতু খংবা, হাঙ্গৈবদি ক্রতু হৈবা ) জরিতারঃ ( লৈসি লৈ-থোনবাসীং—ঋত্বিক, যজমাননাচিংবাসীংনা ) অচ্ছা— অচ্ছত্বাম্ ( অরুবা— মহাকপু ) উক্থেভিঃ ( লৈসি লৈথোনবা ব্বাহৈ অমসু মন্ত্র থিবিক্লা ) জরন্তে ( লৈসি লৈথোল্লি ) ।২।

অনুবাদ :—হে মুংশিৎ-ও ! শেংদোক্লবা সোমরস পাইতুনা যজ্ঞতৌবা খংবা, লৈসি লৈথোনবা হৈবাসীংনা অরুবা নহাকপু নিংথিবা ব্বাহৈনা থা-গৎতুনা লৈসি লৈথোল্লি ।২।

বায়ো তব প্রপৃঞ্চতী ধেনা জিগাতি দাশুষে।

উরূচী সোম পীতয়ে ।।৩।।

অন্বযানুবাদ ঃ— বাযো ( হে বাযু ) তব ( নহাক্কী ) প্রপৃঞ্চতী ( সোমগী মগুণ যাম্না থাগৎপা ) উরূচী ( সোমযাগ তৌবাসীংবু থাগৎপা ) ধেনা ( ব্বা-হৈনা, যাথংনা ) সোম পীতযে ( সোমপান তৌনবগী দমক ) দাশুষে ( সোম পীথককে হাঙ্গৈতুনা থাজহনবা যজমানগী মফমদা ) জিগাতি ( চৎলি ) ।৩।

**অনুবাদ** ঃ— হে মুংশিৎও ! নংনা সোমগী মগুণ থাগৎতুনা সোমযাগ তৌবা মীবুসু থাগৎতুনা সোম থকে হাঙ্গৈবগীদমক সোম পীথক্কে হাঙ্গৈতুনা নংবু কৌরিবা যজমানগী মফমদা চৎলি। ৩।

ইন্দ্রবায়ূইমেসুতা উপপ্রয়োভিরাগতম্ ।

ইন্দ্র বোবা মুশন্তিহি ।।৪।।

**অন্বয়ানুবাদ** :—ইন্দ্রবায়ু ( হে ইন্দ্র অমসু হে বায়ু) ইমে (সোমসীং অসে ) সুতাঃ ( সেমলে ) প্রয়োভিঃ ( ঐখোঙ্গী পীনবা চীঙ্গাক ময়ামগা লোইনাতুন ) উপআগতম্ ( ঐখোঙ্গী নাক্তা নখোই অনি লাও ) হি

(মরমদি) ইন্দবঃ (সোমসীং অসিনা) বাম্ (নখোঙ্গী অনিবু) উশন্তি (পামলে)। ৪ ॥

**অনুবাদ** :—হে ইন্দ্র! অমসু হে বায়ু। সোমরস মযাম অসে ঐখোঙ্গীনা নখোই অনিগীদমকনি, হাঙ্গীতুনা সেমলে, মবন অসিনা নখোই অনিনা ঐখোঙ্গীদা পীনবা চীঙ্গাক মযাম পুডুনা ঐ... ... পাক‌ে, মবমদি,— সোমরসসীং অসিনা নখোঙ্গী অনিবু পামলে। ৪।

ব্যাখ্যা-ঋক্ অসিদা ইন্দ্র অমসু বায়ু দেবতা অনিবু লাও হাঙ্গীতুনা কৌবি, মাসিদগী খংবা ঙমই, দেবতা অনিসি, চান্নবা, লৈমন্নবা, ওইনা মন্ত্র অসিনা ফো দোকই। বায়ু দেবতাদি বেদগী দেবতা অমনি, হাঙ্গীবাতনি, বেদদা মাতুপ যাম্না মাবু হাঙ্গীদে, অতুগা বেদগী দেবতা পুম্নমক্কুগী ইন্দ্রবুনা যাম্না ইহেন হেন্না হাঙ্গী। * ইন্দ্রগা বায়ুগা অনিগী লৈমন্নবা চান্নবগী মবমদা পৌরাণিক কথা অমা লৈ। ইন্দ্রনা অদিতীগী মচানি. দিতীনা অসুরগী মমানি। মাখোঙ্গী অনিমক মচিন মনাওনি অমসু কাশ্যপকী মতুনি।

অদিতীগী মচানা লাইনি, দিতীগী মচানা হি চাবনি। লাই, হিংচাবা অনি অসি খৃৎকন পাঙ্গনবদা হি চাবনা হেল্লি, লানদি লাইনা হেক্তা ঙমই।

* বেদগী অর্থ খংনবগীদমক ঋষিসিংনা বিচ্ছাবু মখল তবানিপান থোক্লা খাইদাক্লমই, মাখোঙ্গী অতুগা মনুংদা মখল অমতং ব্রাৎপনা বেদগী অর্থ খংবা ঙমদে। মাতুগী মন্তু দা পুরাণ অমসু ইতিহাস লাইবিক মখল অনি অসি বেদগী অর্থ খংনবগী মরওইবা বিচ্ছানি, তৌইওমসু ইতিহাস হাঙ্গীরগা হিস্টোরি হাঙ্গীনা খনাবিবা অতুদি নত্তে, যথার্থ কাল্পনিক কথা (Mythology) অর্থ হো দোকপা সাদনবা খংহন্দনা মন্তু দা থম্নগা মপান্দা রাবি অমা শেমতুনা হাঙ্গীবাবু পুরাণ কৌই ইতিহাস কৌবদি "ধর্ম্মার্থকাম মোক্ষাণামুপদেশ সমন্বিতং। পূর্ব্ববৃত্তং কথা যুক্তমিতিহাসং প্রচক্ষ্যতে॥" সগোলমন খোংনাং অহোৱিদা অহিং আথংবদা শান্নসি থোবকউ, হাঙ্গীক-ববদি লাই অমা থোরক্লুনা মুক্না হেক্তা সান্নে, হাঙ্গীনৈ, কনানা তৌকই, রাদি মাগা সান্নে, তৌখি, হাঙ্গী, চান্নবা ঐনা হেক উই, হাঙ্গীবুদি লৈতবা অদু ঐতিহ্য কৌই—মাদু হাঙ্গীবা লাইবিকপু ইতিহাস কৌই।

অস্থম তৌহ্নুনা দিতীগী মচাপুম্বা লাই শ্ববাবেন্দনা হাংলবদা দিতীনা লাই হাংনবা মচা অমা পোক্কে হাঙ্গীহ্নুনা মপুবোইবা কশ্যপতা বব নিহ্নুনা গর্ভ পুবে। মাসি অদিতীগী মচা ইন্দ্রনা খংলহ্নুনা মমাগা পোকমিন্নবী দিতীগী গর্ভ থুগাইগে হাঙ্গীহ্নুনা মচা অফবা পোক্লবা ব্রত তৌরিবী দিতীবু ইন্দ্রনা সেবা তৌহ্নুনা সংহ্নুনা লৈ। দিতীগী গর্ভ অদু অকাইবা লৈতহ্নুনা ইন্দ্রনা গর্ভ থুগাইবা ওমদবে। নোংমদি গর্ভ মপুং ফাবক্লবা মতমদা গর্ভ অদু— পোক্কদবা নকশিল্লক্লবদা দিতীনা গর্ভগী বেদনানা চোকথ হুইথরকতুনা খংহৌ-দনা ফমুংদা মোনখাংফমলোমদা খোঙ কাওহ্নুনা, কোকনা থুযাবোমদা ওন্দুনা ওাহাক্তুং উংরোবোন তুমলুবে। মতম অদুদা দিতীনা বাহিপ লান্না হিপপগী মাংলিঙে মতমদা ইন্দ্রনা ব্রতগী অংহোবা ফংলহ্নুনা মমাগী গর্ভদা চংহ্নুনা— গর্ভদা লৈবিবা অঙাং অ৭ মতুপ তংবেৎ থোকনা ককথংলে। ব্রতগী পাং-গননা অঙাংসীং অদু সিবিদরে। মাখোই তংবেৎনা গর্ভ মনুং অদুদা মখূৎ লোন্নহ্নুনা ইন্দ্রদা "ঐখোইবু হাংপিগনু" হাঙ্গীজে। ইন্দ্রনা— "ইনাও-সা! ব্রাগন্নু, নখোইগী ফনবানি" হাঙ্গীহ্নুনা অমোকসু অমামন্মু তবেৎ তরেৎ থোক্লা হাঙ্গীবদি নিযুমাপন থোকনা ককথংলে, মাখোই নিফুমাপনমক অঙাং অমামম ওইরে। মতম অদুদা অঙাংসীং অদু পোকপা মতম ওইবহ্নুনা ইন্দ্রগা— লোইননা মাখোই যাথ্রে চপ মান্ননা দিতীগী গর্ভদগী পোকলে। দিতীনা মচা মযাম অদু উবে। ইন্দ্রনা হাঙ্গীজবে—"ইমা! ঐবু ঙাকপিযু, ইমানা কোকওন লান্না হিপতুনা মাংবা উহ্নুনা ঐনা ইমাগী গর্ভদা চংহ্নুনা গর্ভ অদু বক্লনা ককথংলি, ইমাগী ব্রতগী পাঙ্গননা কনমনখরহ্নুনা মাখোই লোইনামক হিংলে।" বা অদু তাবদা দিতীনা হাঙ্গীবে,— "ঐনা ব্রত কাইহ্নুনা মাংহ্নুনা গর্ভগী ফস্তবা থোক্কদববু ব্রতনা কনমন্দুনা ইচাসীং অসি হিংলবনি, ঐগী— ইচা নিফুমাপন অসি বাযু (মুংসিৎ) নিফুমাপননি। মনাওসীং অসি নহাক লৌজরো, সিদবা নাদবা থুংকন পাঙ্গনবনি।" অসি হাঙ্গীহ্নুনা দিতীনা অদিতী গী মচা ইন্দ্রদা পীবকই, অদুনা বাযুগা ইন্দ্রগা যান্না চান্নে। মরম অদুনা বাযুবু ইন্দ্রগা লোইননা ঋগ্মন্ত্রনা লাও হাঙ্গীহ্নুনা কৌই। মবমদি বাযু— মুংসিৎ কৌবা লাইনা ইন্দ্রগা মীৎনা কুপ্পদমু থাদোক্লদে। মাখোই অনিনা হেক থাদোক্লবগা তাইবং অসি প্রলয তৌগদবনি। মাসিদা থংজিনগদবা

লৈরি, মাতুদি,—বায়ু—মুংসিৎ হাঙ্গবা বেদগী লাই অসিদি করিনো ? হাঙ্গনা এখোইনা অমোক থিব্রবসু মী পুন্নমকনা ইথং খংনৈ। মাসুম তৌবদা—বেদগী হৌগৎপদা ঋগ্মন্ত্র মাপননা 'অগ্নি=মৈ' কৌবা লাইবু তাকখরে। মাতুদসু মৈ কৌবা লাই অতু করিনো ? হাঙ্গনা এখোইনা করিমত্তা থিব্রবসু বায়ু কৌবা লাইবু মশক খংবগুন্না মৈবুসু এখোইনা ইরাই লাইনা খংলে। আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসিদা ইন্দ্র হাঙ্গবা লাই অসিবুসু এখোইনা মশক খংদবা য়াদে। মরমদি বেদনা হাঙ্গবা লাইসীংগী মমুংদা ইন্দ্রবুনা ইহেন হেন্না য়াম্না হাঙ্গ। অতুনা পুরাণনা ইন্দ্রবু লাইগী নিংথৌনি, অসুন্না ব্যাখ্যা তৌই। খুদমগী দমক হাঙ্গরবদা—অতি সুপ্রাচীন দেশ—প্রত্নৌকস্—য়ুমফাল মণিপুর গী সুপ্রাচীন জাতি মিতৈসীংনা প্রাচীনকালদা উপাসনা তৌরম্বা দেবতা ময়াম লৈ। মাখোই লাই মরাম অতুগী ইন্দ্রনা মপু ওইনা লাৎলমই। এখোইনা আগ্নেয়সূক্ত ব্যাখ্যাদা লৌথৎখরে,—ইন্দ্র অতু মিতৈলৈপাক্তা পোকই, চাওই অমসু মাবু লাইগী নিংথৌ হাপ্পগী অভিষেকসু মণিপুরদা তৌখি, হাঙ্গ। মরম অসিনা হুজিক ফাউবা মিতৈসীংনা করিগুম্বা দেবতা অমগী ঈড়াৎপদা—"হে লাইনিংথৌ !" অসি হাঙ্গতুনা ইন্দ্রনি হাঙ্গনা লাই অদুবু চাওখৎনবা, পেন্নবা কৌই। মাতুগী অর্থদি ইন্দ্রবু মতিক মগুণ চাওবগী অর্থদা সিজন্নৈ অতুনদি ময়েকনা তারে,— মিতৈগী মততসু লাই পুম্বগী নিংথৌদি ইন্দ্রনি, হাঙ্গ। মাতুদি,—"হে লাইনিংথৌ ৱাংবরেণ-ও !" অসিনাচিংবনি। বেদদা ইন্দ্র হাঙ্গবগী অর্থদি—ঈসিং পীবা=নোং তাহনবা হাঙ্গবনি। মিতৈরোন্দসু 'ইনথৌ'=ঈসিং পীবা হাঙ্গবনি, মানা অতিয়া অহাংবদা লৈতুনা পৃথিবীদা বীর্যগী মশক ওইবা ঈসিং পীববু ইন্দ্র কৌই, মাতুদি ইন্দ্রসু অতিয়া অহাংবদা লৈ, মুংসিৎসু অতিয়া অহাংবদা লৈ। অতুনা আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসিদা বায়ু—মুংসিৎ অমসু ইন্দ্র—শ্বরারেন্দগা পুন্না হাঙ্গতুনা মন্ত্র অসিগী অপুনবা দেবতা ওইনা হাঙ্গবনি ।৪।

—:(0):—

বাযবিন্দ্রশ্চচেতথঃ সুতানাং বাজিনীবসূ।

তাবাযাতমুপদ্রবৎ। ৫।

**অন্বয়ানুবাদ** :—বাযো ( হে বায়ুও—হে নুংসিৎ। ) ইন্দ্রঃচ ( ইন্দ্রনে নুংশিৎ নংনে অনিনা ) সুতানাম ( সুমচুনা শেল্লবা সোমবসগী মখল অসি) চেতথঃ ( খ উ ) বাজিনাবসূ ( চাননবা যাওবা হব্যদা লৈবা হো অনি। ) তৌ ( অদুগুম্বা—নুংসিং অমসু ইন্দ্র নখোই অনিনা ) দ্রবৎ ( থুনা ) উপ আযাতম ( নাক্তা লাও )। ৫।

**অনুবাদ**—হো নু সিৎও। ইন্দ্রনে নুংসিৎনে নখোই অনিনা নি থিনা সেমদোক্লবা সোমরসগী মখল মখল অসি যেংউ, চান্নবা যাওবা হব্যদা লৈবা হো অনি, অদুগুম্বা নখোই অনিমক থুনা নাক্তা লাও। ৫।

রাযবিন্দ্রশ্চসুম্বত আযাত মুপনিষ্কৃতম্।

মক্ষিত্থাধিযানবা॥ ৬॥

**অন্বয়ানুবাদ** :—বাযো ( হে বায়ু। ) ইন্দ্র' চ (ইন্দ্রন নখোই অনিনা) সুম্বতঃ ( সোমরসবু নিংথিনা সেমদোক্লবা যজমানগী ) নিস্কৃতম্ ( নিংথিনা শেংদোক্লবা সোমগী) উপআযতম্ ( মনাক্তা লাউ ) নবা ( হে নিপা অনি) ধিযা ( থবক অসিনা ) মক্ষু ( থুনা পাংথোক্লনি ) ইৎথা ( অওইবনি )।৬।

**অনুবাদ**—হে বাযু অমসু হে ইন্দ্র। সোমবস পীবা যজমানগী সেদোক্লবা সোমবসগা নাক্তা লাউ, হে নিপা অনি - নখোই অনি লাক্লবদি থবক অসি থুনা পাংথোক্লনি, অওইবনি। ৬।

মিত্রং হুবে পূতদক্ষং বরুণংচ রিশাদসম্।

ধিযং ঘৃতাচীং সাধন্তা॥৭॥

অন্বযানুবাদ :— পূতদক্ষম্ ( অশেংবা পাঙ্গন কনবা ) মিত্রম্ ( মিত্রবু ) রিশাদশম্ ( থরাই পানবা হাৎপবু মানা হাৎপা ) বরুণম্ চ ( বরুণবুসু ) হুবে

( ঐনা কৌই,—তৌরিবা থবক অসিদা হবি পীগে হাঙ্গৈহুনা কৌই ) ঘৃতাচীম্ ধিয়ম্ ( লৈপাক্তা নোং চুথববু ) সাধন্তা ( মাখোই অনিনা তৌই )।৭।

অনুবাদ :—অশেংবা পাঙ্গন য়াম্না কনবা মিত্রবু, থব্বাইপানবা হাৎপবু মানা হাৎপা বরুণবু ঐনা তৌরিবা থৌ অসিদা হবি পীনবগী দমক লাকউ হাঙ্গৈহুনা কৌরি, মাখোই অনিনা লৈপাক্তা নোং চুহল্লি।৭।

ঋতেন মিত্রাবরুণাবৃতাবৃধাবৃতস্পৃশা।

ক্রতুং বৃহন্তমাশাথে ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—ঋতাবৃধৌ ( ঋত—যজ্ঞ চাওখৎহনবা-ও ! ) ঋতস্পৃশা ( ঋত—যজ্ঞবু শোকপা-ও ! ) বৃহন্তম্ ( চাওখৎলবা ) ক্রতুম্ ( যজ্ঞবু )— আশাথে ( সিনথুংনা লৈও ) ।৮।

অনুবাদ ঃ— হে যজ্ঞবু চাওখৎহনবা ! হে যজ্ঞবু শোকপা ! হে মিত্র ! হে বরুণ ! নখোই অনিনা যজ্ঞ তৌরগা সোইদনা ওইগদবা-- যজ্ঞগী মহৈ পীনবা ওইহুনা চাওরবা যজ্ঞ অসিবু সিনথুংনা লৈ-ও।৮।

কবীনো মিত্রাবরুণা তুবিজাতা উরুক্ষয়া।

দক্ষং দধাতে অপসম্ ॥৯॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— কবী ( মেধা য়াম্না ফবা ) তুবি জাতা ( ময়ামগী উপকার তৌবা ওইনা পোক্লকপা ) উরুক্ষয়া ( লৈফম য়াম্বা ) মিত্রাবরুণা ( মিত্র অমসু বরুণনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) দক্ষম্ ( পাঙ্গলবু ) অপসম্ ( থবকপুসু ) দধাতে ( য়োকপিসনু ) ।৯।

অনুবাদ ঃ— শাস্ত্রগী বুদ্ধি য়াম্না ফবা, ময়ামগী উপকার তৌবা ওইনা পোক্লকপা, লৈনফম য়াম্বা, মিত্র অমসু বরুণ অনিনা ঐখোইগী পাঙ্গল অমসু থবক পুম্বা য়োকখৎপীসনু।৯।

ব্যাখ্যা— "মিত্রাবরুণ" পদ অসি মিত্র অমসু বরুণদেবতাগী মিং অনিগী সমাস তৌরবদা "দেবতাদ্বন্দ্বে চ" অসিনা পূর্বপদগীসনঙ্ আদেশ তৌহুনা

"মিত্রাবরুণ" ওইবনি। অদুনা মিত্র কৌবা দেবতা অমা, বরুণ কৌবা দেবতা অমা পুম্না লাই অনিগী মিংনি। মিত্র হায়বা অসি আর্যসীংগী লাই ঋথন অমনি, ঈরানীসীংনা মহাকপু "মিথ্র" মিং অসি কৌহুনা ঈড়াৎলি। বরুণ লাই অসিদি মিত্রদগী মানা হেন্না প্রসিদ্ধ ওইবা লাইনি। ইরানীসাংনা— মহাকপু "ৱরণ" কৌহুনা ঈড়াৎলি। গ্রীক্‌সীংনা উরানোস ( Uranos ) কৌহুনা লাই পুম্বাবু পোকপা লাইনি, হায়না ঈড়াৎলি : আলেকজেণ্ডারগী মততদি বরুণ অসি অহানবদা অতিয়াগী লাই ওইরমই, মমৈদা ঈসিংগী লাই ওইখি, হায়। রোথনা হায়বদি বরুণদি সমুদ্রগী লাইনি, হায়। বেদদা মফম কয়ামুক্তা বরুণবু মিত্রগা লোইননা হায়মম্নৈ। মাসি পুন্নমক এংহুনা বিচার তৌরগা ঐখোইনা লেপই, মাহুদি,— মিত্র অমস্থ বরুণ অনি অসি প্রসিদ্ধ ওইবা দেবতা অনিনি। ভারতকী সুপ্রাচীন জাতি মিতৈসীংনদি বরুণতা মিত্রদি য়াওদনা উপাসনা তৌই।

মিতৈনা বরুণবু ব্বাংবরেণ কৌই, মাহুদি— 'ঈশ্বর বরুণ" হায়বনি। মিতৈরোনদা ঈশ্বর শব্দনা শ্বাং নত্রগা ব্বাং ওই। লোন্নরিবা লোনগী— হৌনবী ঈশ্বর শব্দ অসি ইতৎতত্তনা কুইনা লোন্নরক্লগা শ্বাং নত্রগা ব্বাং ওল্লি। খুদমগী দমক মণিপূরগী চকপা কৌবা জাতি অহুনা হুজিক ফাউবা মা-খোইগী লোনদা ঈশ্বরবু শ্বাং নত্রগা ব্বাং কৌই।

ভগবান্‌ পতঞ্জলিনা মহাভাষ্যদা পশ্‌পশাস্তদা হায়,— "লক্ষ্য লক্ষণে ব্যাকরণম্‌"—লোল অদুগী লোল অহুনা ব্যাকরণনি। মিতৈলোনদা স্বরবর্ণগী মথংদা লৈবা অন্ত্যস্থ 'ৱ' না বিরাম ওইরবা নত্রগা ব্যঞ্জননা মখাদা লৈরবদা অনুস্বার ওই। খুদমগী দমক— ঈশ্বর=শ্বর্‌=শ্বাং=ব্বাং অসিনি। মরম অসিনা প্রাচীনজাতি মিতৈসীংনা ঈশ্বর বরুণবু "ব্বাংবরেণ" কৌই; মাহুদি ঈশ্বর বরুণ হায়বনি।

মিতৈলৈপাক মণিপূর অসি থাইনা কুইখরবা মতমদা মহাক্কী চীং মরোন মরোন ময়াম অসিনা পুক মথক্তা লৈবা খোঙ্গী অকুৎপাগুম্না কোঙ্গসিন্দুনা সমুদ্র মনুংদা লৈরমই। অদুনা মহাকপু তন্ত্রশাস্ত্রগী মততা মণিপূর চক্র মাল্লি, হায়হুনা মহাকপু বেদব্যাসনা মহাভারততা মণিপূর কৌনা মমিং থোল্লম্বনি। মহাক্কী বেদনা কৌবা চান্নবা মিংদি 'প্রত্নৌকঃ'=য়ুমফাল হায়বা মিং অসিনি।

মচিঙৈন্দদি মিতৈসীং অসি তমদি সমুদ্রগী ঈসিংনা থুমতুনা লৈবা মরম্না চীঙতদা লৈরমই। অতুনা ব্রহ্মাণ্ড পুবাণনাচিংবনা মিতৈলৈপাকপু মণিপূর গিরি কৌরমই. হুজিক্তি সমুদ্রগী ঈসিং ক থখববা মতমদদি মহাবপু ভীম সেনবু ভীমতা হাঙ্গবগুম্না "মণিপূব গিবি" হাঙ্গবম্বদগী "মণিপুব"তা হাঙ্গবগা খংনৈ। মতুংদা সমুদ্রগী ঈসি অসি খব খব কংণবল্লবদা সমযালগী খা নোংপোকথংবা চীঙদা মথন্তা হোগাইতুনা বুবো উপত্যকাদা সমুদ্রগী ঈসিং পুম্বা চিঙথখি, মফম অতু হুজিক ফাউবা প্রপাত অফাউবা অমা ওইতুনা লৈবি। প্রপাত অতুদগী চেনথখিবা তুরেন অতুবু 'মণিপূর নদী' কৌই। মহাকনা সমুদ্রদা তিল্লি। মণিপূব গিবিগী লোক মযামদা লৈবম্বা সমুদ্রগী ঈসিং মযাম অতু অরাংথংববোমদগী হান্না মথং ২ ক থৈ। অতুনা মণিপূব অম্বাথংবা—শরুকপু 'কংলৈ' কৌই। মখাথংনা শকক মোইবা কৌবা মফমদি সমুদ্রগী ঈসিং অতু হুজিক ফাউ চান্নবা কবা লোইদবি। মফম অতুবু লোকতাক্ হ্রদ কৌতুনা ইখরাইনা খ নবি। মণিপূবগী ঈসিং পুম্বা তিনসিন্দুনা চীঙমুংহুৎ প্রপাত তান্না চেনখিবা তুবেন অতুবু "সুগ্ন," তুবেন কৌই। তুবেন অতুগী মনুংদা ব্রাংবরেণ—ঈশ্বব বরুণ দা। মহাক্না লৈবা মপা অতুদা—লৈবা চীঙদা বরুণগী ঈডাংফম খুবম যাতুনা থমলি। মফম অতুবু মহাভারতনা লুমিংকী অহানবা থোকফম-চীঙদা পাতালদা বরুণ লৈ, মাতুদা—বরুণনা মাগী সম্পত্তি ফংই, অসুম্না হাঙ্গ,—

"অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিযমাপ চ।"

(মহাভাবত, উদ্যোগপর্ব্ব, অধ্যায—১০৮)

মিতৈনা অতি প্রাচীনকালদা লাংলম্বা লাই ৪০০ বোমগী মমিং হুজিক ফংই। মাথোই অতুগী মনুং দা সনামহী, পাখংবা অমসুং ব্রাংবরেণ অহুম অসিনা লুচিংবনি। অহুম অসিগী মনুং দা মপুকখাবা ব্রাংবরেণনা হেনলি, অসুম্না লাই অসিব যান্না কিনৈ। মহাক্কী চহি খুদিংদা দেবযাত্রা তৌই; মাতুদা কবিগুম্বা থবক অমসুং তৌকবগা মী অতু হেক্কা শি। মাঙোনদা কংপা সনা, লুপা, নোংমৈ অসিনাচিংবা পোৎ পুম্বা মী লৈতবা চীঙথক্তা হুন্দোকতুনা অতুম্মক থমই, কনাগুম্বা মী অমত্তুনা লৌনদে, হুবানবনসু—লৌদে খুণক্কা হেক্কা শি। খৃষ্টাব্দ ১৮৮৯ দা ব্রাংবরেণগী লাঙ্গকোন মঙ্গুং

চীঙথক্তা নোংমৈ ঋামনা কাপ্পবগী খোঙ্গেন ঙাক্তা মী পুম্নমক্তা তাখি, মতুংদা চহি অহুম সুবদা মণিপুর বৃটিশনা লৌসিনখি। অনি সুবা বিশ্ব মহাযুদ্ধ হৌ-গদবা চহি অম ৱাংলিঙৈদা ৱাংবরেণগী লৈফম তুবেন মসুংদা যোংকী—পৌবোন ফুট ৪০ সাংবা, ইঞ্চ ৬ চাওবা, ঈসিং মসুংদা তেক্লমই। ঙুমিং নিনিরোম তত্তনা নো মৈ কাপ্পবগী খোঙ্গেন তাখি। লাই কাবদা মাইবীনা "নোংপোক থোং হাংলে, নোংচুপ হাবম্মচা মমাই খুমত্তনা মমুমদা হুল্লগনি, হাঈখি। মতুংদা থিন্দনা জাপাননা আক্রমন তৌই, বিশ্বযুদ্ধ লোইরগা—বৃটিশনা ভাবত থাদোকখ। বৈদিক যুগকী রাজসূয যজ্ঞবু মিতৈনা ফম্বান কৌই। বেদদা রাজসূয তৌবগী ৱাএন অপুম্ব। মিতৈ ফম্বাম তোংবদা—সিজন্নে। নিংথৌ অত্তগী মপা, মপু অনিমক নিংথৌ ওইববদি নিংথৌ অতু ফম্বান তোংব' যাই। মাতুদি বৈদিক রাজসূয যজ্ঞগা চপ মান্নে। অভিষেক্ তৌনবা ঈশিংদি ৱাংবরেণগী লৈফম তুবেন অতুদগী শোল্লগা হিদা হাপত্তুনা পুবকই, মতম অতুদা মীনা তুবেন লানবা যাদে, ঈশিং অত্তনা নিংথৌবু—অভিষেক তৌই, অসিনা চিংবা তুজিক ফাঙবা মণিপুরগী মিতৈসীংনা চৎনবি।

৩সূক্ত। অশ্বিদ্বয়=অশ্বিনীকুমারনাচিংবনা দেবতানি।

অশ্বিনাযজ্বরীবিষো দ্রবৎ পাণীশুভস্পতী।
পুরুভুজাচনস্যতম্॥ ১ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**:—অশ্বিনা (হে অশ্বি অনি। দ্রবৎপাণী (হে হবি লৌন বগীদমক থুনা খুৎ তি থোকপা।) শুভস্পতী (হে অফবা নিংথিবা থবকপু ঙাকপা।) পুরুভুজা (হে পাম্বোম তি থোকপা।=হে যাম্না চাবা।) যজ্বরী (যাগ তৌনবা) ইষঃ (অন্ন চানবা চিঙ্গাক মযাম অসি) চনস্যতম (লৌত্তুনা চাও)। ১ ॥

**অনুবাদ**:—হে থুনা খুৎতিংথোকপা। হে অফবা থবক-যাগবু ঙাকপা। অমস্ত—হে পাম্বোম অনিমক তিংথোকপা।= হে যাম্না চাবা। হে অশ্বি অনি। যাগ তৌননবা চীঙ্গাক মযাম লৌত্তুনা চাও। ১ ॥

**ব্যাখ্যা**:—অশ্বি কৌবা লাই অনি. মাতু হাঈদ্রগা অশ্বিনীকুমার কৌবা

লাই অনিগী মরমদা ঋগ্‌বেদদা মন্ত্র মযাম লৈ। আলোচ্য সূক্ত অসিবু আশ্বিসূক্ত কৌই। অতুম্নদি ওইবগা বিষয অসিদা মতবাদ যাম্না লৈ, মাহুদি,— লাই অনি অসি কনানো? যাস্কগী মততাদি "অশ্বি কৌবা লাই অনি অসিদি মত অমদা দ্যাবাপৃথিবী লৈপাক নিংথৌ অনিবুনি," হাঙ্গৈ। কনাগুম্বানা হাঙ্গৈ, "অহিং নুংথিলবুনি' অম্নুম্না হাঙ্গৈ। কনাগুম্বন' হাঙ্গৈ,—"সূর্য্য চন্দ্র"নি কনাগুম্বনা হাঙ্গৈবনাবু পুন্যচেনবা নিংথৌ অমনি, অম্নুম্না হাঙ্গৈ। ম্যোর্স সংস্কৃত টেক্‌ষ্টতা নোট ইবা ডাক্তর গোল্‌ডষ্টকবগী মততি, অশ্বি অনি অসি ঋভুগণগুম্বা ইখৱাইনা খংনবা মীনি, হাঙ্গৈ। অশ্বিনীকুমাব কৌবা লাই অনি অসিগুম্বা গ্রীশতা "কৈষ্টর অমসু পোলক কৌবা লাই অনি লৈ। ম্যাক্‌স মুলরগী মততদি অশ্বি কৌবা লাই অনিসি, অমম্বগা অঙানবগা অনিবু হাঙ্গৈবনি, অম্নুম্না হাঙ্গৈ। পুবাণদদি, লাই অসি, ফাইবোক পোকপনি, অমসু মাখোই লাই অনি অসিনা পুকনিংগী লাইনা অমসু হকচাংগী লাইনা মথল অনিবু কোকহনবা লাইনি, হাঙ্গৈ। ঋগ্‌বেদ অসিদা লাই অনি অসিবু দস্র অমসু নাসত্যসু কৌই। ঋগ্‌বেদগী ১০ মণ্ডদা সূক্ত ১৭তা অশ্বি কৌবা লাই অনিগী পোকপাগী ৱা হাঙ্গৈ, মাহুদা হাঙ্গৈ,—অশ্বি কৌবা লাই অনিসি ত্বষ্টাগী মচানুপী সবণ্যুদা সূর্য্যনা অশ্বিনী কুমার পোকই। ঋগ্‌বেদগী ১বা মণ্ডলদা সূক্ত ১১৬ তা হাঙ্গৈ, লাই অসি লাই এংবা যাম্না হৈবনি, হাঙ্গৈ খেল কৌবা নিংথৌগী বিশপ্লা কৌবী নুপীগী মখোং অনিথোক্লা তেকই। মাহু লাই অনিসিনা যোৎনা খুকউ অনি সাহুনা সমই। ঋজ্রশ্ব নিংথৌগী মপা মমিৎ তাংবা লাই অনিসীনা লাইএংহুনা ফৈ। মণ্ডল অসিদা ১১৭ সূক্তদা ইবি, কক্ষিবানগী মচানুপী ঘোষা কৌবীগী বুষ্ট—লাইথুং কোকহন্নি। মাসুম তৌহুনা ১মণ্ডলদা ১৭ সূক্তদ, অমসু ৩৪ সূক্তদাসু অশ্বি অনিগী মতিক হাঙ্গৈ। ২০ সূক্তদা অসিদ্বযগী মতৌদা মন্ত্রদা লাই অনি অসি লাইনা অমসু অৱা অনং কোক্লবা দেবতানি, হাঙ্গৈ।

অশ্বিনা পুরুদংসসা নরা শবীরযাধিয়া।

ধিষ্ণয়াবনতংগিরঃ। ২ ॥

**অন্বয়ানুবাদ** ঃ—অশ্বিনা (হে অশ্বী অনি) পুরুদংসসা (হে থবক যান্না তৌবা!) নরা (লুচিংবা নেতা ওইবা) ধিষ্ণ্যা (হে লৌসিংফবা!) শবীরয়া (অপনবা লৈতনা চৎপা) ধিয়া (বুদ্ধিনা-লৌসিংনা) গিরঃ (ঐখোইনা লৈসি-লৈথোনজবা অসিবু) ধিয়া (বুদ্ধি তৌতুনা) বনতম্ (নখোই অনিনা লৌ। ২ ॥

**অনুবাদ**ঃ—হে থবক য়ান্না তৌবা! হে লুচিংবা মকোক ওইবা! হে লৌসিংফবা। হে অশ্বি অনি! ঐখোইনা নহাকপু লৈসি লৈথোঞ্জবা পুন্নমক অসি, নহাক্কী অপনবা লৈতনা চৎপা লৌসিংনা লৌবিয়ু। ২ ॥

দস্রা যুবাকবঃ সুতা নাসত্যা বৃক্তবর্হিষঃ।

আয়াতং রুদ্রবর্তনী। ৩ ॥

**অন্বয়ানুবাদ** ঃ—দস্রা (হে হকচাংগী লাইনা অপুম্বাবু মাংহনবা!) নাসত্যা (হে অওইবা ৰাতা ঙাংবা।) রুদ্রবর্তনী (হে এরুবা মাংহনবও! অশ্বি অনি।) যুবা কবঃ (নিপা অধ্বর্যুসীংনা শোকপনি, হাঙ্গৈতুনা একধন কৌবা, বনতীবরী কৌবা ঈসী গা তিন্নরবা) বৃক্ত বর্হিষঃ (মরুদা ককথৎ-লবা কুশগী মথক্তা হাপলবা) সুতাঃ (সুমহুনা লৌরবা সোমরসসীং অসিবু থক্লবগীদমক) আযাতম্ (নখোই অনি লাও)। ৩।

**অনুবাদ**ঃ—হে হকচাংগী লাইনাপুম্বা কোকহনবও! হে অওইবা অচুম্বতা ঙাংবাও। হে একনবাবু মাংহনবা! হে অশ্বি অনি! ঈসিংনা শেংদোক্লবা সোমরসসীং আস নখোই অনিনা থক্লবগীদমক কুশ মনাগী মথক্তা হাপতুনা থমলে লাও থক্লরো। ৩।

**ব্যাখ্যা** :—আলোচ্য ঋগ, মন্ত্র অসিদা "যুবাকবঃ" পদ অসিবু সাযণাচার্য্যনা সোমযাগগী পরিভাষাগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌই, কলিদদি বৈদিক যাগদি মী পুন্নামকনা ইতৌ তৌনাদ্রবনা সাধারণ পাঠকনদি থোইনা থংনাদরে, অতুনা সায়ণাচার্যগী পদগী ব্যাসবাক্যদা হাঙ্গৈবা সোমযাগগী পরিভাষা থরা অসি, ইথোকলি, "যুবাকবঃ" পদ অমি "যু+আকব"— যু ধাতুদগী আকব প্রত্যয় তৌরগা যুগী উনা উব্ ওইরগা "যুবাকবঃ" পদ অসি

থোকই। যু ধাতুগী অর্থদি, য়ান্নাবা হাঙ্গৈবনি। মাতুদি সোমযাগদা অধ্বর্যু'না মাখোইবু তৌরু হাঙ্গৈতুনা থোদারবা চমসাধ্বর্যু'সীং অমসু যজমান পত্নী মাখোই অসিনা ঈসিং চফুদা সোকই, মাতুদা নিপানা শোকপা ঈসিংনা "একধন" কৌই, মুপীনা শোকপা ঈসিংবুমা "পানেজনম্' কৌই। অতুনা অগ্নি কৌবা লাই অনিবু যজ্ঞ অসিদা লাও, সোমরস থকলো, হাঙ্গৈনা কৌবদা সোমবস অতুবু সোমযাগগী অধ্বর্যু'সীংনা ঈসিং চাইতুনা সোমরসদাং অসি শেংলবনি, থকলোলাও অসুম্না অগ্নিদেবতা অনিবু কৌবনি। ৩।

ইন্দ্রায়াহিচিত্রভানো সুতাইমে ত্বাযবঃ।

অন্বীভিস্তনা পূতাসঃ॥ ৪ ॥

অন্বযানুবাদ—চিত্রভানো (হে নঙান ফজবা।) ইন্দ্র (হে ইন্দ্র।) আয়াহি (মাসিদা লাউ) অন্বীভিঃ (ঋত্বিক্‌সীংগীখুৎচা খিবিকনা) সুতাঃ (পাইতুনা সুমতুনা লৌবা) তনা (অবেপ্পা ওইবা) পূতাসঃ (অশেংবা ওইবা) ইমে (অসিগুম্বা সোমসীং অসিনা) ত্বাযবঃ (নহাকপু পামতুনা ঙাইতুনা লৈরে)॥ ৪ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র। লাও, ঋত্বিক—পুরোহিতসীংনা মাখোইগী খুৎকী মচা খিবিকনা সুমতুনা লৌবা, মহৌসানা ইশেংশেংবা সোমরস মযাম অসিনা নহাকপু পামতুনা ঙাইতুনা লৈরে। ৪ ॥

ইন্দ্রায়াহিধিযেযিতোবিপ্রজুতঃ সুতাবতঃ

উপব্রহ্মানি বাঘতঃ। ৫ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—ইন্দ্র (হে শ্বরাবেন্দ।) সুতাবন্তঃ (অশেংবা সোমবসগা লোইনবা) বাঘতঃ (ঋত্বিক্‌কী) ব্রহ্মানি (বেদগী মন্ত্র ওইবা লৈসি লৈথোনবা বাহৈ খিবিকপু) উপ উপৈতুম্ (তাবা লাক্নাবগীদমক) ধিযা (ঐখোইগী শাস্ত্রগী জ্ঞাননা) ইষিতঃ (ফংলবা, হাঙ্গৈবদি ঐখোইগী ভক্তিনা ইনসিনলবা) বিপ্রজুতঃ (ব্রাহ্মণ শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবা ঋত্বিক্‌সীংনাসু ইনসিনলবা নংনা) আয়াহি (লাউ)। ৫ ॥

**অনুবাদ**ঃ— হে ইন্দ্র—শূরারেন্দ! ঐখোইনা তৌজবা ভক্তিনা পেনবিহুনা অমসু শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবা ঋত্বিক্ ব্রাহ্মণসীংনাসু নহাকপু ঐখোইগী নাক্তা লাকনবা লৈসিলৈথোনজবে, অশেংবা সোমরসগা লোইনবা ঋত্বিক্ সীংনা বেদগী মন্ত্রনা নংবু লৈসিলৈথোনজবা অসি তাবা লাকপিয়ু। ৫।

ইন্দ্রা যাহি তূতুজান উপ ব্রহ্মাণি হরিবঃ।

সুতে দধিষ্বনশ্চনঃ ॥ ৬ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—ইন্দ্রহরিবঃ (হে সগোনতোংবা ইন্দ্রও) তূতুজানঃ (তফিংতফিংবা নংনা) ব্রহ্মাণি উপ (বেদগী মন্ত্র খিবিকপু তানবগীদমক আযাহি (লাউ) সুতে (সোমরস যাওবা থবক অসিদা) চনঃ (হবিগী মশক ওইবা চানবা অসিবু) দধিষ্ব (পাইহনা থাঙ্গৎলো!—লৌরো)। ৬॥

**অনুবাদ**ঃ—হে সগোন তোংবা ইন্দ্রও। তফিংতফিংনা নংনা বেদগী মন্ত্রসীং অসি তানবগীদমক লাউ, সোমরস যাওবা, ঐখোইগী থৌ অসিদা হবিগী মশক ওইবা অচাবা পোৎ অসি লৌরো লাও। ৬॥

ওমাসশ্চর্ষণী ধৃতা বিশ্বেদেবাস আগত।

দাশ্বাংসোদাশুষঃ সুতম্ ॥ ৭ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—বিশ্বেদেবাসঃ (হে বিশ্বেদেব কৌবা লাইসা!) ওমাসঃ (নখোইদি ঙাকপীবনি) চর্ষণীধৃতঃ (মীওইবাবু পুবিবনি) দাশ্বাংসঃ (মহৈ পীবনি) দাশুষঃ (নখোইদা হবি পীবা যজমানগী) সুতম্ (সুমহুনা লৌরবা সোমরস অসি লোনবাগীদমক) আগত—আগচ্ছত (লাকলো)। ৭।

**অনুবাদ**ঃ—হে বিশ্বেদেব কৌবা লাইসা! নখোইদি মীওইবাবু ঙাকপিশেনবিহুনা পুবিবনি, হোম তৌবগী মহৈ পীবনি, মীওইবাবু নখোইনা পুহুনা লৈবনি, নখোইদা হবি কৎচ'রবা যজমানসীং অসিগী সুমদোক্নুনা মহি লৌরবা সোমরস অসি থক্নবগীদমক লাকও।। ৭।

বিশ্বেদেবাসোঅপ্তুরঃ সুত মাগন্তুতূর্ণয়ঃ
উস্রাইবস্বাসরাণি। ৮॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বিশ্বেদেবাসঃ (হে বিশ্বেদেব কৌবা লাই কাংলুপও!) অপ্তুরঃ (মতম চানা নোংচুহনবা) তূর্ণয়ঃ (ঈরাৎচবা যজমানবু থৌজানবিবদা অতনবা লৈতবা) উস্রাঃ (নুমিৎকী মঙাননা) স্বসরাণি (অয়ুক নুংথিল পুন্নামক্তা) ইব (অতনবা লৈতনা লাকপাগুম্না) সুতম্ (সোমরসদা) আগন্ত (লাকসন্নু)॥ ৮॥

**অনুবাদ** ঃ—হে বিশ্বেদেব কৌবা লাই কাংলুপও! মতম চানা নোংচুহনবা, ঈড়াৎচবা যজমানবু থৌজানবিবদা অতনবা লৈতবা। নখোইনা নুংশানা অয়ুক নুংথিনদা অতনবা লৈতনা লাকপগুম্না সোমবস অসিদা লাক্লসনো। ৮॥

বিশ্বেদেবাসো অস্রিধএ হিমায়াসোঅদ্রুহঃ।
মেধংজুষন্তুবহ্নয়ঃ। ৯॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— অস্রিধঃ (অমাংবা লৈতবা) এহিমাযাসঃ (পুন্নামক্তা সিনথুংবা অথোইবা জ্ঞান লৈবা) অদ্রুহঃ (মাংনবা তৌবা লৈতবা) বহ্নয়ঃ (লন মথাম ফংহনবা) বিশ্বেদেবাসঃ (বিশ্বেদেব কৌবা লাই কাংলুপনা) মেধম্ (যজ্ঞগী হবিঃবু) জুষন্ত (সেবন তৌসন্নু=চাসন্নু)।৯॥

অনুবাদ ঃ—বিশ্বেদেব কৌবা লাই কাংলুপ অসি, মাখোইনা মফম পুন্নামক্তা সিনথুংনা লৈ, মাখোইদা জ্ঞান অথোইবা লৈ, মীবু মাংনবা তৌদে, লন মযাম পী, অসিগুম্বা লাইসীং অসিনা যজ্ঞগী হবিঃ চিঙ্গাক অসি চাবিসন্নু। ৯॥

পাবকানঃ সরস্বতী বাজেভির্বাজিনীবতী।
যজ্ঞংবষ্টু ধিয়াবসুঃ। ১০॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—পাবকা ( অফবাপুন্থা কোকহনবী ) রাজিনীবতী (চিঙ্গাক থোক্নবা লা থবক তৌবী ) ক্রিয়াবসুঃ ( থবক তৌদুনা লন ফংহনবী ) সরস্বতী (সরস্বতী লাই রমানা) রাজেভিঃ ( হবিগী মশক ওইবা চিঙ্গাক থিবিক্না মরম ওইদুনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞবু ) বষ্টু ( পামসন্নু ) ।১০।।

ফত্তবা পুন্থা কোকহনবী, চিঙ্গাক থোক্নবা থবক তৌবী, থবক তৌদুনা লন ফংহনবী সরস্বতী লাই রমানা হবিগী মশক ওইবা চিঙ্গাক থিবিক অসিনা মরম ওইদুনা ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসি পাম্বীসন্নু ।১০।

চোদয়িত্রী সূনৃতানাং চেতন্তী সুমতীনাম্।

যজ্ঞংদধে সরস্বতী ।। ১১ ।।

অন্বয়ানুবাদ ঃ— সূনৃতানাম ( ফজববা অচুম্বা ৱাহৈ থিবিক ) চোদয়ত্রী ( মানা ঙা হনবী ) সুমতীনাম ( বুদ্ধি লৌশিংফবা যজমানসীংবু ) চেতন্তী ( তৌগদবা থবক খংহনবী ) সবস্বতী ( সবস্বতীনা ) যজ্ঞং ( যজ্ঞবু ) দধে ( পুবীয় ) । ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—ফজবা অচুম্বা ৱা ঙাংহনবী, বুদ্ধি লৌসীং ফবাসীংবু তৌগদবা থবক খংহনবী সরস্বতী লাইরমা মহাক্না যজ্ঞ পুবীই । ১১ ॥

মহোঅর্ণঃ সরস্বতী প্রচেতযতিকেতুনা।

ধিযোবিশ্বা বিরাজতি । ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—সরস্বতী ( লাইরমাগী তুবেনগী মশক ওইবী সরস্বতীনা ) কেতুনা ( ঈসিং ঈচেনগী মশক ওইবা থবকনা ) মহঃঅর্ণঃ ( ঈসিং মযামগী মশকপু ) প্রচেতযতি ( যাম্না নিংথিনা খংহল্লি ) বিশ্বাধিযঃ ( যজ্ঞ তৌবসীংগী লৌশিং পুম্নামকপু ) বিরাজতি ( যাম্না ঙাংহোকহনলি—খংহল্লি )।১২।।

অনুবাদ ঃ—সরস্বতী লাইবমানা মাগী ঈসিং ঈচেনগী মশক ওইবা থবক তৌদুনা ঐদি ঈসিং মযাম অসিনি, অমুম্না মাগী মশক খংহনলি। মাসুম তৌদুনা অসিংবা যাগযজ্ঞ তৌবাসীংগী বুদ্ধি-লৌশিং পুম্নামক মানা ঙানথোকহনলি । ১২ ॥

ব্যাখ্যা—মা ওাংবাগী মবেমা সরস্বতী দেবী—লাইরমা অসি, মাগী অউবা মশক্তি হুভিক্তি লৈন্নুংদা চংথরবা কুরুক্ষেত্রদা চেল্লম্বী সরস্বতী তুরেলনি,—অসিগুম্বা ভাব অসি আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিনা থংহন্বি, অসুম্বা সাযণাচার্যনা পুথোকই। মাহুগী মতুংইন্না ঐখোইনা মন্ত্র অসিগী অনুবাদ তৌরি। মাসিদা সাযণাচার্যনা ব্যাখ্যা অসি তৌবদা মানা তৌবা ব্যাখ্যা অসি, মহাক্কনা তৌবা নত্তে, যাস্কাচার্যনা তৌবগী মতুংইন্না তৌবনি, হায়ইহুনা যাস্কাচার্যগী বচনসু লৌখৎলি। জার্মন মচা অফাউবা ম্যাক্স মুলারগী মততি, আর্যসীংনা সরস্বতী তুরেনগী মপানদা যজ্ঞ তৌহুনা লৈরমই, মতুংদা মতম খবা লৈরগদি মাখোইনা যজ্ঞদা শোল্লিবা মন্ত্রগী অধিষ্ঠাত্রী অমসুং ৱাঙাংহনবী দেবীবু সরস্বতীনি হায়ইনা লৌখিবনি, অসুম্বা হায়ই। কনাগুম্বা পাশ্চাত্য পণ্ডিতসীংনা হায়ইবনাবু আর্য কাংবু খরানা মধ্য এসিয়াদগী লাকপদা ভারততা চংলকই, মাহুদা লম্বেনদা সবস্বতা তুরেলগী হাওববা ঈসিং থকপদা যাম্না পেনখি, মাহুদা মাখোইনা সবস্বতী তুরেলবু কাওবা ঙমদহুনা লৈসিলৈথোনখিবনি অসুম্না হায়ই। লৌখৎলিবা মত পুম্নামক অসি ঐখোইনা করি অমত্তা লৌনিংদে, মবমদি বেদমন্ত্রদি অনাদিনিত্যনি, সবস্বতী নদীদি অনিত্যনি, মতম খবা মরক্তা লৈরম্লগা মাংখিবিনি, মহাকপু বেদনা হায়ইগনি হায়ইনা ঐখোইনা থাজবা ঙমদে। যাস্কাচার্যনা ব্রহ্মাবর্তদা চেনলম্বি সবস্বতী তুরেল ওইনা সবস্বতীবু হায়ই-রম্বদি, মতম অমদা ব্রহ্মাবর্তদা চেলম্বী ইথক্সাইদগী হেন্না মানা মতিক্তা মগুণদা যায়া চাউবা অদু উবদা মাবু ঈশিং অযবা মযাম পুহুনা চেনবা অসিনা তুরেল অহুবু বেদগী সরস্বতী অসিনি, অসুম্না থোনখিবাতনি। আলোচ্য মন্ত্র অসিগী চান্নবা অক্ষারার্থদি,—

"সরস্বতী (সরস্বতী কৌবী যাথংগী মবেমা দেবীনা) কেতুনা (ঈশিং ঈচেনগী মশক ওইবা থবক্তা মরম ওইদুনা) মহঃ অর্ণঃ (ঈশিং মযামগী মশক সমুদ্রবু মশক থংহনলি মাসুম্না) বিশ্বাধিযঃ (জগৎকী জ্ঞান পুম্না-মকপু) প্রচেতযতি (যাম্না নিংথিনা খ হল্লি)। ১০ ॥

অনুবাদঃ—"ঈশিং ঈচেন মযাম্না ইতৎ তৎতনা চেনসিন্দুনা ঈসিং

ময়াম্না পীক থল্লবা চাওরবা সমুদ্রবু মশক থংহনলি, মাদুগুম্বা য়াথংগী মবেমা সরস্বতীনা য়াহৈ মচা মচা ময়াম্ন মশক থংহল্লগা য়াহৈ ময়াম্না পীক থল্লবা শব্দ সমুদ্রগী অর্থ জ্ঞান সাগরবু মশক থংহনলি ॥ ১০ ॥"

মাসিদা প্রথম অনুবাক লোইয়ে।

——:(0):——

২ সুবা অনুবাক। ৪ সুবা সূক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি।

সুরূপকৃত্নুমুতয়ে সুদুঘামিবগোদুহে।

জুহূমসি দ্যবি দ্যবি ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুরূপকৃত্নুম্ (ফজবা থবক তৌবা ইন্দ্রবু) উতয়ে (ঐখোইবু ঙাকপিনবগীদমক) দ্যবিদ্যবি (নুমিৎ নুমিৎ খুদিংদা) গোদুহে (সঙ্গোম সুম্নাবগীদমক) সুদুঘাম্ ইব (মখোম থোকপী যণবীবু কৌবাগুম্বা) জুহূমসি (ঐখোইনা কৌই)। ১ ॥

**অনুবাদ** :—ঐখোইবু ঙাকপীনবগীদমক ফজবা থবক তৌবা ইন্দ্রবু ঐখোইনা নুতিগী কৌই, মাদুদি মখোম সুম্নাবগীদমক মখোমথোকপী যণবীবু নুতিগী কৌবগুমই ॥ ৪ ॥

উপনঃ সবনাগহি সোমস্যসোমপাঃ পিব।

গোদাইদ্রেবতোমদঃ ॥ ২ ॥

**অন্বয়ানুবাদ** :—সোমপাঃ (হে সোমথকপা ইন্দ্র!) নঃ (ঐখোইগী) সবনা (সবন যজ্ঞ অহুমগী) উপ (মনাক্তা) আগহি (লাউ) সোমস্য পিব (সোম থকউ) রেবতঃ (লন লৈবা নহাকী) মদঃ (হরাওবদি) গোদাইৎ (যণ পীবামকনি)।২।

**অনুবাদ** :—হে সোমথকপা ইন্দ্র! ঐখোইগী সবন যজ্ঞ অহুম অসিদা

লাউ, সোম থকউ, নহাক্কি এনাকখুনবা লন লৈবনি, অত্নুনা নহাকনা হন্নাওরবদি ঐখোইদা নহাকনা ষণ পীগনি ॥ ২ ॥

I I I
অথাতে অন্তমানাং বিদ্যামস্থমতীনাম্ ।

I I
মানোঅতিখ্য আগহি ।।৩।।

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—অথ ( অত্নুগী মতুংদা—সোম থক্লবগী মতুংদা ) তে ( ইন্দ্র নহাক্কী ) অন্তমানাম্ ( মনাক্কা যাম্না নক্না লৈবা ) স্থমতীনাম্ ( পুকচেনফবা নিপাসীগী মবক্তা—লৈত্নুনা ) বিদ্যাম ( ঐখোইনা নহাকপু খংগে ) অর্থ অমদি,—স্থমতীনাম্ ( অফবা বুদ্ধি—থবক তৌনবা বুদ্ধি অফবা ফংনবগীদমক নংবু নিংসংজগে ) নঃ ( ঐখোইবু ) অতি ( হুন্দোকত্নুনা ) মাখ্যঃ ( নশক হাঙ্গীদোক্কনু ) আগহি ( ঐখোইগী নাক্তদা লাউ ) ॥ ৩ ॥

অনুবাদঃ—হে ইন্দ্র ! নহাকনা সোমথক্লগাগী মতুদা ইন্দ্র নহাক্কী ননাক্তা যাম্না নকনা লৈবা, পুকচেনফবা নিপাসীংগী মবক্তা লৈত্নুনা ঐখোইনা নহাকপু খংজগে, অমদি থবক তৌনবা অফবা বুদ্ধি ফংনবগী দমক নংবু নিংসংজগে, ঐখোইবু হুন্দোকত্নুনা অতৈদা নশক হাঙ্গীদোকপিগনু, ঐখোইগী নাক্তা লাউ। ৩ ॥

I I I I
পরেহিবিগ্রহস্তৃতমিন্দ্রং পৃচ্ছাবিপশ্চিতম্ ।

I I
যস্তেসখিভ্য আবরম্ ॥ ৪ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—যঃ ( মানা ) তে ( যজমান নহাক্কী ) সখিভ্যঃ ( চান্নবা ঋত্বিক্‌সীংগীদমক ) আববম ( অথোইবা—মচা মবন পুম্নামক খমথেংনা পিবা ) বিগ্রম্ ( মেধাফবা ) অস্তৃতম্ ( মাংনবা তৌদবা ) ইন্দ্রম্‌পরাইহি ( ইন্দ্রগী নাক্তা চংউ ) বিপশ্চিতম ( লাইরিক যাম্না হৈবা হোত্তা ঐবু ) পৃচ্ছ ( হংউ—হোতা অসিনা নিংথিনা নহাকপু লৈসিলৈথোনববা ? হাঙ্গীনা হংউ ) । ৪ ॥

অনুবাদঃ—হে যজমান ! ইন্দ্র অসিনা নহাক্কী চান্নবা ঋত্বিক (পুরোহিত)

সীংগীদমক অথোইবা মচা মরন য়াম্না পী, ইন্দ্র মহাক্তি শাস্ত্রগী বুদ্ধি য়াম্না ফবনি, অমসু মাদি মাং তারুবা, ফত্তনবা তৌদবনি, অসিগুম্বা ইন্দ্র অসিগী মনাক্তা চংতুনা লাইরিক য়াম্না হৈবা হোতা ঐবু "হোতা অসিনা ইন্দ্র ! নহাকপু লৈসিলৈথোনবরা ? হাঙ্গৈনা হংউ। ৪ ॥

ব্যাখ্যা :—ঐখোইনা সায়নাচার্যগী কর্ম্মকাণ্ডগী মতুংইন্না ঋগ্‌বেদ সংহিতাগী ব্যাখ্যা তৌই। মত অসিদা আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসি হোতাগা যজমানগা ভাংনবা ওইনা ব্যাখ্যা তৌরি। মাতুগী মতুংইন্না থোকপা অর্থ অতুদা অনুবাদ তৌরে। ঋক অসিদা "পৃচ্ছা" পদ অসি ছান্দসনি, "পৃচ্ছ" অসুন্না অর্থ তৌই।

উত ব্রুবন্তু নো নিদো নিরন্যতশ্চিদাবত।

দধানা ইন্দ্র ইদ্ দুবঃ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ— নঃ ( ঐখোইগী—ঋত্বিক্‌সীংনা ) ব্রুবন্তু ( লৈসি লৈথোন সনু ) উত ( অমদি ) নিদঃ ( হে ইন্দ্রবু নিন্দা তৌবসা। ) নিরারত ( নখোই ইন্দ্রবু নিন্দা তৌবসীংনা মফম অসিদগী চৎখিসনু ) অন্যতঃ চিৎ ( অতোপ্পা মফমদগীসু চৎখিসনু ) ইন্দ্রদুবঃইৎ ( ইন্দ্রমক্তবু ঈড়াৎপাসীংনা ) দধানাঃ— ( ঈড়াৎতুনা ইরেং লেংদনা লৈসনু )।৫।

অনুবাদ ঃ— ঐখোইগী পুরোহিতসীংনা ইন্দ্রবু লৈসি,লৈথোনসনু; ইন্দ্রবু নিন্দা তৌবাসীংনা মফম অসিদগী চৎখিসনু, মাখোই অতুদি মাখোইনা লৈরু লৈরুবা মফমদগী অমোকসু অতোপ অতোপ্পা মফমদা ইতৎতত্তুনা চৎখিসনু, ইন্দ্রতবু ঈড়াৎপাসীংনা মাখোইনা লৈবা মফমদা ইরেং লেংদনা লৈসনু ।৫।

**ব্যাখ্যা :**— বেদদা হাঙ্গৈবা দেবতাদি সুপনগী অমত্তা ভাইবা, অনি সুদবা তাইবংপানবগী মপুতবু হাঙ্গৈ। ইবুঙো মহাকপু ঐথোইনা মিতৈ-লোনদা লাই কৌই। তৌইগুম্বসু ইবুঙো মহাক্তি মথন্তা ভাইরগা মমিং অমসু থৌদৌদি মসিং লাকপা ঙমদে। আলোচ্য ঋগ্ অসিদা তাইবংপান-বগী মপুবু বেদনা 'ইন্দ্র' মিংফম অসিনা খুদম ওইনদুনা লৈসি লৈথোনলি,

অমসু ভাইবংপানবগী মপু ইন্দ্রগী শক্রবুনা ভাইবংপানবদা লৈতনবা তান-থোকনবসু হাঙ্গৈরি। পুরাণকার ঋষিসীংনা বেদদা লেংবা ভাইবং মপুগী—তোঞ্জান তোঙানবা মিংসীং অমুদা পৌরাণিক কথা মথাম সেমমুনা পুরাণনা-চিংবদা বেদবু ব্যাখ্যা তৌই। পৌরাণিক কথা হাঙ্গৈবদি "কূটার্থ কাল্পনিক-কথা"—মহাক্কী অর্থবুনা লেংদবা হোংদোকপা ওমদনবা থম্লগা মপান্দা ম্বারী অমদা পানসিন্দুনা হাঙ্গৈববু পৌরাণিক কথা কৌই। মাসি আন্তর্জাতিক ভাষাদা হুজিক্তি "মাইথোলোজি" হাঙ্গৈরগা খংনরে। পুরাণকারসীংনা—পৌরাণিক কথাদা ইন্দ্রবু দেবতা (লাই) গী নিংথৌনি, হাঙ্গৈনা লে থোকই। মাদুগী অর্থদি—বেদগী মন্ত্র খুদিংমক মন্ত্র অমুগী দেবতা লৈ, মাগী দেবতা লৈতবা মন্ত্র লৈতে। মাসুম তৌদুনা বেদবু এ বদা বেদ পুম্নমক্তা ইন্দ্রগী মন্ত্রনা মথামলে, মথংদা মৈগী মন্ত্রনা যামই। অমুনা পৌরাণিক কথাদা—ইন্দ্রবু লাইগী নিংথৌনি, হাঙ্গৈ। কংলৈ যুমফাল প্রত্নোকঃ দা লৈবা সুপ্রাচীন জাতি মিতৈসীংনা থাইনা প্রাচীনকালদা বৈদিকদেবতাসীংবু পৌরাণিক কল্পনাদা উপাসনা তৌরমই। মিতৈসীংগী এলহৌভৈদগী লৈপাক অসিদা উপাসনা তৌরকপা লাইসীং অমু কালগী চাংদম্নবা লৈত্তবা পাঙ্গলনা মশক, মওং, মমিং পুম্নমক হো লকই, অমসু অযাম্বসু মাখোইগী অকাউবা সমুদ্রগী লৈখাদা লুপখরে, লৈহৌরিবা খরা অমুসু চাওরাক্লা এংবদা মশক খংদবনা য়ামলে, অমুমদি ওইরগা মাখোই অদু বৈদিক দেবতানি হাঙ্গৈবা খুদমদি মুত্তে। মাখোইনা লাংলক.বা লাইসীং অমুবু হুজিক্তি উমং-লাই কৌখয়ে। মাদুগী অর্থদি—বনদেবতা হাঙ্গৈবনি। লাইসীং অদুবু ঈড়াৎ থোনিবদা—বৈদিকী ভাষাগী কাইখরবা মচেৎনা "লাইনিংথৌ" হাঙ্গৈনা লৈসি লৈথোক্লি। মাদুগী অর্থদি—লাই পুম্নমকপু ইন্দ্রনি, ভাইবংপানবা পুম্নমক্কী মপুনি হাঙ্গৈনা চুম্নবা উপাসনা অসি মিতৈনা তৌবনি। খুদমগী দমক বরুণবু মিতৈনা—ঈশ্বর বরুণ হাঙ্গৈবদগী ম্বাংবরেন কৌই। লাবু লৈসি লৈথোনবদদি "লাই-নিংথৌ। হাঙ্গৈনা কৌই। মাদুম্না কুবেরবু মিতৈনা কৌবরেণ কৌই। মাবুসু লৈসি-লৈথোনবা মতমদদি "লাইনিংথৌ কৌবরেণ।" হাঙ্গৈনা কৌই। মাসুম তৌদুনা প্রাচীনকালগী দেবতা পুম্বাবু—লাইনিংথৌ,—হে লাই ইন্দ্র।" হাঙ্গৈনা ওম্না কৌই। তৌইগুম্বস্ত মতম অসিদা মিতৈনা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু উপাসনা

তৌরে। শ্রীকৃষ্ণবু লৈসিলৈথোনবদদি "লাইনিংথৌ!" হায়না কৌবা য়াদে, করিননো? মরম খংদে। ঙুজিকী কালগী অনৌবা নুংসিৎ অসিদা বেদবু থোওইদবা, মবমদগী বেদগী ব্রাহৈ অশেংবা অদুবু মিতৈনা অমাংবা ওইনা নি থিবনি। সংস্কৃত ওইনা "গোকুলেন্দ্র" হায়ীববদি মিতৈনা মমিংত পী ত্তাই, ওনথোকপানি, মতমগা পাঙ্গল অসি ওস্থোক্লা কনখরে। মতুম্মদি ওইবগা কংলৈ যুম্ফাল, মিংত লৈপাকনা ভাবত পুম্বাগী নোংপোক থংবা খুনদোংদা মচেৎ খাজক্ত নপতুনা লৈবনি। অসিগুম্বা লম অসিদা লৈবাস্থু প্রাচীন জাতি মিতৈগী সংস্কৃতি খনিগা ভাবতকী অবা নোংচুপতা লৈবা ইবানগী সংস্কৃতিগা অনি, ওাস ওম্না মুলোক সমালোচনা তৌহুনা এংসি। মিতৈনা উপাসনা তৌবদা দানবা মান অদুদি হায়ীখবে। ঙুজিক্তি ইবানগী সংস্কৃতি খবা হায়রে। আলোচ্যমন্ত্র অসিদা ইন্দ্রবু নিন্দাতৌবা-সাংবু মাখোইগী লৈকমদগী ভাবত মাবাবর্তদগী তান্থেকপনি হায়। মাসি নিংসদুনা পণ্ডিত মহাত্মা লোকমানিখ মাতুদি— "তৌইগুম্বস্থ পারসীসীংনা বৃত্রঘ্ন মাসি হায়দুনা বেবেথ মাতুদি পূজা তৌই, অদুয়দি ওইবগা ইন্দ্রবুদি যাম্মাথিন, খমথেংনা এংখিনবা শক্র ওই। মাতুদি,— "জেন্দঅবস্থা" (তবা স্থবা ফর্গাদ) তা ইন্দ্রবু পাপবা পুবচেন চেনবা কৌই অমস্থু তাইবং পানবদা ইন্দ্র লাইনি, হায়রুনা ঈভাংপা কাবুবু লৈহনবা তানথোকপা হায়। মাসিগী প্রতিবাদ তৌবা ওইনা আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিনা হায়বি, ইন্দ্রগী এরুবা পারসংসবু তাহবংদগী তানথোকখিনবা হায়বি। ঐখোইনা মতাং অসিদা তুলনা মূলক সমালোচনা তৌবা অসিদগী খংলে, ভাবতীয আযগা মিতৈগা অমসু পারসীগা জাতি অহুম অসি তংনবা যাদ্রবা মডী লৈ, তৌইগুম্বস্থু মিতৈ অমসু মসা আযগা পারসীগা মতম অমদা থৎনতুনা পারসীসীং অসি আযগী এরুবা ওইখুবনি, মিতৈদি এরুবা নত্তে, মিতৈদি বেদগী অহানবা থোকথম মচানি। ভাবত আযবর্তগী অহানবনি। যুম্ফাল মণিপুরনা অহানবা প্রত্নকংনি। ৫।

উত নঃ সুভগাঁ অরির্বো চেয়ুর্দস্মকৃষ্টয়ঃ।
স্যামেদিন্দ্রস্য শর্মণি ॥ ৬ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**:— দস্ম (হে এক্লবা মাংহনবা ইন্দ্র।) অরিঃউত (একনবামকনাসু) নঃ (ঐখোইবু) সুভগান্ (লন নিংথিনা লৈবা অসুম্না) বোচেয়ুঃ (হাঙ্গৈরবনি) কৃষ্টয়ঃ (এখোইবু চানবা মীনা হাঙ্গৈবদি কবিদবু হাঙ্গৈগনি) ইন্দ্রস্য (ইন্দ্রগী) শর্ম্মণি (—ইন্দ্রগা থৌজান্না ফংবা নুঙাইবদা) স্যাম-ইৎ (ওইজগে) ॥ ৬ ॥

**অনুবাদ**:—হে এক্লবা মাংহনবা ইন্দ্র। ঐখোইবু ইন্দ্র নহাক্কা থৌজান্দগী একনবামকনবু নুঙাইনা পাল্লে হাঙ্গৈরগনি, ঐখোইবু চানবা মীনাদি কবিদবু হাঙ্গৈগনি, ঐখোইদি ইন্দ্রগী থৌজান্না নুংাইনা পানবত ওইজগে। ৬ ॥

এমাসুমাশবে ভরযজ্ঞশ্রিয় নৃমাদনম্।
পতয়ন্মন্দ যৎ সখম্ ॥৭॥

**অন্বয়ানুবাদ**:—আশুং (সানযজ্ঞদা সিনথুনা লৈবা) যজ্ঞশ্রিয়ং (যজ্ঞগী ফজবা সম্পত্তি ওইবা) নৃমাদনম (ঋত্বিক্ সজমান পুংমিকী হরাওহনবা ওইবা) পতয়ৎ (থবক্তা চংলক্লবা) মন্দয়ৎ সখম (যজমানবু হরাওহন্না ইন্দ্রগী চান্নবা) ঈম (অসিগুম্বা সোমবু) আশবে (সোমযাগগা মশাপুম্বা সীনথুংনা লৈবা ইন্দ্রদা) আভব (পিয়ু)। ৭ ॥

**অনুবাদ**:—হে যজমান। সোমবস অসে, যাম্না থুনা মযাই কাইহনবনি, অমসু যজ্ঞগী সম্পত্তিনি, মহাকনা মাওহনববু হরাওহল্লি, থবক চৌহনবা, অমসু হরাওহনবা ইন্দ্রগী অচানবা মবগনি, মাবু যজ্ঞদা সিনথুনা লৈবা ইন্দ্রদা পীয়ু। ৭ ॥

অস্য পীত্বাশতক্রতোঘনো বৃত্রাণামভবঃ।
প্রাবোবাজেষু বাজিনম্ ॥ ৮ ॥

**অন্বয়ানুবাদঃ**—শতক্রতো (হে শতক্রতু—থৌচিনবা।) অস্য (সোমবস অসিগী—শরুক) পীত্বা (থকতুনা) বৃত্রাণাম্ (বৃত্র কৌবা হি চাবনাচিংবা এক্লবসীংবু) ঘনঃ ভবঃ (হাৎপা ওইয়ু) বাজেষু (লানফম খিবিক্তা) বাজিনম্

(লান শোক্লবিবা—নংগী ভক্তবু) প্রাবঃ (নংনা নিংথিনা কনবিবানি) ।৮।।

**অনুবাদ**ঃ— হে ইন্দ্র। থবক মযাম তৌবা।—থৌচিনবা। ইবুঙো নহাক্কী শকক সোমরস থবতুনা বৃত্র হিংচাবানচিংবা এক্লবাবু হাংললু, ল্লান-ফমদা লান শোক্লবিমা নহাক্কী ভক্তবু ইবুঙো নহাক্না নিংথিনা কনবিবনি ।৮।।

**ব্যাখ্যা**ঃ—ইন্দ্রগী এক্লবা বৃত্র হিংচাবগী বাবি. অসি, শাস্ত্রদা অফাউ-বনি, মাগা নকুপ্তংনা ব্রাথমদি ইন্দ্রনা অকনবা বৃত্র কৌবা হিংচাবা অমা দধিচ মুনিগী শক্কনা বজ্র সাজনা হাংললি, মহাক্তি পৌরাণিক্কী কথানি, অছুনা ঐন্দদা মশা অমত্তা ওইববাস্থ ব্রাফমদি পুরাণনাচিংবদা থবা থবা ইমানমান্নদে, বাবি অসি হিন্দুগী ধর্ম গ্রন্থ দা ইতাত্তানবা অফাউবা বাবিনি। প্রসিদ্ধ, বেদইহনা রমানাথ সরস্বতীনা ৩২ সক্তদা ইবমই, মাতুংদি, বৃত্র হাঙ্গৈবসি,—অসুরশিংগী অফাউবা, দলপতিনি। আবস্তাদা হাঙ্গৈবদগী খংবা ঙমই, মাতুংদি বেবলোন নগরদা আবজাত লৈতনবগ দমক বৃত্রনা অদ্বিশূর কৌবা দেব উপাসনা তৌই, অদুন্নদি ওইবগা মহৈ যানবদি ঙমখিদে মমৈদদি আয হুৎদন মাব মা হনখি। বৃত্র হাঙ্গৈবসি, আর্যসাংগী যান্না যেংথিনবানি, মরম অসিনা মাব হাংপদা ইন্দ্রসাংনা যান্না হবাওখি। ফাবসকা নিংথৌ সাইবসনা দাশগা শম্বরন হিঙ্গৎতুনা বেবলোনবু চমাখি। মাসুম তৌতুনা বৃত্রসু আর্য-ভূম লৈনবা গদক যান্না থনখি মাস্তম তৌতুনা রাফমসি যান্না কুইববা বাবিনি, মাগী চান্নবা অচুম্বা থবা যান্না লুবে। অতুম ওইতুনসু ঋগ্‌বেদ, সমস্ত ভারতকা লৌনিক অমা অসিগী ব্রাফমদগা খংবা ঙম্বদি "ইন্দ্রগা বৃত্রগা লান শোক্লখি" অসিগা মথদি থবা ঙমহন কনাগুম্বগী মততা "ঋগ্‌বেদগী বৃত্র অমসু অহি শব্দ অসি নোংগী মিংনি মাতুংদি ইন্দ্রনা নোং থুগাইতুনা চুহনখি। ব্রাফম অসিদা মেমভিন্দুনা বৃত্রাসুর হাংপা বাবি অসি পুথোক-পানি। ব্রাফম অসি ঋগ্‌বেদগী ব্রাফম অসি এলগদি সাসি চমই, হাঙ্গৈবা ভাব কংই। পুরাণদাসু হাঙ্গৈ, ইন্দ্রগী বজ্রনা বৃত্রাসুরগী মওক্ কক্পদা মুমিৎ ৩৬৫ চই, অসুম্না হাঙ্গৈতুনা নোংভাবগী রূপক তৌবা ব্রাফম্নি, হাঙ্গৈবা ফোংদোকই।৮।

তং ত্বা বাজেষু বাজিনং বাজযামঃ শতক্রতো।
ধনানামিন্দ্র সাতযে ।।৯।।

অন্বয়ানুবাদ :— শতক্রতো ( হে থৌচিনবা, জ্ঞান য়াম্না লৈবা ! ) ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) বাজেষু ( লান খিবিক্তা ) বাজিনম্ ( পাঙ্গনবা ) ত্বম্ ( অতুগুম্বা ) ত্বা ( নহাকপু ) ধনানাম্ ( লন মযাম ) সাতয়ে ( ফংনবগী দমক ) বাজয়ামঃ ( ঐখোইনা হবিষ্য পীবি ) ।৯।

অনুবাদ :— হে থৌচিনবা, হে ইন্দ্র। লানদা য়াম্না পাঙ্গনবনি, ঐখোইনা লন ফংনবগী দমক নঙোন্দা হবিষ্য পীবি ৯।

যো রায়োঽবনির্মহান্ত্সুপারঃ সুন্বতঃসখা।

তস্মা ইন্দ্রায় গায়ত ॥১০॥

যঃ ( অতুগুম্বা ) রায়ঃ ( লন ) অবনিঃ ( চাকপা ) মহান্ ( মগুণ যাম্না লৈবা ) সুপারঃ ( অফবা থবক ঙাক্পা ) সুন্বতঃ ( যজমানগী ) সখা ( চান্নবা ওইবা ) তস্মৈ ( ইন্দ্রগী দমক ) অগায়ত ( লৈসি লৈথোক্লু ) ।১০।

অনুবাদ :— মহাকনা ঐখোইগী লন মাংদনবা ঙাকপী, মগুণ যামনা চেনবা অথোইবনি, অফবা থবক পুম্নমক ঙাকপি, যজমানবু চানবিবনি, অতুগুম্বা ইন্দ্রবু মহাকগী থাজনা চাউ ১০।

---

৫মবা সূক্ত ইন্দ্রনা দেবতানি

আ ত্বেতা নিষীদতেন্দ্রমভিপ্রগায়ত।

সখায়ঃ স্তোমবাহসঃ ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ :— স্তোমবাহসঃ ( হে স্তোত্র শিনিকপু ফংনবা !—লৈসি লৈথোনবা ! ) সখায় ( হে মরূপ—অতিকসু ! ) তু ( থুনা ) আইত, আইত ( লাও লাও ) নিষীদত ( ফম্মু ) ইন্দ্রম্ ( ইন্দ্রবু ) অভিপ্রগায়ত ( লৈসি লৈথোনলু ) ।১।

অনুবাদ :— হে লৈসি লৈথোননা মরূপসা। থুনা লাও লাও ফম্মু, মাহুম তৌত্তুনা ইন্দ্রবু লৈসি লৈথোক্নুনা চবউ ।১।

পুরূতমং পুরূণামীশানং বার্যাণাম্।
ইন্দ্রং সোমে সচা সুতে ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— সোমে সুতে (সোমরস শেমলবা অসিদা) সচা— (নখোই মযাম তিন্নজুনা) পুরূতমম (এরবা পুম্বাবু মাংহনবা) পুরূণাম্— (অযাম্বা) বার্যাণাম (পুম্নমক্না মাব লৌনিংবা লন পুম্বগী) ঈশানম্ (মপু ওইবা) ইন্দ্রম (ইন্দ্রবু) [অভি প্রগায়ত (ঋত্বিক সা নৈলেসি নৈলেথোনল্লু।] ২।

অনুবাদ ঃ— হে নৈলেসি নৈলেথানবা মকুপ সা। সোমরস সেম্বা লোইরে নখোই মযাম তিন্নজুনা এরবা পুম্বা মা হনবা, পুম্নমকনা লৌনিংবা লন পুম্বগী মপু ইন্দ্রবু নৈলেসি নৈলেথোন্দুনা চাক্লো লাও।২

সঘা নো যোগ আভুবৎ স রায়ে সপুরংধ্যাম্।
গমদ্বাজেভিরা সনঃ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ সঃ ঘ (অতুগুম্বা হাঙ্গৈশবা গুণ অতু ওইবা ইন্দ্রনা) নঃ (এইখোইগী) যোগে (থংদ্রিবা মাওইবগী কান্নবদা) আভুবৎ (ফংনবা সেম্বিসনু) সঃ (মানা) রায়ে (লনগী দমক) আভুবৎ (সেম্বিসনু) সঃ (মানা) পুরংধ্যাম (মথন মথা যামলবা বুদ্ধিদা) আভুবৎ (সেম্বিসনু) সঃ (মানা) বাজেভিঃ (চাঙ্গাক খিবিক্ক লোইনজুনা) নঃ (এইখোইদা) আগমৎ (লাকসনু) ।৩।

অনুবাদ ঃ— মতিক চাওবা অতুগুম্বা ইন্দ্রনা এইখোইগী অপাম্বা ফংনিংবা কান্নবা পুম্বা য হনবিসনু, অতুগুম্বা ইন্দ্রনা এইখোইগী দমক লন পীবিসনু, মথন মথা যামলবা অফবা লৌসিং পিবিসনু অমসু অতুগুম্বা ইন্দ্রনা— চানবা চাঙ্গাক পুজুনা এইখোইগী নাক্তা লাকপিসনু।৩।

যস্য সংস্থেনবৃণ্বতে হরীসমৎসুশত্রবঃ।
তস্মা ইন্দ্রায় গায়ত ॥৪॥

**অন্বয়ানুবাদ**— সমৎসু ( লানফমদা ) যস্ম ( ইন্দ্র মহাক্কী ) সংস্থে ( রথতা ) হবী ( চিংলিবা সগোল অনিবু ) শত্রবঃ ( এরুবাসী না ) নবৃম্নতে ( খাংবা ঙমদে,—সগোল উরগা কিদুনা এরুবনা হেক্তা চেল্লি ) তস্মৈ ( অদুগুম্বা ) ইন্দ্রায ( ইন্দ্রগী পেন্নবগীদমক ) গাযত ( লৈসিলৈথোনলু ) ।৪॥

**অনুবাদ** ঃ— লানফমদা মাগী রথ চিংলিবা সগোল অনি উবদা এরাবসীংনা কিবনা খাংবা ঙমদাদুনা হেক্তা চেল্লি, অদুগুম্বা ইন্দ্রগী পেন্না-বগীদমক মাবু নখোইনা লৈসিলৈথোন্দুনা চকউ। ৪ ॥

সুত পাব্নে সুতাইমে শুচয়োযন্তির্বীতযে।

সোমাসো দধ্যাশিরঃ ॥ ৫ ॥

**অন্বয়ানুবাদ :**—সুতাঃ ( সেংদোক্লবা ) শুচযঃ ( অশেংবা ) দধ্যাশিরঃ ( ষঙ্গোম অফম্বা যানসিন্দুনা ফজ্ঞাপুম্বা কোল্লবা ) ইমেসোমাসঃ ( সোমবস ময়াম অসিনা ) সুতপাব্নে ( সোমবস থকপাগী ) বীতযে ( থক্লবগীদমক ) যন্তি ( মনাক্তা চংই )। ৫ ॥

**অনুবাদ** ঃ—সেংদোক্লবা, অশেংবা অমস্থ ষঙ্গোম অফম্বা চাপত্নুনা ফজ্ঞনা শরুক শেংদোক্লবা সোমবস মযাম অসিনা সোম থকপগী থক্লবগীদমক মনাক্তা চংলি। ৫ ॥

ত্বং সুতস্য পীতযেসদ্যোবৃদ্ধো অজাযথাঃ।

ইন্দ্রজ্যৈষ্ঠ্যায়সুক্রতো। ৬ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) সুক্রতো ( হে ফজবা থবক তৌবা অর্থ অমদি,—ফজবা জ্ঞান লৈবা ! ) ত্বম্ ( নহাকনা ) সুতস্য ( সুংদুনা শেং-দোক্লবা সোমরসগী ) পীতযে ( থক্লবগীদমক ) জ্যৈষ্ঠ্যায ( লাইপুম্বগী অহেম্বা ওইবগীদমক ) সদ্যঃ ( খুৎথক্তা ) বৃদ্ধঃ অজাযথাঃ ( পুন্নামক্কগী অহেনবা ওই ) । ৬ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র হে ফজবা থবক তৌবাও। সোমবস থকনবাগী

দমক, মহৌশানা নহাকনা অথোইবা ওইবা মরম্না নহাকনা পুম্নামক্কী অহানবদা লৈ-ও। ৬॥

আত্বা বিশন্ত্বাশবঃ সোমাসইন্দ্রগির্বণঃ।

শন্তেসন্তু প্রচেতসে ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—গিবণঃ (থাগৎপা ব্রাহৈনা লৈসিলৈথোন্নফম ওইবা) ইন্দ্র (হে ইন্দ্র।) আশবঃ (সবন অহুমদা থাদোক্কনা লৈবা) সোমাঃ (সোমবস মযাম্না) ত্বা (নত্তোন্দা) আবিশন্তু (চংসনু) তে নহাক্কীদমক) প্রচেতসে (চংশোনবা জ্ঞান ওইনবগীদমক) শম (নুঙাইবগী মশক ওইবা) সন্তু (ওইসনু)। ৭॥

**অনুবাদ** ঃ—থাগৎপা ব্রাহে খিবিক্কা লৈসিলেথোন্নফম ওইবা হে ইন্দ্রও। সবন অহুমদা থাদোক্কনা লৈবা সোমবসনা নত্তোন্দা চংসনু। নুঙাইবগী মশক ওইবা সোমবস অসিবু নহাক্না খংবিবা ওইসনু। ৭॥

ত্বাং স্তোমা অবীবৃধন্ত্বামুকৃথাশতক্রতে।।

ত্বাং বর্দ্ধন্তুনোগিরঃ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ। শতক্রতো (থৌযাম্ব নত্রগা জ্ঞান যাম্না লৈবা হে ইন্দ্রও।) ত্বাম্ (নহাকপু) স্তোমাঃ (সামবেদগী স্তোত্র খিবিক্কা) অবীবৃধন্ (চাওখৎনলি) উক্থা (ঋগ্‌মন্ত্র খিবিকনা) অবীবৃধন্ (চাওখৎহল্লি নঃ (যখোগগা) গিরঃ (বাথ খিবিকনা ত্বাম (নহাকপু) বর্দ্ধন্তু (চাওখৎহনসনু) ৮॥

অনুবাদঃ জ্ঞান যাম্না লৈবা হে ইন্দ্রও। নহাকপু সামবেদগী মন্ত্র খিবিক্কা ঋগ্‌বেদগী মন্ত্র খিবিকনাসু চাওখৎহনলি, ঐখোইগী যাথং খিবিক্কসু চাওখৎহনলি। ৮॥

ব্যাখ্যা :— আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসিদা 'স্তোম' হায়বনা সামবেদগী মন্ত্র হায়বনি, অমসু উক্থা হায়বনা ঋগ্বেদগী মন্ত্রবু হায়বনি। বেদবু নিত্যনি, মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবনি, হায়বা থাজদবাসীংনা ঋগ্বেদনা হায়না লেংই,

মতুংদা সামবেদ লেংই, অসুম্না হাঙ্গ। মাখোই অহুদি রমেশচন্দ্রনাচি বনা বেদবু নিত্যানি হাঙ্গীবা যাদে। পাসগু মত চৎপা কা বুসীং অদুনা আলোচ্য ঋগমন্ত্র অসিদা সাযনাচাযগী ব্যাখ্যা অসিবুদি ককপা ওমদবি, মতুংদসু সাযনা-চার্যনা তৌবা ব্যাখ্যা অসি ককপা যাবা হীনদে।৮।

অক্ষিতোতিঃ সনেদিমং বাজমিন্দ্রঃ সহস্রিণম্।

যস্মিন বিশ্বানি পৌংস্যা ॥৯॥

অন্বযানুবাদ ঃ— অক্ষিতোতিঃ ( থাদাওনা ঙাকপীবা ) ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রন ) সহস্রিণম ( লীসিঙ অমা সুবা যাগ পুন্নমক্তা লৈবা— মাস যাম্বা ) বাজম ( সোমগী মশক ওইবা অন্নবু ) সনেৎ ( লৌবিগদবা ওই ) যস্মিন ( অন্ন অদুদা ) বিশ্বানি ( অযাম্বা ) পৌংস্যা ( পাঙ্গল পুম্বা লৈ )।৯।

অনুবাদ ঃ— ইন্দ্রনা মতম পুন্নমক্তা ঙাকপিহনা মসি লাকওনদবা— সোমগী মশক ওইবা অন্নবু লৌবিগদবনি, অন্ন অদুদ, পাঙ্গল পুম্বা লৈ।৯।

মানো মর্তা অভিদ্রুহন্ত নূনামিন্দ্রাগির্বণ।

ঈশানো যবযাবধম্ ॥১০॥

অন্বযানুবাদ ঃ— গির্বণঃ ( থাগৎনবা ওইবা ) ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র। ) মর্তাঃ ( মহৈ মহৈ এংথিনদা মীওইবনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) তনূনাম ( হকচাংগী ) মা অভিদ্রুহন ( মাংনবা তৌদবা ওইসনু ) ঈশানঃ ( তৌবা ঙম্বা মপুনা ) বধং ( এক্লবনা তৌবা মাংনববু ) যবযা ( ঐখোইদগী তোঙান্না থাইদোকপিয়ু, হাঙ্গীবদি ঙাকপিয়ু )।১০।

অনুবাদ ঃ— হে থাগৎনবা ওইবা ইন্দ্র ও। মহৈ মহৈ এংথিনবা মীওইবনা ঐখোইগী হকচাং মা নবা তৌহনবিগনু, তৌঙম্বা মপুনা ঐখোইগী এক্লবনা মা নবা তৌবা ঙাকপিসনু।১০।

## ৬শুবা সূক্তগী ভুমিকা।

সূক্ত অসিবু বৈদিক সম্প্রদাযনা "তৃতীযৈন্দ্র-সূক্ত" কৌনৈ। সূক্তসিদা ঋক্ তবা লৈ। ৫শুবা সূক্তগুম্না সূক্ত অসিসু ইন্দ্রনা দেবতানি, হাঙ্গৈদুনা ঐন্দ্র সূক্ত কৌই। অদুগুদি ওইবগা মহাক্কী তোঙানবা মশক্তি ইন্দ্রদেবতাবু ঋক কযামুক্তা স্তুতি তৌবাগুম্না মরুৎদেবতাবুসু স্তুতি তৌই। মাদুগী মতুংইন্না সূক্ত অসিদা অহানবা ঋক অহুম অমসু তরাসুবা ঋকনা ইন্দ্রতবু স্তুতি তৌই, মরিসুবা তরুক সুবা, নিপানসুবা মাদুমনা মাপনসুবা ঋক্না সুপনাগী মরুৎ দেবতাবু স্তুতি তৌই, মঙাসুবা অমসু তরেৎ সুবা ঋক্ অনিনা ইন্দ্র মরুৎদেব। অনিবু স্তুতি তৌই। ইন্দ্রদেবতাবু স্তুতি তৌবা সূক্তসীংগা মন্নবা হাঙ্গৈদোবিবা সূক্ত অসিগী অতোপ্পা মশক্তি মাসিনি।

'শ্রিযন্ত প্রান্তি যস্থু ভাবাহ"— মা লৈত্রগা থরাইপানবনা শি, অর্থ অসিদা ম খাংদনা 'মরুৎ' শব্দ অসি থোকই। মরুৎকী অর্থনা কুংসিং হাঙ্গবনি। হিন্দু শাস্ত্রগা মতুং মসিং ৪৯ নি। পুবাণনাচিংবদা মরুৎসীংনা পোকপগা বাহাই। কশ্যপকা ওবসদগা দিতিগী গর্ভদা মরুৎ ৪৯ পোকই। পুরানা হাঙ্গি, দাতন গী অমসিং মংমদা ব্রাদুনা মকোকনা খুষাদা মখোঙনা লুপুমদা ওন্দুনা ঙহাক্ত ভুমগাব, মাসিগুদা অমাংবা থবক অসি তৌরুদুনা দিতনা মালিডদা গভ হাংক ঙাংবা ইন্দ্রনা দিতিগী গর্ভদা চংদুনা গভ অদু তরেৎথাকনা বগনা ককথৎলু, গভ অদু শিদে, মাখোইনা কপদা এরোতব হাৎপা গনু হাঙ্গদুনা কপই, মাদুদা ইন্দ্রনা "মাবদন্ধম্"— কপকনু, হাঙ্গৈদুনা— তরেৎ অদু অমাক তরেৎ তাগৎ ওইনা ককই। অদুনা গভ অদু ৪৯ থোকাখি, ইন্দ্রনা 'মারুদন্ধম" হাঙ্গৈবদগী লৌদুনা মাখোই ৪৯ অদুবু "মরুদ" কৌখি, হাঙ্গৈ। মাখোই অসি মচিনমনাও যাম্না চাম্নৈ, অদুনা ইন্দ্রগা মরুদগনগা থক থানদে, অসুম্না হাঙ্গৈ।

শ্রীবু বেদ তত্ত্বিবা চঙা প্রসিদ্ধ লাহিড়ী পণ্ডিতনা সূক্ত অসিদা বৈজ্ঞানিকভিত্তিদা ব্যাখ্যা অমা তৌবমই, মাদুদি, ইন্দ্রদেবতাগা মরুদ্দেতাগা লোইননা উপাসনা তৌবগী মবমদা অনৌবা অর্থ অমা পুথোকই, মাদুদি,

শাস্ত্রগী মততা মুমিৎকা মরুৎকা অনি অসি মশা অমত্তনি। মুংসিংনা তাইবং পুম্বা সিনথুংনা লৈ, মুংসিং লৈতবা মফমদা তাইব, লৈতে। ঐখোইনা মাগী মথক্তা লৈবিবা মাশেম ইমা লৈপাক লৈমা অসি মু সিংকী মগুন্দা তাউডনা ঈসিংদা উনা তাউনাগুম লৈবিবনি। মুংসিং নত্তনা থরাই পানবগী হিংনবা পাঙ্গল লৈতে। অমস্ত লৈপাক, ঈসিং, মৈ, মু সিং অমস্ত অভিযা মডাসিবু শাস্ত্রনা পঞ্চভুত কৌই পৃথিবী লৈপাক লৈমা অসি পঞ্চভুতনা সাবা পোৎ অমনি। মবম অতুনা মু সিং যাওদবদি উবিবা লেংলি পাল্লিবা গাইবং অসি ওইবা যাদে। ইন্দ্রনা নোংমা মপুনি। মরুৎনা নোংগা লোইনবনি। নোং লৈবনদি মাগা লোইনাহুনা বায়ুস্থ হেক্তা লৈরে। মবম অসিন ইন্দ্রগা মরুৎকা থানবা লৈতবাগী মরমদি অসিন। অতুনা বেদনা ইন্দ্রগা লোইননা মরুৎপু লৈসিলৈথোনলি।

মরুৎপু মিতৈরোনদা মু সিং কৌই, অর্থাদি— মানা আত্মাগা লোইনা তুনা হকচাংগী মনুংদা সীংতুনা সিনংনা লৈবা, হাঙ্গৈবনি। থরাইপানবগী পোকপা, হিংবা, শিবা অমস্ত লানবা মখন মবিমক তসি মু সিংতনা আত্মা গা লোইনতুনা তৌইনবনি। তাইব পানবদগী নোংগ হাঙ্গৈবদি সুপনাগী যোগকনা লানগদবান। যোগ সতানাদি সুপনগী মু সমান যোগ বে বদি—"চিত্তবৃত্তি নিরোধ"—পুকনিগী বৃত্তি থাজিনবনু যোগ কৌই। অতুনা সুপনাী মুংসিংকী সহায়তনা পুকনিংগী বৃত্তি যাগদবান। পাণিনিনা মহাক্কী শিক্ষাদা স্নায় প্রবাহবু কাযাগ্নি কৌই। মহাক্তি বামনা বুপখনবা মডনি। মহাককী মমুংদা প্রাণ কৌবা মু সিংনা চৎতুনা হনচা পুম্নামক সিনথুনা লৈ। মাস্তুম্না প্রাণ কৌবা মুংসিংনা হকচাদা লৈবিডৈদা হকচাদা সাই। মানা লৈবিডে মতমনু চণ্ডলিবা ( হি লিবা ) কৌই। প্রাণ কৌবা মুংসিংনা হকচাং থাদোকতুনা চৎখিনগা হকচাংদা মৈ লৈতবে — হকচাগী অশাবা লৈতরে— ঈঙলে. মতম অতুদা হকচাংবু অশিবা, মাতুম হাঙ্গৈদ্রগা শিববা কৌই। অসিগুম্বা হকচাগী অসাবা অসিবু আধিদৈবিক অবস্থাদা মুমিৎ, আধিভৌতিকতা মৈ অমস্ত আধ্যাত্মিকতা প্রাণ, মাবু মিতৈবানদা— থরাই কৌই। মাসিদা থরাই হাঙ্গৈবদি প্রাণ কৌবা মুংসিংনা হকচাং পুম্নমক্তা সিনথুনা চৎনবা লম্বেন ওইবা কুপথরবা মড়ী মযাম্বু অনৌবা বিত্তাদা স্নায়ু-

প্রবাহ কৌই। স্নায়ু প্রবাহ অসি মখন অনি থোকই। স্নায়ু প্রবাহ মখন অমনা পুকনিংনা পাম্বা থবক তৌহনলি। মাখোই অসিগী থবক তৌব্রম যন্ত্র ( কোল—মরৈ ) দি থোপনি ( মস্তিষ্কনি )। মহাকপু ( থোপপু ) তন্ত্র শাস্ত্রনা "সহস্রার" ( মনা লীসীং অমা পানবা থম্বাল ) কৌই। জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা ( মীট, না, নাতোন, লৈনং অমসু উন মাখোই মঙা ) অমসু কর্ম্মেন্দ্রিয় ( চীন, খুৎ, ঈসিংথোং, অমাংবগী থোঙ অমসু খোঙ মাখোই মঙা ) পুম্না অসিগুম্বা ইন্দ্রিয় তনা অসিনা পুকনিংগী অপাম্বাগী মতুংইন্না মাখোইগী—মশিল—থবক তৌই। মাদুদি,—পুকনিংনা চানি লগা চীননা চাই, পাঙ্গনিংলগা খুৎনা পাঙ্গ, খোঙ্জেল তানি লগা নাকোনা তাই। অসিনাচিংবা… ইন্দ্রিয় তনানা মা মাগী মশিল তৌবদি পুক্নিংগী অপাম্বগী মতুংইন্না তৌই। অসিগুম্বা ইন্দ্রিয় তবাগী মথৌবু পুকনিংগী অপাম্বগী মতুংইন্না তৌহন্নবগী দমক খংবনা মশক ওইনবা অমসু লেং ওৎপনা মশক ওইনবা ( Sensory and Motor ) স্নায়ু শিবা ( নডী ) না যা লেনগী ভীঙদা চৎতুনা হকচাং পুম্নমক সিনথ্নানা লৈ। অসিগুম্বা শিবাদা বায়ু প্রবাহ ( Neurval current ) না চৎলি। অসিগুম্বা স্নায়ু প্রবাহনা চৎপনা হকচাং পুমনমককী মশু সাংবু পুক্নিংনা খংই; অমসু মাংসপেশীনা ( হকচাংগী তোঙান তোঙানবা মফম্বু লেংহনবা যন্ত্র—তোশানা সেম্বা যন্ত্র ) পুক্নিংগী মতুংইন্না লেংহল্লি। স্নায়ু প্রবাহ মখন অমা বুনা সহানুভূতিক মণ্ডলী (Sympethatic system) কৌই। অসিগুম্বা স্নায়ু প্রবাহ অসিনা মবম ওইদুনা হকচাংগী মনুংদা—লৈবা যন্ত্র মযাম্বু পুক্নিংগী অপাম্বা পামদবা এংদবসু মথৌ তৌহনলি। মাদদি পুকনিংনা ইখ থদনা মথৌ তৌবা হকচাংগী যন্ত্রদি থবোম্বীনা স্বর তোন্দোক হোঙ্জিন, থজিনগী উর্মাশনবা ফন্দোকপা, চাথরবা পোৎপু তুমহনবা কহনবা, ঈ ওলহনবা, যন্ত্রগী থবক অসিনাচিংবা হকচাংগী মনুংদা লৈবা যন্ত্রসীংগী মথৌ অসি পুকনিংবু ইএং এদনা মথৌ তৌবা ঙাকনি। মাদু তৌহনবা স্নায়ু প্রবাহসি অতৈ সহানুভূতিক মণ্ডলী কৌই। ঐখোইনা—তুমথবদুনা পুকনিংনা কবি অমত্তা খন্দ্রবা মতমদসু থবোম্বীনা স্বর হোনবা কাঙ্গদে, থজিনগী মিহুন অতুম্মক হুল্লি। থিবোংখাওনা চাখিবা পোৎপু তুমহনবা, ঈবু মফম মফমদা চৎহনবা অতুম্মক তৌই।

হকচাংদা লৈবা যন্ত্রসীং অসিদা ঐখোইগী পুকনিংনা কবিগুম্বা অমত্তা তৌহনবা ঙমদে। অসিগুম্বা পুকনিংগী মতুং ইন্দবা হকচাগী যন্ত্রসীং অসিনা মাপ্পী মাগী মসিন কাইদরিবামথৈ মাখোই অতুবু পুকনিংনা কবি অমত্তা খংদে, তৌইগুম্বস্তু মতম অতুদা পুকনিনা নুংঙাই, অতুগা যন্ত্রসীং অতুদা কবিগুম্বা অকাইবা অমত্ত হেক থাবেগ পুরিনা ময়া থাই,— লৈবা ঙমদে। মাসিদগী ভাব অমা তাবকই, মাতুদি,— যন্ত্রসীং অতুগা পুক্লিংগা থাদোক্লবা যাদবা মডী শমা লৈবয়গনি। মডা (সম্বন্ধ) অতু খংলবদি পুকনিংগী মতুং ইন্দ্র হাঙ্গবা থাদবা যন্ত্র পুন্নামক অতুব পুক্লিংনা শাসন তৌবা যাগনি, হাঙ্গবা ভাব তসি ফই। মাসিদগী যোগগী থোং হাংবা হৌই। যোগীসিংগী "ইডা, পিঙ্গলা, অমসুং সুষুম্না" কৌবা মডী অহুম অমসু চক্র তকক মাখোই যাপন অসি, হাঙ্গখবা সতাপভৃতিক মণ্ডলী মনুংচনবা স্নায়ু প্রবাহান। ইডা কৌবা মডীনা খাংদনবা তিডদ ওইবোমদা পিঙ্গলা মডীনা লেংলামদা অমসু সুষুম্না মডীনা মংাইদা লৈ। ইডা অমসু পিঙ্গলা কৌবা স্নায় প্রবাহ অনি শসিদি পুবংনগা অনাংবা তৌবা স্নায়ু প্রবাহসীংদগী তোঙানবা স্নায় প্রবাহনি। মাখোই অনি অসিদা পুকনিংগী শাসন অমত্তা চংদে। সুষুম্না মডীদি থালেন তিডগী মযাইদা লাকতুনা মথাংবোমদা মচিন থেনসন্দুনা লৈ। মাগী মনুংদা চিত্রা কৌবী মডী লৈ। মানা লবু ইংলন্দ — ব্রহ্মচক্র লেংসিন্দুনা লৈ। থোপকী মনুংদা গুহা মডা (Ventricles at the Brain) থিঙ্গাইতুনা মেডুলা অবলঙ্গেটা অমসু থালেন তিড মযাইদা চংলি।

## হকচাং মনুংদা লৈবা চক্র তরুক্তি —

(১) কুলকুণ্ডলিনী— (Ganglia)

(২) স্বাধিস্থান— (Sacrual plexus)

(৩) পুকমনুংদা মণিপুর— (Abdominal plexus)

(৪) থবাক্তা অনাহত— (Cardiane plexus)

(৫) ঙক্তা বিশুদ্ধ— (Medulla of longata)

(৬) থোপতা আজ্ঞা— (Frontal plexus)

থব্রাইপানবগী চিঙ্গাক্তা লৈবা পাঙ্গলবু সৌবশক্তি কৌই। মহাক্তি নুমিৎতগী লাকপা পাঙ্গলনি। থব্রাইপানবনা মামাগী মচিঙ্গাক চাই। মাহুদি হকচাদা সৌবশক্তি হাপচিনবনি। মাহু নোংমক্তং হাপচিন্দবগা পাঙ্গল হেক্তা হনথৈ। মাহু হাপচিন্দ্রগা শি। ঐখোইনা ছিংলিবা অসি সৌব-শক্তি-নুমিৎকা পাঙ্গলনা শিনি। নুমিৎকী পাঙ্গল অদু নুমিতগী থব্রাই পানবনা মচিঙ্গাক চাগনা নুমিৎতগী মাগী পাঙ্গল সৌরশক্তি লৌশিনবনি। ঐখোইন চাহুনা লৈসিংনি। নুমিৎকী পাঙ্গলবু হকচাংগী মফম অনিদা লীহুনা থমই, মাহুদি থোক্তা অসনা কুলকুণ্ডলীনীদানি থোপতা থম্বা সৌবশক্তিনা পুকনিংগী মথো, অমসু মৎ, না, নাতান, লৈএং উন, খোঙ, চীন, ঈসিংখোং, অমসু অসিগুম্ব হকচাগী ইন্দ্রিয় মখল তবাগী পুক-নিংগী অপাঙ্গা তৌবগা মশিল লৌবদা শিজিন্নে। অহুগা কুলকুণ্ডলীনীদা থম্বা সৌবশক্তিনা পুকনিনা সংবা ডমদবা মন্ত্রদা লৈবা যন্ত্রসিংগী মসিন তৌবদা শিন্নাদুনা হকচাগী হিংনবা থবক তৌই। মাসুম তৌহুনা চাহুনা চংনাক্তা লৈসিনদ — সৌবশক্তিনা হকচাগী থবক মখল অনি তৌবদা লোতান লোচায় শিন্দ্রা যোগনা যোগগী পাঙ্গলনা সুষুম্না মডগী মচিন পুমদিন্দুনা লৈব হাপ্পাকহুনা তুমহুনা লৈব কুলকুণ্ডলীনীবু তে পাকই। অহুগা পুনশিন মখাদা লৈতবা সহানুভূতিক মণ্ডলীগী থবক তৌবদা পুকানগা মথংপাননা তৌগা চম্বা পাল্লি। মাসিনি, যোগীসিংনা কংগ পানবদি। সহানুভূতিক মণ্ডলাবু পুকনিনা থংদনা তৌবিবা স্বব হোনবা, মীগুন হনবা, চাখিবাবু ভুমহনবা ঈ ওলহনব, ঈ অহুবু হাকচাংগী মডী খুদিংদা চলহনবা বস, ৺ ব্ড়া বীন সেম্বা অসিনাচিবা হিনবগী থবক পুম্বা পুকনিংনা তৌহনবিবা লৌবা চমই, খুদমগীদমক ঐখোইনা মপান্দগী চীঙ্গাক চিন্না চাহুনা লৌসিনশি। মাহুদা পুকনিনা ব্রাএন তৌহ। শাইবা যোৎপা, মাহুম্না অমাংবা থাদোকপা, পুকনিনা থাদোকনিলগা থাদোকই। তৌইগুম্বসু চাখিব্রা পোৎ হকচাংদ। চাকখাওদা থম্বা, অন্ত্রদা থমদুনা ঈ ওলহনবা মাখোই অসিদি পুকনিনা কাব অমত্তা থংদ্রবনি। অহুগা মাহুদা খজিক্ত সোইবদি যেকপা থিনবা তৌবকহুনা হেক্তা খই। পুকনংদা লৈবা মণিপূর চক্রগী মশিন্না পাকাশয অমসু অন্ত্রগী মশিন

তৌহল্লি। অতুনা মণিপূরবু পুকনিংগী মখাদা থম্বা ভমলবদি, চাখিবা পোৎ নিংথিনা তুমহনবা ভমগনি ঈনাচিবা নিংথিনা সুংহনবা ভমই, হকচাংদা অনাবা লৈহন্দবা অমসু শিনিংড্রিবা মখৈ শিদবা ভমই।

যোগীসীংনা হাঙ্গী,—থোপকা মন্নুদা মীৎ অমা লৈ। মীৎ অতুবু পাংথোকপা ওয়াংদি, [illegible] মসম অতুগী যোগীসীংনা থোপ্পা মখাদা পীনিথাল গ্লাণ্ড লৈবম্বগা মফম উই। থাইনা মীওইবদা লাইপক মথাইদা মীৎ অমা পাল্লনই, [illegible] মতু ইন্না মীওই-বগী মশক হোংলকপদা মীৎ অতু লৈখিদননি। এঐগোইনা মহাদেব, দুর্গাগী মূতবু থাইনা মীওইবনা [illegible] পবিত্রনা তৌই। অতুনা থাইনাগী মীওইবগী লাইপক মথাইনা মাৎ অমসু পাল্লম্বা অতগা [illegible]দা মীৎ অহুমসুবা অমা হেন্না হাপলবা অসিনি। [illegible]থোইনা তান্ত্রবসু তন্ত্র, যন্ত্রগী মন্ত্র সোনলমদাইদা মীৎতা মন্ত্র [illegible] মাৎ অহুমদা হাপই "ক্লীং [illegible] বৌষট" অসিনাচিংবা, হাঙ্গিদুনা মীৎ [illegible]। হাপলবা অতু থাইনা তাইবংমী এঐখোইদা মীৎ অহুম পাল্লম্বা [illegible]নি। অহুম সুবা মীৎ অতুদি থাইনা মীওইবদা পাল্লম্বগী [illegible] মী-ওইবগী কোক্তা মন্নুংদা লৈবা। মীওইবনা থাবনাদি মীৎ [illegible] পাল্লিবৈদদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান উবমই। উদবা, খংদবাপুম্বা উবনা, [illegible] পান্দ-বৈদগী মীওইবগী জ্ঞান হনথখি। [illegible] যোগসাধনাগী পাঙ্গলনা মীৎ অতু পাংথোকহল্লবদি উদবা খংদবা, সু খবা, উবা জ্ঞান [illegible]। হঠ যোগীনা তানবনা কুলকুণ্ডলীনীবু হৌদোকতুনা শদবা, নাদবনাচ [illegible] তানবনি। রাজযোগীনা তানবনা অহুমসুবা মীৎ পাত্তুনা [illegible] খনবা তানবানি।

থব্বাই পানবনা চংঙাক চাতুনা হকচাংদা সৌবশাং লৌসিনলি, চাখিবা চিঙ্গাকনা চাকথাও থোইডাং। মথং মথং মাগ থনক অতু [illegible]তুনা পুং ২৪ লৈবগা 'বস' কৌবা পোৎ অমা চই। বসনা মীওইবদা লৈবগা হুণ্ডাইবা, থৌনা ফবা, অমসু ফিগডুবা ওকহনলি সকু, সিলি, তাঁড, তোং অমসু ঈ, মখোই তরুক আসদা বসনা পুঙ ১২০গা মিনট ৬ চুপনা মথং মথং লৈতুনা সুমিৎ ২৫নিগা কলা ৭৫ চহ, অতুগী মতুদা

পুণ্ড ৬০১ গী তুংদা পুণ্ড ৭২১ দি হেন্দরিভৈদা রসনা নিপাদা বীর্য, মুপীদা ঋতুগী ঈ ওল্লি। রেতঃ হাঙ্গৈরবদি নিপাগী বীর্য অমসু মুপী রক্ত অনি মকপু খংনৈ। রেতঃ লৈরগা মী অহুদা পাঙ্গল অমা পোকই। পাঙ্গল অহুবু 'ওজস্' কৌই।

ওজস্তি রস অমসু পাঙ্গন অনিগী লেংদবা মচিনি। অণ্ডকোষ (মরুম) দা শুক্রগা লোইনহুনা পোকমিন্নৈ। শুক্রনা ঈসিংগী তুংনফমগী নাক্তা লৈবা শুক্রগী লৈফম ( Vesiculac Seminalis ) দা পৈশিন্দুনা লৈ। ওজস্না ঈদা তোংহুনা চৎখি চৎখিহুনা থোপতা অমসু কুলকুণ্ডলিনী, স্বাধিস্থান, মণিপূর, অনাহত, বিশুদ্ধ অমসু আজ্ঞাদা তুংশিন্দুনা লৈরুই। স্ত্রী সহবাসকী মতমদা শুক্রনা শুক্রাধারদগী ভারকই। শুক্রনা শুক্রাধার থন্না লৈরবদি স্ত্রী সহবাস নত্তবাদসু মং ( স্বপ্ন ) নাচিংবদা তাখি। মাসুম তৌহুনা রেতনা হেন্না চৎলবদি হকচাং ওজস্ ময়েং তাই। ওজস্তি স্নায়ু মণ্ডলীগী চীঙ্গাক্নি। মী অহুগী কোকতা—থোপতা ওজস্ য়াম্না লৈবা মীদি মানা নিংবা পাম্বা—ইচ্ছাশক্তি অহু য়াম্না মপাঙ্গন কনলি। মী অহুনা খজিক্তা তৌবদা মীয়াম্বু ইরাই লাইনা ঙমই, অমসু মাগী পুক্নিংদি মতিক য়াম্না চাওই। মানা করিগুম্বা অমত্তং খনবদা পুক নং অনি লোংদবা ঙমই। মরম অসিনা রেতবু থাদোক্তবা ব্রহ্মচর্য্য ব্রত তৌবা হাঙ্গৈবসি মী পুন্নমক্কী কান্নথোইবনি; অহুনা যোগীনা ঊর্দ্ধরেতা ওই।

ঐখোইনা ইংৎতহুনা স্বর হোন্দোক হোঙ্গিন তৌই, মাসি মিনিট ৫দং থিংলবদি হকচাং অসি মুশিল্লকই, প্রাণনা মপান্দা থোকখি। অসিগুমবা মুংশাস্বর হোনবা অসিবু সহানুভূতিক স্নায়ুমণ্ডলীনা তৌই। মাদি য়াংলেন্দা লৈবা তিঙদা কেন্দ্র ওইনা লৈ। তুমদবা মতম— তাইবদা ঐখোইনা—স্বর হোনবাবু থিঙ্গে থাদোক্কে ঙমই। অহু ওইরবদি মনুংদা লৈবা যন্ত্রসীং অতৈসীং অহুসু থিঙ্গে হাঙ্গৈবা ঙম্মই। থিঙ্গে থাদোক্কে ঙম্নবনিনা মাখোইগী যন্ত্রসীং অহুগী মথক্তা পুকনিংনা ৱায়েন তৌবা ঙম্নবা হোৎনবা য়াৱা তাই। মরম অসিনা যোগগী হৌবদি যোগীসীংনা স্বর হোনবদা রাএন সেমবা—অসিনা হৌই, মাহুবু প্রাণায়াম কৌই।

যোগীসীংনা প্রাণায়াম তৌই, মুংশাস্বর অসি হোন্দোকপদা অমসু

হোপ্লিনবদা নাতোন অনিমক্তা চপ মান্নবা চত্তে অমস্থু চংদে। নাম-দা চিং-শিনবা, নাম্ম থিংডুনা থম্বা, নাম্ম অমরোমদা থাদোকপা অসিনা হৌই।

ঐখোইনা স্বব চিংশিনবদা মপানগী মুংসিৎ থবোম্বীদা পুশিল্লি, মাতুনা শোকপদা মমুংদা লৈবম্বা ঈনা মচু মুবম্বা ওাঙথোকই। ঈগী হান্না মুবম্বা মচুবুনা স্বর হোন্দোকপদা পুথোকতুনা মপান্দা থাদোকই। মাস্তুম তৌতুনা নাতোন্দগীনা খোঙ্গী ফাউবা, অমোক খোঙ্গদোদগীনা নাতোন ফাউবা চৎলিবা স্বর অসিবু "প্রাণ" কৌই। মাবু মাঙবগী লাইবকনা হুংসিংলি, হাঙ্গী। অতু ওইরবস্থু মাদি মপানগী মুংসিৎ অসি নত্তে। মানা হঙ্গৎ হন্দা চৎপদা মপানগী মুংসিংকা সম্বন্ধ, মপানগী মুংসিংগী অমজান লৌশিল্লকং, মাতুনা মমুদা লৈরম্বা ঈ ওাহাল্ল, ঈনা পুশিনাখতুনা চকচং পুম্বাবু ফগৎহনলি। ঈদা লৈবম্বা অমুবা অতুদি মওবা কাবালক প্রসিড অতু পুংথোকাখ, মপান্দা মাংহনখি।

প্রাণাযাম তৌতুনা মহৌশাগী তোবিব থবক অসিবু মাগা পুকনিগী মতু ইন্না ব্রাএন তৌবা ওমত। মতম বুহন। প্রাণাযাম তৌতুনা অস্তুম অস্তুম পুকনিং তপনা সান্নবগা প্রাণ (নাতোনদগীনা খোঙ্গ ফাউবা, খোঙ্গদগীনা অমোক নাতোন ফাউবা চৎলিবা) কোনা মুংসিৎ, মাস্তুমনা খোঙ্গদগগীনা—গুহ্য ফাউবা হঙ্গৎ হন্দা চৎপা অপান, মাখোই অনিসি মশা অমও ওইবকত। মাস্তুম্না হাঙ্গীবোই হাঙ্গীরগা মণিপূরদগী মথক্তা চৎলিবা স্নাযু প্রবাহ, মাস্তুম্না চৎলিবা স্নাযু প্রবাহ, প্রবাহ অনি অসি মশা অমও ওইতুনা তিনসিনলি। মতম অতুদা নাতোনদা লৈবা ঈডা অমস্থু পিঙ্গলা মড়া অনি হৌদোকই, হাঙ্গীবদি— মড়ী অনিতু লেং-ওৎলকই। মাতুম তেতুনা প্রাণাযাম তৌতুনা প্রাণবাযুনা লব্রাই লেনফুদা চংলবদা নাংদগী না মূলাধার তম্না যা লেনগী—তিডদা চৎখিবা সুষুম্না মড়ীনা হৌগৎলকই—লেত; মাগী মচীন উমসিনবা অতু কাথোক্ই। মতম অতুদা কুলকুণ্ডলিনী (Ganglia impar) না তুম্নম্বদগী হৌগৎলি। মাতুবু যোগগী মবোন্দা 'কুলকুণ্ডলিনী উত্থাপন'—কুল কুণ্ডলিনী হৌদোকপা কৌই। মাসি যৌবদা যোগীনা যোগগী থো হাংলে। অতুদগীদি মথং মথং যোগগী লম্বেলদা চংখবে, চাদ্রনস্থু কিংবা ওমলে, শিবাস্থু মাগী মনিং ওইরে; মাসিনা যোগসিদ্ধগী অহানবা থোঙনি। থোঙ অসি

হাংদরিবামথৈ মীওইনা পোকপগী মহৈ যান্দবি, মবম্ অসিনা যোগগী লম্বেনস্থু অসিদা চংখিবা ভাক্তনি। মাসিদগী খংলে— তাইবংপানবদা পোকলিবা অসিনা তানগদবদ যোগসিদ্ধ ওইবা অসিভানি। যোগনা থৱাইপানবাবু— তাইবংপানবগী মপুদা খুজে পাংলোইননা পীব। যোগদি মুংসিংনি, প্রাণবাযুনি। অডুনা ঐন্দ্রসূক্ত অসিদা ইন্দ্র অমস্থ মবৎ দেবতা অনি অসি তিগ্ননা হাঙ্গীমন্নে।

কলৈ যুম্ফাল—মিতৈ লৈপাক অসিনা পৃথিবী মাতাগী খোঙ্গীদৌনি। মবম অসিনা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মিতৈ লৈপাক অসিবু মহাক্কী মহাভারত লাইবগী সাহিত্য অথোইবদা মণিপুর হাঙ্গীনা মিং থোন্দুনা নবাবতার তাইবংমা ওইবগা মশক অর্জুনন যোগসিদ্ধ ওইবাবু আদিপর্ব্বদা লেংলমই, মাঙ্গগী অশ্বদি অর্জুননা দ্রৌপদীগী ব্রশক বাঙ্গীবদগী ব্রহ্মচারী ব্রত তেতুনা তীর্থ চংলি, অহানবদা হরদ্বারদা গঙ্গা তুবেনদা লুপ্তুনা উলুপী লেই, মচানিপা ঈডাবান্ পোকই, মথদা মাংপূবদা চংতুনা মণিপুর নিংথৌগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদা লৌই, মচানিপা বভ্রুবাহন পোকই, মথংদা দক্ষিণদা সমুদ্র নপাল চঙ্গুনা অগস্ত্যতীর্থ, সৌভদ্রতীর্থ, পৌলোম তীর্থ, কারন্ধমতীর্থ। অমস্থ ভারদ্বাজতীর্থ পঞ্চতীর্থদা বর্গা, সৌরভেয়ী, সমীচী, বুদ বুদা অমস্থ লতা কোবা অপ্সরা মঙা লানবিবা, ৱারি অসিনা কুলকুণ্ডলী উত্থাপন তেতুনা নরাবতার— তাইবং মীওইবনা যোগসিদ্ধ ওইবাবু ৱারি ওইনা তাইনবনি। অর্জুননা হরদ্বারদা ঈসিং মনুংদা লুপ্তুনা উলুপী লৌই, নাগ লৈন নিংথৌনবনি, মাতৌন্দা মচানিপা ঈরাবান্ পোকই,—কুলকুণ্ডলিনী উত্থাপন তৌই, মণিপূরদা চংলি, মণিপূরদ খোঙ্গীদা পুকচুংদা লৈবা Abdominal plexus নি, মহাক্কী মবেমা চিত্রানাড়ীবু মহাভারতনা চিত্রাঙ্গদা কৌই, মহাকপু অর্জ্জুননা লৌই, হাঙ্গীবদি খোঙ্গীদৌ শান্নৈ, সিদ্ধ ওইবে হাঙ্গীবনি, মচানিপা বভ্রুবাহন কৌবা অমা পোকই, হাঙ্গীবদি খোইদৌৱা সান্নবা সিদ্ধ ওইবে, হাঙ্গীবনি, বর্গানচিংবা অপ্সরা মযাম লানবিচুনা তীর্থ মঙা সেংদোকপা হাঙ্গীবদি যোগীনা খোইদৌৱা সান্নাবদা খোঙ্গীদৌদা লৈবা তীর্থ মঙা অদু উত্থাপন তৌবাবু অমস্থ তীর্থদা যোগধ্যাননা স্নান তৌবাবুস্থ অপ্সরা বর্গানাচিংবিবু লানবা হাঙ্গীবনি, অর্জ্জুনগী তীর্থ যাত্রাগী ৱারি

অসিনা যোগসাধনাবু ব্যাখ্যা তৌবনি, মাসিগী মরমদা চিংনবা লৈতে। ব্রাফম অসি মাইথোলোজীনি। ভগবান্ বেদব্যাসনা মহাভারতকী পৌরাণিকী কথা অসিনা মরম ওইহনা কংলৈ মিতৈ লৈপাকপু যোগসাধনা তৌনাফম যোগসিদ্ধ ফংফম. পুণ্যতীর্থ অথোইবনি, হাঙ্গীন' তাকপনি, মাতুগী অউবা থূদমদি, মিতৈ লৈপাকতা হুজিক ফাউবা যোগধ্যানদা লুপ্তনা লৈবা, মরক মরক্তাসু তাইবংমা ঐখোইবুসু উহনবা যোগসাং অসিনি। ব্যাখ্যা অসিনা মরম ওইদুনা ঐন্দ্রসূক্তদা মবৎকা ইন্দ্রগা হাঙ্গীমন্নাবগী ব্যাখ্যা অসি ঐখোইনা ঙ্গথোকপনি।

পাঙল— মোসলমানসাগী 'কোরাণ' ধর্ম্ম লাইবিক্তসু মরুৎসীংবু লাইগী দূতনি, হাঙ্গী। মবংকী ব্রাফমদা কোরাননা হাঙ্গী,— আদমগা মচাসীগী ফত্তবা লমচৎনা পৃথিবীদা যান্না অব্রাা পীবে, স্বগগী দতসীনা ফত্তবা লমচৎনা যান্না ব্রাহনলবদা ফত্তবা লমচৎ গুদু চাকপিনবগীদমক তাইবংপানবগী মপুদা চংই। আদমগী মচাসীগী লমচৎ ফত্তবা কোক্লবাগী-দমক তাইবং মপুনা মকং অমসু হাকৎ কোবা দত আনি থাবকই, মাখোই অনিনা যান্না হৈসীবগা লোইননা মাংলাইগী তৌফম থোবপা থবক পুম্বা তৌই, অদুনা মাখোই অনি অসি যান্না মাম চৎতুনা ফাউই। মাখোই আনি অসিগী যান্না হৈাসংবা উবদা জোব্রা (ঈবাহ গ্রহনা) না হুপীগী মশক লৌবতুনা পৃথিবীদা কুন্নকই। মবৎ অমসু হাকৎনা হুপী অতুগী মশক ফজবা উবদা ইস্তমগুমহৎখবে। হুপীগী মশক লৌবিবা জোব্রানা স্বগদা চৎলবদা মকং অমসু হাকৎ অনিসু মতু ইনলে। তৌই-গুম্বসু স্বর্গগী থোঙ ডাকপা বিদবাননা মাখোইবু স্বর্গদা চহন্দবে, মাসুম তৌতুনা মাখোইনা হুপীগা সম্নাকুবগী পাপ কোক্লবা প্রায়শ্চিত তৌবা হৌই। বিচাবগী অবোইবা সুমিৎ ফাউবা বাবলিন নগবদা ফাতুনা থম্বা ভাখি। ব্রাফম অসি ঐগী বেদগী ওজা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীগী পাদটাকানি।

---

### ৬সুবা সূক্ত। ইন্দ্র অমসু মরুদ্‌গণনা দেবতানি।

I　I　I　I　I
যুঞ্জন্তি ব্রধ্নমরুষং চরন্তং পরিতস্থুষঃ।

I
রোচন্তে রোচনা দিবি ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—পরিতস্থুষঃ ( লোক অহুম্মক্তা লৈবা থব্বাইপানবাসীংনা ) ব্রধ্নম ( অতিযাদা মুমিৎ ওইনা লৈবা ) অরুষম ( থব্বাইপানবাবু মাংহনদবা মৈ ওইনা লৈবা ) চরন্তম্ ( মুংসিৎ ওইদুনা মফম পুম্নমক্তা চৎপা ইন্দ্রবু ) যুঞ্জন্তি ( মাখোইগী মথোদা লাই ওইনা ঈডাংলি ) দিবি ( নিংথৌ লৈপাক্তা ) রোচনাঃ ( ইন্দ্রনা থব্বান্মচাক মযাম ওইনা ইবং শ না থোকতুনা ) রোচন্তে ( ঙানলি ) ।১।

অনুবাদ ঃ— ভূঃ, ভুবঃ, স্বঃ কৌবা লোক অহুমদা লৈবা থব্বাইপানবা পুম্বনা, অতিযাদা মুমিৎ ওইনা থোকপা, থব্বাইপানবাবু মাংহন্দবা মৈ ওইনা লৈবা, মুংসিৎ ওইনা মফম পুম্নমক্তা চৎপা, ইন্দ্রবু মাখোইগী মথোদা লাই ওইনা ঈডাংলি, নিংথৌ লৈপাক্তা মানা থব্বান্মচাক মযাম ওইনা থোকতুনা ঙানলি ।১।

ব্যাখ্যা— মখোইনা আলোচ্য ঋক অসিগী গুরু পরম্পরাগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌই। গুরু নাইদবা ইউরোপীয়ান স্কোলারসিংগী মতত্তদি এখোই-না তৌরিবা ব্যাখ্যা অসি যাদে। খুদমগী দমক রমেশচন্দ্র দত্তনা সায়ণগী মত মতুংন্না ঋক অসি ব্যাখ্যা তৌবগা হান্নী, মাতুদি,—"সায়ণগী ব্যাখ্যাগী মতুংইন্না ঋক অসিগী অর্থ মথক্তা লৌখংলে, মাগী অর্থগী মরমসু খংলে। মাতুদি,— সূর্য, অগ্নি, বায়ু অমসু নক্ষত্রসী অসি সূর্যগী তোঙান তোঙানবা মূর্ত্তিনি। তৌইগুম্বসু মূলদদি ইন্দ্রগী নত্রগা সূর্যগী নত্রগা মৈগী নত্রগা— বায়ুগী মিংদি যাওদে, সূর্যগী বিশেষণ ঙাক্তনি। সায়ণনা অনুমান তৌদুনা দেব—লাইসীংগী মমিং ব্যাখ্যাদা হাপচিনবনি। মাতুদি,— মূলদা "অরুষ" শব্দ যাওই, সায়ণনা মাতুগী অর্থ তৌই,—'হি সা লৈতবা।' হি সা লৈতবদি কনানো? সায়ণনা অনুমান তৌই, মাদুদা হি সা লৈতবদি "অগ্নি—মৈ" নি, হান্নীনা তৌশিল্লে, মাসুন্না অর্থ হনবা অসি ম্যাক্স মুলারগী মত নত্তে।

মরম অদুনা মানা সূক্ত অসিগী অর্থ অমা ওন্নতৈননা তৌই, মাদুদি, "Those who stand around him, while he moves on, haviness the bright red steed, the light of heaven shine earth" 'অরুস' গী অহানবা অর্থদি অঙাংবা মচু হাঙ্গৈবনি। মাতুম্না 'অরুষ' বু বিশেষ্য ওইনা শিজন্নরবদি স্বগী সগোল অমগী মিং ... হাঙ্গৈ, সূর্যগী সগোল অঙাংবা অসি গ্রীস্ লৈপাক্তা মশক থৈথিত্তুনা— "Eros" অসুম্না কৌনখি। ( Cupid in Latin ) প্রেমগী লাইনি হাঙ্গনা ঈড়াংলৈ। Glips from a German workshop voll II (1867) p. 28 to 140. সূর্যগী চুম্নগী সগোলগী মিংদি 'হরিৎ' কৌই। মরম অদুনা সূর্যবু হরিদশ্ব কৌই। Max Muller না বিচার তৌখি, সূর্যগী সগোলশিং অসিবু গ্রীস লৈপাক্তদি মশক থৈথিত্তুনা "Charite" কৌদুনা ( The graces ) মশক ফজবী অমসু মাবু যাম্ন পাম্নবা দেবী অমা ওইনা পূজা তৌরে। ( ঐগী ওঝা লাহিড়ীগী পাদটীকাদগী লৌবনি )।

আলোচ্য ঋক্ অসিগী ব্যাখ্যাদাসু তোঙান তোঙানবা ব্যাখ্যা কার-সীংগা তোঙান তোঙানবা অনৌ অনৌবা ব্যাখ্যা পোনোঙ্নবি। মাদুদা ঙুমিৎ মাতুম্না থৱানমচাক মথাং অসি লেপ্লি, হাঙ্গৈবা শব্দবা জড়পদার্থনি, হাঙ্গনা লৌই। ঙুমিৎন সগোন তোংদুনা চৎলে, হাঙ্গৈনা অসিদা থাইনগী মীচমসীংনা নিংলম্বনি, ব্যাখ্যাদাসু মাদুগুম্না ভাব অদুতা ফোংদোকই। কনাগুম্বা অমনা তৌবা ব্যাখ্যাদগী খঙই, মাতুদি ঙুমিৎ, থা, থৱানমচাক মথাম পুম্নমক অসিবু লাই ওইহন্দুনা কনাগুম্বা চৎনবা তৌবা কান্নবা পূজা উপাসনা তৌই। ইউরোপিয়ান পণ্ডিতসীংগী খোঙ্গল লৈদুনা চৎলগা বেদগী মন্ত্রসীং অসিবু "লৌমীসীগী ঈশৈ— অসভ্য—হাওনাই অপবা জ্ঞান লৈতবা-সীংনা জড়োপাসনা" তৌবনি, হাঙ্গৈনাবগীদমক, মাথোইনা মাসুম্না বেদব্যাখ্যা তৌরমই, মাদু হাঙ্গৈরুবগা রায়াম ভাবা ওইনা থোকই। মাদুগুম্বা ব্যাখ্যাদা ঋক্কী করিগুম্বা তাৎপর্য অমত্তাসু ফংদবা লৈতে। অসুম্না ইরাইলাইনা হেক্তা খঙই।

মাসিদা রা য়াম্নাবিবদি 'অরুস' শব্দ অসিনি। মহাক্কী অর্থদি.— সগোন হাঙ্গৈবনি। হিংসার্থ রুষ ধাতুদগী "অরুষ" শব্দ ওই। মহাকনা

হিংসা তৌদবা, মাদু হাঈদ্রগা মহাকপু হিংসা তৌদবাবু 'অরুষ' কৌই। মরম অসিনা অরুষগী ধাতুগী অর্থ লৌরবদি 'অরুয' শব্দনা 'সগোন' হাঈবা ওমদ। ধাত্বর্থ অদুগা চানাহন্দুনা অর্থ পুথোক্লবদি অক্তাই অতোই পুন্বা কোকই. 'সূর্যনা সগোন তোংদুনা কোঈনা চৎলি' হাঈরবদি মহাক্কী তাৎপর্য্য খংবা যাম্না লুই, পৌইগুদ্বম্ভ ওবষ শব্দনা মাবু হিংসা তৌবা লৈতবা, মৈগী মশক ওইদুনা বক্ষগী মশক ফোংদোকক্কমনি, অসুম্না অর্থ লৌববদি, ঋক অসিদা ওন্নাতৈনবা ভাবপুন্বা খংবা যাই, অর্থ অদুনা চান্নবনি অমসু অর্থ অদুনা শাস্ত্রগী সন্মত ওই।

খজিক্কং পুকনিংচংনা এংলবদি, হেক্তা উই ঋক্ অসিদা রাংখ্রবা কিদম্ অমা সেন্বা য়াই, মাতুদি দাসংন ইন্দ্র অগ্নি, বায়ু নক্ষত্র—পুন্নামক অসি, স্থপনাগী অমক্তনা লোংদোকপনি। পুন্নামক অ'স, অদুগুম্বা অমত্তা ওাইবা মহাক্কী বিভূতি চাক্লনি। স্থপনাগা অমত্তা ওাইবা মহাক্তনা স্বর্গ, মর্ত্ত্য, নাচিবা মবোল তবাগা মনিমক্তা মশমপুন্নামক্তা মযম পুন্নামক্তা সিনথুংনা চান্দুনা লৈবনি, অমসু মাংওান্দুদা পুন্নামক অসিনা মযুং মফেন ওইদুনা লৈংবনি। ভগবদগীতাদা বিশ্বরূপ উবদা অর্জ্জুনগী ব্বাহৈদা অদুগুম্বা ভাব পুন্নামক অদু লোইনা ফোংদোকই। বিশ্বরূপ উবদা কিরবা, স্থংসা থিবনা অর্জুনগী ব্রাহৈদা ভাব অসি লোইনা ফোংদোকই। কিববা, স্থংশা থিববা অর্জ্জুননা লৈসিলৈথোনলি,—

"পশ্যামি দেবাংস্তবদেবদেহে সব্বা স্তথ ভূতবিশেষসঙ্ঘান্।
ব্রহ্মাণমীশংকমলাসনস্থমৃষীংশ্চসব্বানুরগাংশ্চ দিব্যান্॥
অনেকবাহূদরবক্ত্রনেত্রং পশ্যামিত্বাংসর্ব্বতোহনন্তরূপম।
নান্তং নমধ্যং নপুনস্তবাদিংপশ্যামিবিশ্বেশ্বরবিশ্বরূপম্॥
কিরীটিনং গদিনং চক্রিণঞ্চ তেজোরাশিং সব্বতো দীপ্তিমন্তম্।
পশ্যামি ত্বাং দুর্নিরীক্ষ্যং সমন্তাদ্দীপ্তানলার্কত্যুতিমপ্রমেযম্॥
ত্বমক্ষরংপরমং বেদিতব্যংত্বমস্য বিশ্বস্য পরংনিধানম।
ত্বমব্যয়ঃ শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা সনাতনস্ত্বং পুরুষোমতোমে॥
অনাদিমধ্যান্তমনন্তবীর্য্যমনন্তবাহুঃশশিসূর্য্যনেত্রম্।
পশ্যামি ত্বাং দীপ্তহুতাশবক্ত্রংস্বতেজসাবিশ্বমিদংতপন্তম্॥

দ্যাবাপৃথিব্যোবিদমন্তরংহিব্যাপ্তংত্বয়ৈকেনদিশশ্চসর্ব্বাঃ।
দৃষ্ট্বাদ্ভুতংরূপমুগ্রংতবেদংলোকত্রয়ংপ্রব্যথিতংমহাত্মন্ ॥
রুদ্রাদিত্যাবসবোযেচসাধ্যাবিশ্বেঽশ্বিনৌমরুতশ্চোষ্মপাশ্চ।
গন্ধর্ব্বযক্ষাসুরসিদ্ধসঙ্ঘাবীক্ষন্তেত্বা বিস্মিতাশ্চৈব সর্ব্বে ॥

নহাক্কী হকচাংদা লাই মথাম, থব্রাংপানবা মথাম, থম্বান্দা ফম্বা ব্রহ্মা, ঈশ. ঋষি মথাম, ’লন মথাম, দিব্যমর্ত্তি—খিবিক, পুন্নামক লৈবা উবে, লোইবা নাইদবা পাম্বোম মথাম, নহাক্কী মসি লাকচমদবা পাম্বোম পুক, মাই, মীৎ, পুন্নামক্তা লোইবা নাইদবা লৈবা নশক পুম্বা উবে, হে বিশ্বেশ্বর! বিশ্বপুম্বনা নশক ওইবা নহাকপু উবে, নহাক্কী খবোইবা, মথাই, নহাক্কী অহেবা লৈতে লুস্তপ উপ্পা, গদা পাইবা, চক্র পাইবা, অচানবান। নশক ওইহনতা ঙানবা, এবা চমদবা, পুন্নামক্তা চাক্রন লৈ, সুমিৎনা নঙান ওইবা, থাঙ্গৈশেবা জ্ঞাননা খংবা য়াদবা, নহাক্কি পুন্নামক্কী অথোইবনি, তুংনাযমনি, নহাক্কি মথেং ভাদবনি. মতম পুন্নামক্তা লেদনা লৈবনি, ধর্ম্ম ঙাকপনি মতম পুন্নামক্তা লৈবা লেংদবনি, নহাকপু এবা পুরুষনমনি, অস্থন্না থই, নহাকপু হানবা, মথাই. খবোইবা লৈতে, নহাক্কা পাঙ্গলন চমথৈ লৈতে, লোইবা লৈতবা পাম্বোম পানবান থানে নুমিৎনে অনিনা নহাক্কী মীৎনি। নহাক্কী চীন মস্তংদা চাকুনা লৈবা মৈ অসি উবে, নহাক্কী নঙান্না তাইবং পুম্বা থনলে, লৈপাক লোংথো অনমক লোইনা খুনা লৈবা অকিবগী মশক ওইবা নহাক্কী নশক থবচনা মবোল অঙম্মন অসি হে মহাত্মন ব্রাবে, রুদ্র, আদিত্য, বসু, সাধ্য, বিশ্বেদেবা, অশ্বী অনি, মরুৎ, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, অসুর, অশ্বীঅনি, মরুৎ উষ্মপা, গন্ধর্ব, যক্ষ, অসুর, সিদ্ধ মথাম্না নহাকপু এংলি, মথোই পুন্নামক ইঙক ঙকলে অসিনাচিংবনি।

শ্রুতিদাসু ( কঠোপনিষৎদাসু ) হাঙ্গি, –

“অগ্নির্যথৈকো ভুবনং প্রবিষ্টো রূপং রূপং প্রতিরূপো বভুব।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা রূপং রূপং প্রতিরূপো বহিশ্চ ॥
বায়ুর্যথৈকো ভুবনং প্রবিষ্টো রূপং রূপং প্রতিরূপো বভুব।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা রূপং রূপং প্রতিরূপো বহিশ্চ ॥

সূর্যো যথা সর্ব্বলোকস্য চক্ষুর্ন লিপ্যতে চাক্ষুষৈর্বাহ্যদোষৈঃ।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা ন লিপ্যতে লোকদুঃখেন বাহ্যঃ॥
একোবশী সর্ব্বভূতান্তরাত্মা একং রূপং বহুধা যঃ করোতি।
তমাত্মস্থং যেঽনুপশ্যন্তি ধীরাস্তেষাং সুখংশাশ্বতং নৈতরেষাম্॥
নিত্যোঽনিত্যানাং চেতনশ্চেতনানামেকো বহূনাং যো বিদধাতি কামান্।
তমাত্মস্থং যেঽনুপশ্যন্তি ধীরাস্তেষাং শান্তিঃ শাশ্বতীনেতরেষাম্॥

অর্থদি—তাইবংপানবদা চংতুনা লৈবা মৈনা অমত্তা ওইরবসু মানা চংলু চংলুবা অতুগী মশক ওইবগুম, মশক মমিং তোঙান তোঙানবা পোৎ পুমন-মক্কী মনুংদা লৈবা আত্মানা অমত্তা ওইরবসু মপান্দা পোৎসীং অতুগী মশক ওইতুনা তোঙান তোঙানবা মশক ওই। তাইবংপানবদা চংতুনা লৈবা—সুংসিৎনা অমত্তা ওইতুনা চংলু চংলুবা পোৎ অতুগী মশক ওইবাগুম্না, মশক মমিং পানবা পুন্নমক্কী মনুংদা লৈবা আত্মানা অমত্তা ওইরবসু মপানদদি—চংলু চংলুবা অতুগী মশক ওই। সুমিৎনা লোক পুন্নমক্কী মীৎনি, অতুম্না ওইতুনসু মীৎকী দোষনা মাঙোন্দা শোক্তে, মাতুগুম্না মশক মমিং পানবা পুন্নমক্কী মনুংদা চংবা আত্মাবু মপানদা ওইবা লোককী অব্রাবনা শোকপা ঙমদে, মশক মমিং নাইবা পোৎ পুন্নমককী আত্মা—ব্রহ্ম অতু অমত্তা ওই-রবসু মথখন মথা য়ামনা তোঙান তোঙানবা মশক্ ওইনা থাইদোকই, অতু-গুম্বা ব্রহ্ম—আত্মাবু ধীর ওইবাসীংনা উই। অতুগুম্বা ধীর ওইবাসীংতনা অমাংবা লৈতবা সুংঙাইবা ফংই, অতোপ্পনদি ফংদে। অরেপপা (ধীর) লৈতবাসীংগী মনুংদা মাতদি অরেপপা ওইবা, খংবা পুম্বগী মহাক্না খংবা ওইবা, মাদি অমত্তদি ওইরগা ময়ামগী অপাম্বাবু পুবা, য়োকপীবা, অতুগুম্বা মাঙোন্দা লৈবা ব্রহ্মবু ধীর ওইবাসীংনা উই. অতুগুম্বা মী অতুতনা লেংদবা অরেপপা শান্তি ফংই, মাতু নত্তবা মীনদি চান্নবা সুঙাইবা শান্তি ফংদে।১ঃ

যুঞ্জন্ত্যস্যকাম্যাহরী বিপক্ষসারথে।
শোনাধৃষ্ণূ নৃবাহসা ॥২॥

অন্বয়ানুবাদঃ— অস্য (অসিগুম্বা—ইন্দ্রগী) রথে (রথতা) কাম্যা

( ইখ্বাইনা মাবু পাম্লবা ওইবা ) বিপক্ষযা ( রথগী নাক অনিদা অমামম—লৈবা ) সোনা ( মচু ঙাংবা ) ধৃষ্ণূ ( অকি অথং লৈতবা—নিঙাইদবা ) নৃবাহসা ( ইন্দ্র, সারথী অসিনাচিংবাবু মাখোইনা পুবা ) হরী ( সগোল অনিবু )—যুঞ্জতি ( চিংনমবা পানসিল্লি )।২।

অনুবাদঃ— ইন্দ্রগী রথতা নাক অনিদা ইখ্বাই পুখনা পাম্লবা ওইবা রথগী নাক অনিদা অমামম লৈবা, মচু ঙাংবা, অকিবা লৈতবা—নিঙাইদবা, ইন্দ্র, সারথীনাচিংবাবু মাখোইনা পুবা, সগোল অনি রথ চিংনবা পানলি ২।

ব্যাখ্যা—ঋগমন্ত্র অসি সাধারণ, অর্থদি,—ইন্দ্রগী রথতা সারথি সীংনা সগোল অঙাওবা অনি পান্দুনা চিই, অসিতনি। তৌইরুম্বসু সাধারণ অর্থ অসিগী রামদা যাম্ন খুদখ্রবা অর্থ লৈবি, মাহুন্দু চুম্লগী ভাষ্যকারনাচিংবনাদি থোইনা হাঙ্গৈবিবাদে মাহুদি কনাগুম্বা অতম্লবা মা খরতনা এংসিনলি। ঐগী বেদ তম্বীবা ওঝা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীনা খবদং হাঙ্গৈ মাহুদি,—“হরী” পদ অসি হরি শব্দগী দ্বিতীয়া বিভক্তিগী দ্বিবচন রূপনি, মাসিগী বিষেষণ ওইবা আলোচ্য ঋগ অসিদা হাঙ্গৈ'ব, মাদামদা এাসিন লবদি, ভাববাজ্যগী অনীবা থাক অমদা থুংলে হরি শব্দ অসিগী অর্থদা কিবণ মাহু হাঙ্গৈদ্রগা জ্যোতিঃ মঙান অহুম্না ত দ লৌনা চানা হেনলি। সগোল তরবংনাচিবা রথ তোংদুনা গুমিংন চংলে, হাঙ্গৈগ। মঙান তরবংনা ঙান্দুনা কুমিৎ থোকই, হাঙ্গৈবা থংনৈ। মাহুগুম্না মাসিদাসু সগোল অনিনা-চিংবা রথ তোংদুনা ইন্দ্রনা চংলি, হাঙ্গৈবা আসদাসু খনাগনি। মাসিদা চিংনবা যাই, মাহুদি কিবণ মাহু হাঙ্গৈদ্রগ জ্যোতিঃগা অ খংনববাদি 'হরী' অহুম্না দ্বিবচন ওইবাদি কবিগীনো? অসিনি, মাহুগা মনাসু লৈ, মাহুদি,—ঐখোইনা নিংই, মফম অসিদদি 'ভক্তি' অমসু 'জ্ঞান' অনি অসিগী মঙানবু হাঙ্গৈবনি। রথনা মনোরথ'নি। মীওইবা ঐখোইগী পুকনিংগী মশক ওইবা মনোরথতা জ্ঞান অমসু ভক্তিগী মঙাননা তিল্লববদি মতম অহুদা ইন্দ্রদেব পরমেশ্বর—লেংলক্কনি, মতম অহুদা ঐখোইনা জন্ম জন্মান্তর খূদি দা পোক্নুনা তাল্লকপা সিদ্ধিপুম্বা ফংগনি। জ্ঞান অমসু ভক্তিগী সগোল অনিগী সারথিদি, ঐখোইগী সৎকর্ম্মনা সারথিনি। হুজিক্তি সগোলগী বিশেষণ মযামদা এ লগা অমোক হেম্না অর্থ অসিবু চেৎসিনহনলি, সগোল অনিহু করম তৌই?

মুমিৎ ওইনা থোক্লিবা ইন্দ্র অসিনা" (অসাব মঙান খিবিক্লা) অকেতবে (অহিংদা তুমন্থুনা জ্ঞান লৈত্রবাগীদমক) কেতুমকৃন্বন্ (জ্ঞান লৈহন্দুনা) অপেশসে (অহিংদা অমম্বনা কুপশিন্দুনা মশক লৈত্রবগীদমক—হাঙ্গৈবদি অমম্বা কোকহন্দুনা মশক উহনগে হাঙ্গৈবগীদমক) সম্ অজায়থাঃ (থোকই। ৩।

অমুবাদ ঃ—াশবতনা নহৌশা ওইনবা! হে মীওইবসা! ওন্লোকপনি !! তাইবংপানবগী মপু ইন্দ্রনা মুমিৎকী মশক ওইদুনা নুংতিগী থোকতুনা থোকতুনা অমম্বনা কুশিন্দুনা জ্ঞান লৈত্রবা মীওইবাবু জ্ঞান লৈহনলি ।৩।।

ব্যাখ্যা ঃ—আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিনা তাইবং মীওইবাবু কৌরদুনা তাকলি,—তাইবংপানবগী মপুনা মুমিৎকী মশক ওইদুনা থোকতুনা অমম্বা কোকহন্দুনা মশক উদ্রবা তাইবং পুম্বাবু উহন্দুনা হিংহনলি। অসি হাঙ্গৈদুনা অঙকপাগী মশক ওইনা তাইবং পুম্বু লৈশলৈথোনলি। "ঋক্" অসিবু জ্ঞান কাওদা শ্রুতিনা ব্যাখ্যা তৌই—

তমেব ভান্তমনুভাতিসর্ব্বং,
তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি।

তাইবং পুম্বা অসি,—মুপনাগী ইবুঙো মহাক্কী মঙানতনা ঙানলিবনি মৈ, মুমিৎ, থা, থৱানচাক পুম্নামক অসি ইবুঙো মাগী মঙাল্লা চংদুনা ঙানলি, তাইবং মীওইবা ঐখোইগী অমম্বা থমোই অসিদা ইবুঙো নহাক্কী মশক উবা ফংদরে, সাধক পুরুষনা অৱাবা খোঙ্কেননা হিকনা হিকনা কৌরি, হে নঙাননা নশক ওইনবা! ইবুঙো নংনা তাইবংপুম্নাগী অনম্বা কোকহনলগা ঐতগী থমোইবুদি করিনা ঙানবিদবগে? লাইসীংনা ইবুঙো নংবু কৌরি,—

"অনর্পিতচরীংচিরাৎকরুনয়াবতীর্ণঃকলৌ,
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাংস্বভক্তিশ্রিয়ম্।
হরিঃ পুরতসুন্দরদ্যুতিকদম্বসন্দীপিতঃ,
সদাস্ফুরতুনোহৃদয়কন্দরে শচীনন্দনঃ॥

(ভবিষ্যপুরণ প্রতিসর্গপর্ব্বণি কলিযুগীবেতিহাস সমুচ্চয়ে দশমাধ্যায়ে ৩১ শ্লোকে)।

ব্রহ্ম) অনু (অনুলক্ষ্য—ধ্যায়ন্) পুনঃ গর্ভত্বম (নবজীবনত্বম—মুক্তপুরুষ স্বরূপং) আ-ঈরি-রে—এরিরে (সম্যক্ প্রাপ্তাঃ)। অনুবাদ,—

"খংদবা কৌবা অমম্বা অসি কে কথরবা তুংদা— দিব্যজ্ঞান ফংলবদা, চান্নবা যজ্ঞ তৌবা মমিং ফংদুনা ঃম্বনা মাগী মশক ওইনবা পবব্রহ্মবু তত্তনা ধ্যান তৌদুনা মুক্তপুরুষ ওইদুন ইস ইপান ে। পাদ । আতোপপা মপোক অনৌবা অমা ফংই।৪।" অসিনি।

বীলুচিদারুজত্নুভিগুর্হা চিদিন্দ্র বহ্নিভিঃ।

অবিন্দ উস্রিয়া অনু ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ— ইন্দ্র (হে ইন্দ্র।) বীলাচিৎ (যান্না কনথবনা, চেংখরবা চংবা ঙমফদবা মপাম্মকপু) ।রুজত্নুভিঃ (হুনবৈনা) বহ্নিভিঃ (অতোপপা মফমদা পুথোকপা ঙম্বা মরুৎসগা লোমিনবা) গুহাচিৎ—(গুহামক্তদা লোংখরবা) উস্রিয়াঃ (সগৌ খানকপু) অনু অবিন্দ (নংনা থিদুনা ফংখি)।৫।

অনুবাদঃ— হে ইন্দ্র। যান্না কনখনবা চেংখবনা, চংবা ঙমফানবা— মফম্মকপু থুগাইবা, ইতোপপা মফমদম্ভ পুথোকপা ঙম্বা মরুৎসগা লোইনাদুনা গুহামক্তদা লোংখবনা সগৌ খানকপু নংনা থিদুনা ফংখিবনি।৫।

ব্যাখ্যা—আলোচ্য ঋক্ অসিদা "গোহরণ" সণ হুবগী ব্রাদয় অসিদা হুজিকী কালগী পণ্ডিতসীংনা মহাদা ইতিহা টুম্বনা অসি ইন,— "পাণ" কৌবা অসুরসীংনা দেবলোকতগী বৃহস্পতিগী সংবী মযাম চুদুনা থাম্না মমখবা গুহাদা লোৎতুনা থমই। ইন্দ্রনা মরুৎসীংগা লোইনদুনা সণ হুবাসীং অদু নমহৎতুনা সণসীং অদু লৌই। মসিগম্বা ব্যাখ্যা অসিদা তাপদুনা আলোচ্য ঋক্ অসিনা হাঙ্গী। ঋক্‌বেদগী দশম মণ্ডলদা ১০৮ সূক্তা খবতা হাঙ্গী, মাদুদি,—বল কৌবা অসুরগী দলপতিগা যাথং ইনবা পান কৌব অসুর কাংবুনা দেবগুরু বৃহস্পতিগী সণবী মযামদুনা কবিগুম্ব মীনা থ দবা চীডগী লোকনুংদা থৈদুনা থমই, ইন্দ্রনা সরমা কৌবী স্বর্গগী হুই আমাম অমা সণসীং অদু খিনবা থাখি, সরমা হুইনা তুবন লান্দুনা বল কৌবা দল পাতগী লৈপাক্তা

চৎতুনা যণ হুখিবা পুস্বা থিকই, হুই অমোম অতুনা পনি—যন হুরানবা অসুবসীংগা সন্ধি তৌনবে। সরমা তৌবী হুই অমোম অসি, চুবানথাবাগী ( চবগী ) থবক যায়া নিংথিনা তৌই। অফাওবা গ্রীক লাইরিক লেংবনা সফোক্লিক আজাব্সা কৌবা অকনবনা হাৎপা শাগী কাংবুবু ইথাকা-দ্বীপকী মপুনা থিখিবাগা সপার্টা[illegible] হুই অমোমগা চা দমুখি। আসিরিয় কাংবুগী নিংথৌগী বাক্স ধানিদি ব্যাবিলন মগবনি, মানা ইউফ্রেটিস তুবেস মপান্দা লৈ। ব্যাবলিনগী নিংথৌসাংবু "বেলস" কৌই। মাখোইগী অহানবা মপুগী "পিনিউস" কৌবা মচা অমা লৈবমই। মাগী বংশদা পোকপাসীংবু "পিনিভেস" কৌবমই, আসিরিয় অককপা লাইবক্ক মযেকসীংদা যামনা তৌইনা থেংনৈ, মাংদি,— আসিরিযাসাংনা শাসণ যাম্না হৈবমই, ঋগ্বেদগী পনি অসুর বল [illegible] বিদ্যাগী [illegible] যাই। রমানাথ সরস্বতীগী অনুবাদগী [illegible]।

"পনি কৌবা [illegible] চারাসীংনা * দেবলোকতগী যণ অমোম মযাম হুত্না [illegible] লোইনাতুনা লৌথোকই। যণ অমোমসং [illegible] থিনবগা দমক সর[illegible]। [illegible] লাউগী হুই অমোম অমদা ঈন্দ্রনা [illegible]। সরমানা [illegible] চাঙ্গ[illegible]না যণ অমোমসীং অতু থিবা থংখি।" মাসি 'স[illegible]'না মাগী ভাষ্য[illegible] [illegible]। ইউরোপীযান পণ্ডিত ম্যাক্স মুলারনা [illegible] [illegible], [illegible] রাবী অসিদি অযুক অঙনবাগী প্রকৃতিগা উপমা তৌবনি। মানা [illegible],—'সরমা' হায়বাসি 'উষা'গী মিনি। লাইগী যণবা মনাম হঈদনা [illegible] মযামনি, অতু নত্রগা সূর্যগী মঙান্না যৈত্না যাম্না মজবনা নোং ম[illegible]সীংবু অমম্বনা মাংহনখি। দেবগণ অমদু মীসাংনা ম[illegible] রান্না থিবা হোৎ[illegible]। মমৈদদি উযাউবে, মানা নোংথাং বৃষ্টাঙুম থুনা [illegible] মনম ফংলগা হুই অমোম্না তৌবঙুম কোইনা চেন্দুনা ফংখি। মহাক ( সরমা ) না থিবা থংতুনা হল্লকলে, অঙানবগী মপু ইন্দ্র থোকলতুনা অমম্বগা লান তৌ[illegible], মাখোইগী তুর্গ

* অসুর, রাক্ষস মাখোই অসিবু মীতৈরোন্দা হিংচাবা কৌই, মাসি 'হিংস্রক' হায়বদগী থৈখিবনি, অসুম্না অনুমান তৌই।

লানবনক্কগী যণ অশ্লোমসীংতু লৌথোকনবা হোৎনৈ। ম্যাকসমুল্লারনা অমস, থনখি, 'ট্রোইযেব' লানগী ব্বাবি, কুইনা কাওরবোইদবা কবি হোমরগী গ্রীকভাষাদা ইবা ব্বাবিগা পানি অমস, সবমাগী ব্বাবিগা অসি মশক মমিং হোংদোকপতনি সবমা--Helena, বিলু (পনিস্কীতুর্গ) Hium পনিস্ Paris, বৃসয--Brises অসিনা চবন

(রমেশচন্দ্রদত্ত মহাশয়গী অনুবাদগী টীপ্পনী)

দেবযন্তো যথা মতিমচ্ছা বিদদ্বসুং গিবঃ

মহা মনূষত শ্রুতম্ ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—দেবযন্তঃ (লাইগী মতৌ ওইবা পাম্বা) গিবঃ (লৈসি লৈথোনবা—ঋত্বিকসীংনা) বিদদ্বসুম (মগুণ ফোংদোকপা লন মযাম লৈবা) শ্রুতম (অফাউবা) মহাম (অচৌবা মরুদগণবু) অচ্ছ (ফংনবগীদমক) যথা মতিম্ (ইন্দ্রব লৈসিলৈথোনবাগুম্না) অনূষত (লৈসিলৈথোনলি) ।৬।।

অনুবাদ ঃ - লাইগা মতৌ ওতনিবা—লৈসিলৈথোনবাসীংনা, মগুণ ফোংদোকপা লন মযাম লৈবা, অফাউবা, অচৌবা মরুদগণবু ফংনবগীদমক ইন্দ্রবু তৌবাগুম্না লৈসিলৈথোনলি। ৬ ॥

ব্যাখ্যা—মগুণ ফোংদোকপা লন মযাম লৈবা, হাঙবদি, লন হাঙবা অসিদি মালৈরবাদ মগুণ হেক্তা ফোংদোকই, অদুগুম্না লন অদু পীবু—হাঙবনি। ৬ ॥

ইন্দ্রেণ সং হি দৃক্ষসে সংজগ্মানো অবিভ্যুষা।

মন্দূসমানবর্চসা ॥ ৭ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—অবিভ্যুসা (অকিবা লৈতবা) ইন্দ্রেণ (ইন্দ্রগা) সঞ্জগ্মানঃ (তিন্নবা) সংদৃক্ষসে হি (উৎদবনি) মন্দু (নথোই অনিমক—ইপেনতা পেন্দুনা লৈবনি) সমানবর্চ্চসা (নাওক নঙান চাওবা মান্নবনি) ।৭॥

অনুবাদ ঃ—হে মরুদ্গণ!—নুংসিৎ কৌবা লাইসা। নখোইদি অকিবা

লৈতবা ইন্দ্রগা খেন্নবা লৈতনা উগদবনি। নতিক নচেন চাউবা ইন্দ্রগা চপ মান্নবনি। ৭ ॥

অনবদ্যৈরভিদ্যুভির্মখঃসহস্বদর্চতি।

গণৈরিন্দ্রস্য কাম্যৈঃ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—মখঃ (ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসিনা) অনবদ্যৈঃ (দোষ লৈতবা) অভিদ্যুভিঃ (দ্যুলোকতা লৈবা) কাম্যৈঃ (মহৈশীবা মরম্না মাখোইবু পুন্নামন্না পান্নবা ওইবা) গণৈঃ (মরুদগণসীংগা লোইনবা) ইন্দ্রস্য (ইন্দ্রবু) সহস্বৎ (পাঙ্গননা তিনবা ওইনা) অর্চতি (ইডাংলে) ॥ ৮ ॥

অনুবাদ :—ফওবা, দোষ লৈতবা, স্বর্গদা লৈবা, অপাম্বা মহৈশীবা মবমনা মাখোইবু পুন্নামকনা পান্নবা ওইনা, মরুৎ কৌবা কাংলুপকা লোইননা ইন্দ্রবু অকনবনি, হাঙ্গৈবা খংদুনা যজ্ঞ অসিনা ঈডাংলি। ৮ ॥

অতঃপরিজ্মন্না গহি দিবো বা রোচনাদধি।

সমস্মিন্নৃঞ্জতে গিরঃ। ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—পরিজ্মন্ (মফম পুন্নামক্তা সিনথুংনা লৈবা হে মরুৎসা।) অতঃ (মাসিদগী—মরুৎসীং নাখাংগী লৈফম—শূল অহাংবা অসিদগী) দিবঃবা (স্বর্গগী লোক্তগীস্থ) রোচনাৎঅধি (ডানলিবা সুমিৎ মকোই অসিদগীস্থ) অস্মিন্ (থবক অসিদা) আগহি (লাউ) গিরঃ (লৈসিলৈথোনবা ব্রাহৈ খিবিক) সমঋঞ্জতে (নিংথিনা শেমই। ৯ ॥

অনুবাদ :—মফম পুন্নামক্তা সিনথুনা লৈবা হে মরুৎসা। নাখাইগী লৈফম শূল অহাংবা অসিদগী স্বর্গলোক্তগীস্থ ডানলিবা সুমিৎ মকোই অসিদগীস্থ ঐখোইনা তৌরিবা থবক অসিদা লাও, মখোইবু লৈসিলৈথোনবা ব্রাহৈ মযাম সেমদুনা থবক অসিদা লৈরে,—তারোলাও। ৯ ॥

ইতোবাসাতিমীমহে দিবোবাপার্থিবাদধি।

ইন্দ্রংমহো বা রজসঃ। ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :-- ইতঃ পার্থিবাৎবা ( উবিবা লৈপাক অসিদগী ওইববাসু ) দিবঃ বা ( স্বর্গলোকগী ওইরবসু ) মহঃ ( অচৌবা ) রজসঃবা ( উচেক্না-চিংবগী মুঙাইনফম ওহ্না অতিযা অহাংবদগী ওহববসু ) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রদেবদা) সাতিম্ ( লন পীয় হায়না ) অধিঈমহে ( ঐখোইনা যাম্না কম্না নিজরি) ।১০।।

অনুবাদ ঃ— ঐখোইনা উবিবা লৈপাক অসিদগী ওইববসু, স্বর্গলোকগী ওইরবসু, উচেকনাচিংবাসি। মুঙাইনাফম ওহ্বা অতিযা অহাংবা অসিদগীবু ওইরবাসু ইন্দ্রদা লন পীযু হায়না ঐখোইনা যাম্না কম্না নিজরি।১০।।

ব্যাখ্যা ঃ—১০ সুবা ঋক অসিনা মথক্তা ৯ সুক্ত ঋক্তী মতু ইনবনি, মথক্তী ঋক্না তাংব পানবগী মপু লাউ, হায়না কৌব, খব্ অসিনা মাঙোনদা লন পীযু হায়ী। নিবি, নিদিবা লন অসি, সনা নাও, লুপা নত্তে, লৌর, মুমকম নাও, তাহাং। ম ওববা পাম্নরিবা লন অমত্তা নত্তে, লন অসিবু বেদনা "সাতি' কৌই, মাহুনা হায়না নিবি। 'সাতি' শব্দ অসি, সো ধাতুদগী পোকপানি, অর্থাদ 'নাশ' মাবা হায়ী। লন ফংলগা লন অতৈগী পাম্বা খোবা বা পুম্নামক মা বা লন অহুবু সাতিধন কৌই, অহুগুম্বা ধন অহু পীযু হায়না নিবি। লন অহুগী মশক অহু ঐখোইনা দুর্গাদা নিবদা অমা যাওই, মাহুাদ "ধন দেহি, জয়ং দেহি, যশোদেহি দ্বিষোজহি"—অর্থাদ শক ফজবা পীয, মাহুনা পেন্দে, ওম্বা জয ওইবা পীযু, মাহুনা পেন্দে, একনবা ওম্বা পীয, একনবদি কনানো ? কাম-অপাম্বানি, অপাম্বা· হায়ীবাসিবু ওম্বা কনা অমত্তা লৈত্তে, অহুগুম্বা ওম্বীনবা লৈতবা অপাম্বা কৌবা অহুবু ওম্বা, পীযু হায়ীবনি, মাহুদি কনানো "ভক্তি দেবীনা মী অহুদা উদয ওইববদা অপাম্বা পুম্বা কোকতুনা ভগবানগী শ্রীচরণদা একান্ত মতি ওইহুনা তাইবংপানবাগী অপাম্বাপুম্বা লোইনা কাউথি। ১০ ॥

## ৭ সুবা সূক্ত ইন্দ্রনা দেবতা ওই।

ইন্দ্রমিদ্ গাথিনো বৃহদিন্দ্রমর্কেভিরর্কিণঃ।

ইন্দ্রংবাণীরনূষত ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—গাথিনঃ (সামগান তৌবা উদ্গাতাসীংনা) বৃহৎ (বৃহৎ কৌবা সামনা) অর্কিণঃ (ঋগ্ বেদ চৎপা হোতাসীংনা) অর্কেভিঃ (ঋগ্ মন্ত্রনা) ইন্দ্রমিৎ (ইন্দ্রবু) বাণীঃ (অধ্বর্যনাচিংবাসীংনা যজুংগী মশক ওইবা য়াথংনা) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রবু) অনূষত (লৈসিলৈথোনলি) ।১॥

অনুবাদ ঃ—সামগান তৌবা উদ্ গাতাসীংনা বৃহৎ কৌবা সামনা, ঋগ্ বেদ চৎপা হোতানা ঋগ্ মন্ত্রনা অতৈ অতোপ্পা অধ্বর্যুনাচিংবাসীংনা যজুংগী মশক ওইবা য়াথংনা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোনলি।১ ॥

ইন্দ্রইদ্ধর্যোঃ সচাসম্মিশ্লআবচোযুজা।

ইন্দ্রো বজ্রীহিরণ্যয়ঃ ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্রঃইৎ (ইন্দ্রমকনা) বচঃযুজা (ইন্দ্রনা হেক হাঙ্গবগা রথতা হেক্তা পানবা) হর্যোঃ (সগোন অনিগা) সচা (লোইনাত্নুনা) আম্মিশ্লঃ (তিন্নাত্নুনা লৈ) ইন্দ্রঃ ((ইন্দ্রদি) বজ্রী (বজ্রপাই) হিরণ্যয়ঃ (সনাগী মশকনি—আভরণ পুম্নামকনা লৈতেংই)। ২ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রদি মহাক্কী সগোন অনি, মানা হেক হাইবগা মথন্তা রথতা হেক্তা পান্দুনা মাগা লোইনাত্নুনা রথ তোংত্নুনা হেক্তা চৎলি, ইন্দ্র মহাক্তি বজ্র পাই, আভরণ পুম্বনা লৈতেংই। ২ ॥

ইন্দ্রোদীর্ঘায়চক্ষস আসূর্যং রোহয়দ্দিবি।

বিগোভিরদ্রি মৈরয়ৎ ॥৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) দীর্ঘায় (কুইনা—শক্তনা) চক্ষসে

( উননবগীদমক ) দিবি ( নিংথৌ লৈপাক্তা ) সূর্য্যম্ ( নুমিৎপু ) আরোহয়ৎ ( থোকহনখি ) গোভিঃ ( মঙান খিবিকনা ) অদ্রিম্ ( চীঙনা খূদম ওইনবাবু ) বি + ঐরয়ৎ ( ঙানথোকহনখি ) । ৩ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রনা ইতৎতক্তনা ঙান্দুনা উননবাগীদমক নিংথৌ লৈপাক্তা শূি ৎ থোকহনখি, নুমিৎনা চীঙনা খূদম ওইনবা তাইবং পুম্বাবু ঙানহনখি ।৩॥

ইন্দ্র বাজেষুনোব সহস্র প্রধনেষু।

উগ্রউগ্রাভিরূতিভিঃ ॥৪॥

অন্বযানুবাদ :–ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) উগ্রঃ ( এরুবনা লাকুবা ঙমদবা নহ রুা ) উগ্রাভিঃ ( য়াম্না কনখ্রবা ) ঊতিভিঃ ( ঐখোইবু ঙাকপাগী থবক খিবিকনা ) বাজেষু ( লানখিবিক্তা ) নঃ ( ঐখোইবু ) অব ( ঙাকপিয়ু ) ।৪॥

অনুবাদ :—( হে শবারেন্দ ! ) এরুবনা ঙমকদবা নহারুা যাম্না কনখ্রবা ঙাকনবা থৌরাং তৌড়না লানফমদা ঐখোইবু ঙাকপিয়ু ।৪॥

ইন্দ্রংবয়ং মহাধন ইন্দ্রমর্ভেহবামহে।

যুজংবৃত্রেষু বজ্রিনম্ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ :—বয়ম্ ( ঐখোঈনা ) যুজম্ ( ঐখোইবু সহায় তৌবিবা ) বৃত্রেষু ( এরুবগীদমক ) বজ্রিম্ ( মখুত্তা বজ্র পাইবা ) ইন্দ্রম্ ( ইন্দ্রবু ) মহাধনে ( লন যাম্না ফংনবগী মরমদা ) অর্ভে ( লন খজিক্তগীদমকক্তস্থ ) হবামহে ( লৈসিনৈথোন্দুনা কৌবি ) ।৫।।

অনুবাদ :—ইন্দ্রনা ঐখোইবু সহায় তৌবী, এরুবা মাংহন্নাবগীদমক মখুত্তা বজ্র পাই, মহাকপু ঐখোইনা লন য়াম্না ফংনবগীদমক, খজিক্তং ফংনবগীদমকস্থ কৌই।৫॥

সনো বৃষমমুংচরুংসত্রাদবম্নপাবৃধি।

অস্মভ্যমপ্রতিষ্কুতঃ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—সত্রাদাবন্ (ঐখোইগী অপাম্বা মহৈপীবা) বৃষন্ (হে নোং চুহনবা।) নঃ ঐখোইগী) অমুম্ (অসিগুম্বা) চরুম্ (নোং অসি) অপাবৃধি (তাহনলু) সঃ (অতুগুম্বা নহাকনা) অস্মভ্যম্ (ঐখোইগী-দমক্তা) অপ্রতিকুতঃ (হাঙ্গীজবাগুম্বা য়াদবা তৌদে)। ৬ ॥

অনুবাদ :— অপাম্বা মহৈপীবা অমসু নোংচুহনবা ইন্দ্র! নহাকনা ঐখোইগীদমক, নোং চুথহনবীয়ু, নহাক্তি করিগুম্বদাসু ঐখোইনা হাঙ্গীজবা পুম্বা য়াবিদবা তৌদে। ৬ ॥

তুঞ্জেতুঞ্জে যউত্তরেস্তোমাইন্দ্রস্যবজ্রিণঃ।

নবিন্ধে অস্যসুষ্টুতিম্। ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—তুঞ্জেতুঞ্জে (অতু অতুগুম্বা মহৈপীবা লাই অতুদা) যে স্তোমাঃ (অতুগুম্বা লৈসিলৈথোনবা ৱাহৈ) উত্তরে (অথোইবা লৈবা) [তৈঃ স্তোমৈঃ (অতুগুম্বাসীং অতুনা) বজ্রিণঃ (বজ্র পাইবা) অস্য ইন্দ্রস্য (অসিগুম্বা ইন্দ্রগী) সুষ্টুতিম্ (মতিক চাবা লৈসিলৈথোনবা) ন বিন্ধে (ফংদে)। ৭ ॥

অনুবাদ :—অতোপ অতোপ্পা লাইসীংদা লৈসিলৈথোনবগী ৱাহৈ অথোইবা ময়াম লৈবা পুম্নামকনা বজ্র পাইবা ইন্দ্রগী মতিক চাবা লৈসি লৈথোনবা ওইবা য়াবা অমত্তা য়াওদে। ৭ ॥

বৃষাযূথেববংসগঃ কৃষ্টীরিয়র্ত্যোজসা।

ঈশানো অপ্রতিষ্কুতঃ ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :— ঈশানঃ (তৌবা ঙম্বা) অপ্রতিষ্কুতঃ (মাঙোনদা নিরুরবা মীগী মনিং থুংহন্দনা থাদোক্তবা) বৃষা (নিজরবগী মনিং থুংনবা পীবা ইন্দ্রনা) বংসগঃ (খোঙচৎ ফজবা) বৃষা (যণলাবনা) যূথেব (মাগী বরূপপু তৌবাগুম্না) ওজসা (পাঙ্গলথেকনা) কৃষ্টীঃ (মীবু) ইয়র্তি লৌসিনলি ॥৮॥

অনুবাদ :—খোংচৎ ফজবা কাওরেল সণ ঙম্লনা মাগী বরূপপু ঙাক্তুনা

লিংনা থম্বাগুম, অনিংবা পীৰা ইন্দ্রনা মীওইবাবু পাঙ্গন কনহলি। ইন্দ্রদি মতিক মঙন চাওবনি, মাঙোন্দা নিজবা মীদা মানা পীদবা লৈতে। ৮॥

য একশ্চর্ষণীনাংবসূনামিরজ্যতি।

ইন্দ্রঃ পঞ্চক্ষিতীনাম্ ।৯।।

অন্বয়ানুবাদ :—যঃ ( অদুগুম্বা ) একঃ ( মথন্তা ঙাইবা ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) চর্ষণীনাম্ ( মীপুম্বগী ) বসুনাম্ ( লন থিবিকী ) পঞ্চক্ষিতীনাম্ ( ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শূদ্র অমসু নিষাদ—পুন্নামক্কী লৈবা যাৰা বর্ণ পুন্নামক্কী ) ইরজ্যতি ( রাএন তৌই, ঙাকই )। ৯॥

অনুবাদ :—মহাক মথন্তা ঙাইবা ইন্দ্রনা মীপুম্বাবু, লন পুম্বাবু অমসু ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শূদ্র অমসু নিষাদ অমুন্না খাঙ্গবা বর্ণ পুম্বাবু রাএন তৌদুনা মাংদনবা ঙাকই। ৯॥

ব্যাখ্যা :—আলোচ্য ঋগ্ অসিদা 'পঞ্চক্ষিতীনাম্' পদ অসি, ব্যাখ্যাকারসীংগী মত মায়দে, সায়ণাচার্যগীমত বর্ণমঙাগী লৈফম ওইবা, জাতি অমুম্না হিন্দু জাতিবু হাঙ্গবা ওইনা লৌই, ঐখোইনা লৌখৎখরে, রমানাথ সরস্বতীনা "পঞ্চনদ" অমুন্না হাঙ্গ। মাসুম তৌদুনা ম্যেৎক্স মুল্লার, রমেশচন্দ্রদত্ত, ব্রেবরনাচিংবনদি সাযণাচার্যপী অর্থ অসি পামদে, ঐগী ওঝা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীনা পঞ্চক্ষিতীবু 'পঞ্চতত্ব' অমুন্না ব্যাখ্যা তৌই, ঐখোইদি সাযণগী অর্থবুনা হেন্না পামই। ৯॥

ইন্দ্রংবোবিশ্বতস্পরিহবামহেজনেভ্যঃ।

অস্মাক মস্তু কেবলঃ॥ ১০ ॥

অম্বযানুবাদ ঃ— বিশ্বতঃজনেভ্যঃ ( পোকপা পুন্নামকতগী ) পরি (মথন্তা লৈবা অহেনবা মপুওইবা ) ইন্দ্রম্ ( ইন্দ্রবু ) বঃ ( নখোই পুন্নামক্কীদমক ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌবি ) অস্মাকম্ ( ঐখোই পুন্নামক্কী ) কেবলঃ ( থাজৈশেংবা—ঐখোই পুন্নামক্কী মপু ওইবা ) অস্তু ( ওইসনু )॥ ১০ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ঋত্বিক অমসুহে যজমানসা! তাইবংপানবদা পোকপা পুন্নামজগী মানা ইহেন হেনবা ইন্দ্রবু নখোই পুন্নামকীদমকতা ঐখোইনা কৌরি, ইন্দ্র মহাক্তি থাজৈশেংনা ঐখোই নখোই পুন্নামকী চপামামানা মপু ওইবনি। ১০ ॥

---

৩সুবা অনুবাক। ৮সুক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি।

এন্দ্র সানসিং রয়িং স জিত্বা নং সদা সহম্।

বর্ষিষ্ঠমূতয়েভর ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) উতয়ে (ঐখোইবু ঙাক্লবগী দমক) সানসীম্ (চাবা থকপনাচিংবদা নিংথিনা শিজন্নবা ওইবা) সজিত্বানম্ (মমান-নবা এক্লববু ভন্নবা ওইবা) বর্ষিষ্ঠম্ (য়াম্না চাওবা) রয়িম্ (লনবু) আভর (পীয়ু)।১।

অনুবাদ ঃ— হে ইন্দ্র! ঐখোইবু ঙাক্লবগী দমক, চাবা-সেৎপনাচিংবা নিংথিনবা, ইমান্নবা এক্লবা ভন্নবা লন ময়াম পীয়ু।১।

নিয়েনমুষ্টিহত্যয়া নিবৃত্রারুণধামহৈ।

ত্বোতা সো ন্যর্বতা ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ:—যেন (লননা মরম ওইদুনা) নিমুষ্টিহত্যয়া (লানমীসীংগী খুদুমনা সুগাইদুনা) বৃত্রা (এক্লবা খিবিকপু) নিরুণধামহৈ (থিংগে অর্থাৎ— অদুগুম্বা এক্লববু সুগাইদুনা তান্নবা লন অদু পীয়ু) ত্বা উতাসঃ (নহাকনা ঙাকপীবা ঐখোইনা) অবর্ত্ততা (ঐখোইগী সগোলনা) নিরুণধামহৈ (এক্লবা থিংগে)।২।

অনুবাদ ঃ— ঐখোইনা লন পীদুনা থম্বা লান্মীগী খুদুমনা সুগাইদুনা এক্লবা ময়াম থিংগে, ঐখোইদা লন পীয়ু, নহাকনা ঐগোইবু ঙাকপীউ, ঐখোইগী সগোননা এক্লবা থিংগে।২।

ইন্দ্র ত্বোতাস আবয়ং বজ্রং ঘনাদদীমহি।

জয়েম সংযুধি. স্পৃধঃ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র! ) ত্বা উতাসঃ ( নহাক্না ঙাকপীবা ) বয়ম্ ( ঐখোইনা ) ঘনা—ঘনম্ ( এরুবা হাৎনবগী দমক য়ামনা কনবা )—বজ্রম্ ( বজ্র খুৎলাই ) আদদীমহি ( ঐখোইনা পাই ) যুধি ( লানফমদা ) স্পৃধঃ ( ময়াই কারবা এরুববু ) সংজয়েমঃ ( ঙমই )।৩

অনুবাদ :— হে ইন্দ্র! ইবুঙো নহাকনা ঙাকপীহুনা ঐখোইনা লানফমদা এরুবা হাৎনবা অকনবা খুৎলাই বৃজ্র পাইহুনা ময়াই কারবা অকনবা এরুবা ঙমই।৩।

বয়ংশূরেভিরস্তৃভিরিন্দ্রত্বয়াযুজাবয়ম ।

সাসহ্যাম পৃতন্যতঃ। ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— বয়ম্ ( ঐখোইনা ) শূরেভিঃ ( অথৌবা ) অস্তৃভিঃ ( খুৎলাই পাইবা লান্মীসীংগা পাগে ) ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র! ) বয়ম্ ( লান্মীসীংগা লোইনবা ঐখোইনা ) ত্বয়া ( ঐখোইবু ইতেং পাংবিবা নহাককা লোইনাহুনা ) পৃতন্যতঃ ( মাখোইগী তেঙ্গোন পাম্বা এরুবাসীংবু ) সাসহ্যাম ( ঐখোইনা য়াম্না থিনা মাইথিবা পীবা ঙমগনি )। ৪ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র! অথৌবা খুৎলাই পাইবা, লান্মীসীংগা পানহুনা ঐখোই লানতৌগে খুৎলাই পাইবা লান্মীগা লোইনবএরুবাসীংবু ঐখোইনা নহাক্কী নতেং ফংলবদি যাম্না থিনা মাইথিবা পীবা ঙমগনি। ৪ ॥

মহাঁইন্দ্রঃ পরশ্চনুমহিত্বমস্তুবজ্রিণে।

দ্যৌর্ন প্রথিমাশবঃ। ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্র অসে ) মহান্ (য়াম্না মপা চাওই ) পরশ্চ

( মগুণনু য়াম্না চাওই ) সু ( অতুম ওইহনানু ) বজ্রিণে ( বজ্র পাইবা ইন্দ্রগীদমক ) মহিত্বম্ (মতিকনা—মগুণ অনি হায়ীখ্ বাহুনা ) অস্তু ( ওইসনু ) দ্যৌঃন ( নিংথৌ লৈপাককুম্বা ) শবঃ ( ইন্দ্রগী তেজোলমা ) প্রথিনা—প্রথিম্না ( চাওবনা তিনসনু ) । ৫ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্র অসি মাগী হকচাংদি য়াম্না চাউই—য়াম্না কনলি, অমসু মাতুম্না মগুণনু য়াম্না চাওই, অদু ওইহনানু বজ্র পাইবা ইন্দ্রদা মহাকী মগুণ অচৌবা অনিমকতু ওইসনু, ইন্দ্রগী তেজোলনু নিংথৌ লৈবাক কুম্না য়াম্না চাওসনু । । ৫ ॥

ব্যাখ্যা:—ইন্দ্রদি মশা য়াম্না কমলি অমসু মগুণনু য়াম্না চাওই,—অদুবু বজ্র পাইরগা আনমক অদু ওইসনু হায়ীবাদ মহৌশানা ইন্দ্রদা ওইহনা লৈবা মগুণবু ওইসনু হায়ীবদি ভক্তি তৌহনা প্রার্থনা তৌবনি, অসুম্না খংনাগনি ( সাযণ ) "দ্যৌন" হায়ীবাগী 'ন' আস লৌকিকদা নিষেধ অর্থনি স্বাধ্যায়দদি "নিষেধ অমসু উপমার্থ" অনিদা অচাবা য়েংহনা সিজনৈ । ( সায়ণ ) । ৫ ॥

সমোহে বায় আশত নরস্তো কস্তসনিতৌ ।
বিপ্রা সো বা ধিয়া য়বঃ ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ :— যে নরঃ ( অদুগুম্বা মীসীং অহনা ) সমোহে ( লানদা ) তোকস্য ( মচাগী ) সনিতৌ বা ( ফংবদা ওইরবসু ) আশত ( ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোক্নুনা লৈবা) বা ( মাহু নত্তবা অমদা ) বিপ্রাসঃ ( মেধা—শাস্ত্রজ্ঞানলৈবা) ধিয়ায়বঃ (শাস্ত্রগী জ্ঞান পাম্বা ওইদুনা ) আশত ( লৈবাসীং ) [ তে সর্ব্বে লভন্তু ( মাথোই পুম্নামক অতুনা ফংই ) ] । ৬ ॥

অনুবাদ :—লানদা জয় ওইগে হায়ীনা নিংবনা, মচা অকবা পোকে নিংবনা নত্রগা কনাগুম্বা অথংবা মীনা শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈলিংথনা মাসুম্না মা-মানা পাম্বা অদু খাদোক্তনা কম্না নিংহনা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোক-লুরবদি মা-মানা নিংবা অদু থুংই। ৬ ॥

যঃ কুক্ষিঃ সোমপাতমঃ সমুদ্রে ইব পিন্বতে।

উর্বীরাপো ন কাকুদঃ ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—যঃ কুক্ষিঃ ( ইন্দ্রগী পুক অদু ) সোমপাতমঃ (সোম-রস য়াম্না থকই ) সঃ—মানা সমুদ্রঃ ইব ( সমুদ্রগুম্না ) পিন্বতে (চাওই) কাকুদঃ ( চিনদা লৈবা ) উর্বীঃ ( যাম্নবা ) আপঃ ( ঈসিংগুম ) ন (কংদে) ।৭॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রগী পুকতি সোম যাম্না থকপা চল্লি, সমুদ্রমরুম চাওই, চীন মনুংদা লৈবা ঈসিং মযামগুম্না কংদে । ৭ ॥

এবাহ্যস্য সূনৃতা বিরপ্শী গোমতী মহী।

পক্কাশা খানদা শুযে ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অস্য ( ইন্দ্র অসিগী ) সূনৃতা ( পাম্নবা ওইবা অচুম্বা ৱাহৈ অসি ) দাশুষে এবহি ( হবি পীবা যজমানগীদমক মাস্তুপ নিংথি ) বিরপ্শী ( মথলমথা যামলবা ফজবা ৱাহৈনা তিল্লি ) গোমতা ( ষণ মযাম পী ) মহী ( থাগৎনবা ওই ) পক্কাশাখান ( অমুনবা মহৈ মযাম লৈবা উশানা পেম্নবাগী-দমক ওইবাগুমই ) । ৮ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রগী চীননা হাঙৈদোক্লকপা যাথংদি অচুম্বনি. যাম্না ফজৈ, অথোইবনি অমসু হব্য পীবা যজমানগী মফমদদি ইন্দ্রগী যাথং অদুনা মহৈ চুম্না য়াম্লবা উশাগী মতৌশুম্না কাম্নবা ওই । ৮ ॥

এবাহিতে বিভূতযউতয় ইন্দ্রমাবতে।

সদ্যশ্চিৎসন্তিদাশুষে ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) তে ( নহাকী ) বিভূতয়ঃ ( নতিক নঙাননা ) এবাহি ( মাস্তুম তৌই ) মাবতে ( ঐগুম্বা ) দাশুষে ( হবি পাবা যজমানগীদমক ) উতয়ঃ ( নংনা ঙাকপা পুম্নামক ) সদ্যঃ চিৎ ( থুৎথক্তাপুনা) সন্তি ( ওই ) । ৯ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র! নহাকী নতিক অঙনদি মাসুম তৌই,—নঙোন্দা হবি পীবা যজমানবু নহাকনা খুৎথক্তা হেক্তো ভাকপী ॥ ৯ ॥

এবাহ্য স্যকাম্যাংস্তোমউক্থংচশংস্যা।

ইন্দ্রায় সোম পীতয়ে ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অস্ম (ইন্দ্রগী) স্তোম (সামবেদগী স্তোত্রনা) উক্থংচ (ঋগবেদগী উক্থনাসু) এবাহি (অনি অসিনা) ইন্দ্রায় (ইন্দ্রবু) সোম পীতয়ে (সোমরস পীথকপগীদমক) কাম্যা (পামহনগদবা ওই) শংস্যা (ঋত্বিক্সসীংনা থাগৎকদবা ওই)। ১০ ॥

অনুবাদ ঃ—ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোনবা সামদেবগী স্তোম অমসু ঋগ বেদগী উক্থ, অনি অসিনা ইন্দ্রবু পামহনলি অমসু সোমরস থকলো হাঙ্গৈনা কৌই।১০॥

——:(0):——

৯ শুবা সুক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি।

ইন্দ্রেহি মৎস্যন্ধ সো বিশ্বেভিঃসোমপর্ব্বভিঃ।

মহাঁ অভিষ্টিরোজসা ॥ ১ ॥

অন্বযানুবাদ :—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) আইহি (থবক অসিদা লাও) বিশ্বেভিঃ (পুমনামক) সোমপর্ব্বভিঃ (সোমরস ওইবা) অন্ধসঃ (চানবা চিনজাকসীং অসিনা মরম ওইতুনা) মৎসি (হবাও-ও) অতুগী মতুংদা—ওজসা (নপাঙ্গননা) মহান্ (অথোইবা ওইতুনা) অভিষ্টিঃ (এরুবা মাং-হনবা—ওইয়ু) ১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্রও! ঐথোইনা তৌরিবাথৌ অসিদা লাও, চিঞ্জাক সোমরস থকতুনা চাতনা হয়াওরো নপাঙ্গল কনথৎতুনা এরুবাবু ওমও।১॥

এমেনং সৃজতা সুতে মন্দি মিন্দ্রায় মন্দিনে।

চক্রিং বিশ্বানি চক্রয়ে ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইম্ (মাসি অর্থ লৈতে. পাদগী ময়েক মমিং মুনবা হাপ্পনি) সুতে (সোমরস অসি সেমতুনা চমসঃ পাত্রদা হাপতুনা লৈরবা অসিদা) মন্দিম্ (হরাওনবা ওইবা) চাক্রম্ (চংখোনবা তৌবা) এনম্ (সোমরস অসিবু) মন্দিনে (হরাওরবা) বিশ্বানি (থবক পুম্নামক) চক্রয়ে (তৌবা) ইন্দ্রায় (ইন্দ্রগীদমক) আসৃজত (অমোক পুসিনলু)। ২ ॥

অনুবাদ ঃ—সোমরস অসি সেমতুনা চমসঃ পাত্রদা হাপতুনা লৈরে, হরাওতুনা লৈরবা, থবক অফবা তৌবা ইন্দ্র অসিদা মাবু থকপদা হরাও হনবা, অফবা চংখোনবা তৌবা সোমরস অসি পুসিনলু —থকনবা পীয়ু।২॥

মৎস্বা সুশিপ্রমন্দিভিঃ স্তোমেভির্বিশ্বচর্ষণে।

সচৈষুসবনেষ্বা ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুশিপ্র (হে খজাই ফজবা! হে ইন্দ্র!) মন্দিভিঃ (হরাওনবা ওইবা) স্তোমেভিঃ (স্তোত্র লৈসিলৈথোনবা ৱাহৈ থিবিরু) মৎস্ব (হরাওরো) বিশ্বচর্ষণে (হে মী পুম্নামকক তিন্নবা!) এষু (অসি-গুম্বা) সবনেষু (সবন যাগ অহুমদা) সচা (অংতোপ্পা দেৱসীংগা লোইনদুনা) [আগচ্ছ (লাও)]। ৩॥

অনুবাদ ঃ—খজাই, নাতা ফজবা হে ইন্দ্র! হেক তাবদা হরাও-নবা ওইবা লৈসিলৈথোনবা ৱাহৈসীং অসি তাদুনা হরাওরো, হে মী পুম্নামক্তা তিন্নবা হে ইন্দ্রও সবন যাগ মখল অহুম অসিদা অতোপ্পা লাইসীংগা লোইনাদুনা লাও-ও। ৩ ॥

আস্বগ্রমিন্দ্রতেগিরঃ প্রতিত্বামুদহাসত।

অজোষা বৃষভংপতিম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) তে (নহাক্কী) গিরঃ (স্তুতি—

লৈসিলৈথোনবাবু ) অস্মগ্রম্ ( ঐনা সেমলে ) গিরঃ ( অতুম্বা খ্বাইহৈসীং অতুনা ) বৃষভম্ ( অনিংবা মহৈপীবা ) পতিম ( সোম থকপা, যজমান ঙাকপা ) স্বামপ্রতি ( স্বর্গদা লৈবা নঙোন্দা ) উদহাসত ( কান্দুনা নহাকপু ফংথবে ) অজোষাঃ ( নহাকপু সেবা তৌখরে )। ৪॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র। ঐনা নহাক্কী লৈসিলৈথোনবা খ্বাইহৈ মযাম সেমলে, খ্বাইহৈসীং অতুনা অনিংবা মহৈপীবা, সোমথকপা, যজমানবু ঙাকপা স্বর্গদা লৈবা নহাকপু ফংথবে, সেবা তৌখবে। ৪॥

সং চোদযচিত্রমর্বাক্ রাধ ইন্দ্রবরেণ্যম্।

অসদিৎতে বিভু প্রভু ॥৫॥

অন্বযানুবাদ ঃ—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র। ) বরেণ্যম ( অথোইবা ) চিত্রম্ ( মণিমুক্তানাচিংবা মথল মথা যাম্বা ) বাধঃ ( লন ) অর্ব্বাক্ ( ঐখোইদা যৌনবা ) সঞ্চোদয ( নি থিনা ইনশিনবিবকউ ) বিভু ( ভোগ তৌবা লেম-পানা ওকপা ) প্রভু ( ভোগ তৌনবদগী যাম্না হেন্দোকপা ওকপা লন ) তে ( নহাক্কী ) অসদিৎ ( লৈনমকনি )। ৫॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র। ইবুঙো নহাকনা মণিমুক্তানাচি বা মথল মথা যাম্নবা লন ঐখোইদা পীনবিযু ইবুঙো নহাক্কীদি চাবা সেৎপনাচিংবা লেম পানা ওকনবা লন, মাতুদগীসু যাম্না হেন্না লন লৈবনি। ৫॥

অস্মাস্তু স্ম তত্রচোদযেন্দ্ররাযেরভস্বতঃ।

তুবিদ্যুম্নযশস্বতঃ। ৬॥

অন্বযানুবাদ ঃ— তুবিদ্যুম্ন ( হে লন লৈবা। ইন্দ্র। ) রাযে ( লন লৈনবগীদমক ) রভস্বতঃ ( থৌনাফবা ) যশস্বতঃ ( মিংচৎফবা ) অস্মান্ ( ঐখোঈবু ) তত্র ( থবক্তা ) সুচোদয ( ইনশিনবিযু )। ৬॥

অনুবাদ :—হে এনাক যাম্না থুনবা। ইন্দ্র। থৌনাফবা, মিংচৎফবা ঐখোইবু লন লৈনবগীদমক থবক তৌনবা ইনসিনবিযু। ৬॥

সংগোমদিন্দ্রবাজবদস্মে পৃথুশ্রবোবৃহৎ।

বিশ্বায়ুর্ধেহ্যক্ষিতম্। ৭॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র) গোমৎ (ষণ ময়াম লৈবা) বাজবৎ (চানবা য়াম্না লৈবা) পৃথু (য়াম্না য়াম্বা) বৃহৎ (যাম্না ৰুবা) বিশ্বায়ুঃ (পুনসিনবা ওইবা) অক্ষিতম্ (অমাংঅতা লৈতবা) শ্রবঃ (লন) অস্মে (ঐখোইদা) সংধেহি (নিংথিনা পীনবিয়ু) ॥ ৭॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র! ষণ যাম্না লৈবা, চানবা ৱাংতবা, য়াম্না য়াম্বা, য়াম্নাকবা, য়াম্না পুনসিবা অমসু পুনসিবা লন ময়াম নিংথিনা পীনবিয়ু। ৭॥

অস্মে ধেহি শ্রবো বৃহদ্যুম্নং সহস্রসাতমম্।

ইন্দ্র তারথিনীরিষঃ। ৮॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) বৃহৎশ্রবঃ (অচৌবা মিংচৎ) সহস্রসাতমম্ (লীসিংদগী তাদবা) দ্যুম্নম্ (লন ' তাঃ (ইখ্বাইনা খংনবা—ফৌচেংনাচিংবগী মশক ওইবা) রথিনী (রথ মযাম যাওবা) ইষঃ (চানবা চীঙ্গাক থিবিকপু) অস্মে (ঐখোইদা) ধেহি (পীনবীয়ু) ৮॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র! অচৌবা মিংচৎ, লীসিংনা খূচিং ওইনবা লন ফৌচেংনাচিংবাগী মশক ওইবা, রথ মযাম যাওবা চানবা চিঙ্গাক পুম্নামক অসি ঐখোইদা পীনবীয়ু। ৮॥

বসোরিন্দ্রংবসুপতিংগীর্ভির্গৃণন্তঋগ্মিয়ম্।

হোমগন্তারমূতয়ে॥ ৯॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বসোঃ (লন) উতয়ে (ঙাকনবগীদমক) গীর্ভিঃ (লৈসি লৈথোনবা ৱাহৈ থিবিকনা) গৃণন্তঃ (থাগৎতুনা) বসুপতিম্ (লন মাংতা-দনবাগীদমক ঙাকসেনবিবা) ঋগ্মিয়ম্ (ঋগ্ মন্ত্র পাম্বা) গন্তারম্ (থাগ

তোকমদা চৎকনবা) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রবু) হোম (ঐখোইনা কৌই)। ৯ ॥

অনুবাদ ঃ—লন ঙাকপিনবগীদমক, লৈসিলৈখোনবা ষ্বাহৈ খিবিকনা থাগৎতুনা লন মাংতাদনবা ঙাকপীবা, ঋগ্‌মন্ত্র পাম্বা, যাগ তোকমদা চৎপা ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌরি। ৯ ॥

স্বতে স্বতে ন্যোকসে বৃহদ্‌বৃহ্ তএদরিঃ।

ইন্দ্রায় শূষমর্চ্চতি ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—এদরিঃ (যজমান পুম্বনা) স্বতেস্বতে (যজ্ঞ খুদিংদা ইন্দ্রগীদমক সোমরস খুদিংদা) ন্যোকসে (সোইদনা মফমদা লৈবা) বৃহতে (অচোবা) ইন্দ্রায় (ইন্দ্রগীদমক) শূষম্ (পাঙ্গলবু) অর্চ্চতি (থাগৎলি)।১০॥

অনুবাদ ঃ—যজ্ঞ খুদিংদা ইন্দ্রগীদমক সোমরস সেম্নবদা সোইদনা মহাক্কী মফমদা লৈবা, মতিক মগুন চাওবা ইন্দ্রগী পেম্নবগীদমক ইন্দ্রগী পাঙ্গলবু থাগৎলি। ১০ ॥

---

১০ স্বক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি। অনুষ্টুপ্ ছন্দনি।

গায়ন্তি ত্বা গায়ত্রিনোর্চ্চন্ত্যর্কমর্কিণঃ।

ব্রহ্মাণস্ত্বা শতক্রতউদ্বংশমিব য়েমিরে ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—শতক্রতো (হে থৌয়াম্বা! নত্রগা জ্ঞান য়াম্না লৈবা ইন্দ্রও!) ত্বা—ত্বাম্ (নহাকপু) গায়ত্রিণঃ (উদ্‌গাতাসীংনা) গায়ন্তি (লৈসিলৈখোনলি) অর্কিণঃ (ঈড়াংনবা মন্ত্র শোনবা—হোতাসীংনা) অর্কম্ (ঈড়াংনফম ওইবা ইন্দ্রবু) অর্চ্চয়ন্তি (ঈড়াংলি) অর্কিণঃ (ঈড়াংনবা মন্ত্র সোনবা—হোতাসীংনা) অর্চ্চন্তি (ঈড়াংলি—থাগৎলি) ব্রহ্মাণঃ (ব্রহ্মানা-চিংবা অতোপ্পা ব্রাহ্মণসীংনা) ত্বা (নহাকপু) উদ্‌য়েমিরে (ষ্বাংখৎহনলি) বংশম্ ইব (ষ্বাবু তৌবগুমই, হাঈবদি ষ্বা মতোনদা জগোই সাবসীংনা অচৌবা ষ্বা মতোনবু ষ্বাংখৎহনবাগুমই। ১ ॥

অঅনুবাদ :—হে যৌয়াম্বা, জ্ঞান যাম্না লৈবা ইন্দ্রও। উদ্‌গাতাসীংনা নহাকপু লৈসিলৈথোল্লুনা চুকই, ঈড়াৎনবা মন্ত্র সোনবা হোতাসাংনা ঈড়াৎ-নকম শুইবা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোনলি, ঈডাৎনবা মন্ত্র সোনবা হোতাসীংনা ঈড়াৎলি—থাগৎলি। ব্রহ্মনাচিংবা অতোপ্পা ব্রাহ্মণসীংনা নহাকপু ৱাংখৎহনলি। মাহুদি,—জগোইসাবাসীংনে অচৌবা ৱাতোনবু ৱাংখহনবাগুমই। ১ ॥

ব্যাখ্যা—আলোচ্য ঋক্ অসিগী "উদ্বংশমিব যেমিবে" হাঈবা মন্ত্রাংশ অসিগী সাবণগী ব্যাখ্যা অসি, ঐখোইনা খংদে, মাহুদি—"তত্রদৃষ্টান্তঃ—বংশমিব যথা বংশাগ্রে নৃত্যন্তঃ শিল্পিনঃ প্রৌঢ বংশম্ উন্নতং কুর্ব্বন্তি, যথাবা সম্মার্গবর্তিনঃ স্বকীয়ং কুলমুন্নতং কুর্ব্বন্তি তদ্বৎ। মাহুদা দৃষ্টান্তদি,—ৱাবু তৌবাগুমই, হাঈবদি ৱাতোন্দা জগোই সাহুনা খুৎহৈবাসীংনা অচৌবা ৱাবু ৱাংখৎহনলি. মাহুগুম্বা, মখল অমনা সদ্‌মার্গ চৎপাসীংনা মাগী কুল যাগৈবু চাওখৎহনলি, মাহুগুমই, অসিনি। সায়ণগী অর্থ মখল অনিসি, ঐখোইনা খংবা ৱাই। সাযণগী মরোল অসি কবি হাঈবনো ঐখোইগী ভাবতা লৌবা ওমদে। মিতৈ জগোইদা পাত্রনা রঙ্গপীঠপরিক্রমণ তৌদবিঙৈদা সাবা জগোইদা গাযত্রী মন্ত্রনা সূর্যবু উপাসনা তৌবাগী হন্তদা জগোই অমা সাই,—মাহুগাদি য়াম্না মান্নৈ, মাহুবু হাঈবা ওইগদবা হাঈবস্থ ঐখোইনা সেংনা হাঈবা ওমদে হাঈরিবা জগোই অহুদি মিতৈ নত্তবা ভাইবং মীনা জগোই অদু তাইবংপানবদা সাদে, অদুগা মিতৈতনাদি সাই, মাহুগদি সায়ণ অর্থগা যাম্না চানৈ।

মণিপুরীয় নৃত্যদা রঙ্গপীঠপরিক্রমণ তৌদবিঙৈদা পাত্রনা জগোই মখল ভবেং সাই,—মাহুগী মনুংদা মখল অমদি, "গাযন্তি ত্বা গায়ত্রিণঃ" হাঈবা ঋগ, মন্ত্র অসিবু অভিনয তৌই,—মাহুদি গাযত্রী উপাসনা তৌবা ব্রাহ্মণ সীংনা মখুৎ লোম্নবগা মুম্বিৎ থোকপা মতমদা খুৎ লৈপাকলোমদা হাঈ-থাহুনা ভর্গদেববু উপাসনা তৌই, যুংবা মতমদা খুৎ হাঈগৎহুনা খুরুমই, ভাবা মতমদা অমোক খুৎ হাঈথাহুনা ভর্গদেববু উপাসনা তৌই। মিতৈ-রোনদা থোয়রুপদা ভাইরিবা মুম্বিৎপু মড়াংগুরু কৌহুনা খুৎ অনি লোম্নরগা হাঈথহুনা যুংবা মতমগী মুম্বিৎপু লুরাংগুরু কৌহুনা খুৎ লোম্নাহুনা মথক্তা

হাঙ্গৎতুনা অমস্থ তাবা মতমগী থুম্মিৎপু খুমনগুরু কৌহুনা থুং হাঙ্গৈথাতুনা খুরুমই, মাহুবু জগোইদা অভিনয় ভৌবদি থুং অনি লোয়াবা অহু মখোন হোৎনদনবা অমোক থাদোকনা অমোক লোম্না তৌহুনা মখাদগী হৌরগা মথক্তা, মথক্তগী মখাদা হাঙ্গৈথাহুনা লীরুংগুম্না কোল্লহুনা য়াতোন অমা অমোক হাঙ্গৈথাবা, অমোক হাঙ্গৈগৎপা, অহুগা অমোক হাঙ্গৈথাহুনা য়া অরিংবা অমস্থ মতোন অমোক কোনথাহনবা অমোক হাইগৎ, নাক অমারোমদা অমোক হাইথা, অমোক হাইগৎ তৌহুনা জগোই সাই, মাসি-গাদি সায়ণগী ব্যাখ্যাগা মান্নবা য়াই,—মাস্থপ যাম্না কুপনা সায়ণনা মাগী ভাব্যদা হাঙ্গৈরমগনি, হাঙ্গৈনা থাজবা ভমদে, ঐখোইনা সেংনা থংই, জগোই অসিদি মিতৈতনা সাবা জগোইনি, সায়ণগী পুকনিংদা ফাউখিফ মথোকতে, মিতৈনা থংবদি য়াই। সায়ণনা অর্থ অমস্থ হাঙ্গৈ,—"যথাবা সম্মার্গবাস্তনঃ বংশমিব স্বকীয়ংকুলমুন্নতং কুর্ব্বন্তি তদ্বদিতি"—অর্থ অমদি সম্মার্গ চৎপাসীংনা মাগী বংশবু য়াংখৎহনবাগুমই।

আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র "গাযন্তিত্বা গায়ত্রিণো……" মন্ত্র অসি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মহাভারততা শান্তিপর্ব্বদা অধ্যায় ২৮৪ দা ৭ শ্লোকতা ব্যাখ্যা তৌই, মাহুগাদি সাযণগা মান্নাদে. অদু ওইরবদি ঐখোইনা বেদব্যাসগী ব্যাখ্যা লৌবনা চুমই, মাহুদি,—

"গায়ন্তিত্বা গায়ত্রিণোঽর্চ্চয়ন্ত্যর্কমর্কিণঃ।
ব্রহ্মাণংত্বাংশতক্রতুমূর্দ্ধংখমিব মেনিরে॥"

( মহা০ শান্তি ২৮৪ অ০ )

## নীলকণ্ঠটীকা।

অস্তৈব ত্রৈবর্ণিকোপাস্তত্বে শ্রুতিং পঠতি গায়ন্তীতি, গায়ত্রিণস্ত্রিসন্ধ্যং গায়ত্রীজপরাঃত্বামেব গায়ন্তি গায়ত্রীপ্রতিপাদ্যত্বমেবাসীত্যর্থঃ। অর্কিণঃ অর্কোপাসনপরাঃ ত্বামর্কং সবিতারং মণ্ডালাধিষ্ঠাতারমর্চ্চন্ত্যুপতিষ্ঠন্তে সন্ধ্যাসু। ব্রহ্মাণংব্রহ্মবিদং চতুর্মুখং। শতক্রতুংদেবেন্দ্রং। ঊর্দ্ধং সর্ব্বোপাধিভ্যউদ্গতং খমিব আকাশবৎ সর্ব্বগতঞ্চনিত্যঅসঙ্গঞ্চ তাদৃশংমেনিরেমুনয়ঃ। ইতি তট্টীকায়াং নীলকণ্ঠঃ।

হিন্দী অনুবাদ,—গায়ত্রী মন্ত্রকাজপকরণেবালে দ্বিজ—আপকী হী মহিমাকা গান করতে হৈং, ঔর সূর্যোপাসক সূর্যকে রূপকী হা আরাধনা করতে হৈং। ঋষিগণ আপকো হী ব্রহ্মা, শতক্রতু, ইন্দ্র ঔর আকাশকে সমান সর্ব্বোচ্চ পদমানতে হৈং।

ত্রেখোইনা মথক্তা লৌখৎলিবা সায়ণগী অর্থগা মহাভারততা বেদব্যাসনা তৌবা অর্থগা থানাহনা এংসি,—

বেদ,——"ব্রাহ্মাণস্ত্বা শতক্রত উদ্বংশমিব য়েমিরে।"

ভারত——"ব্রাহ্মাণংত্বাংশতক্রতু মূর্দ্ধংখমিব মেনিরে।"

উদ্বংশমিব য়েমিরে=উর্দ্ধংখমিব মেনিরে॥

অহনাদি ব্যাসদেবগী মততা উদ্বংশম্ইব—রাতোনগুম্না নিংই হাঙ্গৈবদি পুন্নামক্কী মথক্তা লৈবা অতিয়াগুম্না ঈশ্বরনা ইখ্বাইমক্তগী মথক্তা খ্বা থৎতুনা লৈ, হাঙ্গৈবনা অচুম্বা ব্যাসগী সম্মত ওইবা অর্থনি।

যৎসানোঃ সানুমারুহদ্ভূর্যস্পষ্টকর্ত্ত্বম্ ।

তদিন্দ্রো অর্থং চেততি যূথেন বৃষ্ণি রেজতি ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—যৎ=যদা (মতম অহদা) যজমাননা সোমলতা, যজ্ঞগী সীঙনাচিংবা লৌনবগীদমক) সানোঃ (চাঙথক অমদগা) সানুম্ (চীঙথক অমদা) আ+অরুহৎ (কাখিবা) ভূরি কর্ত্বম (থবক ময়াম—সোম যাগগী থবক ময়াম) অস্পষ্ট (যজমাননা শোকপা হাঙ্গৈবদি তৌবা হৌবা) তৎ=তদা (মতম অহদা) ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) অর্থম্ (যজমানগী কান্নবা=প্রয়োজন) চেতত্তি (খংই)—মাহুম্না খংলগা বৃষ্ণি (যজমানগী অপাম্বা পুম্বা চুথাহনা নিংবা থুংহন্দুনা) যুথেন (মরুদ্গণগা লোইনাহুনা) এজতি (নিকই হাঙ্গৈবদি,—মাগী লৈনফমদগী যজ্ঞ তৌফম তাম্না চৎনাবগীদমক থৌরাং তৌই)॥ ২ ॥

অনুবাদ :—যজমাননা সোমলতা, যজ্ঞগী সীং লৌনবগীদমক চীঙথকগা চীঙথক অমদা চৎপা মতম অহদা থবক ময়াম তৌবা তারবা মতমদা

ইন্দ্রনা যজমানগী পুকনিং ঋংলে, যজমানগী অনিংবা পুম্বা থুংহনবিংত্নুনা মরুৎশীংগা লোইনান্নুনা যজ্ঞ তৌফমদা লাক্কুষগীদমক থোঁরাং তৌই। ২॥

যুক্ষ্বাহিকেশিনাহরীবৃষণাকক্ষ্যপ্রা।

অথানইন্দ্রসোমপাগিরামুপ শ্রুতিংচর॥ ৩॥

অন্বয়ানুবাদ:--সোমপাঃ (সোম থকপা হে ইন্দ্র!) কেশিনা (লেংফাওবচোনবা মশোংপানবা) বৃষণা (অকনবা) কক্ষ্যপ্রা (পুকলি ফাবা—অনোইবা) হরী (সগোল অনিবু) যুক্ষ্বাহি (রথতা পানসিনলু) অথ (অদুগী মথংদা) গিরাম্ (ঐখোইনা লৈসিলৈথোনবগী) উপশ্রুতিং (মনাক্তা তানবগীদমক) চর (চৎলু)। ৩॥

অনুবাদ ঃ—হে সোম থকপা ইন্দ্রও। মশোং চোম্না পানবা, মশা কনবা নহাওইবা, মপুক্তা চেৎনা পুকলি ফাবা, সগোন অনি রথতা পানখৎলো, অদুগী মথংদা ঐখোইনা নহাকপু লৈসি লৈথোনবা অসি তানবা নাক্তা চৎলু। ৩॥

এহি স্তোমাঁ অভিস্বর অভিগৃণীহ্যারুব।

ব্রহ্মচনোবসোসচেন্দ্র যজ্ঞংচবর্দ্ধয়॥ ৪॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বসো! (লৈনবা ওইবা হে ইন্দ্র!) এহি (থবক অসিদা লাও) স্তোমান্ (উদ্গীতানা হাঙ্গৈবিবা লৈসিলৈথোনবা খিবিক অসি) অভিস্বর (থাগৎতুনা রা হাঙ্গৈয়ু) অভিগৃণীহি (অধ্বর্যুসীংবু যাত্নুনা ফরে হাঙ্গৈয়ু) আরুব (হোতানা সিজিন্নবিবা পাইরিবা খুৎলাই এংত্নুনা থাগৎলু) নঃ (ঐখোইগী) ব্রহ্মচ (চানবাবুসু) যজ্ঞংচ (তৌরিবা থবকপুসু) সচা (লোইননা) বর্দ্ধয় (চাওখৎহনলু,—যজ্ঞ অসি মপুংফাহন্দুনা ঐখোইগী চানবা চিঙ্গাক চাওখৎহনলু)। ৪॥

অনুবাদ ঃ—হে থবাইপানবা পুম্বগী লৈনবা ওইবা হে ইন্দ্র! ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসিদা লাও, উদ্গীতসীংনা হাঙ্গৈরিবা লৈসিলৈথোনবা মরাম

অগ্নি তাহ্না থাগৎলোলাও, অতুগা যজুর্ব্বেদ হৈবা অধ্বর্যু(সীংনু এংহুনা মুত্তাইবা নখোঞ্জেন তাহনলু, হোতানা সিজন্ন বা খুৎলাই—শাস্ত্রোমদা অপেনবা বা হাঙ্গইহুনা থাগৎলু, মাহুম তৌহুনা তৌরিবা যজ্ঞ অসি মপুং ফাহনলু, ঐখোইগী চানবা চীঞ্জাক চাওখৎহলু। ৪ ॥

উক্‌থমিন্দ্রায়শংস্যংবর্ধনংপুরুনিষ্‌ষিধে।

শক্রোযথাসুতেষুণো রারণৎসখ্যেযুচ। ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—পুরুনিষ্‌ষিধে (এক্লবা পুম্বা মাংহনবা) ইন্দ্রায় (ইন্দ্রগী-দমক) বর্দ্ধনম্ (চাউখৎহনবা) উক্‌থম্ (ঋগ্‌কী গীতপু) সংস্যম্ (ঐখোইনা থাগৎকদবা ওই) শক্রঃ (পাঙ্গনবা ইন্দ্রনা) নঃ (ঐখোইগী) সুতেষু (ইচাদা) সখ্যেষু (মরুপসীংদাসু) যথা (মাহুম্না) বাবণৎ (যাম্না কন্না লাওবা) তথা (মাহুগুম্বা) [ শংস্যম্ (থাগৎকদবা ওই) ঐখোইগী ঋক্‌না পেল্লবা ইন্দ্রনা ঐখোইগী ঈচ, অমসু মরূপ খিবিকপুসু মখল মথা যাম্না থাগৎতুনা লাওসনু। ৫ ॥

অনুবাদ :—মপান নাইদ্রবা এক্লবাবু মহাকনা থিংবিবা ইন্দ্রবু ঋগ্ মন্ত্র থিবিকনা থাগৎতুনা ঐখোঙ্গনা চাওখৎহনলে মবম অসিদগী মতিক চাওবা ইন্দ্রনা ঐখোইগী ঈচা অমসুং মরুপসীংগী মবক্তা লৈহুনা মাখোইবুসু অকনবা খোঞ্জেননা থাগৎতুনা লাওবা ওইসনু ॥ ৫ ॥

তমিৎ সখিত্বঈমহেতংরায়েতংসুবীর্যে।

সশক্রউতনঃশকদিন্দ্রোবসুদয়মানঃ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— সখিত্বে (ঐখোইগী চান্নবা ওইরবদা) তম্‌ইৎ (অতুগুম্বা ইন্দ্রমকপু) ঈমহে (ঐখোইনা ফংগনি) রায়ে (লনগীদমক) তম্ ঈমহে (ঐখোঙ্গনা মহাকপু ফংগনি) সুবীর্যে (অফবা পাঙ্গল ফংনবগীদমক) তম্-ঈমহে (মহাকপু ঐখোঙ্গনা ফংগনি) উত (অমসু) শক্রঃ (শক্তি লৈবা) ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) নঃ (ঐখোঙ্গীগীদমক) বসু (লন) দয়মানঃ (পীহুনা) শকৎ (ঐখোঙ্গবু ঙাকপীবা ওই)। ৬ ॥

অনুবাদ :—ঐখোঙৈনা চানবা, লন অমসু তৌবাওম্বা পাজল ফংনবাগী সমক ইন্দ্রগী মফমদা চংজে, পাঙনবা, তৌবাওম্বা ইন্দ্রনা ঐখোঙৈদা লন পীহনা ঐখোঙৈবু ঙাকপি। ৬ ॥

স্থবিরং তং সুনিরজমিন্দ্রত্বাদাতমিদ্যশঃ।

গবামপ ব্রজংবৃধিকৃণুষ্বরাধোঅদ্রিবঃ ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র।) যশঃ (অন্ন—চান-নবা, কর্মগী মহৈ ওইবা) স্থবিরম্ (চংখোম্না পুম্নামক্তা সন্দোকপা) সুনিরজম্ (মুডাইনা খোংখুৎনা ফংবাওম্বা) ত্বাদাতমিৎ (নহাক্না শেংদোক্লে, চংখোম্না ওইরে) গবাংব্রজম্ (যঙ্গোম অসৌবনাচিবা বস মযাম ফংননবগীদমক যঙ্গোনদা) অপবৃধি (থোং হাংউ) অদ্রিবঃ (চীঙনথুগাইনবা বজ্র পাইবা ইন্দ্রও) রাধঃ (লন) কৃণুষ্ব (থোকহনলু)। ৭ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র! ইযুঙো নখোইনা পীবা লনপুম্বা শন্দোকতুনা লৈরে, অমসু লনসীং অদু ত্বাদনা লোইনা ফংবা যাই, হে চীঙ থুগাইনবা বজ্র পাইবা ইন্দ্রও। যঙ্গোনগী থোং হাংদোকউ, লন থোকহনলু। ৭ ॥

নহিত্বা রোদসীউভে ঋঘায় মাণমিন্বতঃ।

জেষঃ স্বর্বতীরপঃ সঙ্গা অস্মভ্যং ধূনুহি ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—(হে ইন্দ্র) ঋঘাযমানম্ (একনবা হাৎপা) ত্বাম্ (নহাকপু) রোদসী (লৈপাক নিংথৌ অনিনা) নহিন্বতঃ (নংগী নত্তিকপু চপচানা থন্দুনা লৈহনবা ঙমদে—হেন্দোকতুনা লৈ) স্বর্বতীঃ (স্বর্গলোকক্তা ভিন্নবা) অপঃ (ঈসিং—নোংগী মশক ওইবা ঈসিং) জেষঃ (ঈনসিনলু) অস্মভ্যম (ঐখোই পুম্নামক্কীদমক) গাঃ (যঙ্গোম পীবা যণ অমোম) সংধূনুহি (চংখোম্না ইনসিনলু)। ৮ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রদেব। নহাকনা এক্কবা হাৎপা মতমদা লৈপাক, নিংথৌ অনিনা নহাকী নত্তিক নঙ্গণবু পুবা ঙমদে, নিংথৌ লৈবাকী ঈসিং

চুথহনবিয়ু, ঐখোইদা মখোম থোকপী যগ অমোম পীয়ু। ৮॥

আশ্রুৎকর্ণশ্রুধীহবং নূচিদ্দধিষ্বমেগিরঃ।

ইন্দ্র স্তোম মিমংমমকৃষ্বায়ুজশ্চিদন্তরম্ ॥ ৯॥

অন্বয়ানুবাদঃ—আশ্রুৎকর্ণ! (নাকোং অনিনা পুন্নামক তাবা, হে ইন্দ্রও।) হবম্ (ঐখোঙ্গীনা কৌবা) নু (থুনা) শ্রুধি (তাউ) মে (হোতা ঐগী) গিরশ্চিৎ (লৈসিলৈথোনবাবুসু) দধিষ্ব (থমোইদা হাপপীয়ু) মম (ঐগী) ইমম্স্তোমম্ (লৈসিলৈথোনবা স্তোত্রগী মশক ওইবা য়াহৈ মযাম্বু) যুজশ্চিৎ (নখোইগী মরুপকীসু) অন্তরমকৃষ্ব (নকনাহনলু)। ৯॥

অনুবাদঃ—হে ইন্দ্র। নহাক্তি মাইকৈ পুন্নামক্তা নাকোংনা তাবনি অহুনা ঐনা কৌবা অসি থুনা তাবিয়ু, ঐখোইগী লৈসিলৈথোন অমসু ঐখোইগী মরুপকী লৈসিলৈথোন পুন্নামক নহাকনা তাত্নুনা থম্বিয়ু ৯॥

বিদ্মাহিত্বাবৃষন্তমং বাজেষুহবনশ্রুতম।

বৃষন্তমস্য হূমহঊতিংসহস্রসাতমাম্ ॥ ১০॥

অন্বযানুবাদঃ—হে ইন্দ্র। ত্বা—ত্বাম্ (নহাকপু) বিদ্ম (ঐখোইনা খংই) হি (মযেক মসীং সুনবা হাপ্পনি—অর্থ লৈতে) নহাক্তি—"বৃষন্তমম্ (অপাম্বাবু নোংগুম চুথাহন্দুনা নিংবা থুংহনবনি) বাজেষু (লানফমদা) হবন শ্রুতম্ (ঐখোইনা কৌবা তাবান) বৃষন্তমস্য (অপাম্বনা চুথবাগুম্না য়াম্না পীবা) তব (নহাক্কী) ঊতিম্ (ঐখোইবু ঙাকপিনবা) উদ্দিশ্য (উত্তুনা) হূমহে (নংবু ঐখোইনা কৌই) নহাক্কী ঊতি অদুদি — "সহস্রসাতমাম্ (খোইদোকনা লন লীসীং শীসীং ওইনা পীবনি)। ১০॥

অনু:—হে ইন্দ্র! নহাকপু ঐখোইনা খংই, নহাক্তি নঙোন্দা নিজবা ঐখোইগী অপাম্বা পুম্বা নোংগুম চুথহনহুনা নিংবা থুংহনবনি. লানফমদা ঐখোইনা কৌবগা নহাক্তি হেক্তা তাবনি অপাম্বা পুম্বা নোংগুম চুথহন্দুনা পীবা

নহাক্না ঐখোইবু ঙাকপিনবগীদমক ঐখোইনা কৌরি, নহাক্না ঙাকপীবদি লীসিং লীসিং ওইনা লন চুথহন্দুনা পীবদি। ১০ ॥

আতূন ইন্দ্রকৌশিক মন্দসানঃ সুতং পিব।

নব্যমায়ুঃ প্রসূতিরকৃধী সহস্রসামৃষিম্ ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) তু ( থুনা ) নঃ ( ঐখোইগী নাক্তা) [ প্রত্যাগচ্ছ (লাও ) ] কৌশিক ( হো কুশিকগী মচা ইন্দ্রও ! ) মন্দ সানঃ ( হরাওনা ) সুতম্ ( সুমহুনা লৌরবা সোমরস অসি ) পিব ( থকউ ) নব্যম্ ( লাই পুম্নামকনা থাগৎনবা ওইবা হাঙ্গৈবদি,—থবক লোইরবদা লাইসীংনা থাগৎনবা ওইবানু ) আয়ুঃ ( পুনসিবু ) প্রসূতির ( খোইদোক্না, চংখোম্না চাওখৎহনলু ) সহস্রসাম্ ( লীসীং লীসীং ওইনা ফংবা ) ঋষিম্ ( মীৎ, নানাচিংবা ইন্দ্রিযনা খংদবাবু উবা খংবাবু ) কৃধী=কৃধি ( তৌ ) । ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে কুশিকগী মচা! হে ইন্দ্র! ঐখোইগী নাক্তা থুনা লাও, হরাওনা নিংথিনা সেমদোক্লবা সোম মহি অসি থকউ, তৌগদবা থবক লোইরবদা লাইসীংনা পেন্দুনা থাগৎনবা ওইবা অমসু পুনসি—নিংথিনা চাওখৎপা লীসীং লীসীং ওইনা মীৎ নানাচিংবা ইন্দ্রিয়না খংবা ঙমদবাবু উবা খংবা, ঋষি ওইহনবিয়ু। ১১ ॥

পরিত্বাগির্বনোগির ইমাভবন্তু বিশ্বতঃ।

বৃদ্ধায়ু মনুবৃদ্ধয়ো জুষ্টা ভবন্তু জুষ্টয়ঃ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—গির্বণঃ ( ঐখোইগী লৈসিলৈথোক্লফম ওইবা হে ইন্দ্র। ) বিশ্বতঃ ( থবক পুম্নামক্তা ঐখোইনা হাঙ্গৈরিবা ) ইমাঃ গিরঃ ( অসিগুম্বা য়াহৈসীং লৈসিলৈথোনবা অসিনা ) ত্বা—ত্বাম্ ( নহাকপু ) পরিভবন্তু (পুম্নামক্তা ফংসনু ) য়াথংসীং অহুদি—বৃদ্ধায়ুমনু ( চাওখৎলবা পুনসিনা তিনবা নহাকপু ফংলগা ) বৃদ্ধয়ঃ ( চাওখৎলবনি ) অমোকসু য়াথংসীং অহুদি,—জুষ্টাঃ ( নহাকনা তারহুনা ) জুষ্টয়ঃ ( ঐখোইগী পেন্নবা) ভবন্তু, (ওইসনু)।১২ ॥

অনুবাদ ঃ—হে লৈসিলৈথোয়কম ওইবা ইন্দ্রও। মাইকৈ পুন্নাজক্তগী ঐখোইনা নহাকপু লৈসিলৈথোনবা অসিনা নহাক্কী মকমদা য়োঁবা ওইনপ্পু, নহাকতি য়াম্না পুন্সিন্নু, নহাকপু ফংলগা লৈসিলৈথোনবা অসি চাওখৎলগনি, নখোইবু পেলহনবানা স্তুতি অসি ঐখোইগী অপেনবনি। ১২ ॥

---

## ১১ সুবা সুক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি। মধুচ্ছন্দা ঋষিগী মচা জেতানা ঋষিনি।

ইন্দ্রংবিশ্বা অমীবৃধন্ত্সমুদ্রব্যচসংগিরঃ।

রথীতমংরথীনাংবাজানাংসৎপতিংপতিম্ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ : – বিশ্বাঃ ( অযাম্বা ) গিরঃ ( ঐখোইগী লৈসিলৈথোনবা—রাহৈসীং অসিনা ) সমুদ্র ব্যচসম্ ( সমুদ্রগুম্না পুন্নমক সিনথুংলবা ) রথীনাম্ ( রথ তোংবা লানমীসীংগী মবক্তা ) রথিতমম্ ( রথ তোংবা অথোইবা )—বাজানাম্ ( চানবা চিঞ্জাক খিবিক্কী ) পতিম্ ( মপু ওইবা ) সৎপতিম্ ( অফবা লম্বেলদা লৈবাসীংগী ঙাকপীবা মপু ওইবা ) ইন্দ্রম্ ( ইন্দ্রবু ) অবীবৃধন্—( চাওখৎহনলি ) ।১।

অনুবাদ ঃ—সমুদ্রগুম্না পুন্নমক্তা সিনথুংনা লৈবা, রথী অথোইবা, চানবা চিঞ্জাক অমগী মপু ওইবা অমসু অফবা সাধুসীংবু ঙাকপীবা ইন্দ্রবু ঐখোইগী লৈসিলৈথোনবা রাহৈসীং অসিনা চাওখৎহনলে।১।

সখ্যেত ইন্দ্রবাজিনো মাভেমশবসস্পতে।

ত্বামভি প্রণোনুমোজেতারমপরাজিতম্ ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—শবদস্পতে! ( পাঙ্গল ঙাকপা— হে পাঙ্গলধা! ) তে ( নহাক্কী-) সখ্যে ( থৌজ্ঞানবিদ্ধনা অরূপকী মতৌ ওইবিবা অসিদা ) বাজিনঃ ( চানবা য়াম্না লৈবা ঐখোইনা ) মাভেম ( অকিবা লৈতে ) জেতারম্ ( লানজমদা জয়া ওইহনা লৈবা ) অপরাজিতম্ ( মাইথিবা লৈতবা ),

স্বাম্ ( নহাকপু ) অভিপ্রেণোনুমঃ ( পুন্নমক্তা থোইদোক হেন্তোকনা লৈসি-লৈথোনজে )। ২ ॥

অনুবাদ :—হে পাঙ্গনবা ! স্বরারেন্দ ! নহাক্পা ঐখোইবু থৌজান-বিচনা মরুৎশক্তী মতৌগুম্না ঙাকসেনবিবা অসিদা ঐখোইদা চানবা য়াম্না লৈরে, এরূবাব্রু কিবা করি অমতা লৈতে, লানফম খুদিংদা জয়তা ওইবা, মাইঙ্কিবা স্নুকলে লৈতবা নহাকপু পুন্নামক্তা থোইদোক হেন্তোকনা লৈসি-লৈথোনজে। ২ ॥

পূর্ব্বীরিন্দ্রস্য রাতয়োনবিদস্যস্ত্যূতয়ঃ।

যদী বাজস্য গোমতঃস্তোতৃভ্যোমংহতেমঘম্ ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রস্য ( ইন্দ্রগী ) রাতয়ঃ ( লন পীবদি ) পূর্ব্বী ( মহৌশানা অসুমক তৌবনি ) স্তোতৃভ্যঃ ( ঋত্বিক্—পুরোহিতসীংদা ) গোমতঃ ( যণগা লোইনবা ) বাজস্য ( চানবা চিঙ্গাক ) মঘম্ ( লন ) যদি মংহতে ( দক্ষিনাগী মশক পীরবদি ) তদানীং ( মতম অদুদা ) উতয়ঃ ( লন ময়াম পীবগা লোইননা ঐখোইবু ঙাকপীবা ময়াম ) নবিদস্যন্তি ( মন্থেং তারোই )। ৩ ॥

অনুবাদ :— ইন্দ্রদি মহৌশানা লন পীগনবনি, মরম অদুনা ছজিক মকস্য যজমাননা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোনবা ঋত্বিক্ পুরোহিতসীংদা যণগা লোইনা লন দক্ষিনা য়াম্না কৎলবদি ইন্দ্রনা ঐখোইবু লন য়াম্না পীদুনা ঙাকপীবদা অৱাৎপা লৈতে। ৩ ॥

পুরাংভিন্দুর্যুবাকবিরমিতৌজা অজায়ত।

ইন্দ্রো বিশ্বস্যকর্মনোধর্তাবজ্রীপুরুষ্টুতঃ ॥ ৪ ॥

পুরাম্ ( হৎচাবসীংগী ) ভিন্দুঃ ( ফুগাইবা, যুবা ( পাথংতা ওইদুনা লৈবা ) কবিঃ ( শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈবা ) অমিতৌজাঃ ( য়াম্না কনবা ) বিশ্বস্য কর্ম্মণঃ ( ভাইবংপুন্নগী থবক—জ্যোতিষ্টোমনাচিংবগী ) ধর্ত্তা ( য়োকপীবা )

বজ্রী ( মাবু ঈড়াংচবা যজমানবু য়োক্লবগীদমক মথুংতা বজ্র পাইবা ) পুরুষ্টুতঃ ( মখলমখা য়াম্নবা কর্ম্মদা মাবু নৈসিনৈথোম্নবা ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্র ( অসিনা ) অজায়ত ( ওই ) । ৪ ॥

অনুবাদ ঃ—পাথংতা ওইহনা নৈবা, শাস্ত্রগী বুদ্ধি নৈবা, মপাঙ্গনদা মাগী মপা নৈতবা, তাইবং পুম্বগী ওইনা তৌবা থবক পুম্বাবু মানা য়োকপিবা মাবু ঈড়াংপা যজমানবু য়োকপীনবাগীদমক মথুত্তা বজ্র পাইবা, থবক পুম্নমক্তা মাবু নৈসিনৈথোম্নবা ইন্দ্রনা হিংচাবাসীংগী পুম থুগাইবগী মশক ওইহনা মহাক্না পোকপনি । ৪ ॥

ত্বং বলস্য গোমতোঽপাবরদ্রিবো বিলম্ ।

ত্বাং দেবা অবিভ্যুষস্তুজ্যমানাস আবিষুঃ ॥ ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ্ ঃ—অদ্রিবঃ ( হে ইন্দ্র ! ) ত্বম্ ( নহাক্না ) গোমতঃ ( ষণ ময়াম নৈবা ) বলস্য ( বল হিংচাবগী বিলম্ ( গুহাবু ) অপাবঃ ( হাংদোকপীবনি ) তুজ্যমানাসঃ ( বলনা ওৎপীরবা— য়াহনলবা ) দেবাঃ ( লাই-সীংনা ) অবিভ্যুষঃ ( নহাক্না ডাকপীবনা কিদবা ওইহনা ) ত্বামাবিষুঃ ( নহাকপু ফংখিবনি ) । ৫ ॥

অনুবাদ ঃ—হে বজ্র পাইবা ইন্দ্র ! নহাকনা ষণহুবা হিংচাবগী গুহা হাংদোকপীখিবনি, মতম অতুদা বলহিংচাবনা য়াম্না থিনা লাকনারবদা লাই-সীংনা অকিবা নৈতনা নহাকপু ফংখিবনি । ৫ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—রেবরেণ্ড কৃষ্ণমোহনবান্দ্যোপাধ্যায়না মহাকী Aran with ness তা ইরমই, বেবীলোনগী মপু বেলবু ঋগ্‌বেদগী বলনি, হায়ি । মাতুগী য়ারিদি "ইন্দ্রো বলস্য বিলমাপোর্ণোৎ" অসিনাচিংবা ব্রাহ্মণদা অমসু অতোপ্পা মন্ত্রসীংদাসু হায়িহনা ঈথংখংনবনি । মাতুদি বল হিংচাবনা লাইগী ষণ ময়াম হুহনা চীঙগী গুহাদা মথূম খুমজিন্দুনা থমখ্রবদা ইন্দ্রনা লাই-সীংবু গুহা হাংদোকতুনা ষণসীং অহু লৌথোকহনলি, লানকম অতুদা হিংচাববু লাইনা মাইথিবা পী, ষণসু ফংখি । ৫ ॥

তবাহং শূররাতিভিঃ প্রত্যায়ং সিন্ধুমাবদন্।

উপাতিষ্ঠন্ত গির্বণো বিদুষ্টেতস্য কারবঃ ॥ ৬ ॥

শূর (হে অথৌবা! ইন্দ্র!) তবরাতিভিঃ (নহাকনা পিগনবা মরম্না) অহম্ (হোতা ঐনা) প্রত্যায়ম্ (অমোক হম্না লাক্লবনি) সিন্ধুম্ (মহি চেল্লবা সোমবু) অবদন্ (পুন্নামক্তা হাঙ্গৈদুনা) গির্বণঃ (চিন্নাথোকনা হাঙ্গৈজদুনা নিনফম ওইবা হে ইন্দ্র!) কারবঃ (কর্তা ময়াম- ঋত্বিক্ যজমানসীংনা) উপাতিষ্টন্ত (মমাংঙৈদা লন ফংনবগীদমক ননাক্তা চংজখিবনি) তস্য (অদুগুম্বা পীগনবা) তে (নহাক্কী) বিদুঃ (লন পিবনাচিংবাবু পুন্নামকনা খংই)। ৬ ॥

অনুবাদ :—হে অথৌবা ইন্দ্র! নহাকনদি পীগনবনিনা হোতা ঐনা মচুম সিনথরবা সোমরস অসি মফম পুন্নামক্তা থাগৎতুনা অমোকসু হম্না ননাক্তা লাকচরি, হে ইন্দ্রও চান্না থাঙ্গৎতুনা লৈসিলৈথোন্নবাও! মথৌ তৌরিবা ঋত্বিক্ অমসু যজমানসীংনা অমোকসু লন ফংনিংদুনা নহাকপু লন পীগনলি হাঙ্গৈবা খংদুনা ননাক্তা লাকলে। ৬ ॥

মায়াভি রিন্দ্র মায়িনংত্বং শুষ্ণমবাতির।

বিদুষ্টেতস্যমেধিরাস্তেষাং শ্রবাংস্যুত্তির ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ত্বম্ (নংনা) মায়িনম্ (লৌনম চাওবা) শুষ্ণম্ (পুন্নামকপু খুকথুক কংসিনহল্লি হাঙ্গৈদুনা শোষণ কৌবা হিংচাববু) মায়াভিঃ মায়া হাঙ্গৈবদি ফত্তনবা তৌবা লৌনম খিবিক তৌদুনা—অর্থ অমনা হাৎনবাগী উপায় খংবা বুদ্ধি তৌদুনা) অবাতিরঃ (নংনা হাৎখিবনি) মেধিরাঃ (শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈবা মথৌ তৌরিবাসীংনা) তস্য (অদুগুম্বা) তে (নহাক্কী) বিদুঃ (মাহিমখংই) তেষাম্ (অদুগুম্বা মামাগী মথৌ তৌবাসীংগী) শ্রবাংসি (চানবা—অন্ন—চিঞ্জাক) উত্তির (নংনা চাউখৎহনলু)। ৭ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র! নংনা লৌনম চাওবা শুষ্ণবু লৌনম তৌদুনা

হাৎলি, নংগী নতিকপু লৌসীংফবাসীংনা থংই, থংহুনা নংবু ঈড়াৎপদা চানবা চিগ্গাক পীয়ু। ৭ ॥

ইন্দ্রমীশান মোজসাভিস্তো মা অনূষত।

সহস্রংযস্যরা৩য উতবাসন্তি ভূয়সীঃ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— স্তোমাঃ ( লৈসিলৈথোনবা ঋদ্ধিনসীংনা ) ওজসা ( মপাঙ্গননা ) ঈশানম ( তাংনবু ব্রাএনবা ) ইন্দ্রম ( ইন্দ্রবু ) অভ নূষত ( পুন্নামক্তা লৈসিলৈথোনলি ) যস্য ( ইন্দ্রগী ) রাতযঃ ( লন দান খিবিক্কা ) সহস্রম্ ( লীসিং ) সন্তি ( ওই ) উতবা অমস্থ ) ভূযসা ( লীসিংদগীসু হেন্না ওই ) । ৮ ॥

অনুবাদ ঃ—মহাক্কী পাঙ্গলনা তাংনব পুন্থাবু ব্রাএনবা ইন্দ্রবু নিজরিবা-সীংনা লৈসিলৈথোনলি, ইন্দ্রনা তৌগা লন দনাদ ৮ াসনা খুচিং ওইহুনা পী, মাহুদগীসু হেন্না পা ৮ ॥

——:(0):——

## ৪ অনুবাক। ১২ সুক্ত। অগ্নিদেবতা। মাসিদগীনা

২৩ সূক্ত ফাউবা কন্বগা মচা সেধাতিন। ঋাবান। গাযত্রী ছন্দঃনি।

অগ্নিং দূতং বৃণীমহে হোতারং বিশ্ববেদসম্।

অস্য যজ্ঞস্য সুক্রতুম্ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—দূতম্ ( লাইগী দূত ) হোতারম্, ( লাইবু লাকনবা কৌবা ) বিশ্ববেদসম্ ( লন ময়াম লৈবা ) অস্য যজ্ঞস্য ( তৌরিবা যজ্ঞ অসিগী ) সুক্রতুম্ ( নিংথবা থবক তৌবা ) অগ্নিম্ ( অগ্নিবু ) বৃণীমহে ( ঐখোইনা নিংথিনা নিংই ) ॥ ১ ॥

অনুবাদ ঃ—লাইগী পাউ পুবা দূতও, লাইবু লাক্নবা কৌবা, লন য়াম্না লৈবা মৈবু নিংথিনা যজ্ঞ অসি তৌনবগীদমক ঐখোইনা নিংথিনা নিংলি, হাইবদি ভজন তৌরি। ১ ॥

অগ্নিমগ্নিং হবীমভিঃ সদাহবন্তবিশ্‌পতিম্‌।

হব্যবাহং পুরুপ্রিয়ম্‌।২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বিশ্‌পতিম্‌ (বিশ্‌-প্রজাসীং—হোতানাচিংবগী ডাক-পিবা মপু ওইবা) হব্যবাহম্‌ (যজমাননা পিবা হবিংবু পুহুনা লাইদা পীবা) পুরুপ্রিয়ম্‌ (পুন্নামকনা মাবু পেনবা) অগ্নিমগ্নিম্‌ (অহুঅহুগুম্বা মৈমৈ অহুবু) হবীমভিঃ (কৌনবা মন্ত্র শিবিকনা মরম ওইহুনা) সদা-হবন্ত (ইতৎতৎতনা যজ্ঞ তৌবাসীংনা কৌই)।২॥

অনুবাদ:—প্রজাপুম্বাবু মানা ডাকপীনবা মপু ওইবা, যজমাননা পীবা হবিঃ পুহুনা লাইদা পীবা, পুন্নামকনা মাবু চানবা, অহুঅহুগুম্বা মৈবু যজ্ঞতৌবা-সীংনা কৌনবা মন্ত্র শোন্দুনা ইতৎতৎতনা কৌই।২॥

ব্যাখ্যাঃ—"অগ্নিম্ অগ্নিম্" অসুম্না অগ্নি—মৈবু অনিরক হন্না হাঙ্গৈরি, মাহুদি, মৈদি অমত্তনি অহুম্নাদি ওইবগা মৈগী মখল মথা ময়াম থোকপা এংহুনা বীপ্‌সাদা অগ্নিম্‌-অগ্নিম্‌ অসুম্না অনিবক হন্না হাঙ্গৈবনি। মাসুম্না আলোচ্য ঋগ্‌ মন্ত্র অসিদা য়াওবিবা 'বিশ্‌' শব্দ অসি আলোচনা তৌনবা মরুওইবা শব্দ অমনি। বেদদা 'বিশ্‌' পদ অসি তাইব মীপুম্বাবু খংনৈ, অহুনা ঐখোইনা প্রজা হাঙ্গৈনা অর্থ তৌনি. তৌইগুম্বস্থ লৌকিক সংস্কৃত ভাষাদদি 'বিশ্‌' দি বৈশ্য—তৃতীয়বর্ণবু খংনৈ, মাসি আলোচনা তৌনবা ব্রাহৈ অমনি।

ৱাফম অসিদা ঐখোইনা "ভাবর্তাগআর্যধর্ম্মকী প্রগতিশীলতা" অসুম্না কৌবা ডাক্টর মঙ্গল দেব শাস্ত্রী. এম৹ এ৹ ডী৹ ফ্রিল৹ (আক্‌সফোর্ড) গী প্রবন্ধদগী মতাং অসিদা খরদং লৌবি,—

ভারতীয় আর্য ধর্ম্মগী চান্নবা মশক মাহু হাঙ্গৈদ্রগা লক্ষণ করিনো ? ৱাহং অসিগী লেপনবগীদমক পণ্ডিতসীংনা য়াম্না কন্না হোৎনারে, অহুগা মাখোইনা হুজিক ফাউবা চান্নবা মহৈ যানবদি ঙমদরি। মাসিনা মাসুপ য়াম্না লুর্থরিবা অসিগী মরমদি, অসিনি,—ইতৎতত্তনা চাওখৎলক্লিবা পাখং নহামচা অমাগুম্না ভারতীয় আর্য ধর্ম্ম অসি মথং মগং হেনগৎলি, মুমিৎচুপ্পা সাৎপা হৌগৎলকতুনাতা লৈর। মহাকী সাংলবা মতমগী অতিহাসতা করিগুম্বা

মতম অমদা সাংকাইবা তোকপা নত্রগা শীহুনা লৈবা তৌরক্তে। অহুম অহুম ফনা তৌহুনাম্ন ভারতীয় আর্য ধর্ম্মনা মহাক্কী সূত্রাত্মাদি ইরেংলেংদনা অমত্তা ওইহুনা অহুমকলৈ। মতাং অসিদা আর্যধর্ম্মগী প্রগতি শীলতাবু উত্তুনা মহাক্কী চাওখত্তুনা চৎলিবা মাইকৈ অহু খংনবগীদমক এংলি। মাহুগা মিতৈগী সনাতন ধর্ম্মগা তুলনা মূলক সমালোচনা তৌনবা আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিদা ব্যাখ্যা অসি হাপলিবনি।

ভাবতীয় আর্য ধর্ম্মগী প্রগতি শীলতাবু উৎনাবগীদমক মহাক্কী বিশিষ্ট অবস্থাগী মাহুগী মশক অথোইবা, গুণ, দোষ অমসু লেংদবা অহু উত্তুনা বিচাব তৌরি। অবস্থাসীং অহুদি—১। মৌলিক বৈদিক ধর্ম্ম, ২। উত্তব কালীন বৈদিক ধর্ম্ম মাসুম হাঙ্গীদ্রগা শ্রৌতধর্ম্ম, ৩। ঔপনিষদধর্ম্ম, ৪। জৈনধর্ম্ম, ৫। বৌদ্ধধর্ম্ম, ৬। পৌবানিকধর্ম্ম, ৭। সন্তধর্ম্ম অমসু ৮। শিখধর্ম্ম।

## মৌলিক বৈদিক ধর্ম্ম।

মৌলিক বৈদিক ধর্ম্মগী মশকতি ঐথোঙ্গনা ঋগ্বেদগী মাহুম্না উত্তর-কালীন ( মথংদা ওইবা ) শ্রৌত কর্ম্মকাণ্ডগী ফোংদোকপদা উবা ফংই। বৈদিক ক্যালদদি মতবাদীসীংগী তিম্নদবা, অমগা অমগা মান্নদাবা মত লৈরমদে, মুমিৎচুপ্পা মতম পুম্নামক্তা আশাগী মশক ওইবা অচুম্বা থিজিনবা হোৎনবা, মুমিৎচুপ্পা থবক তৌহুনাতা লৈবা, মুমিৎচুপ্পা লৈপাক মচা তাবগা লোইননা অরুবা, অমোৎপা য়াওদবা জীবনগী ভাবনা ওইহুনাতা লৈবমই। মহৌশা কৌবী লাইরমাগী মথাদা সান্নাহুনা বৈদিক আর্যসীংনা মৈ, মু.শিং, মুমিৎ অসিনাচিংবা লাইলৈবাক্কা সংসংনা মড়ী লৈনরমই। মাহুগা মড়ী লৈনবাদগী থোরকপা অন্নাংবা ভাবকা তিম্নবা আর্যসীংগী জীবন হিংহুনা পানবদা ঈরং লংনা থোক্লমই। মতম অহুনা বেদগী ইখ্বাঃদগী ইহেনহেনবা ব্যাখ্যাদি আর্য-সীংগী জীবননা ওইরমই। মতম অত্তুদদি মীওইবনা হিংহুনা পাননানা ধর্ম্ম তৌবা ওইরমই, নিপাসু মুপীসু বেদগী ঋষি অমসু ঋষিকা ওইরমই হাঙ্গবদি মুপীদি বেদগী অধিকার লৈতে, হাঙ্গবা য়াএন অসি লৈরমদে।

খুদমগীদমক,—

"কারুরহং ততো ভিষগুপলপ্রক্ষিণীননা।"

(ঋগ্ ৯।১১২।৩)

( অর্থদি মুপী ঋষিকা অমনা হায়, মাহাক্নি,—"ঐদি কবিনি, ঐগী ইপানা মাইবনি অমসু ইমানা য়ামতকপীনি ) ঋগ্ মন্ত্রনা হায়বিবা অসিদগী ইসেংসেংনা খংলে, মাহুদি, ঋগ্বেদগী ঋষি অসি মুপীসু ওই, মাসুম্না মতুংদা লাইরিক লেংবাসীংনা বৈশ্য ঋষি, রাজন্য ঋষি অসুম্না হায়নৈ, মাহুদি ঋষিদি ব্রাহ্মণতনা ওই অমসু মাহুসু নিপতনা ওই, হায়বা অসি, বৈদিক যুগতা লৈতে। রাফম অসি বেদদ মুক্তনা সংসংনা লৈবি।

থাঙ্গৈশেংবদি বৈদিক যুগতদি তসে তসেংবা প্রজাতন্ত্র, অমসু সাম্যবাদতা ওইরমই। আর্যসীংনা মাখোইবু 'বিশ্' হায়বগা আর্য প্রজা হায়না খংনারমই, মাহুগী লেংদবা প্রমাণদি আলোচা ঋগ্মন্ত্র অসিদা প্রজাবু বিশ্ হায়রিবা অসিনি। মাসুম তৌহুনা মী খুদিংমক মহাক মহাকনা পুরোহিতসু ওই, নিংথৌসু ওই, লানমীসু ওই।

বৈদিক কাল অসিবু পুবাণ শাস্ত্রনা সত্যযুগ কৌই, মতম অহুগী প্রজাসীংগী মরমদা বায়ু পুবাণনা হায়,—বর্ণাশ্রম ব্যবস্থাশ্চ নতদাসন্ ন সঙ্করঃ। ······· তুল্যরূপায়ুঃ সর্ব্বা অধমোত্তম বর্জ্জিতাঃ। সুখপ্রায়াহ্য-শোকাশ্চ উৎপদ্যন্তেকৃতেযুগে। নিত্যপ্রহৃষ্টমনসো মহাসত্ত্বা মহাবলাঃ॥"

মীওইবগী হিংহুনা পানবা হায়বা অসিদি—নংনা করি ঐনা করি হায়না মহৈ মহৈ এংনবা মরমনা ক্ষত্র অমসু ব্রহ্ম থবক মথল অনি অসি তৌবনা হেনবদি মযেক্লা ভাবনি। অহুম্নাদি ওইববসু মাখোই পুম্না মকপু বিশ হায়রগা চপমাননা খংনবমই। ক্ষত্র অমসু ব্রহ্ম শব্দ আনসি ভাববাচ্য ওইবনা থবক্কী মিংনি, মমৈদদি ব্রহ্মগী থবক তৌবাবু ব্রাহ্মণ মাহুম্না ক্ষত্রগী থবক তৌবাবুনা ক্ষত্রিয কৌখি, অহুনা অহানবদদি ব্রহ্ম অমসু ক্ষত্র অসিতা ওইরম্বদগী মমৈদদি ব্রহ্ম কৌবা বেদগী থবক তৌবা ব্রাহ্মণ মাহুম্না লানগী থবক্লা ক্ষত্র, অহু তৌবাবুনা ক্ষত্রিয হায়বা মিংক অসি ওইরকই, মাখোইগী মিং ব্রাহ্মণ অমসু ক্ষত্রিয় মিংফম অহুনা—

থারাদা চৎখিদুনা ব্রাহ্মণ জাতি, অমসু ক্ষত্রিয় জাতি হাঙ্গীদুনা খাইদোকখি।

ব্রাহ্মণ অমসু ক্ষত্রিয় নত্তবাবুনা হান্নাগী 'বিশ্' মিং অদু কৌদুনা লৈহৌবাবুনা বৈশ্য কৌনখি অদুনা ভারতীয় আর্যসীংদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসু বৈশ্য কৌদুনা অহুম থোকনা খাঙ্গীখি। বর্ণ অহুম অসিদা চংলকপা আর্য ধর্ম্ম চৎতবাসীংসুনা শূদ্র কৌখি।

সত্যযুগতা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসু শূদ্র অমম্মা বর্ণ মরি থোকনা খাইরমদে। মাদুগী মতুংইন্না আশ্রম মরি, মাদুদি,- ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ অমসু ভিক্ষু—সংন্যাস কৌবা আশ্রম অসি লৈরমদে। মরম অসিনা—মতম অদুদা সঙ্করজাতি হাঙ্গীবা লৈরমদে। কুচু, মশক মচু চপ মান্নবমই; মী পুম্বা পুনর্সি যাম্নমই, মামা অতোনবনি, মানা অহেনবনি, হাঙ্গীবা লৈরমদে, মী খুদিংমক মঙাইবমই। শোক—কাইনবগী—শিরনাচিংবগী অৱাঅনা লৈরমদে, মুমিৎচুপ্পা হবাও হরাও পাম্নমই, প্রাণগী হকচাংগী পাঙ্গল য়াম্না লৈরমই।

## উত্তরকালীন বৈদিকধর্ম্ম মাদু হাঙ্গীদ্রগা শ্রৌতধর্ম্ম।

অহানবা বৈদিকযুগকী মথং বৈদিকযুগপু শ্রৌতধর্ম্ম অমসু পুবার্ণনা "ত্রেতা" যুগ কৌই। সভ্যতা পুম্নমক্কী ইতিহাসতা মীওইবগী হিদুনা পানবদা তৌদবা যাদবা থবক যাম্নকপদগী সমাজদা কাংলুপ খাইদোক্লবই। অসিগুম্বা নিয়মগী মতুংইন্না অমসু থোইদোকপদি আর্যগা অনার্যগা অনিগী মহৈ মহৈ কেৎনরকপা সংঘর্ষদগী আয় জনতাদা তপ্প। তপ্পা বাজা—নিংথৌ, সেনা (স+ইন+আ, অর্থদি—নায়ক—নেতা, মাদু হাঙ্গীদ্রগা নিংথৌগা তিন্নবা) ক্ষত্রিয় (শত্রুনা থুংলাইনা থাবদগী কনবা), পুরোহিত (পুরঃ+হিত—ধর্ম্মগী থবক তৌনবগী দমক মহুৎসিনবগী মশক ওইনা হাপপা মী), ব্রাহ্মণ=(দেবতাসীংবু লৈসিলৈংথান্নবা, পোৎ কৎপা অসিনাচিংবা তৌনবা) অসিনাচিংবা থোকখি। মচৌদি নিংথৌ হাপপা অসি বাষ্ট্রপতিগী মশক ওইনা প্রজানা খন্দুনা হাপ্নরমই অমসু ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নাচিংবাসু মী অতুগী মশিলগী মতুংইন্না তৌনরমই। হাঙ্গীবদি—নিংথৌগী মচানা নিংথৌ ওইবা, ব্রাহ্মণগী মচানা পুরোহিত ওইবা ব্রাহ্মণ ওইবা, হাঙ্গীবা অসিগুম্বা ৱাএন অসি লৈরমদে।

যজুর্বেদ ( ২০।৯ ) দা হাঙ্গৈ,—"বিশি রাজা প্রতিষ্ঠিতঃ।" অর্থদি— প্রজাদা নিংথৌ লৈ। "রাষ্ট্রাণি বৈ বিশঃ" ( ঐ০ ব্রা০ ৮।২৬ ) অর্থদি—প্রজানা রাষ্ট্রনি। অথর্ব্ব ৩।৪।২,—"ত্বাং বিশো বৃণতাং রাজ্যায়।" অথদি—হে নিংথৌ! নংবু প্রজানা নিংথৌ ওইনবা হাপই। অসিগুম্বা প্রমাণসীং অসিনা থ'নৈ। মতুংদা কোননা তপনা তপনা শক্তি অমসু প্রভাবকা কেন্দ্র ওইখিবদগী অদু অদু-গুম্বা মফম অমসু কা‌েলুপসীং অদু লেংদনা লৈখিবনি। মাসুম তৌদুনা— অহানবদা ওইরম্বা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিযসীং অদুনা মাখোই মশেন মা মাগী মতিক মগুণ চাওবা অমসু লেংদনা লৈহৌনবগী দমক অমগা অমগা— মহৈ মহৈ মতিক মগুণ চাওবা তান্নরকই খৎনরকই, মহৈ মহৈ হাৎনরকই। মাদুগুম্বা সংঘষ—চাঙ্গনরকপদগী মংভ্রোং-হাভ্রোং গুম্বা বশিষ্ঠ, বিশ্বামিত্রনাচিংবগী ঋারী ময়াম পৌরাণিক সাহিত্যদা যাম্না নিংথিনা থমদুনা লৈ। মাসুম তৌদুনা— মাখোই মশেন "নংনা কদাইদা, ঐনা কদাইদা" হাঙ্গনা তান্নরকপা অদু মমৈ-দদি মা মাগী ধর্ম্মদা মা মানা চাওবাদা লোইসিনখি। "ব্রহ্ম চ ক্ষত্রঞ্চ সং-শ্রিতে।" ( ঐ০ ব্রা০ ৩।১১ ) অর্থদি— ব্রাহ্মণ অমসু ক্ষত্রিয়দি মাখোই অনিমক অমনা অমদা তোংদুনা লৈ।

"ব্রহ্মণি খলুবৈ ক্ষত্রং প্রতিষ্ঠিতম। ক্ষত্রেব্রহ্ম" ( ঐ০ ব্রা০ ৮।২ অর্থদি ব্রাহ্মণদা ক্ষত্রিয লৈ অমসু ক্ষত্রদা ব্রাহ্মণ লৈ) অসিনাচিংবা প্রমাণ ময়াম্না খংবা ঙমই, ব্রাহ্মণনা ক্ষত্রিয়দা লৈ অমসু ক্ষত্রিয়না ব্রাহ্মণদা লৈ।

মাসুম তৌদুনা মথংগী বৈদিকালদদি অহানবদা প্রজাতন্ত্র ওইরম্বা তোকখিদুনা রাজতন্ত্র চংখ। মতম অসিদা ব্রাহ্মণ অমসু ক্ষত্রিয় আনগী মথংদা বৈশ্য হাঙ্গৈবা বর্ণ অমা থোকখি। মানা অদুম সুবা বর্ণ ওইখি। মাসুম তৌদুনা অহানবাদদি 'বিশ' হাঙ্গৈরগা আর্য প্রজা ওইরম্বা অদু হিন্দুগী চৎনবিদা তোকখি। মতম অসিদা বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড হৌখি। মথং মথং হেনগৎলক্তুনা চাওরবা বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড অসি থোকখিবনি। *

* কর্ম্মকাণ্ড হাঙ্গৈবা অসিনা মতম অসিদা চৎনরিবা শিরগা শ্রাদ্ধ শোনবা, নাচিংবা অসি নত্তে মী শিরগা পুরক, অস্থিসঞ্চয়ন, আদ্য শ্রাদ্ধ, দ্বাদশমাসিক শ্রাদ্ধ, সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ অসি অসিনাচিংবা হুজিকী মতমদা মিতৈনা তৌরিবা অসিদি কাইনথংদা ইকুইবু ক্ষুইদরি হাঙ্গৈবা ফাউবা য়াই, কোননা সেমজিনবনি।

হাঙ্গৈরিবা ৱাফম অসিগী সঙ্কেতভি— মুণ্ডক্য উপনিষদনা হাঙ্গৈ, মাহুদি,—

তদেতৎ সত্যং মন্ত্রেষু কর্ম্মাণিকবয়ো যান্যপশ্যংস্তান,

ত্রেতায়াং বহুধা সন্ত তানি। ( মু০ উপ০ ১।২।১ )

অর্থদি,—বৈদিক মন্ত্রদগী প্রেরণা ফংহুনা পণ্ডিতসীংনা বৈদিক কর্ম্ম-কাণ্ডসীং অসি ত্রেতা যুগতা মথং মথং চাওখৎলক্তুনা থোকখি। বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড—যজ্ঞ তৌবা হাঙ্গৈবা অসি. অহানবা হৌবকপা মতম—ত্রেতা-দদি তাইবংমীওইবগী জীবনদা তৌগদবা থবক পুন্নামক্কী "প্রতীক"—মশক মঙ্গৎসিনবা ওইবা মরমনা জাতীয় জীবনগী স্ফূর্তি, প্রোৎসাহন অমসু প্রেবনা পীবমই। জাতীয জীবনদা কর্ম্মকাণ্ডগী স্থাননা মতিক চাবা সীমাদা মন্নুংচননা লৈবমই।

মতুংদদি, আর্যসীংগা অনার্যসীংগা থে'নবগী থবক লোইশিনলক্লবদা তাইবংমী ওইবগী হৌনবি পবলোককী বিষয়দা স্বাভাবিক অন্ধবিশ্বাস থোরকপা,—মীওইবগী পুনসিদা অপান্বা ময়াম ফংনিংলকপা থুংনবা হোৎ-নারকপা পুরোহিতস'গা স্বার্থ সাধনগীদমক য়াম্না পংহাঙ্গৈ হাঙ্গৈজিন, পংতৌ তৌসিনলকপানা কর্ম্মকাণ্ড অসি,—চান্নবা মশক অহু মাংখি, অহুনা মতুংদা ওইহৌবা কর্ম্মকাণ্ডগী মশক অহু "ঐতবেয ব্রাহ্মণ ৮।১১" দা হাঙ্গৈ মাহুদি,—

"যথা হবা ইদং নিযাদাবাসেলগা বা পাপকৃতোবা বিত্তবতং পুরুষ-মরণ্যে গৃহীত্বা কর্তমন্বস্থ বিত্তমাদায দ্রবতি এবমেবত ঋত্বিজো যজ মানং কর্তমন্বস্থ বিত্তমাদায দ্রবন্তি যমনেবং বিদোযাজয়ন্তি।" (ঐ০ ব্রা০৮।১৮)

অর্থদি,—ফিদম—আদর্শ লৈতবা, কর্ম্মকাণ্ড—তৌহনবা ঋত্বিক্—পুরোহিতনি, ডাকু, হুবানবগা মাননা যজমানগী পোৎ মরল লৌবনা মাখোইগী পুকচেননি, মাহুম্মা শাস্ত্রনা হাঙ্গৈ।

আদর্শ—ফিদম যাওদবা বৈদিক কর্ম্মকাণ্ডগী য়াম্না হেন্দোক্না পংতৌবা তৌসিনবাগী থূদম.—

প্লবাহ্যেতে অদৃঢ়া যজ্ঞরূপাঃ।

( মু০ উপ০ ১।২৭ )

অর্থদি,—ফিদম য়াওদবা, যজ্ঞনাচিংবা কর্ম্মকাণ্ড অসিদি হি অকাইবাগুমনি,

অসিগুম্বা যজ্ঞনাচিংবা কর্ম্ম ময়াম অসি তৌবনাদি হিংহুনা পানবা অসিনা কংগে হাঙ্গইহুনা ভাল্লিবা মকম কৈদৌনুংদসু কংলোই,

য়াকম অসি গীতানাসু হাঙ্গ,—

"এবংত্রয়ীধর্ম্মমনুপ্রপন্নাগতাগতংকামকামালভন্তে।" (গীতা ৯।২১)।

অর্থদি মপুক্তা অপাম্বনা ওয়বা মীনা তাইবংপানবদা পোক্ল, শিবা তৌহুনা অসুমক লৈরগনি। অসিনাচিংবা বেদগী যাগ, যজ্ঞ তৌবা অসি গীতা অমসু উপনিষৎসীংদা য়াম্না হাঙ্গ।

মাসিদগী চিংনবা লৈতনা থংলে, মাহুদি,—বেদগী কর্ম্মকাণ্ড অসি তৌরবদি মীওইবগী পোক্কুনা হিংহুমা পানবদা ফজবা অরাংবা লীচৎ লৈতরে,—মাংই, মবম অসিনা উপনিষৎতা কর্ম্মকাণ্ডবু "অবিদ্যা" বিদ্যা নত্তবা কৌই। বিদ্যা হাঙ্গবদি খংবা—ইঙান ওাম্না উবা কৌই, যাগ যজ্ঞ তৌবনা কৈদৌঙৈদাসু যজমানবু খংহনবা য়াওদে, আদর্শ য়াওদবা কর্ম্ম-কাণ্ড তৌবগী মহৈদি জ্ঞান মাংবতা ফংই।

উত্তরকালীন বৈদিকধর্ম্ম মাহু হাঙ্গরগা শ্রৌতধর্ম্মদা থোরকপা যাজ্ঞিক কর্ম্মকাণ্ড—যজ্ঞ তৌবা, থবক অসিনা মীওইনা পোকপাগী তৌগদবা ধর্ম্ম ওইনা থোরকপনি, অসুম্না উৎখরে, অসিগুম্বা বেদগী ধর্ম্ম অসিদা ঋত্বিক্ অমসু দক্ষিণানাচিংবগী মশক ওইনা লনদি মাসুপ য়াম্না তিংবা তাই, মাতুদি বেদগী ধর্ম্ম অসি তৌবদা তিংগদবা লন—সেন অদু চুম্নগী মীনা পুথাংবা ওম্বা শেন নত্তে। মরম অসিদগী বৈদিক ধর্ম্মদি মরুদদি চুম্নাগী মীচম জনতা (=বিশ্) গী ধর্ম্ম ওইরম্বনি—মীয়াম পুম্বাগী ধর্ম্ম ওইরম্বদি, মতুংদদি তপনা তপনা অসুম মথং মথং মশক ওনথারকতুনা মমৈদদি এনাককৈরাক খুনবা মতিক মগুন চাওবা মীভনা তৌগদবা ধর্ম্ম ওইখি-বনি। মাহুগী মহৈদি, থাঙ্গেশেংবা বৈদিক সমাজদা অহানবদা জনতাম্না লুচিংবা ওইরম্বা মমৈদানা তৌবাওম্বা, এনাকখুনবগী ধর্ম্ম ওইখিহুনা—মাখোইগী মথুক্তা তাহুনা মাঙ্খারকপনি।

মরম অসিদগী ভগবদগীতাদা শ্রীভগবানম্না সংসংনা হাঙ্গরমই, মাহুদি, শ্রীভগবানম্না "বৈদিকযজ্ঞ" বু "দ্রব্যযজ্ঞ"—"সেন্দা—লনবা তৌবা যজ্ঞ কৌই,

মাবুদি জ্ঞানযজ্ঞনা হেল্লি, হাঙী,—"শ্রেয়ান্ দ্রব্যময়াদ্যজ্ঞাৎ জ্ঞানযজ্ঞঃ পরন্তপ।" (ভ৹ গী৹ ৪। ৩৩) "দ্রব্য=লন=সেন" হাঙীবনি।

## ঔপনিষদধর্ম্ম।

কর্ম্মকাণ্ড ডাক্কা ডাইবা উত্তর-কালীন বৈদিকধর্ম্ম মাহ্ হাঙীদ্রগা শ্রৌতধর্ম্মগী প্রতিক্রিয়া (Reaction) গী মশক ওইনা মথংমথং ঔপনিষদধর্ম্ম, জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্ম থোরকই। মখল মখা অযাম্বাদা তৌবা, থবক মখলমখা য়াম্বা, আদর্শ—ফিদম লৈতবা, কর্ম্মকাণ্ডদা মীওইবগী থাঙ্গৈশংবা অকবা ফংদাতুনা ঔপনিষদ ধর্ম্মনা অতু অতগুম্বা বৈদিকদেবতা-সীংদা মশাপুম্বা হাপ্তুনা অমত্তা ওইনা তিন্দুনা ব্রহ্মনা মরুওইবা সমষ্টিগী মশক ওইবা জ্ঞানকাণ্ড লিংখৎলি। অমসু মাসুম তৌতুনা ঔপনিষদ ধর্ম্মগী মহত্ব=অচৌবগী মশক জ্ঞানকাণ্ড শেমগৎলি। অমসু মাসুম তৌতুনা মহাক্কা সংসংনা মড়ৌলৈনবনা বেদগী মথংমনাও নাইনা শেমই। ঔপনিষদধর্ম্মগী অচৌবা মতিকতি দৃশ্যজগৎ—উরিবা তাইবংপানবা অসিগী মরুগা অমত্তা ওইনা পুথোকতুনা জীবনা ব্রহ্মগা মশা অমত্তা ওইবা উহন্দুনা জীবাত্মাগী লোইবা লৈতবা ফোদোকপাগী লৈহনবাদা অমসুং ডহাক ডাহাক্তং ওইবা অমসু করিসু লৈতবা অমগা অমগা থেঙ্গাইনবাগী কান্নাদবা পুথোকই। তাইবংপানবদা কবিগুম্বা দর্শন অমানা হুজিক ফাওবদা মাসিগী মথক্তা হেঙ্গৎনা কাখৎখিবা ওইদরি।

ঔপনিষদধর্ম্ম হাঙীবা অসিদি—চান্নবা মশক খংলবা—তত্ত্ব খংবাসীংগী বিচার ডাক্তনি। মহাক্কী লৈফম থাক অসি যাম্না রাই, চুম্নাগী মীনাদি ইরাটলাইনা লাম্বা ফংবা মফমদগী য়াম্না হেন্না য়াংবদা লৈ। জ্ঞানমার্গগী-সীংসু সুপনাগী জ্ঞানগী লম্বৈনতদা চৎতুনা লৈবা য়াবাগী সম্ভাবনা লৈ। সুপনাগী জ্ঞাননা ফংগে হাঙীতুনা তাল্লিবা পোৎশক অতু তাকপা ঔপনিষদ ধর্ম্মগী নিষ্ঠাদি (অরোইবা লেপফমদি) সংন্যাস—লম্বোইবনি। সংন্যাস আশ্রমগী সাৎতোকপাসু ঔপনিষদ ধর্ম্ম অসিনা অয়াম্বা তৌবনি। অসি-গুম্বা সংন্যাস ভাবক্তা অসি তাইবং মীওইবদা সিজিন্নাবা শুমফদবা কয়া য়াম্না লৈবগে হাঙীবা হুজিক্কি ঐথোইনাসু উবা ফংলে। ভগবদ্ গীতানা

মরম অসিগীদমক সংন্যাস—লম্বোইবগী মরমদা পরম্পরাদগী তৌরক্লবা মিথ্যাভাবনাসীং অছু লৌথোকনবাগীদমক য়াম্না যম্ব তৌরমই। চুম্নাগী এংবাতদাসু থংই, মাহুদি,—সংন্যাসকী নৈষকর্ম্ম ভাবনাদি অনধিকারীদদি অকর্ম্মণ্য ভাবনাগী মশক লৌরকই। মথক্তা হাঙ্গৈরিবা ৱাকথসীং অসিগী অসম্বা ভাবস্তি, ঔপনিষদ ধর্ম্মগী মফমদি চুম্নাগী মীচমসীংদা লৈত্তে। মাসিনা ঔপনিষদ ধর্ম্মগী দুর্বলতানি।

## জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্ম।

মাইকৈ অমরোমদা ঔপনিষদধর্ম্মগী মথক্তা হাঙ্গৈখরবা দুর্ব্বলতা ওইবা মবম্না অমসু অমবোমদনা যাম্না হেনগৎলক্লবা কর্ম্মকাণ্ডগী প্রতিক্রিয়াগী মশক ওইবা নৈতিকতানা লুচিংবা জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্ম অনি অসি থোরকই। ধর্ম্ম অনি অসিনা বৈদিক পরম্পরা ওইনা মথং মথং লাকপা ধর্ম্মবুদি মশক হোংদোক্পা ভম্বা হৌনদে, হাঙ্গৈবা খই। অতুনা মুল বৈদিককালদগীনা—সূত্রাত্মাগী মশক ওইনা লাকপা আর্য্যগী ভাবনাবুদি যাম্না চেৎনা ভাকই। ধর্ম্ম অনিসিনা হাঙ্গৈ, মাহুদি,—থাইনা সুংখববা মতমদগীনা চৎলকপা শেংখ্রবা লীচৎ অতুতা অমোক হুম্না উদ্ধার তৌবনি অসুম্না হাঙ্গৈ। মাথোই অনিনা উপনিষদকী মতমদা পুংথোকপা জ্ঞানমার্গ অমসু মাসিগী সমষ্টিগী মশক ওইবা ভাবনাবুদি যামনা থিনা হাঙ্গৈহুনা তিরস্কার তৌই। মাহুগী মফমদা ধর্ম্ম—অনি অসিনা আধ্যাত্মিককী মতৌবু ব্যষ্টি নত্রগা ব্যক্তিগী মথং মনাও ওইনা—নৈতিক বিকাসগী মীৎএংদা এই, মীৎএং অসিদগী লম্বেন অনিনা সাধারণ ওইনা সাধারণ কোটিগী মীওইবগী দমক্তসু অনুকূল ওইনা লৈ। ধর্ম্ম অনি অসিনা আদর্শ— ফিদম লৈতবা বৈদিককর্ম্মকাণ্ডগী লম্বেন এংদবতা নত্তনা মরুফংনা মুথৎকে হাঙ্গৈনা থৌরাং তৌবমই।

বৈদিকধর্ম্ম মাহু হাঙ্গৈত্রগা শ্রৌতধর্ম্মগী যামনা চাওথরবা বিশেষতাদি মহাকী শূদ্রবিবোধিনী ভাবনা ওইবা অসিনি। মাসিনা ফিবম ওইহুনা আর্য জাতিগী সামাজিক ইতিহাসসু ওইখি। মরম অসিনা মহৌশাগী ওইনা—বেদগী লম্বেনদা দ্বিজজাতি নত্তবা—আর্যজাতি নত্তবা, শূদ্র নত্রগা অভোপপা মী পুম্নামক্কীদমক করিগুম্বা মফম অমত্তা লৈখিদে। মাসিগী বিরুদ্ধদা—

জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্মগী মোইদোক্নমক বৌদ্ধগী অখোইবা বিশেষতা অমদি লৈ, মাদুদি,—মাখোইগী খোং অদু আর্য, অনার্য, শূদ্র, পঞ্চমজাতি পুম্নমককী দমক চপ মান্নবা হাংই। মরমদি— মহাক্কী হৌরকপদি মী হাঙ্গবা জাতি অসিগীতা করি হাঙ্গপনি, থবাইপানবা পুম্নমককী ফননবগী দমক্তা ওইখি। ভগবান্ বুদ্ধদেবনা হাঙ্গরমই,—"চরথ ভিক্‌খবে চারিকং বহুজন হিতায়, বহুজন সুখায় লোকানুকম্পায় অত্থায় হিতায় সুখায় দেবমনুস্সানং।" (বিনয়-পিটক) (অর্থাদি—ভিক্ষুসা। মীয়ামগী ফনবগী দমক অমসু সুখাইনবগী দমক থবাইপানবা পুম্বদা দয়া তৌনবগী দমক অমদি মী, লাই, পুম্বগী ফনবা অমসু সুখাইনবগী দমক পৃথিবীদা চৎলো।) অসিগুম্বা পরমোপদেশ অসি ভারতীয় আর্যধর্ম্মগী মথং মথং ওইরকপা অঙকপগী মশক ওইবা নিংথিবনি।

জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্মগী অরাংপদি—ধর্ম্ম অনিসিনা তাইবংপানবদা—পোকতুনা হিংতুনা পানবা অসিদা তুমা তুমা চৎপা লীচৎ অসিবু জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্মনা থোওইদে। তাইবংপানবদা হিংতুনা পানবদা অহিংসা অমসু—সর্ব্বংদুঃখম্ (হিংসা তৌদবা অমসু তাইবংপানবদি সুপনগী অবাবা মক্তনি) অসুম হাঙ্গবা অসিগুম্বা আদর্শ অসিতনা চৎপা য়াবা হৌনদে। অবস্থা, যোগ্যতানাচিংবা ভেদদগী কর্ত্তব্যতাদা ভেদ লৈ। মীওইবগী স্বভাবতা—অসিগুম্বা মৌলিক সিদ্ধান্ত অসিবু থোওইদবগী মরমনা জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্মগী স্থায়ী মাদু হাঙ্গদ্রগা মহত্ত্বযুক্তস্থান ভারতীয় জনতাদা ফংবা ঙমদে। মরম অসিদগী ধর্ম্ম অনি অসিনা আর্যধর্ম্মগী প্রবাহদা মহাককী কোকপা য়াদবা খুদম লৈতুনসু মাঙোন্দা খোৎ-খোৎপা ভারতীয় জনতাবু লোইনা চিংশিনবা ঙমখিদে। "যতোঽভ্যুদয় নিঃশ্রেয়সসিদ্ধিঃ স ধর্ম্মঃ।" (বৈশেষিক-সূত্র ১।১।২) অর্থাদি—মহাক তৌরগা অভ্যুদয় অমসু নিঃশ্রেয়স অনিমক ওই)। ভুক্তি, মুক্তি নত্রগা ইহলোক, পরলোক সামঞ্জস্যগী সিদ্ধান্তগী বিকাশসু ধর্ম্ম অনি অসিগী মতনা থোকপা ঙমখিদে। বৈদিক পরম্পরাগী মতুংইন্না চৎপাসীংদি মতমগী মথং মথং লাকপদা হাঙ্গখরবা সামঞ্জস্যগী অচৌবা মতিক্ অদু খংতুনা চৎলি। অদুনা বৈদিক-সম্প্রদায়ীসীংনা মতমগী মথং মথং লাকপদা হাঙ্গখরব সামঞ্জস্যগী মতিক অচৌবা খংতুনা য়াম্না নিংথিনা লৌখি। বর্ণাশ্রমধর্ম্মগী সিদ্ধান্তগী আধারদি—থাঙ্গমক শেংবদা অসিগুম্বা সামঞ্জস্য অনিদা

তৌই। সিদ্ধান্তগী থোংনা মহাককী প্রভাবক্ষেত্রদা ভারতীয় জনতাদা মথং মথং অনৌম অনৌম চেকসিনলকই। মথং মথং চথরকপদা মাপোইগী প্রতি-কূল ওইবা অবস্থাদস্থ হুজিক কাউবা য়াম্না চেংনা ভাকই।

## পৌরাণিকধর্ম্ম।

পৌরাণিক ধর্ম্ম হাঙ্গবদি কুইরবা—লিয়বা ধর্ম্ম হাঙ্গবনি, তৌইগুম্বস্থ মহাকনা তাইবংপানবদা মশক উৎপদি কুইদারি—অনৌঅনৌরিবা ধর্ম্মনি। পৌরাণিক ধর্ম্ম অসি করম্না হৌরকপগে? অমস্থ করিনো? মাসি খুম্বা য়াম্না লুই. অমস্থ থমথেংনা ফজবা য়াফমনি। ধর্ম্ম অসি য়াম্না নৌরিবা ধর্ম্মনি, হাঙ্গবস্থ যাই, মবমদি,—বৈদিকধর্ম্মগী মথংমথং ওইরকপদা জৈন অমস্থ বৌদ্ধধর্ম্মগী প্রতিক্রিয়াদগী ধর্ম্ম অসি থোরকপনি।

জৈন অমস্থ বৌদ্ধধর্ম্ম, যাম্না কম্না চংলিঙৈ মতমদাস্থ বৈদিকধর্ম্মগী মথংমথং চংপা অসিদি—চাম্না তংতুনা মুথংপদি খক তৌদে। মতম মতম অতুগী কম্না হৌরকপা ঈবাং অতুগী মনুংদা মহাকস্থ য়াওনা য়াওনা মথংমথং অতুমক চংতুনা লৈ অমস্থ মতম মতমদাস্থ মহাক্কী মনুংমনুংদা সাংতোক্লবাস্ত মতম অতুদা মহাক্কী এক্লবা, মপানদা ওইবা ঈরাং অতুগী মতিক মগুণনা মাডোন্দা করি অমত্তা থুগাইবা ঙমদে। মতম অতুদা জৈন অমস্থ বৌদ্ধধর্ম্মগী প্রচারনা লৈপাক্তা অনৌবা কনলবা ঈরাং হৌই, মাহুনা কুইনা বৈদিকধর্ম্মবু নমথংতুনা মতিক মগুণ মাংহন্দুনা থম্বা ঙমদে। মতম অতুদা বৈদিকধর্ম্মনা তপনা তপনা অতোপ্পা মশক অমা লৌরমই। মাহুদি প্রাচীন বৈদিকধর্ম্মদগী চহি লীসিং মঙারোমগী মনুংদনি। মাহুদা বৈদিকধর্ম্মনা ওনবা অতুবু অনৌবা মিংদা "পৌরাণিক" ধর্ম্ম কৌই।

বৈদিক ধর্ম্মগা মথংমথং ওইনা অচেংপা মড়ী ফনমক লৈনহুনাস্থ পৌরাণিকধর্ম্ম অসি প্রাচীন বৈদিকধর্ম্মদগীদি য়াম্না তোঙানখরে,—বৈদিক ধর্ম্মগা—স্বপমান মাম্নদে, হাঙ্গবদা করিস্থ হাঙ্গমনবা থোকলোই। য়াফম অসিদা য়াম্না রাখল তৌবা পণ্ডিত পুম্নামক মত চপমাল্লে। বৈদিকধর্ম্মগা এংনারগা পৌরাণিক ধর্ম্মগী মরুমরু ওইবা মাম্নবা অতু ঐখোইনা মখাদা উৎজি, মাহুদি,—

(ক) পুম্নামক্কী অহানবদা খ্ৰান্নবাদি উপাস্যদেবতাসীংগী মরমদনি। বৈদিকধর্ম্মগা থানতুনা এংবদা পৌরাণিক ধর্ম্মদা দেবতাগী মমিং মাম্বা মাম্না হেনদি। বৈদিকধর্ম্মগা দেবতা—লাইমবাম পৌরাণিক ধর্ম্মদা লৌদবনা খ্ৰামথরে লৌরবসু খজিক্কনি। পৌরাণিক ধর্ম্মগী শিব, শক্তি অমসু বিষ্ণু অহুম অসি লুচিংবা লাইনি। বেদদাদি লাইসীং অসিদি খ্ৰাংদে, নত্রগা মাওদে হাঙ্গৈবামকপু মাই, বৈদিকদেবতা অযাম্বদি পুরাণদা মশক হোং-দোকখরে।

(খ) পৌবাণিক দেবপূজাপদ্ধতিসু বৈদিক পূজাপদ্ধতিদগী যাম্না তোঙানখ্রে। পূজা হাঙ্গৈবা খ্ৰাহৈ অসিমক বেদদা মুপযাও যাওদে, মাসিদি অনার্য দ্রাবিড়ী ভাষানি। মাতুম্না পুরাণদা দেবপূজাদা সিজিন্নবা সামগ্রি, ধূপ, দীপ, পুষ্প, ফল, পানা, সুপাড়ী—খা, অসিনাচিংবা পোৎলমসীং অসি পৌরাণিকপূজা-পদ্ধতিগীঙাক্কনি, বেদগী লাইঙ্গৈডাৎপদদি মাখোই অতু অমত্তাসু ইযাওবু যাওদে।

(গ) অবতারবাদ, লাইনা তাইবংমীওইনা পোকই হাঙ্গৈবসি মুপনাগী পুরাণতনা হাঙ্গৈবনি। বেদ অমসু পুরাণ অনিগী দৃষ্টিসু যাম্না তিন্নাদে। বৈদিকধর্ম্মদি আশাবাদ অমসু কর্ম্মশীলতাগী ভাবনা ঙাক্কনি পৌরাণিক ধর্ম্মদদি মাতুগা ওন্নতৈনবনা নমই। বৈদিককর্ম্মকাণ্ডদা মযামগী নত্রগা কাংলুপকী ওইনা তৌই। পৌবাণিক পূজাঅর্চ্চা তৌবদি মামথন্তগী ওইনা তৌবা ঙাক্কনি।

শ্রৌতকর্ম্মকাণ্ডদা শূদ্রগী অধিকার অমতা লৈতে, শূদ্রদি বেদগী থবক অমত্তা তৌবা য়াদে। মাতুদা শূদ্রদদি শ্রুতি তম্বা যাবদি থম্নতুনা তাবা ফাওবা য়াদে। সূত্রকাল ফাউবা মাসি ওইদুনা অন্নমক লৈ। মাতুদি "অথ হাস্যবেদমুপশৃণ্বতস্ত্রপুজতুভ্যাং শ্রোত্রপ্রতি পূরণ মুদাহরনে জিহ্বাচ্ছেদো ধারণে শরীরভেদঃ।" (গৌ০ ধ০ সূ০ ১২।৪) (অর্থদি—শূদ্রনা বেদ তারবদি মহাক্কী মনাকোংদা মঠী চেল্লবা মিসি, অত্রগা চা হৈজিন্দুনা থলহনগদবনি। বেদ উচ্চারণ তৌববদি মবৈকক্ থংলু। বেদবু মপুক্কিংদা নিংসংলবদি হাৎকদবনি।) মাসুম্না "ন শূদ্রায় মতিংদন্তাৎ" (বেদান্তসূত্র শাস্করভাষ) ১।৩।৩৮ অর্থদি শূদ্রবু করিগুম্না অকবা পাউতাক অমত্তাসু পিবা য়াদে) মাসিনাচিংবা মাহৈসীং অসিদগী অসিঅসিগুম্বা খা অসিদগী

মাসি খংবা ওমই। মনুস্মৃতি ফাউবদা শূদ্রবিরোধিনী ভাবনাসীং অসি লৈ।

নুপীবুস্ত বেদ তম্বীবগী মরমদা অসিগুম্বা ভাবনা অসি হুজিকী কালগী সংস্কৃত পণ্ডিতসীংদা লৈবা উরি। মাসিগী ইতিহাসনা থরা তোঙানলি। শ্রৌতকর্ম্মকাণ্ডদা নুপীসীংগী অধিকার নিপাগা মানরমই। মতুংদদি তপ-তপনা শ্রৌতকর্ম্মকাণ্ড তোকখিবগা লোইনা লোইননা মাখোইদা তৌরম্বা উদারতা ওইরম্বা ভাবনাসু লৌথোকখি। মমৈদদি নুপীবু লাইরিক তম্বিবা, নুপীনা তম্বিবা থোইদোকনামক মাখোইনা বেদতম্বা তম্বিবা তোকহনখি। মাসুম্না নুপীদা ককথংখিবা অসিগী মরূওইবা কারণদি আর্যসীংগী মাখোইগী সভ্যতাদগী তোঙানবা অনার্য নুপী লৌবদগী তৌবনি। অসুম্না ঐথোইনা নিংই, অথর্ব্ববেদদা জায়াসূক্ত (৫।১৭) অমসু ধর্ম্ম শাস্ত্রগী বিধিদগী ব্রাহ্মণনাচিংবা বর্ণসীংনা শূদ্রনুপী ফাউবা লৌবা য়াই অসুম্না তসেংতসেংনা হাঙ্গৈ। অতুগুম্বী নুপীসীং অতুনা মাখোইগী মরোল অমসু সংস্কৃতি পুহনা লাকই। মাতুদগী আযগী ভাষা অমসু ধর্ম্মগী ভাবনা পুন্নামক পুমহোং হোংবা তাখি। মাহুম্না হোংবা অতুদা আর্যসীংনা মাখোইসু য়াদবা ওমখিদে। সংস্কৃতভাষাগী প্রাককৃতরূপতা ওন্থোকপা অদু সংস্কৃত নাটকতা ব্রাএন অতুগী মতুংইন্না নুপী পাত্রনা সুপনা প্রাকৃত ভাষা ঙাংই। মাসিনা হাঙ্গৈরিবা বিচার অসি চপচাবা প্রমাণনি।

জৈন অমসু থোইদোকনা বৌদ্ধধর্ম্মনা স্নপনগী তাইবংমী পুম্বগীদমক্তা পাউতাক পীনবগী দমক থোং হাংই। মহৌশা ওইনা মতম কুইনা নমথ-বিরবা. এংবিদ্রবা শূদ্রসীংবুসু থোইদোকনা চিংশনলি। মাখোইনা নুপীবুসু ধর্ম্মগী পাউতাক পীবা হৌখি। মাসিদগী থংবা ওমই, মাতুদি,—জৈন অমসু হৌদ্ধ হাঙ্গৈথরবা ধর্ম্মগী মরমদা উদারতাগী প্রতিক্রিয়াগী মশক্ ওইনা বৈদিক ধর্ম্ম চংপাসীংগীসু নুপী—শূদ্রবু ধর্ম্মগী পাউতাক তাকপা চুমই, হাঙ্গৈবা থংখি। মাসিগা চপ মান্নবা খৃষ্টান্, মুসলমানধর্ম্মগী প্রভাবতগী মাখোইবু হিংবা য়ান-বগী দমক মাখোইনা এংবিদ্রবা হরিজন ফাউবাবু সেমগৎনবা ভাব অসি—হিন্দু সমাজদসু থরা হোৎনরকই। তৌকগুম্বস্ত অশেংবা বৈদিক পরম্পরাদা মাসিগী প্রেরণা অসি করি অমত্তা লৈতে। করিগুম্বদা আর্যসীংনা মাসিসু—থনখিরমগনি. মাতুদি,—বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড ভাষা অমসু ভাবনাগী বিষয়দাসুপী

শূদ্রসীংগী রুচি—অপাম্বা অমসুং যোগ্যতা—অধিকার ওইদবলা মাখোইগা—তিন্না-খোৎনবদগী মাখোইবু য়াম্না চেকশিননা থম্লমগনি। মরম অসিদগী মাখোই অহবু সেমগৎনবা উপায় অসি ফংলে, মাহুদি,—মাখোইদগী চংলকপা ভাবনাসীং অহু ব্যবস্থা তৌখিরমগনি। অসিগুম্বা অনৌবা ভাবনাদগী—থোরকপা অনার্যগী ভাবনা ময়ামগী থিংনবা থোং অহু মতম কুইনা থিংহুনা থম্লকপা অহু হাংদোক্লে। মাদু হাংদোকপদগী বৈদিকধর্ম্মদা য়াম্না কননা অনৌবা ধার্মিক ভাবনাসীংগী চংবা হৌখি। অনৌ অনৌবা দেবতা, দেবতা-সীং অতুগী মতুংইনবা, মহাক মহাকী পূজা পদ্ধতি. অনৌবা ভাবনা অমসুং সংস্কৃতিসীংগা লোইনাহুনা বৈদিক সমাজদা তিনাশিনখিবনি। অসিগুম্বা—ঈচেল অসিনা লেংদনা লৈরবা মতুংদা বৈদিক পণ্ডিতসীংনা মথং মথং মা-খোই পুম্নমক অসিবু ব্যবস্থা তৌখি, অমসুং থোইদোক্লা মুপী— শূদ্রসীংগী অপাম্বা অমসুং মাখোইনা তৌনিংবা লীচৎ অহু এংহুনা অনৌবা ধর্ম্ম অমা সেমগৎখিবনি। মাসিবু ঐখোইনা মথক্তা হাঙ্ঈথরবা পৌরাণিকধর্ম্ম কৌই।

পৌরাণিকধর্ম্মনা থোরকপা, অমসুং মহাক্না ডান্থোক্লকপগী মরমদা থিজনবা অমসুং অনুমানগী আধারদা মথক্তা হাঙ্ঈথরবা সিদ্ধান্ত অসি ঐখোইনা লেংদনা থম্লে। মাসিগী চাওখৎপাসু মথং মথং লাকপা বিচারদগীসু ওইরে। মতম অসিদা চৎলিবা হিন্দুধর্ম্ম অসি ঐখোইনা লৌথৎলিবা পৌরাণিকধর্ম্মগী মশা অমত্তনি। মহাকপু পণ্ডিতসীংনা "নিগমাগম" অসিগুম্বা মিং অসি হাঙ্ঈহুনা খংলৈ। মাসিগী অর্থাদ—মাসি ওইগনি, মাহুদি.—চৎনরিবা হিন্দুধর্ম্ম অসিদি নিগম অমসুং আগমধর্ম্মগী তিনশিন্নরগা থোকপা মশকনি। নিগমগী মৌ-লিক অভিপ্রায়দি—ঐখোইগী মততা মতম কুইনা লেপ্লক্রবা নত্রগা ব্যবস্থা তৌরক্রবা বৈদিক পরম্পরাদগী লাকপনি। 'আগম' গী মরু ওইবা অভি-প্রায়দি—অকোইবা মাইকৈ মরিদা লৈবা অনার্য ময়ামদা চৎপা অরেপপা লৈত্তবা নত্রগা শেংদোকত্রিবা ধর্ম্মসীংদগী লাকপনি। বৌদ্ধধর্ম্মবু চুমনগী—মীচম ময়ামদা প্রচার তৌবগী প্রতিক্রিয়াগী মশকতা অমসুং অনার্য মীয়ামগা লোইননা মতম কুইনা লৈমন্নরকপা মরম্না বৈদিক-পণ্ডিতসীংনা চংশিনলকপা সংস্কৃতিবু তপনা তপনা ব্যবস্থা তৌবা অমসুং মাস্কুদা বৈদিক-সংস্কৃতিনা মথক্তা কুপশিনহুনা অনৌবা পৌরাণিকধর্ম্ম পুখোকপনি।

পুরাণশীং অসি করি তৌবদগী লেংখিবগে ? ব্রাহং অসিদা পাউখুন অসি, থুনই, মাহুদি,—বৈদিকধর্ম্ম অমসু আচার পালন তৌবা ওমদবা নত্রগা নুপী, শূদ্র অমসু চুম্নাগী মীচম ময়ামগী মঙ্গল ওইনবাগীদমক পুরাণ লেংবনি। খুদমগীদমক দেবী ভাগবত ( স্ক০১, অ০ ৩, শ্লো০ ২১ ) দা মখাদা ইরিবা শ্লোক অসিদা ব্রাকম আস হাঙ্গ,—

স্ত্রীশূদ্রদ্বিজবন্ধূনাং ন বেদশ্রবণংমতম্।
তেষামেব হিতার্থায় পুবাণানিকৃতানিচ॥

অর্থদি,—নুপী, শূদ্র মাহুম্না অতোনবা মী ময়াম মাখোই অসি বেদ তাবা য়াদে, মাখোই অদুগী ফনবগীদমক পুরাণ ময়াম অসি পুথোকপনি। মাসিদি অতোপ্পা প্রমাণনাসু ব্রাকম অসি থোকই, মাহুদি,—

পুরাণ শাস্ত্র ময়াম লেংথোকপা অমসুং পুরাণগী ধর্ম্ম হোঁদোকপাগী মরমদি আর্যসীংগাদি মডী থোক্লরবা, তিন্নারবা মী ময়ামগী ভাব ময়াম অমসু মাখোইনা পাম্বা অদুদি বৈদিক সংস্কৃতিগা তিন্নাদব মাখোই অদুগী দমক্তনি।

শিব, শক্তি অমসু বিষ্ণু অদুম অসিনা পৌরাণিক ধর্ম্মগী লুচিংবা অথোইবা দেবতানি, মাসি মথক্তসু হাঙ্গখরে। মাসিগী ইতিহাসসু য়াম্না নুঙাইবগী মশকনি। ভূত, প্রেত, পিশাচ, রাক্ষস অমসু দৈত্যসীংগী প্রিয় শিব অমসু শক্তি দেবতা অনি অসি মরুদা বেদগী ( বেদনা হাঙ্গবা) দেবতা নত্তে, অবৈদিক দেবতানি, হাঙ্গবা ইখ্রাইনা থংই। ভারতবর্ষদা অনার্যসীংনা শিববু নিপাগী মশক ওইনা পূজা তৌই। "শঙ্করঃ পুরুষাঃ সর্ব্বে স্ত্রিয়ঃ সর্ব্বা মহেশ্বরী। সর্ব্বে স্ত্রীপুরুষাস্তস্মাৎ তয়োরেব বিভূতয়ঃ॥" (শিব পুরাণ, বায়ু সংহিতা উত্তরার্দ্ধ, অ০ ৫ ) অমসু শিববু নিপাগী খুদম 'লিঙ্গ' অমসু শক্তিবু নুপী খুদম 'যোনি' ওইনা অনার্যসীংনা পূজা উপাসনা তৌরকপা অসি অনাদিকালদগীনা হৌজিক ফাউবা চৎনারবনি। অনার্য প্রজানা চৎনরিবা অসি তাইবং সেমলকতৌদগীনা ওনথোকনা কুইখ্রবা মতমদগীনা চৎনারক্লবনি। আর্যজাতিনা মাসি উবদগী য়াম্না হঙ্গোইরমই, মাহুদা আর্যসীংগা অনার্যসীংগা য়াম্না তোইনা হাংনখ্রবনি, অদুগুম্বা থৌদোক অদুবু পুরাণকারসীংনা মংত্রোং

হাত্রেনভবা হান্নী ময়াম শেমদোকহুনা পুরাণনাচিংবদা দক্ষযজ্ঞবলেনাচিংবা পৌরাণিক কথা ময়াম সেমদোকই। মাস্তুম তৌহুনা মমৈদা আর্যশীংনা—শিববু অন্তরীক্ষ স্থানীয় দেবতা রুদ্রগা তিনসিন্নহুনা লৌথি।

শিবগা লোইনাহুনা শক্তিবু রুদ্রাণী ওইনা আর্যশীংনা সেমজিনাথ। মরম অসিনা শিব-পুরাণনা হাঙ্গৈ,—“চন্দ্রো ন খলু ভাত্যেষ যথা চন্দ্রিকয়া বিনা। ন ভাতি বিদ্যমানোঽপি তথা শক্ত্যা বিনা শিবঃ॥’ অর্থাদ—থাবল য়াওজ্র-বদি থানা করি অমত্তা ঙানবা ঙমদে, মাহুগুন্না শক্তি য়াওজ্রবদি শিবদি—ঙানবা ঙমদে। মমৈদা বৈদিক দেবতা অদিতি অমসু ঔপনিষদ ব্রহ্মগী বিচারগী তুংনফম ওইবা শক্তি ওইনা সেমহুনা মাহুনা মতম অসিগী দার্শনিক রূপ ওইনা লৈথি। প্রতীককী মশক ওইবা শিব অমসু শক্তি মথক্তা—হাঙ্গৈথরবা আগমনা হাঙ্গৈবা ধর্ম্মগী লুচিংবা দেবতা ওইখি। মরম অসিনা তন্ত্রশাস্ত্র—আগম গী হৌগৎপদা শিব অমসু পার্ব্বতীগা অনিনা ঙাংনবা ওইনা লেংবনা নমই। শিব অমসু পার্ব্বতী মাহু হাঙ্গৈদ্রগা শক্তি অনি অসি—অবৈদিক দেবতানি. বিষ্ণুনা বৈদিক দেবতানি। বৈদিক দেবতা বিষ্ণুবুসু অনৌবা সংস্করণ অমা তৌহুনা শিব পার্ব্বতীগা মান্ননা থমখি।

## শিব অমসু মহাদেব মশা অমত্তনি।

শিববু মহাদেবসু কৌই. হাঙ্গৈবাস ইথ্বাই পুন্নামকনা থংনৈ, মরম অসিনা অমরনা হাঙ্গৈ,—“শম্ভুরীশঃ পশুপতিঃশিবশূলী মহেশ্বরঃ” অসিনা-চিংবা শিবগী মিং ময়াম হাঙ্গৈরগা “বামদেবো মহাদেবো” অসুম্না হাঙ্গৈ। মহাদেবগী সাদোওঙ্গি—যণ লাযনি, অহুনা মৈতৈরোনদা “যণতন্ত্র” কৌবদগী মাবু লোন্নবদা “যণ্ডম্ব” হাঙ্গৈনরে। লাইনা মাঙোন্দা চংহুনা লৈবাবু লাইনা তোংবা কৌই। মাহুদি মাইবীদা লাইনা চংবাবু মাইবী লাইতোংলে, অসুম্না হাঙ্গৈনে। মাসুন্না তৌহুনা লাইনা মাঙোন্দা চংহুনা লৈবা শাবু লাইগী সাদোং কৌই, (৪ মং ৯৮ সূ ৩ ঋ) হাঙ্গৈ,—

“চত্বারি শৃঙ্গাত্রয়ো অস্যপাদাদ্বেশীর্ষেসপ্তহস্তাসোঅস্য।
ত্রিধাবদ্ধো বৃষভোরোরবীতি মহোদেবো মর্ত্ত্যা আবিবেশ॥”

(ঋক্ ৪। ৫৮। ৩)

পদান্বয় :—অস্য ( মহাকী ) শৃঙ্গাঃচত্বারি ( মচী মরিনি ) ত্রয়ঃপাদাঃ ( মখোঙ্ অহুম পারি ) দ্বেশীর্ষে ( মকোক অনি পারি ) অস্য ( মহাকী ) সপ্তহস্তাসঃ ( মখুৎ তরেৎ পারি ) ত্রিধাবদ্ধঃ ( মফম অহুমদা পুনবা ) বৃষভঃ ( যণলাবানা ) রোরবীতি ( যান্না কন্না হঙ্কন ২ খোংই ) মহোদেবঃ ( মহাদেবনা ) মর্ত্যান্ ( শিবনা মহোশা ওইনবা তাইবংদা ) আবিবেশ ( চংখি ) ॥

তাৎপর্য :- ঋগ্মন্ত্র অসিদা তাইবংপানবগী মপুবু "মহোদেব" কৌই, মাহুবু পুরাণদা—'মহাদেব' কৌই, বৃষভ—যণলাবনা হন্না হন্না খোংই, যণলাবদা চংহুনা খোংই, হাঙ্গৈবনা মহাদেববু পুরাণনা যণলাবা বৃষভ তোংই, হাঙ্গৈ। ঋগ্মন্ত্র—অসিবু ভগবান্ পতঞ্জলীনা মহাভাষ্যদা মথাদা ইবিবা অসি ওইনা ব্যাখ্যা তৌই, মাহুদি "চত্বারি শৃঙ্গানি। চত্বারিপদ-জাতানি নামাখ্যাতোপসর্গনিপাতশ্চ। ত্রযোঅস্যপাপাদাঃ। ত্রযঃকালাভূতভবিষ্য, বর্তমানাঃ। দ্বে শীর্ষে। দ্বৌশব্দাত্মানৌনিত্যঃ কার্যশ্চ। সপ্তাহস্তাসো অস্য সপ্তবিভক্তযঃ। ত্রিধাবদ্ধঃ। ত্রিসু স্থানেষু বদ্ধঃ উরসি কণ্ঠে শিরসীতি। বৃষভো বর্ষণাৎ। বোরবীতি—শব্দং করোতি। কুতএতৎ?। রৌতি শব্দকর্ম্মা। মহাদেবো মর্ত্ত্যা আবিবেশ। মহান্দেবঃ শব্দো মর্ত্ত্যা আবিবেশেতি। মহান্দেবঃ শব্দো মর্ত্যান্—মরণধর্ম্মানো মনুষ্যস্তানাবিবেশ। মহতাদেবেন নঃ সাম্যং যথাস্যাদিত্যধ্যেযংবাকরণম্॥ পতঞ্জলীগী ব্যাখ্যা অসিনা ব্যাকরণদা তাবা ব্যাখ্যানি, মাসুম্না সায়ণনা যজ্ঞদাতানা হাঙ্গৈ। মাসুম্না আচার্যসীংনা মানা পুনিংবদা পুই। চপমান্নবা লেংবা য়াদবা অর্থদি—তাইবংপানবাগী মপু মহাদেবনা যণলাবাগী মশক ওইনা মীওইবা লোকতা চংই—হাঙ্গৈবা অসি লেংত্রবা অর্থনি।

## ভারতীয় আর্যহিন্দু অমসু মিতৈশিংমুংগী
## বেদার্থ অনিগী চাংকয়াচুনা
### য়েংবা।

ঐখোইনা য়থক্লা লৌখংখরে মাহুদি, ভারতীয় আর্যহিন্দুসীংনা হাঙ্গৈ, মাহুদি,—শিব কৌবা দেবতা অসি বৈদিক দেবতা নত্তে, অনার্যসীংগী

সেম্বজানি। আর্যসীংনা ভারততা লৈবা অনার্যসীংবু শূদ্র ওইনা লৌসিন্দুনা বর্ণহিন্দু ওইহনলবা মতমদা অনার্যসীংগী উপাস্যদেবতা শিববু বৈদিকদেবতা রুদ্র ওইহন্দুনা আর্যহিন্দুসীংনা পৌরাণিক যুগতা সেম্বনি, অসুম্না হাঙী। মাহ্ ঐখোইনা মথক্তা লৌখৎখরবা অচনি। অসিগুম্বা আর্যহিন্দুসীংগী মত অসিগা মিতৈ সিদবুংসীংগী মতকা মান্নদে।

ঐখোইনা মথক্তা প্রমাণ তৌখরে, শিবগী অতোপ্পা মিং অমদি "মহাদেব" কৌই। মাবু বৈদিকী ভাষাদা "মহোদেব" অসুম্না হাঙী। বৈদিকী ভাষাদা মহোদেববু লৌকিকী ভাষাদা মহাদেব হাঙীবাগী অচেৎপা খূদমদি— শিবগী সাদোংদি বৃষভ-ষণলাবানি. অসুম্না অনার্যনাসু হাঙী, বেদদাসু মহোদেবগী সাদোং বৃষভনি, হাঙী,—মথক্তা লৌখৎখ্রবা ঋগ্‌মন্ত্র অচুবুনি।

চত্বারিশৃঙ্গাত্রয়ো অস্য পাদাদ্বেশীর্ষেসপ্তহস্তাসো অস্য।

ত্রিধাবদ্ধো বৃষভো রোরবীতি মহোদেবো মর্ত্ত্যা আবিবেশ।৩॥

(ঋ ৪।৫৮।৩)

ঐখোইনা থানাচুনা এংবগী পাঙ্গনদগী মাসিমসু মুন্না খংলে,— ভারতীয় আর্যহিন্দুসীংনা হাঙীবা অনার্যসীংগী দেবতা শিববু আর্যগী দেবতা রুদ্রনা মথক্তা কুপসিন্দুনা আর্যগী দেবতা অমা ওইনা সেমজিনলি। মিতৈ শিদবুংসীংগী মতনা,—বেদানুগত ওইবা হেনালি। হৃজিক্কি মিতৈ শিদবুংসীংনা শিববু উপাসনা তৌবদা বৈদিকদেবতা ওইনা তৌবা খূদম অমাসু উৎলি,—

## লাই।

লাই পদ অসি মিতৈলোন্দা দেবতাগী মিংনি। লাই হ্বাহৈ অসিদি কোল জাতিগী লোন্দগী থোরকপা হ্বাহৈনি, অসুম্না অনুমান তৌই। মরমদি থাইনা কুইখরবা মতমদা মিতৈনা 'লাই' হ্বাহৈ অসি খোনাও মড়িল পোঙথোকনা হাঙীবদি বিবৃত (হিন্দীদা 'আ' গুম্না) উচ্চারণ তৌরমগনি। মিতৈ লৈপাক মণিপূরগী থা-নোংচুপ্পগীনা নোংচুপ-অহ্বাং কাউবদা লৈবা পার্ব্বত্যজাতিসীংগী খুল করি কবিগুম্বসী মমিংনা মাসিগী হ্বাঙাংলিবা (মুখরিত) সাক্ষীনি।

মাহুদি,—নুঙ্বাংলোক. শিবলোক. ওইনামলোক, কম্বিলোক, ভমেংলোক, হাবংলোক অমসু শিলোক অসিনাচিংবনি। খুলশীং অসিগী মিংদা য়াওরিবা 'লোক' য়াহৈ অসিনা মিতৈলোনগী 'লাই' য়াহৈগী অহানবা ওইরম্বা মশক ওইগনি। অমসু 'লাই' পদ অসি সংস্কৃতভাষাগী 'লিঙ্গ' শব্দগী অহানবা—ওইরম্বা মশক ওইগনি। 'লিঙ্গ' শব্দ অসি আর্যভাষাগী শব্দ নত্তে। বেদদা লিঙ্গবু 'শিশ্ন' কৌই। ঋগ্বেদসংহিতাদা দেব শব্দগা লোইননা ফিনসিন্নরবা শিশ্ন শব্দ অসি অনিরুক্ত হয়া য়াওবা উই। মাতুদা লিঙ্গ শব্দবু সিজন্নদে। মাসুম তৌতুনা শিব শব্দ অসিবু কোলভাষাদগী সংস্কৃতভাষানা লৌখিবনি, অসুম্না অনুমান তৌই। মিতৈগী অরিবা লাইরিক্তা অমসু মিতৈলোন লোন্নবা মতমদসু 'শিব' য়াহৈ অসিবু চিব, শিব অমসু অশিব কৌই। অমসু ভাষৈ জাতিগী লোন্নবা লোন্দসু চুজিক হেক ফাউবা 'শিব' য়াহৈ অসিবু মচানা-চিংবদা মিং ওইনা থোন্নে। মাসুম তৌতুনা রমা অমসু রাধা মিং অনি অসি কোলভাষাগী মিংগৌনি, অতোপ্পা মফম অমদা আলোচনা তৌরি।

## হরাউবা।

মিতৈরোনদা 'হরাও' ধাতুগী অর্থদি হর্ষনি। ভাববাচ্যদা কৃৎ কী বা প্রত্যয় তৌরগা 'হরাউবা' পদ অসি ওই। মহাক্কী অর্থদি শান্নবা=ক্রীড়া হায়ী। হরাউবা পদ অসি ভাববাচ্য ওইবনা বিশেষ্যনি, অমসু হর্ষগী কাইরবা মশকনি; অদুনা হরাউবা সংস্কৃতভাষাগী অপশব্দনি।

## লাই হরাউবা।

লাই হরাউবা=লাইগী হরাউবা, লাইগী=দেবতাগী+হরাউবা=ক্রীড়া—শুগাইদুনা শান্নবা অসুম্না বিগ্রহ (Expond) তৌরগা ষষ্ঠী তৎপুরুষ সমাসতা 'লাই হরাউবা' পদ অসি থোকই। অসিগুম্বা সমস্ত পদ অসিগী মথকথংবা পদ 'লাই' পদ অসিদি উপাস্য দেবতাগী মিংনি। মাহুদি নিপা, নুপীগী খুদমবু লাই কৌই। মাসি প্রাচীন জাতি পুন্নমক্তা মাতবু দেবতা—লাইনি, হাইদুনা উপাসনা তৌই। মাসিদি পুন্নমক্তা ইথং থংনরবা দেবতানি। মালিগী মরমদা কনাসু চিংনবা লৈত্তে।

মিতৈদি প্রাচীন জাতিনিনা উপাসনা তৌবদা দেবতাবু লিঙ্গগী মশক

ওইদ (নিপা মুপীগী থুমলী মশক ওইনা) নীঙলমই। মাখোইনা ভাবা পৃথিবী (লৈপাক নোংখৌ অনিগী) তিন্নবা লৈববু যোগ (Yog) ভৌবদা অহানবদা ফংগদবা শাম্বমুৰ্ত্তিনি (মহাদেবগা দুর্গাগা কোম্নহুনা লৈবা মুৰ্ত্তিনি) হাঙৈনা নিংলমই। মাস্তুম ভৌহুনা অমস্থ মাসিবু মাখোইনা ইপা ইমানি, হাঙৈনা নি ভুনা উপাসনা তৌবমই। অমস্থ মাখোই অনিগী তিন্নবা কোম্নবা লৈবা অহুবুম্ন তাইবংপানবা পুম্নমক অসিবু পোকপা রতিক্রড়ানি হাঙৈনা থল্লমই।

মিতৈগী উপাসনাদি মাস্তুম তৌই, মাহুদি, —ইমাগী মশক ওইবী পৃথিবীগী মথক্তা ইপাগী মশক ওইবা নোংমদোননা মফম পুম্নমক্তা চেৎ চেৎনা কোমহুনা লে। মাস্তুম্না শাস্ত্রবদগী অতিয়া— ইপাদগী বীর্যগী মশক ওইবা ঈসিং খোরকতুনা ইমা— মালেম লৈপাক লৈমগী গর্ভ মহুংদা চংই, অমস্থ মাহুনা পৃথিবীগী ধাতুগা তিন্নহুনা চীঙ্গাকী মশক ওইনা থব্রাইপানবা তাইবং পুম্বগী হকচাং ওনলি। মরম অসিনা লৈপাকনে, নোংমদোননে অনিগী— তিন্নসিনবা অসিবু সাম্বমূৰ্ত্তি (মহাদেব পাৰ্ব্বতী) গী মুঙাইরবা রতিক্রীড়ানি, হাঙৈনা থল্লি। অমস্থ হাঙৈরিবা অর্থ অসিবু ঋগ্বেদদা দীর্ঘতমা ঋষিনা অহুম স্তুবা সবন-যাগদা থাগৎলি। মাহুদি,—

দ্যৌর্মেপিতাজনিতানাভিরত্রবন্ধুর্মেমাতাপৃথিবী মহীয়ম্।

উত্তানয়োশ্চম্বোতযোনিরন্তরত্রাপিতাদুহিতুর্গর্ভমাধাৎ॥

(ঋ০ ১।১৬৪।৩৩)

অর্থ:— কোরৌ নোংমদোন নিংথৌ লৈপাক অসিনা ঐবু ভাকপীবা অমস্থ পোক্পীবা ইপানি, মালেম লৈপাক লৈমানা খোঙৈদৌ ওইহুনা ঐবু চানবীবনি, অমস্থ পাক্লবী লৈপাক লৈমা অসিনা ঐগী ইমানি। অসিগুম্না নিংথৌলৈপাকনে, লৈপাকলৈমানে, মহাপ মখূম অনি অসিগী মরকত্তা লৈবা, অন্তরীক্ষলোক—অহাংবনা থব্রাই পোকনফম যোনিনি। ইপা নোংমদোননা লাপনা লৈবী ইমা লৈপাক লৈমাদা বীর্য—ঈসিং পীহুনা— গর্ভ পীহুনা ঐবু পোকপীবনি। অহুনা ইপানা নোংমদোম্নি, ইমানা মালেম লৈপাকলৈমানে।

লৌখংলিবা শাস্ত্র অসি মিতৈগী পুরানা নিংনবই,—

"হোইরৌ হৈয়া, হোইরৌ হয়া, হোইরৌ হয়া। হয়া সো হয়া সো হৈয়া সো। ইংসো। ইংসো। ইংসো। হে, হে, হে, হে, হুগহে। কোইরৌথক্তা নোইএ, নোংদোনথক্তা নোইএ। মালেমথক্তা নোইথদি লাইনিংথৌনা নোইএ—

...   ...   ...   ...   ...   ...

...   ...   ...   ...   ...

কোরৌ নোংমাদোন নুংনাংকাউথংকোন্দগী মালং নুংসিৎ শিদবনা তোংনম তপনা সিৎপদা চিঙউয়ারানা খোঞ্জেন অহানবদা লাংবন খোইমু খোনদানবনা খোঞ্জেন ওঙ্কার ময়েক থোকনা নপোক খোইরা য়াল্লকপা লাইনিংথৌ...... ঈসিং য়াবা পিবদি লাইনিংথৌনা লাইরেমাদা পীবনি। ঈসিং য়াবাদি জীব লৈননবগী ফম্বিনে।......" অসিনাচিংবনি।

লাই হরাওবদা নিংগদবা উমামহেশ্বরগী

ধ্যেয় মুর্ত্তি :—

'লাইপুংথৌ মাপনমগা লোইননা লাইনুরা তরেৎমনা ঈসিংথক্তা লৈপাক হৈহুনা পৃথিবী অপুম্বা সেমখি। মতুং অহুদা নোংপোক নিংথৌ চি (শি) বনা লাইরমা তম্বাগা লোইনাহুনা যণতম্বদা স্নাগী তাংবনথক্তা ফমহুনা নুমিৎ লীসিং অমনা চপমাননা থোকপাগুম ঙাল্লুনা মাইগা মাইগা ওনসিন্নবা চিনলোকনাহুনা মৈরাখানিক ফনেক সেৎপী তম্বা অমসু সনা লৈথাম তোলোম চিন খোঁড়ীদা লিন থাওন ওন ত্রিশূল পাইবা অঙৌবা লাকই।"

মাসিনা থংববু ভারতীয় আর্য হিন্দুদগী মিতৈসিদবুংনা বেদ হৈবা হেন্নে, মাহুদা চিংনবা লৈতে।

অগ্নেদেবাঁ ইহাবহ জজ্ঞানো বৃক্তবর্হিষে।

অগ্নিহোতা নু ঈড্যঃ ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) জজ্ঞানঃ ( মৈবাদগী থোকপা নংনা ) বৃক্তবর্হিষে ( ককথংলবা কুশনা কিদা থানবগী দমক ) ইহ ( কর্ম্ম অসিদা ) দেবান্ ( লাই ৎিবিকপু ) আবহ ( কৌবিয়ু ) নঃ ( ঐখোইগী দমক ) হোতা ( লাইবু লাক্লবা কৌবা ) ত্বম্ ( নহাক্তি ) ঈড্যঃ অসি ( ঐখোইগী লৈসি— লৈখোন্নকমনি ) ।৩।

অনুবাদ :—হে মৈও ! মৈবাচিংবদগী থোকপা নহাকনা থৌ অসিদা লাই ময়াম লাক্লবা কৌবিয়ু, অদু ওইরবদি নংগী থৌজানদগী যজমান অসিনা লাইগী ফম্নবা কুশ অককপা কিদা পাইথংচগনি, লাই লাক্লবা কৌবা ত্বম্বা নহাক্তি ঐখোইগী লৈসিলৈখোনকনি ।৩।

তাঁউশতো বিবোধয়য়দগ্রেয়াসিদূত্যম্ ।

দেবৈরাসৎসি বর্হিষি । ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অগ্নে ( হে মৈও ! ) যৎ ( মরম অদুদগী ) দূত্যম্ যাসি ( নহাকনা লাইগী দূত ওইবা ফংলে ) তস্মাৎ ( মরম অদুদগী ) উশতঃ (হবিঃ পাম্বা ) তান্ ( লাইসীংবু ) বিবোধয় ( হবিঃ লৌনবগী দমক থংহল্লু ) বর্হিষি ( থবক অসিদা ) দেবৈঃ ( লাইসীংগা লোইনাহুনা ) আসৎসি ( লাকতুনা— ফমউ ।৪।

অনুবাদ :—হে মৈও ! নহাক্তি লাইগী দূত ওইরবনি, মরম অদুনা— হবিঃ পাম্বা লাইসীংনা হবিঃ লৌনবগীদমক থংহল্লু, নহাকনা যজ্ঞ অসিদা লাইসীংগা লোইনাহুনা ফমউ ।৪।

ঘৃতাহবনদীদিবঃ প্রতিষ্মরিষতোদহ ।

অগ্নেত্বং রক্ষস্বিনঃ ॥ ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—ঘৃতাহবন (হে ঘীনা কৌনবা ওইবা !) দীদিবঃ (হে অঙাম্বা ! ) অগ্নি ( হে মৈও ! ) ত্বম্ ( নংহাকনা ) রক্ষস্বিনঃ ( রাক্ষসগা জিন্নরবা ) রিষতঃ ( ঐখোইবু হিংসাতৌবা এল্লববু ) দহস্ব ( উৎ ওইনা চাকথোল্লো) ।৫।

অনুবাদ :—হে মীনা কৌনবা ওইবা, হে অঙানবা! মৈও! নহাক্না হিংচাবগা ভিন্নরবা, ঐখোইবু মাংনবা তৌবা. ঐখোইগী এক্লবা পুম্বা উৎ ওইনা তুম্নবা চাকথেকউ। ৫ ॥

অগ্নিনাগ্নিঃ সমিধ্যতেকবির্গৃহপ পতির্যুবা।

হব্যবাড্ জুহ্বাস্যঃ ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অগ্নিঃ ( আহবনীয় কৌবা মৈ অসি ) অগ্নিনা ( মাঙোন্দা হাপচিল্লবা মৈগা লোইনাদুনা ) সমিধ্যতে ( নিংথিনা চাকতুনা ঙানলি ) কবিঃ ( শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবনি ) গৃহপতিঃ ( যজমানগী য়ুম ঙাকপনি ) যুবা ( মতম পুম্নমক্তা ভনৌ ভনৌনা লৈবনি ) হব্যবাড্ ( হবিঃ পুবনি ) জুহ্বাস্যঃ ( জুহুঃ পাত্রনা মচিন ওইবনি ) ।৬।

অনুবাদ ঃ— আহবনীয় কৌবা মৈ অসিনা মাঙোন্দা হাপচিল্লবা মৈগা লোইনাদুনা নিংথিনা চাকতুনা ঙানলি। মৈ মহাক্তি শাস্ত্রজ্ঞান লৈ, যজমানগী য়ুম ঙাকপনি, মতম পুম্নমক্তা ভনৌ ভনৌ লৈবনি, হবিঃ পুবনি অমসু জুহু কৌবা যজ্ঞপাত্রনা মাগী মচীন ওইবনি ।৬।

কবিমগ্নিমুপস্তুহি সত্যধর্ম্মাণমধ্বরে।

দেবমমীব চাতনম্ ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অধ্বরে ( ক্রতুদা ) কবিম্ ( মেধা ফবা ) সত্যধর্ম্মাণম্ ( ঝাচুম-সুবা ধর্ম্ম তৌবা ) দেবম্ ( অঙানবা ) অমীব চাতনম্ ( এক্লবা মাংহনবা ) অগ্নিম্ ( মৈবু ) উপস্তুহি ( মনাক্তা চংদুনা লৈসিলৈথোল্লু ) ।৭।

অনুবাদ :—হে লৈসিলৈথোনলিবা-সা! যজ্ঞ অসিদা মৈবু মনাকতা চংদুনা লৈসিলৈথোনলু, মৈ মহাক্তি মেধা ফবনি, ঝাচুম-সুবনি, অঙানবনি, এক্লবা মাংহনবনি।৭।

যস্ত্বামগ্নে হবিষ্পতির্দূতং দেব সপর্য্যতি।

তস্য স্ম প্রাবিতা ভব ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ--অগ্নে ( হে অগ্নি! ) দেব ( হে অঙানবা! ) যঃ ( অচুগুম্বা ) হবিষ্পতিঃ ( যজমাননা ) দূতম্ ( নাইগী দূত ওইবা ) ত্বাম্ ( নহাকপু ) সর্পর্য়তি ( সেবা তৌরি ) তস্য ( যজমান অদুগী ) প্রাবিতা ভব ( নহাকনা—ঙাকপীবা ওইয়ু ) ।৮।

অনুবাদ ঃ—হে অঙানবা মৈও ! নাইগী দূত ওইবা নহাকপু সেবা—তৌজবা যজমানবু নহাকনা ঙাকপীয়ু ।৮।

যো অগ্নিংদেব বীতয়ে হবিষ্মাঁ আবিবাসতি।

তস্মৈ পাবকমৃলয় ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—হবিষ্মান্ ( হবিগা লোইনবা ) যঃ (অচুগুম্বা যজমাননা) দেববীতয়ে ( নাইসীংনা হবি চানবা ওইবা যাগগীদমক ) অগ্নিম্ আবিবাসতি ( মৈগী মনাক্তা লাকতুনা সেবা তৌরি ) পাবক ( হে মৈও ! ) তস্মৈ মৃলয় ( যজমান অদুবু ন'ংনা নুঙাইহনবিয়ু ) । ৯ ॥

অনুবাদ ঃ—যজমনান অসিনা হবিঃ পুত্নুনা নাইসীংনা হবিঃ চাননবা যাগ তৌগে হায়দুনা মৈগী নহাক্তী মনাক্তা চংলকলে, হে মৈও ! যজমান অদুবু নংনা নুঙাইহনবিয়ু । ৯ ॥

সনঃ পাবকদীদিবোগ্নে দেবাঁ ইহাবহ।

উপযজ্ঞং হবিশ্চনঃ ॥ ১০ ॥

দীদিবঃ ( হে অঙানবা মৈও ! ) পাবক ( হে শেংবিবা ! ) অগ্নে ( হে মৈও ! ) সঃ ( অচুগুম্বা—মৈ নহাকনা ) নঃ ( ঐখোইগীদমক ) ইহ ( নাই ঊড়াংকম অসিদা ) দেবান্ ( নাই খিবিকপু ) অবহ ( কৌবিয়ু ) নঃ ( ঐখোইগী ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞ অসিবু ) হবিঃ ( মাত্নুদা লৈবা হবিঃবু ) চ ( সু ) উপ ( নাইগী মনাক্তা ) [ প্রাপয় ( যৎহনবিয়ু ) ] । ১০ ॥

অনুবাদ ঃ—হে অঙানবা ! শেংবা কোকহনবা ! হে মৈও ! মৈ নহাক্তা ঐখোইগীদমক নাই ঊড়াংকম অসিদা নাই খিবিকপু কৌবিয়ু, ঐখোইনা

তৌরিবা যজ্ঞ অসিবু মাছুদা য়াওবা হবিঃবুস্নু লাইগী মনাক্তা পুছুনা কংহনবিয়ু। ১০ ॥

সনঃস্তবানআভরগায়ত্রেণনবীয়সা।

রয়িং বীরবতী মিষম্ ॥ ১১ ॥

নবীয়সা ( তনৌতনৌবি— মমাংঙৈগীসীংনা তৌখিদবিবা ) গায়ত্রেণ ( গায়ত্রী ছন্দঃদা লেংবা সূক্ত আসনা ) স্তবানঃ ( লৈসিলৈথোনলবা ) সঃ ( অদুগুম্বা নহাকনা ) নঃ ( ঐখোইগীদমক ) রয়িং ( লনবু ) বীরবতীম্ (অথোইবা ইচানাচিংবাগা লোইনবা) ইষম্ (লনবুস্নু) আভর (থোকহনবিয়ু)।১১ ॥

অনুবাদঃ—তনৌতনৌরিবা—মমাঙৈগীসীংনা তৌখিদরিবা গায়ত্রীছন্দঃ দা লেংবা সূক্ত অসি সোন্দুনা নহাকপু ঐখোইনা লৈসিলৈথোনজরে, অদুনা নহাকনা পেনবিদুনা ঐখোইগীদমক লন,—অকনঅথোৌবা ইচাগা লোইননা লন পিনবিয়ু। ১১।

অগ্নে শুক্রেণ শোচিষা বিশ্বাভির্দেবহূতিভিঃ।

ইমং স্তোমং জুষস্বনঃ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অগ্নে ( হে মৈও। ) শুক্রেণশোচিষা ( অঙৌবা নঙাম্না মরম ওইদুনা ) বিশ্বাভিঃ দেবহূতিভিঃ (নহাকনা লাই কৌনবা ওইবা লৈসিলৈথোনবা খিবক্তনা তনবা ) নঃ ( ঐখোইগী ) ইমম্স্তোমম্ ( লৈসিলৈথোনবা অসিবু ) জুষস্ব ( নহাকনা লৌ )। ১২ ॥

অনুবাদঃ—হে মৈও! নহাক্তি অঙৌবানাঙাননা তিনবনি, লাই কৌবা ওম্বা লৈসিলৈথোনবা—স্তোত্র ময়াম লৈবনি, ঐখোইনা লৈসিলৈথোনবা অসি নহাকনা লৌবিয়ু। ১২ ॥

—:(0):—

১৩ সুবা সুক্ত। অগ্নিনা দেবতানি।

সু সমিদ্ধো ন আবহ দেবাঁ অগ্নে হবিষ্মতে।
হোতঃ পাবক যক্ষি চ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে (হে মৈও!) সুসমিদ্ধঃ (সুসমিদ্ধ কৌবা বংনা) নঃ (ঐখোইগী ওইবা) হবিষ্মতে (হবি লৈবা যজমানগীদমক) দেবান্ (লাই খিবিকপু) আবহ (কৌবিযু) পাবক (হে শেংবিবা!) হোতঃ (হোম তৌনবা হে মৈও।) যক্ষি চ (যাগসু তৌবিযু)। ১ ॥

অনুবাদ,—হে মৈও! হে সুসমিদ্ধ কৌবও। যজমান ঐখোইগী মাকতা লাই পুম্নামক পুথনা লাও, হে পাবক—শেংবিবা। লাইবু লাকবা কৌবিও। যজ্ঞ তৌবিযু। ১ ॥

মধুমন্তং তনূনপাদ্‌যজ্ঞং দেবেষু নঃ কবে।
অদ্যা কৃণু হি বীতয়ে ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—কবে (হে মেধাফবা) তনূনপাৎ (নহাকি তনূনপাৎ কৌই) অদ্য (ঙসি) নঃ (ঐখোইগী) মধুমন্তম্ (বস লৈবা) যজ্ঞম্ (হবিঃবু) বীতযে (চানবগীদমক) দেবেষু (লাইখিবক্তা) কৃণুহি (ফংহনলু) ।২॥

অনুবাদ :—হে মেধাফবা মৈও। নহাক্তি তনূনপাৎ কৌএ, ঙসি অহাউবা, ঐখোইগী হবিঃ চানবগীদমক লাইসীংদা নহাকনা ফংহনবিযু।২॥

নরাশংসমিহ প্রিয়মস্মিন্ যজ্ঞ উপহ্বয়ে।
মধুজিহ্বং হবিষ্কৃতম্ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইহ (লাইঊড়াৎফম অসিদা) অস্মিন্ (হুজিক তৌরিবা) যজ্ঞে (ঊড়াৎপা অসিদা) প্রিয়ম্ (লাইগী পেন্নবা ওইবা) মধুজিহ্বম্ (অথুবা হাঈবা লৈএং লৈবা—অহাওবা চাবা লৈএং লৈবা) হবিষ্কৃতম্

হব্য পুথোকপা) নরাশংসম্ (নরাশংস কৌবা মৈবু) উপহ্বয়ে (ঐনা কৌরি) ॥ ৩ ॥

অনুবাদ :—লাই ঈড়াংফম অসিদা হুজিক তৌরিবা যজ্ঞ অসিদা লাইগী পেন্নবা তৌবা, অথুম্বা ম্বা ওাংবা, অহাওবা চাবা, হব্য-পুথোকপা নরাশংস কৌবা মৈবু ঐনা কৌরি। ৩ ॥

অগ্নে সুখতমে রথে দেবাঁ ঈলিত আবহ।

অসি হোতা মনুর্হিতঃ ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে (ইট্ শব্দগী অর্থ ওইবা হে মৈও!) ইলিতঃ (ঐখোইনা নৈসিনৈথোল্লবা ওইহৌনা) সুখতমে (থমথেংনা নুঙাইনবা ওইবা) রথে (করিগুম্বা রথ অমদা তোংহন্দুনা) দেবান্ (লাইখিবিকপু) আবহ (লৈপাকথক্তা পুরকউ) মৈ নহাক্তি,—মনুর্হিতঃ (মনু—হাঙ্গৈবদি মন্ত্রনা, যজমানগী মশক ওইবা মীনাস্তু মফম অসিদা নহাকপু থমদুনা লৈহনবনি) আবহ অসি (নহাক্তি লাইপুম্বাবু কৌবনি)। ৪ ॥

অনুবাদ :—হে ইলিত অগ্নিও! তোংবা নুঙাইরবা রথতা তোংহন্দুনা লৈপাকথক্তা পুরকউ, মৈ নহাক্তি মন্ত্রনা অমসু যজমানগী মশক ওইবা মীনাস্তু মফম অসিদা থমবনি, অমসু নহাকনা লাইপুম্বাবু কৌবনি। ৪ ॥

স্তৃণীত বর্হিরানুষগ্ঘৃতপৃষ্ঠং মনীষিণঃ।

যত্রামৃতস্য চ ক্ষণম্ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ :—মনীষীণঃ (হে বুদ্ধিফবা! ঋত্বিক্সা!) আনুষক্ (মথং মনাও সম্নবা) ঘৃতপৃষ্ঠম্ (মথক্তা ঘী লৈরবা) যত্র (মাঙোন্দা) অমৃতস্য (অমৃতগা মান্নবা ঘী) চক্ষনম্ (মথক্তা উরবা) বর্হিঃ (দর্ভ) স্তৃণীত (বেদীদা কুপসিনল্লু)। ৫ ॥

অনুবাদ :—হে বুদ্ধিফবা ঋত্বিক্সা! মমৈমকোক ওইনা মথংমথং সাম্নবা, মথক্তা ঘী লৈবা—কুশনা বেদী মথক্তা কুপসিনল্লু। ৫ ॥

বিশ্রয়ন্তামৃতাবৃধো দ্বারো দেবী রসশ্চতঃ।

অদ্যা নূনং চ যষ্টবে ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ :—ঋতাবৃধঃ ( সত্য নত্রগা যজ্ঞগী চাওখৎলবা ওইবা ) দেবীঃ ( ইঙানঙানবা ) অসশ্চতঃ (—নিপা চংহনা লৈতবা যজ্ঞগী য়ুম খািবকপ ) দ্বারঃ ( থোং হাংদোকলো ) অদ্য ( ঙসি ) নূনম্ ( সোইদনা ) যষ্টবে ( যজ্ঞ তৌনবগীদমকনি )। ৬ ॥

অনুবাদ :—যজ্ঞ তৌনবা য়ুম থোং হাংদোকলো, থোং অদুনা যজ্ঞবু চাওখৎহনবনি। থোং অদু ইঙান ঙানবনি, অমস্থু মী লৈতবনি, ঙসি সোইদনা যজ্ঞ তৌগনি। ৬ ॥

নক্তোষাসা সুপেশসাস্মিন্ যজ্ঞ উপহ্বয়ে।

ইদং নো বর্হিরাসদে ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুপেশসা ( মশক ফজবা ) নক্তোষসা ( নক্ত অমস্থু উষা কৌবা মৈগী মূর্তি অনিবু ) অস্মিন্ যজ্ঞে ( হুজিক তৌরিবা যজ্ঞকর্ম্ম অসিদা ) নঃ ( ঐখোইগী ) ইদম্ ( অসিগুম্বা বেদীদা থারিবা ) বর্হিঃ (দর্ভ অসিদা ) আসদে ( ফম্নাবগীদমক—কৌরি )। ৭ ॥

অনুবাদ :—মশক ফজবা অহিং অমস্থু নোংঙানলবদাই অনিবু মাখোইগী ফম্নাবাগীদমক বেদী মথক্তা থাবিবা কুশ অসিদা ফম্মোলাও হাঈনা ঐখোইনা কৌরি। ৭ ॥

তা সুজিহ্বা উপহ্বয়ে হোতারা দৈব্যা কবী।

যজ্ঞং নো যক্ষতামিমম্ ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুজীহ্বা ( ফজবা মরৈপানবা ) হোতারা ( হোম ওইহনবা ) দৈব্যা ( লাইগী ওইবা ) কবী ( মেধাকবা ) তা ( অদুগুম্বা

ইখ্খ্রইনা খংবা মৈ অানবু ) উপহ্বয়ে ( ঐনা কৌরি ) নঃ ( ঐখোইগী ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞবু ) যক্ষতাম্ ( তৌসনু ) । ৮ ॥

অনুবাদ :– কজবা মরৈপানবা, মেধাকবা, হোম তৌহনবা, মৈ অনিবু ঐখোইনা কৌরি, ঐখোইগী যজ্ঞ আস তৌবসনু । ৮ ॥

ইলা সরস্বতী মহী তিস্রোদেবীর্ময়ো ভুবঃ ।

বর্হিঃ সীদন্তু স্রিধঃ ॥৯॥

অন্বয়ানুবাদ :—ময়োভুবঃ ( নুঙাইবা খোকহনবী ) অস্রিধঃ ( মরেং তাবা, মাংবা লৈতবা ) ইলা ( ইলা কৌবী ) সরস্বতী ( সরস্বতী কৌবী ) মহী ( মহী কৌবী ) তিস্রঃদেবীঃ ( মৈগী মশক ওইনা ঙানলিবী দেবী অহুমনা ) বর্হিঃ ( বেদীদা থারিবাবু ) সীদন্তু ( ফংসনু ) । ৯ ॥

অনুবাদ :– নুঙাইবা পীবী অমসু অমাং অতা লৈতবী, ইলা, সরস্বতী অমসু মহী, দেবীসীংগী মশক ওইবা মৈনা থারিবা কুশ মথক অসিদা ঙানখোইবিসনু । ৯ ॥

ইহ ত্বষ্টারমগ্রিয়ং বিশ্বরূপমুপহ্বয়ে ।

অস্মাকমস্তু কেবলঃ ॥১০॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্রিয়ম্ ( অথোইবা ) বিশ্বরূপম্ ( মথলমথায়াম্বা মশক ওইবা ) ত্বাষ্টারম্ ( ত্বাষ্টা কোবা মৈবু ) ইহ ( তৌরিবা থবক—যজ্ঞ অসিদা ) উপহ্বয়ে ( লাক্নবা কৌরি ) সঃ (মৈ নহাকনা ) অস্মাকম্ (ঐখোইগী) কেবলঃ ( ইখ্খ্রইগা মান্নদবা ) অস্তু ( ওইসনু ) । ১০ ॥

অনুবাদ :—পুম্নামক্কগী অথোইবা অমসু মশক মথলমখা রাম্না খোকপা ত্বাষ্টা কোবা মৈবু ঐখোইনা তৌরিবা থবক অসিদা লাক্নবা কৌরি, মৈ মহাকনা সুপনগী ঐখোইগী মড়ীভদা ওইসনু । ১০ ॥

অবসৃজা বনস্পতে দেব দেবেভ্যোহবিঃ ।

প্রদাতুরস্তু চেতনম্ ॥১১॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বনস্পতে ( হে বনস্পতি কৌবা মৈও! ) দেবেভ্যঃ— ( হবি চাবা লাইসীংগী দমক ) হবিঃ ( ঐখোইগী হবি অসি ) অবসৃজ ( পী-বিয়ু ) প্রদাতুঃ ( হবিঃ দান তৌবা যজমানগী মড়ৌদা ) চেতনম্ ( পরলোক খংবা ) অস্তু ( নংগী থৌজানবা ওইসনু ) ।১১।

অনুবাদ ঃ—হে বনস্পতি কৌবা মৈও! হবিঃ চাবা লাইসীংগী দমক ঐখোইগী হবিঃ অসি নহাকনা পীনবিয়ু, অদুগা হবিঃ দান তৌজবা যজমাননা পরলোক খংবা নহাকী থৌজানদগী ওইসনু ।১১।

স্বাহা যজ্ঞং কৃণোতনেন্দ্রায় যজ্বনো গৃহে।

তত্র দেবাঁ উপহ্বয়ে ॥১২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—স্বাহা ( হবিঃ দান তৌবগী ব্রাহ্মণি, স্বাহা কৌবা মৈনা তৌবা ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞবু ) ইন্দ্রায় ( ইন্দ্রনা পেন্নবগী দমক ) যজ্বনঃ গৃহে— ( যজমানগী য়ুমদা ) কৃণোতন ( ঋত্বিক্‌সীংনা তৌসনু ) তত্র ( যজ্ঞ অদুদা ) দেবান্ ( লাই খিবিকপু ) উপহ্বয়ে ( ঐখোইনা কৌই ) ।১২।

অনুবাদ ঃ—ইন্দ্রগী দমক যজমানগী য়ুমদা স্বাহানা যজ্ঞ তৌসনু, যজ্ঞ অদুদা ঐখোইনা লাই ময়াম কৌই ।১২।

ব্যাখ্যা ঃ—১৩ সুবা সূক্ত অসিগী মমিং আপ্রি-সূক্ত কৌই। আপ্রি-সূক্তগী অর্থদি—"থোইদোকনা পেনবা" হায়বনি। সূক্ত অসিগী বিনিয়োগদি পশুযাগদানি। অহানবদদি গোত্র খুদিংগী তোঙান তোঙানবা আপ্রি-সূক্ত লৈরমই। ঋগ্বেদদা আপ্রি-সূক্ত তরানি। মাদুদি,—প্রথম মণ্ডলদা ১৩।১৪২ অমসু ১৮৮ সূক্ত, দ্বিতীয়দা ৩, তৃতীয়দা ৪, পঞ্চমদা ৫, সপ্তমদা ২, নবমদা ৫, দশমদা ৭ অমসু ১১০ সূক্তনি। তরাদুমদোইসুবা সূক্তগী ঋচা ১২ নি, ঋচাসীংদা অসিগুম্বা মিং ১২ না মৈবু লৈসিলৈখোনলি। মিংসীং অদুদি,— ১ সুসমিদ্ধ, ২ তনূনপাৎ, ৩ নারসংস, ৪ ইলা, ৫ বর্হিঃ, ৬ দেবীদ্বার, ৭ নক্ত, অমসু উষা, ৯ ঈলা, সরস্বতী, মহী, ১০ ত্বষ্টা, ১১ বনস্পতি, ১২ স্বাহানি। নারশংস মাদু হায়দ্রগা নৈর্ঘসংঘ মিং অসি কৌবা মৈবু ঈরাণীসীং ঈড়াংলি।

——❀——

১৪সুবা সূক্ত। অগ্নিনা দেবতানি।

এভিরগ্নে দুবো গিরো বিশ্বেভিঃ সোমপীতয়ে।

দেবেভির্যাহি যক্ষিচ ।।১।।

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) এভিঃ ( যজ্ঞনা নৈগদবা ) বিশ্বেভিঃ দেবেভিঃ ( লাই পুম্নমক্কা লোইনাহুন ) সোমপীতয়ে ( সোম থকপা যজ্ঞনীদমক ) দুবঃ ( এখোইনা তৌবা সেবা ) গিবঃ ( ঐখোইনা লৈসিলৈখোলবাবুস্ন লৌ-বিনবগী দমক ) আযাহি ( লাও ) যক্ষি ( ঈড়াৎলু ) ।১।

অনুবাদ :—হে মৈও! বিশ্বদেব—লাই পুম্নমক্কা লোইনদুনা সোম থক-বগী দমক ঐখোইনা তৌবা সেবা অমস্থ ঐখোইনা তৌবা লৈসিলৈখোলবস্নুস্ন লৌনবগী দমক লাও, ঐখোইগী যজ্ঞ অসি নহাকনা ওইহনবিয়ু ।১।

আত্বাকণ্বা অহূষত গৃনন্তিবিপ্রতেধিয়ঃ।

দেবেভিরগ্ন আগহি। ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—বিপ্র (হে মেধাকবা মৈও ) কণ্বাঃ (মেধাকনা কণ্বগী মচা ঋত্বিক্‌সীংনা ) ত্বা ( যজ্ঞ থোকহনবা নহাকপু ) আঅহূষত ( কৌই ) তেধিয়ঃ ( নহাক্কী থৌদৌ খিবিকপু ) গৃণন্তি ( হাঈরি ) অগ্নে ( হে মৈও !) দেবেভিঃ ( লাইসীংগা লোইনাহুনা ) আগহ ( লাও )। ২ ॥

অনুবাদ :—হে মেধাকবা মৈও ! কণ্বগীমচা মেধাকবা রিত্বিকসীংনা নহাকপু কৌরি. মাহুম তোহুনা নহাক্কী থৌদৌবুস্ন থাগৎলি, লাইসীংগা লোইনাহুনা লাও। ২ ॥

ইন্দ্রবায়ূ বৃহস্পতিং মিত্রাগ্নিং পূষণংভগম্।

আদিত্যান্ মারুতংগণম্ । ৩ ॥

অগ্নে ( হে অগ্নি ! ) ইন্দ্রবায়ূ ( ইন্দ্রবু বায়ুবু ) বৃহস্পতিম্ ( বৃহস্পতিবু)

মিত্রাগ্নিম্ ( মিত্রবু অগ্নিবু ) পূষণম্ ( পূষণবু ) ভগম্ ( ভগবু ) আদিত্যান্ ( আদিত্য খিবিকপু ) মারুতম্ গণম্ ( মারুতগণবু ) [ যক্ষি— যজ্ঞগী শরু পীরোলাও ] ৷ ৩ ॥

অনুবাদঃ—হে মৈও! ইন্দ্র, বায়ু, বৃহস্পতি, মিত্র, অগ্নি, পুষা, ভগ অমসু আদিত্য পুম্নামকপু যজ্ঞগী শরুক পীরোলাও। ৩ ॥

ব্যাখ্যাঃ—বৃহস্পতি অসি, লৈসিলৈথোম্নবা লাই অমগী মিংনি, মাগী অতোপ্পা মিং অমনা ব্রহ্মণস্পতি কৌই। মঙান য়াম্না কন্দবা মুমিৎপু পুষা কৌই। আদিত্যলোকনা অদিতিগী মচানি। ঋগ্বেদগী দ্বিতীয়মণ্ডলদা ২৭ শুবা সূক্ত আদিত্য তরুকনি, হায়ী,- মিত্র, অর্যমা, ভগ, বরুণ, দক্ষ, অমসু অংশ। নবম মণ্ডলদা ১১৪ সূক্তদা আদিত্য ৭ নি, হায়ী। দশমমণ্ডলদা ৭২ সূক্তদা অদিতিগী মচা নিপাননি, হায়ী। মাদুদা নিপান শুবা মচা— মার্ত্তণ্ডবুদি ছন্দোক্রমদুনা মচা তরেৎকা লোইনাদুনা অদিতিনা চৎখি, হায়ী। তৈত্তিরীয় ব্রাহ্মণদা আদিত্য নিপানগী মমিং হায়ী, মাদুদি,— ধাতা, আর্যমা, মিত্র, বরুণ, অংশ, ভগ, ইন্দ্র অমসু বিবস্বান্। শতপথ ব্রাহ্মণদা আদিত্য তরানিথোইনা মাস—থা তরানিথোইগী মপুনি ; মুমিৎ ১২ নি হায়ী। মহাভারত আদিপর্ব্ব ১২১ শুবা অধ্যায়দা আদিত্য তরানিথোইগী মিং,— ধাতা, আর্যমা, মিত্র, বরুণ, অংশ, ভগ, ইন্দ্র, বিবস্বান্, পুষা, ত্বষ্টা, সবিতা অমসু বিষ্ণুনি। অদিতি শব্দগী অর্থদি—"অখণ্ড" হায়ীবনি। অদিতিদি দেবগণগী মমানি। য়াস্কনা অদিতিবু দেবমাতানি হায়ী।

প্র বো ভ্রিয়ন্ত ইন্দবো মৎসরা মাদয়িষ্ণবঃ।

দ্রপ্সা মধ্বশ্চমূষদঃ ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :— মৎসরাঃ ( পেম্নবা ওইবা ) মাদয়িষ্ণবঃ ( হরাওনবা— ওইবা ) দ্রপ্সাঃ ( মতুম মতুম ওইবা ) মধ্বঃ ( অথুবা ) চমূষদঃ ( চমষনাচিংখা পাত্রদা হাম্না ) ইন্দবঃ ( সোম খিবিক ) বঃ ( লাই নখোই পুম্নগী দমক )— প্রভ্রিয়ন্তে ( নিংথিনা সেমদুনা লৈরে )। ৪ ॥

অনুবাদ :— হে ইন্দ্রনাচিংবা লাইনা! মাবু থকপদা পেম্নবা ওইবা,

হুন্নাওনবা ওইবা, মতুম মতুম ওইবা, অথোইবা চয়ননাচিংবা পাত্রদা হাপপা সোমময়াম নখোই পুন্নমক্কী দমক নিংথিনা সেমহুনা লৈরে।৪।

ঈলতে ত্বাম বস্যবঃ কণ্বাসো বৃক্ত বর্হিষঃ।

হবিষ্মন্তো অরঙ্কৃতঃ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— হে অগ্নে ( হে মৈও। ) অবস্যবঃ ( ঙাকপীনবগী দমক ( লাই ) পান্নবা ) কণ্বাসঃ ( মেধা কবা ) বৃক্ত বর্হিসঃ ( লাইগী ফমফম থানবগী দমক কুশ অককপা পাইরবা ) হবিষ্মতঃ ( হবিঃগা লোইনবা ) অরঙ্কৃতঃ ( লৈতেংলবা ঋত্বিক্সীংনা ) ত্বাম্ ( মৈ নহাকপু ) ঈলতে—ঈড়লে ( লৈসিলৈথোক্লি )।৫।

অনুবাদ ঃ—হে মৈও! লাইনা মাথোইবু ঙাকপীবা পাম্বা, লাইরিক ষান্না হৈবা, লাইগী ফমফম থানবা কুশ অককপা পাইবা, মশা লৈতেংহুনা লাইগী দমক হবিঃ পাইখৎলবা ঋত্বিক্সীংনা মৈ নহাকপু লৈসিলৈথোক্লি।৫।

ঘৃতপৃষ্ঠা মনোযুজোযেত্বা বহন্তিবহ্নয়ঃ।

আদেবান্সোমপীতয়ে ॥ ৬ ॥

অগ্নে ( হে মৈও। ) ঘৃতপৃষ্ঠাঃ ( মশা যাম্না নোইহুনা ময়াংলেন ঈরং লংলবা ) মনোযুজঃ ( পুকনিংনা হেক নিংবগা রথতা হেক্কা পানবা ) বহ্নয়ঃ ( অকুম্বা পুবাঙবা। ) যে ( সগোনসীংনা ) ত্বা—ত্বাম্ ( নহাকপু ) বহন্তি ( রথতা পুই ) সোমপীতয়ে ( সোম থকপা ষাগগীদমক ) দেবান্ ( লাইসীংবু ) আবহ ( পুহুনা লাও )। ৬ ॥

অনুবাদ ঃ— হে মৈও মশানোইবনা মনঙ্গন ঈরংলংলবা, পুক্কিংনা হেক নিংবগা রথতা হেক্কা পানবা, অকুম্বা পুবাঙবা সগোন্না নহাকপু রথতা পুই, সোম থকপা ষাগগীদমক লাইসীংবু নহাকী রথতা হাপ্তুনা পুহুনা লাও। ৬ ॥

তান্যজত্রাঁ! ঋতাবৃধোগ্নে পত্নীবতস্কৃধি।

মধ্বঃ সুজিহ্ব পায়য় ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে অগ্নিও ) যজত্রান্ ( লাংনফম ওইবা ) ঋতাবৃধঃ ( সত্যগী যজ্ঞগীসু চাওখৎনবা ওইবা ) তান্ ( ইন্দ্রনাচিংবা লাই খিবিকপু ) পত্নীবতঃ ( ধর্ম্মপত্নীগা লোইনব ) কৃধি ( তৌ ) সুজিহ্ব ( হে ফজরবা নরৈ পানবাও ) মধ্বঃ ( অথুম্বা সোমগী শরুকপু ) পায়য় ( লাইসীংদা পীথকউ ) । ৭ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! লাংনফম ওইবা, সত্যগী যজ্ঞগীসু চাওখৎনবা তৌবা, ইন্দ্রনাচিংবা লাই খিবিকপু মহাক মহাকী ধর্ম্মপত্নীগা লোনহনলু, হে ফজরবা নৈএং পানবাও ! লাইসীংদা অথুম্বা সোমরস পীথকউ ।৭ ॥

যে যজত্রায় ঈড্যাস্তেতে পিবন্তু জিহ্বয়া।

মধোরগ্নে বষট্ কৃতি ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—যে ( অদুগুম্বা লাইসীং অদু ) যজত্রাঃ ( ঈড়াৎনফম ওই ) যে ( লাইসীং অদু ) ঈড্যাঃ ( নৈসিনৈথোন্নফম ওই ) তে ( অদুগুম্বা লাইসীং অদু ) বষট্কৃতি ( বষট্ হাঙ্গনা তৌবা মতমদা ) অগ্নে ( হে মৈও ) তে ( নহাকী ) জিহ্বয়া ( নৈনা ) মধোঃ ( সোমগী শরুকপু ) পিবন্তু ( থকসনু ) ॥ ৮ ॥

অনুবাদ :—লাই পুম্নামক ঈড়াৎনফমনি অমসু নৈসিনৈথোন্নফমনি, মাখোইনা বষট্ হাঙ্গনা তৌবা মতমদা হে মৈও ! নরৈনা মরম ওইদুনা সোমরস থকসনু । ৮ ॥

আকীং সূর্যস্য রোচনাদ্বিশ্বান্দেবাঁউষর্বুধঃ।

বিপ্রোহোতেহ বক্ষতি ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বিপ্রঃ (মেধাকবা) হোতা (হোম তৌহনবা মৈনা) উষর্বুধঃ (অমুক অঙনবা চীংথে হুনবা মতমদা থাগত্তা চৎনবগীদমক হৌগৎপা) বিশ্বান্ দেব্যান্ (লাই পুম্নামকপু) সূর্যস্য (হুমিৎকী ওইবা) রোচনাৎ (অঙানবা—স্বর্গলোকগী) ইহ (থৌ তৌরিবা অসিদা) আবীম্ বক্ষতি (সোইদনা কৌবিরকসনু)। ৯ ॥

অনুবাদ ঃ—মেধাকবা অমসু মানা লাইসীংবু কৌবিবা মৈনা নোংঙাল-লকপা চীঙথে হুনবদা হৌগৎতুনা লাই খিবিকপু হুমিৎনা থোকলিবা স্বর্গ লোকগী মফম অসি ফাউবা সোইদনা পুবিরকনি। ৯॥

বিশ্বেভিঃ সোম্যং মধ্বগ্ন ইন্দ্রেণ বায়ুনা।

পিবামিত্রস্যধামভিঃ ।। ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অগ্নে (হে মৈও!) বিশ্বেভিঃ (পুম্নমক্কনাচিংবা লাই খিবিক্কা) ইন্দ্রেণ (ইন্দ্রগা) বায়ুনা (বায়ুগা) মিত্রস্য (মিত্রগী মড়ী ওইবা) ধামভিঃ (মঙাম্না মশক ওইবা মুতি মখল খিবিক্কা লোইনাহুনা) সোম্যাম্ (সোমগী ওইবা) মধু (অথুম্বা শরুক) পিব (থকউ)। ১০ ॥

অনুবাদ ঃ-হে মৈও। নংনা ইন্দ্র, বায়ু অমসু মিত্রগী মঙানগা লোই-ননা লাই পুম্নামকপু সোমগী অথুম্বা রস পিথকউ। ১০ ॥

ত্বং হোতা মনুর্হিতেগ্নে যজ্ঞেষুসীদসি।

সেমংনো অধ্বরংযজ ।।১১॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অগ্নে (হে মৈও!) মনুর্হিতঃ (মীনা তৌবা) হোতা (হোম তৌবা) সঃত্বম্ (নহাকনা) যজ্ঞেষু (যজ্ঞদা) সীদসি (লৈ) [সঃ ত্বম্ (অদুগুম্বা নহাকনা)] নঃ (ঐখোইগী) ইমম্ অধ্বরম্ (যজ্ঞ অসিবু) যজ (ওইহল্লু)। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে মৈও!, তাইবং মীনা তৌবা অমসু লাইবু কৌবা যজ্ঞ অসিদা নহাক লৈয়্, নহাক্না ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসি ওইহনলু।।১১॥

যুক্ষ্বা হ্যরুষীরথে হরিতো দেব রোহিতঃ।

তাভির্দেবাঁ ইহাবহ ॥১২॥

অন্বয়ানুবাদ :—দেব ( হে মৈ—লাই-ও। ) অরুষীঃ ( অয়াঙবা ) হরিতঃ ( রথ তোংবা মী পুবা ভস্না ) রোহিতঃ ( রোহিৎ কৌবা নহাক্কী বড়বা—সগোল ) রথে ( রথদা ) যুক্ষ্ব—যুঙ্ক্ত ( পানথৎলো ) হি ( পাদদা ময়েক সুনবা হায়নি ) তাভিঃ ( বড়বা সগোলগা লোইনাহুনা ) ইহ ( থৌ—থবক অসিদা ) দেবান্ ( লাই খিবিকপু ) আবহ ( পুহুনা লাকউ )।১২।

অনুবাদ :— হে অগ্নিদেব! হে মৈ কৌবা লাইও! রোহিত কৌবা অয়াংবা মশা কনবা সগোল, নহাক্কী রথদা পানসিনলো, মাহুদা হাপতুনা—যজ্ঞ অসিদা লাই ময়াম পুহুনা লাউ-ও।১২।

—:(0):—

১৫ সুবা সূক্ত। ঋতুনাচিংবনা দেবতানি।

ইন্দ্র সোমং পিবঋতুনাত্বাবিশন্ত্বিন্দবঃ।

মৎসরাস স্তদোকসঃ ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র! ) ঋতুনা ( ঋতুগা লোইনাহুনা ) সোমম্ পিব ( সোম থকউ ) ইন্দবঃ ( থকচিনলবা সোমসিনা ) ত্বা—ত্বাম্ ( ইন্দ্র নঙোন্দা ) আবিশন্তু ( চংসনু ) সোমসীং অহুদি— মৎসবাসঃ ( অথকপাবু—পেনহনবনি ) তৎ ওকসঃ ( নহাক্কী পুক্তা ইতৎতক্তনা লৈবনি )।১।

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও! ঋতুগা লোইনাহুনা সোমরস থকউ, সোমরসনা নঙোন্দা চংসনু, সোমসীং অহুদি—অথকপা— থকউবা-মীবু পেনহনবনি,—অথকপাগী পুক্তা ইতৎতক্তনা—লেংদনা লৈবনি।১।

মরুত পিবত ঋতুনা পোত্রাদ্যজ্ঞং পুনীতন।

যূয়ং হি ষ্ঠা সুদানবঃ ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—মরুত ( হে মরুত-ও। ) ঋতুনা ( ঋতুগা লোইনাহ্না ) পোত্রাৎ ( পোতা কৌবা ঋত্বিক্কী পাত্রদগী ) পিবত ( সোম থকউ ) যজ্ঞম্ ( ঐখোইগী যজ্ঞবু ) পুনীতন ( শেংদোকপীয় ) সুদানবঃ ( হে ফজবা পীবা মরুৎসা। ) হি ( মরম পাহুদগী ) যুয়ম্ স্থ ( নখোইদি শেংবিবনি )।২।

অনুবাদ :—হে মরুৎসা। পোতা কৌবা ঋত্বিক্সীংগী পাত্রদগী সোম থকউ, ঐখোইগী যজ্ঞ অসি শেংদোকপীয়, হে ফজবা পীবা মরুৎসা— নখোইদি মহৌশানা শেংববনি, অহুনা শেংদোকপীয় ২।

অভি যজ্ঞং গৃণীহিনোগ্নাবোনেষ্টঃ পিব ঋতুনা।
ত্বংহিরত্নধাঅসি ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—( গ্নাবঃ ( পত্নীগা লোইনবা। ) নেষ্টঃ ( হে ত্বষ্টা। ) নঃ ( ঐখোইগী ) যজ্ঞম ( যজ্ঞবু ) অভিগৃণীহি ( লাইগী মনাক্তা থাগৎল্লু ) ঋতুনা ( ঋতুগা লোইনাহ্না ) ত্বম্ ( নহাকনা ) পিব ( সোম থকউ ) হি ( মরম অহুদগী ) রত্নধা অসি (নংদিরত্ন মযাম পিবনি, মরম অহুনা সোম থক্কদবনি )। ৩ ॥

অনুবাদ :—হে পত্নীগা লোইনবা। হে ত্বষ্টা। নহাক্না লাইগী মনাক্তা লৈহ্না ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসি, থাগৎল্লু, ঋতুগা লোইননা সোমরস থক্কউ, নহাক্তি রত্ন পীবনি। ৩ ॥

অগ্নেদেবাঁইহাবহসাদয়ায়োনিষুত্রিষু।
পরিভূষপিব ঋতুনা ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অগ্নে ( হে মৈও। ) দেবান্ ( লাই খিবিকপু ) ইহ ( থবক অসিদা ) আবহ ( নংনা কৌবিয় ) যোনিষু ( সবনযাগ অহুমদা ) সাদয় ( লাইসীংবু ফমহনল্লু ) পরিভূষ ( লৈতেংউ ) ঋতুনা ( ঋতুগা লোই-নাহ্না ) পিব ( সোমরস থকউ ) ।৪ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও। থবক অসিদা লাইশিংবু কৌবিয়, সবন যাগ

থাঁজনা অসিদা লাইময়াম কমহনগু, মাখোইবু লৈতেংউ, অমসুং নহাক্না ঋতুগা লোইনাদুনা সোমরস থকউ। ৪ ॥

ব্রাহ্মণাদিন্দ্ররাধসঃ পিবা সোমমৃতূঁরনু।

তবেদ্ধি সখ্য মস্তৃতম্ ॥ ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র (হে ইন্দ্রও।) ব্রাহ্মণাৎ (ব্রাহ্মণাচ্ছংসী পুরোহিতকী ওইবা) রাধসঃ (লন ওইবা পাত্রদগী) ঋতূন্‌অনু (ঋতু খিবিক্কী মতুংদা) সোমম্ পিব (সোম থকউ) হি (মরম অদুদগী) তব ইৎ (নহাকী) সখ্যম্ (ঋতুসীংগা চান্নবা অসি) অস্তৃতম্ (তংনবা লৈতে)—অদুনা ঋতুসীংগা লোইনাদুনা থকমম্নবনা চুমই। ৫ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও! ব্রাহ্মণাচ্ছংসী পুরোহিতকী লনগী মশকওইবা পাত্রদগী ঋতুসীংগী মতুংদা সোম থকউ, হান্নবদি ঋতুবু সোম পিথকতুনা নহাক্না মাখোইগা সোম থকমিন্নৌ মরমদি নহাক্না ঋতুসীংগা চান্নবা অসিদি তংনবা লৈতে,—অদুনা মাখোইগা সোম থকমিন্নবা চুমই। ৫ ॥

যুবং দক্ষং ধৃতব্রত মিত্রাবরুণ দূলভম্।

ঋতুনা যজ্ঞমাশাথে ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ :—ধৃতব্রত মিত্রাবরুণৌ (ব্রত তৌবা— থবক তৌবা হে মিত্র অমসুং বরুণ লাই অনি।) যুবম্—যুবাম্ (নখোই অনিনা) ঋতুনা—(ঋতুগা লোইনাদুনা) দূলভম্=দূর্ভম্=দুর্দহম্ (এক্লবনা মাংহনবা-ঙমদবা) দক্ষম্ (চাওখৎলবা) যজ্ঞম্ (যজ্ঞবু) আশাথে (সিনথুংনা লৈএ) ॥৬॥

অনুবাদ :—হে থবক তৌবা মিত্র অমসুং বরুণ কৌবা লাই অনিমক! নখোই অসিনা ঋতুসীংগা লোইননা নখোইনা এখোইগী চাওখৎলবা অমসুং এক্লবনা মাংহনবা ঙমদ্রবা যজ্ঞ অসিদা সিনথুংনা লৈও)॥৬॥

দ্রবিণো দাদ্রবি-সো গ্রাবহস্তাসেঃ অধ্বরে।

যজ্ঞেষু দেবমীলতে ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—অধ্বরে ( প্রকৃতিগী মশক ওইবা অগ্নিষ্টোমদা ) যজ্ঞেষু ( বিকৃতিগী মশক ওইবা উক্‌থানাচিংবা যজ্ঞদা ) দ্রবিণসঃ ( লন কংনিংবা ) গ্রাবহস্তাসঃ · ( অভিষব শেম্নাবগীদমক মথূক্তা মুং পাইবা ঋত্বিক্‌সীংনা ) দ্রবিণোদা ( লনপিবা ) দেবম্ ( মৈবু ) ঈলতে ( লৈসিলৈথোক্নলি ) । ৭ ॥

অনুবাদ :—প্রকৃতিগী মশক ওইবা অগ্নিস্তোমদা বিকৃতিগী মশক ওইবা উক্‌থানাচিংবা যজ্ঞদা লনফংনিংবো, মথুক্তা অভিষব সেম্নবগীদমক মুংপাইবা ঋত্বিকসীংনা লনপিনহৈবা মৈবু লৈসিলৈথোনলি । ৭ ॥

দ্রবিণোদাদ দাতুনো বসূনি যানিশৃণ্বিরে ।

দেবেষু তাবনামহে ।।৮।।

অন্বযানুবাদ :—দ্রবিনোদা ( লনপিনহৈবা লাইনা ) নঃ ( ঐখোইদা ) বসূনি ( লন ) দদাতু ( পীসনু ) যানি ( লনসীংবু ) শৃণ্বিরে ( হবি কংবদা মতিক চাই হাঙ্গনা তাবা ) তা—তানি ( পুম্নামক অদু ) দেবেষু ( লাইদা ) বনামহে ( ঈড়াংনবগীদমক লৌগনি ) । ৮ ॥

অনুবাদ :—লন পীনহৈবা লাইনা পীবা লনগী মখে, লন অহুনা হবি লৈবদা মতিক চাবা লৈহনা লাইদা হবিঃ ওইনা কৎকনি । ৮ ॥

দ্রবিণোদাঃ পি পীষত্তি জুহোত্ত প্রচতিষ্টত ।

নেষ্ট্রাদৃতুভিরিষ্যত ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—দ্রবিণোদাঃ ( লাইনা ) ঋতুভিঃ ( ঋতুসীংগা লোইনাহনা) নেষ্ট্রাৎ ( ত্বষ্টাগী পাত্রদগী ) পিপীষতি ( সোম থক্কে নিংই ) ইষ্যত ( হোম তৌকমদা লাও ) লাক্লগা 'জুহোত' ( হোমতৌ ) প্রতিষ্ঠত ( অমোক চৎথোকউ ) ৯ ॥

অনুবাদ :—দ্রবিনোদানা—লাইনা ঋতুসীংগা লোইনাহনা নেষ্টৃ—ত্বষ্টাগী পাত্রদগী সোম থকনিংলে. হে ঋত্বিকসা যজ্ঞদা লাও, লাক্লগা হোমতৌ, অদুগীতুংদা হোম তৌকমদগী চৎথোকউ । ৯ ॥

যত্বা তুরীয়মৃতুভি দ্রবিণোদো যজামহে।

অধস্মা নো দদির্ভব ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—হে দ্রবিণোদঃ (হে লন পীবা লাই—মৈও! ঋতুভিঃ (ঋতুসীংগা লোইনাহ্নবা) তুরীয়ম্ (মরিয়ক) ত্বা—ত্বান্ (নহাকপু) যজামহে (ঐখোইনা ঈড়াংলি) অধ—তস্মাৎকারণাৎ (মরম অদুদগী) নঃ (ঐখোইগীদমক) দদিঃ (লনপীবা) ভবস্ব (সোইদবা ওইয়ু)। ১০ ॥

অনুবাদঃ—হে লনপিবা লাই—মৈও! ঋতুসীংগা লোইননা নহাকপু ঐখোইনা মরিয়কহন্না ঈড়াংলে। মরম অদুদগী নহাকনা ঐখোইদা সোই-দনা লন পিয়ু। ১০ ॥

অশ্বিনাপিবতং মধুদীদ্যগ্নীশুচিব্রতা।

ঋতুনা যজ্ঞ বাহসা ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অশ্বিনা (হে অশ্বি—অনিও!) দীদ্যগ্নী (অঙানবা আহবনীয়নাচিংবা অগ্নিগা তিন্নবাও!) শুচিব্রতা (অশেংবা থবক কৌবাও!) ঋতুনা (ঋতু কৌবা লাইগা লোইনাহ্নবা) যজ্ঞ বাহসা (যজ্ঞ ওইহনবাও!) মধু (অথুম্বা সোম) পিবতম্ (থকউ)। ১১ ॥

অনুবাদঃ—হো অশ্বি কৌবা লাই অনিও। অঙানবা আহবনীয়না-চিংবা মৈগা তিন্নবা! হো অশেংবা থবক তৌবা ও! ঋতু কৌবা লাইগা লোইনাহ্নবা যজ্ঞ ওইহনবাও! থুম্বা সোম অসে থকও ॥ ১১ ॥

গার্হপত্যেন সন্ত্যঋতুনা যজ্ঞনীরসি।

দেবান্ দেবয়তেযজ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ—সন্ত্য (মহে পীবা মৈও!) গার্হপত্যেন (গৃহপতিগা মপ্তী ওইনমবা বহ্নিগী মশককা লোইনাহ্নবা) ঋতুনা (ঋতু কৌবা লাইগা

লোইনাহনা ) যজ্ঞনী ( যজ্ঞ পাংথোকপনি ) দৈবয়তে ( লাইগী পেনবা পাম্বা যজমানগীদমক ) দেবান্যজ ( লাই থিবিকপ্ন নহাকনা ঊড়াথনু ) ।১২।।

অনুবাদ ঃ—হে মহে পীবা মৈও। নংনা গার্হপত্যঅগ্নিগী মপক লৌদুনা থতু কৌবা লাইগা লোইনাহনা যজ্ঞ পাংথোকপনি, লাইগী অপেনবা পাম্বা যজমানগীদমক লাইথিবিকপ্ন নহাকনা ঊড়াথনু। ১২ ॥

---

## ১৬ সুবা সুক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি।

আত্বা বহন্তু হরয়ো বৃষণং সোম পীতয়ে।
ইন্দ্রত্বা সূরচক্ষসঃ ।।১।।

অন্বয়ানুবাদ ঃ— ইন্দ্র ( হে ইন্দ্রও। ) বৃষণম্ ( নীঙবা পুম্বা থুংহনবা ) ত্বা—ত্বাম্ ( নহাকপু ) সোম পীতয়ে ( সোম থক্লবগী দমক ) হরয়ঃ ( সগোল থিবিক্না) আবহন্তু ( পুরকসনু ) সুরচক্ষচঃ ( সুমিৎকুম ঙানবা ঋত্বিক্‌সীংনা ) ত্বা—( নহাকপু ) [ মন্ত্রৈঃ প্রকাশয়ন্তু ( মন্ত্র থিবিকনা ঙাম্বোকহনসনু )] ।১।

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্রও। অনীঙবা পুম্বা থুংহনবা নহাকপু সোম থক্ল-বগী দমক নহাকী সগোলসীংনা পুরকসনু. সুমিৎকুম ঙানবা ঋত্বিক্‌সীংনা— নহাকপু মন্ত্র থিথিকনা ঙাম্বোকহনসনু।১।

ইমা ধানা ঘৃতস্রুবো হরীইহোপবক্ষতঃ।
ইন্দ্রং সুখতমে রথে ।।২।।

হরী ( ইন্দ্রগী রথ চিংবা সগোল অনিনা) ইমা (যাগগীদমক বেদীদা থান্নুনা থম্বা মাংদা লৈবা ) ঘৃতস্রুবঃ ( ঘী তোৎতুনা মহি চেল্লবা ) ধানাঃ (ঙৌথোক-লবা যবকী চেংসীং অসি তমশিন্নুনা ) সুখতমেরথে ( থমথেংনা সুঙাইবা রথতা ) ইন্দ্রম্ ( ইন্দ্রবু হাপ্পুনা ) ইহ ( থবক অসিদা ) উপ বক্ষতঃ ( বেদি মনাক্তা পুরকসনু ) । ২ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রগী রথচিংবা সগোল অনিনা যাগগীদমক বেদীদা থাহনা থয়বা মাংদা লৈবা, থী ভোংহনা মহি চেল্লবা ববকী চেংলৌং অসি অমদা থমথেবা হুত্তাইরবা রথতা ইন্দ্র হাপ্পুনা তৌরিবা থৌ অসিদা বেদি মনাক্তা পুসিনলকসনু। ২ ॥

ইন্দ্রং প্রাতর্হবামহ ইন্দ্রং প্রযত্যধ্বরে।

ইন্দ্রং সোমস্য পীতয়ে ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—প্রাতঃ ( থৌ হৌগৎপা প্রাতঃ সবনদা ) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রবু ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌই ) অধ্বরে ( সোমযাগদা ) প্রয়তি ( হৌগৎতুনা লৈরবা মাধ্যাদিন সবনদা ) ইন্দ্রংহবামহে ( ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌই ) মাহুন্না যজ্ঞ লোইরবদা তৃতীয় সবনদা সোমস্য পীতয়ে ( সোম থক্নবগীদমক ) ইন্দ্রম্ হবামহে ( ঐখোইনা ইন্দ্রবু কৌই )। ৩ ॥

অনুবাদ :—ঐখোইনা অয়ুক যজ্ঞ হৌগৎনবা ইন্দ্রবু কৌই, সোমযাগদা হৌগৎলদুনা তৌদুনা লৈরবা মধ্যান্দিন সবনদা ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌই, মাহুন্না যজ্ঞ লোইরবদা তৃতীয় সবনদা সোমথক্নবাগীদমক ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌই। ৩ ॥

উপনঃ সুতমাগহি হরিভিরিন্দ্রকেশিভিঃ।

সুতে হি ত্বা হবামহে ॥ ৪ ॥

ইন্দ্র ( হে ইন্দ্রও ! ) কেশিভিঃ ( মশোং য়াম্না পানবা ) হরিভিঃ (সগোন খিবিক্না মরম ওইদুনা ) সুতম্ ( সুমলবা সোম ) উপ ( মনাক্তা ) আগহি ( লাও ) সুতে ( সুমদুনা লৌরবা সোম অসিদা ) হি (মরম অদুনগী) ত্বাহবামহে ( নহাকপু ঐখোইনা কৌরিবনি—অদুনা লাও )। ৪ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও ! মশোং য়াম্না পানবা সগোন ময়াম্না চিংবা রথ ভোংদুনা মহি ওইনা সুমদোক্লবা সোম অসিগী মনাক্তা লাও, সোম অসি সুমলবা অসিদা ঐখোইনা নহাকপু কৌরিবনি। ৪ ॥

সেমং নঃ স্তোমমাগহ্যুপেদং সবনং সুতম্ ।

গৌরোনতৃষিতঃ পিব ॥ ৫ ॥

হে ইন্দ্র! স—ত্বম্ ( অদুগুম্বা নহাকনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) স্তোমম্ ( লৈসিলৈথোনবা অসিদা ) আগহি ( লাও ) মরমদি,—উপ ( লাই ঈড়াংপগী মনাক্তা ) সুতম্ ( সুম্নতুনা মহি ওইরবা ) ইদম্ ( হাজক তৌরিবা ) সবনম্ ( প্রাতঃ সবননাচিংবগী মশক ওইবা থৌনি ) গৌরঃন ( গৌরমৃগগুম্না ) তৃষিতঃ ( থৌরাংনা ) পিব ( সোম থকউ ) । ৫ ॥

অনুবাদ :—নহাক ঐখোইগী লৈসিলৈথোনকম অসিদা লেংবিরকউ, লাই ঈড়াংফমগী মনাক্তা প্রাতঃ সবননাচিংবগী মশক ওইবা তৌরিবা থবক অসিদা সোমরস—মহি চেল্লবা লৈরে, গৌরমৃগগুম্না থৌরাংনা কান-বিরো লাও ৫ ॥

ইমে সোমাস ইন্দবঃ সুতাসো অধিবর্হিষি ।

তাঁ ইন্দ্র সহসে পিব ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্রও ! ) ইন্দবঃ ( অচোংপা ) ইমে ( বেদীদা থম্নবা ) সোমাসঃ ( পাত্রদা হাপ্তুনা থম্বা সোমরসসীং অসি ) বর্হিষি ( যজ্ঞদা ) অধি ( রাম্না নিংথিনা ) সুতাসঃ ( সুমলবনি ) সহসে ( কনখৎনবগীদমক ) তান্ ( মাথোই পুম্নামকপু ) পিব ( থকউ ) । ৬ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও! পাত্রদা হাপ্তুনা বেদী মথক্তা থম্নিবা অচোংপা সোমরসসীং অসি, যজ্ঞদা নিংথিনা সুম্নবনি, কনবা হেক্কৎনবগীদমক থকউ ।৬ ॥

অয়ং তে স্তোমো অগ্রিয়ো হৃদিস্পৃগস্তু শন্তমঃ ।

অথা সোমং সুতং পিব ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অয়ম্ ( ঐখোইনা তৌরিবা ) স্তোমঃ ( স্তোম-কৌবা

লৈসিলৈথোনবা অসি ) অগ্রিয়ঃ ( ইথ্‌ ইদগী অথোইবা—অহেনবা ওইদুনা )
- তে ( নহাকী ) হবিস্পৃগ্‌ ( পুক্লিং শোকপা য়াবা ) শক্তমঃ ( থয়থেনা
মুঙাইবা ) অস্তু ( ওইসনু ) অথ ( মাতুগী মতুংদা ) সুতম্‌ ( মহি ওইনা
মুংলবা ) সোমম্‌ ( সোমবু ) পিব ( থকউ ) । ৭ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও ! ঐখোইনা তৌরিবা নহাকী লৈসিলৈথোনবা অসি, মহাক্কা ইথ্‌ ইদগী অহেনবা ওইদুনা নহাকী পুক্লিং হেক শোক্লা য়াম্বা থোইদোকনা মুঙাইবা ওইসনু মাতগী মতুংদা মহি ওইনা সুঙদোক্লগা সোমসি থকউ । ৭ ॥

বিশ্বমিৎ সবনং সুতমিন্দ্রো মদায় গচ্ছতি ।

বৃত্রহা সোমপীতয়ে ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বৃত্রহা ( একবা হাৎপা ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) সোমপীতয়ে ( সোম থক্লবগীদমক ) মদায় ( সোম থকপগী মথাই কাহনা হরাউনবগীদমক) বিশ্বমিৎ ( পুম্নামকতা ) সুতম্ ( মহিওইনা সুমদোক্লবা সোম যাওবা প্রাতঃ সবননাচিংবা থবক্তা ) গচ্ছতি ( চৎলি ) । ৮ ॥

অনুবাদঃ—একবা হাৎপা ইন্দ্রনা সোম থক্লবগীদমক অদুগা সোম থকপগী ময়াইকাহনা হরাওনবগীদমক মহি ওইনা সুম্লবা সোম যাওবা থবক পুম্নামক্তা চৎলি ॥৮॥

সেমং নঃ কামমা পৃণ গোভিরশ্বৈঃ শতক্রতো ।

স্তবাম ত্বা স্বাধ্যঃ ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—শতক্রতো ( যজ্ঞ চামচাম তৌবা ইন্দ্রও ! ) সঃ ( অদু-গুম্বা—নহাকনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) ইমম্ কামম্ ( অপাম্বা মহে অসিবু ) গোভিঃ ( যম খিবিককা ) অশ্বৈঃ ( শগোল খিবিকাসু লোইননা ) আপৃণ ( পুম্নামক ওইনা থুংহনবু ) ঐখোইসু—স্বাধ্যঃ ( নিংথিনা পুম্নামক খন্দুনা ) ত্বা ( নহাকপু ) স্তবাম ( লৈসিলৈথোনজগে ) । ৯ ॥

অনুবাদ :—হে যজ্ঞ চাম চাম তৌবা ! —থৌজিনবা ! ইন্দ্রও ! ঐখোইনা

শাবাগুবাবু বশু সমোনদা লোইনবা ইবুঙো নহাকনা থুংনবো, ঐখোইবু নিংথিবা পুন্নামক খন্দুনা—বিচার তৌহনা নহাকপু টানিংতৌবোনিজগে। ৯ ॥

—:(0):—

১২ সুবা সুক্ত। ইন্দ্র অমসু বরুণনা দেবতানি।

ইন্দ্রাবরুণয়োঃ রহং সম্রাজো রব আবৃণে।

তানোমৃলাত ঈদৃশে ॥ ১।

অন্বয়ানুবাদঃ—অহম্ ( থোংভৌবা ঐনা ) সম্রাজোঃ ( চংথোনবা লৈপাক লৈবা অমদি রাজা নিংথিনা ঙানবা ) ইন্দ্রাবরুণয়োঃ ( ইন্দ্র অমসু বরুণ লাই অনিগা মড়ী লৈনবা ) অবঃ ( ঙাকপিবাবু ) আবৃণে ( পুন্নামক্তা নিজে ) তা (লাই অনি অহুনা ) ঈদৃশে ( ঐখোইনা অসুম্না নিজরবদা) নঃ (ঐখোইবু ) মৃলাত ( নুঙাইহনলি )। ১ ॥

অনুবাদঃ—থবক তৌবা কর্তা ঐনা নিংথিবা লৈপাকী মপু ওইবা অমসু ম্ভিক মঙান চাওবা ইন্দ্রনে বরুণনে অনিনা ঙাকপিবা ঐনা তৌবা পুন্নামক্তা ঐনা নিজে, মাসুম্না নিজরবদি লাই অনি অসিনা ঐখোইবু নুঙাইহনবি। ১ ॥

গন্তারাহিস্থো বসে হবং বিপ্রস্ত মাবতঃ।

ধর্তারা চর্ষণীনাম্ ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—হে ইন্দ্রাবরুণৌ—হে ইন্দ্র বরুণ কৌবা লাই অনিও। অবসে ( থৌতৌরিবাবু ঙাকপিনবগীদমক ) মাবতঃ ( ঐগুম্বা ) বিপ্রস্ত ( ঋত্বিক্ ব্রাহ্মণগী ) হবম্ ( কৌবাবু ) গন্তারৌ ( ফংবা ) চর্ষণীনাম্ ( মী পুম্বগী ) ধর্তারা ( যোগ ক্ষেম তৌবা ) স্থঃহি ( সোইদনা ওই ) ॥ ২ ॥

অনুবাদঃ— হে ইন্দ্র অমসু বরুণ লাই অনিমক। নখোই অনিদি, থৌ তৌরিবাবু ঙাকপিনবগীদমক ঐগুম্বা ঋত্বিক ব্রাহ্মণনা কৌবগা মনাক্তা

হেক্তা চংশনি, নখোই অনিদি মীওইবাগুম্বগী কংত্রিবনু সংহেনবা. অকংবাবু রাক্লেনবা তাকপীবা মগুনি। ২॥

অনুকামং তর্পয়েথামিন্দ্রাবরুণ রায়আ।

তাবাং নেদিষ্ঠমীমহে ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— ইন্দ্রাবরুণা (হে ইন্দ্রাবরুণ কৌবা লাই অনিও) অনুকামম্ (ঐখোইনা পাম্লক-পাম্লকপদা) রায়ঃ (লন পীদুনা) আতর্পয়েথাম্ (ঐখোইবু পেলহনলু) তাবাম্ (অদুগুম্বা নখোই অনিদা) নেদিষ্ঠম্ (রাম্না নকসিন্না) ঈমহে (ঐখোইনা নিন্নি—থুনা থুনা ঐখোইনা নিন্নী) ।৩॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র! বরুণ! ঐখোইনা পাম্লক-পাম্লকপদা লন পীদুনা ঐখোইবু পেলহনলু, নখোই অনিদা ঐখোইনা থুনা থুনা নিন্নি। ৩॥

যুবাকু হি শচীনাং যুবাকু সুমতীনাম্।

ভূয়াম বাজদাব্নাম্ ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—হি (মরম অদুদগী) শচীনাম্ (ঐখোইগী কর্ম্ম খিবিকী সম্বন্ধ ওইবা সোমগী মশক ওইবা হবিঃ) যুবাকু (অতোপ্পা পোৎকা রাম্নরবনি) সুমতীনাম্ (বুদ্ধিকবা ঋত্বিক্‌সীংগী স্তোত্র—লৈসিলৈথোনবা বাহৈ) যুবাকু (মথল মথা বাম্লবা লৈসিলৈথোম্নকমগী গুণগা রাম্নরবনি) অদুগুম্বা হবিঃ অদু লৈব্রিবা নখোই অনিগী থৌজান্দগী—বাজদাব্নাম্ (অদুগুম্বা অন্ন অদুদান তৌবাসীংগী) ভূয়াম (ঐখোইনা মকোকথোংবা ওইয়ে)। ৪॥

অনুবাদ :— হে ইন্দ্র অমসু বরুণ কৌবা লাই অনি! মরম অদুদগীনি, মাদুদি,—ঐখোইগী যজ্ঞ অসিদা হাওর হাওরবা সোমনাচিংবা হব্য মরাম লৈরে, মাদুদা লৌসীংকবা পুরোহিতসীংগী লৈসিলৈথোনবা মরামসু রাওরে, মরম অনিনা ঐখোইনা চিন্নাক দান তৌবাসীংগী মরক্তা অথোইবনি। ৪॥

ইন্দ্রঃ সহস্রদাব্নাং বরুণঃ শংস্যানাম্।

ক্রতুর্ভবত্যুক্থ্যঃ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) সহস্রদাব্ন্নাম্ (ললমীসিং অমা থান তৌবসীংগী মরক্তা) ক্রতুঃ (লন দান তৌবনি) বরুণঃ (বরুণনা) শংস্যানাম্ (মাবু লৈসিলৈথোনগদবাসীংগী মরক্তা) উক্থ্যঃ (থাগৎলবানি) ।৫॥

অনুবাদ ঃ—লন পীনবৈবসীংগী মরক্তা ইন্দ্রনা খ্রীঙনবা অথোইবনি, লৈসিলৈথোনকম ওইবা লাইসীংগী মরক্তা বরুণনা লৈসিলৈথোনকম অথোইবনি। ৫ ॥

তয়ো রিদবসা বয়ং সনেম নিচ ধীমহি।

স্যাদুতপ্ররেচনম্। ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—তযোঃইৎ (ইন্দ্র, বরুণ অনিগী) অবসা (ঙাকপিবনা) বয়ম্ (থবক তৌরিবা ঐখোইনা) সনেম (লন রেন্নগনি) নিধীমহিচ (অফংবা লনসীং অতু তৌনিংবা মথৈ সিজন্নরগা মাতুদগী অরেম্বা ঈথেবুনা লনগৈগী মশক ওইনা লেংদনা থমগনি) উত (অমসু) প্ররেচনম্ (শাতুনা সিজন্নতুনা, লনগৈদা হাপ্তুনামু হেন্দোক্না লেম্বা) স্যাৎ (ওইগদবনি) ।৬॥

অনুবাদ :—ইন্দ্র অমসু বরুণ লাই অনিনা ঙাকপিতুনা থৌভৌবা ঐখোইনা লন সিজন্নে অতুগা মাতুদগী লেম্বা লননা লনগৈদা হাপচিনলি, মাতুদগীসু লেম্বা লন পীনবিয়্। ৬ ॥

ইন্দ্রাবরুণবামহং হুবে চিত্রায়রাধসে।

অস্মান্তসু জিগ্যুষস্কৃতম্। ॥ ৭ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ— ইন্দ্রাবরুণা (হে ইন্দ্র! হে বরুণ! লাই অনি)। বাম্ (নখোই অনিবু) অহম্ হুবে (ঐনা কৌরি) মরমদি,—চিত্রায় (মণি মুক্তানাচিংবগী মশক ওইবা মথলখখা য়াম্নবা) রাধসে (লনঙীদমক্তনি) অস্মান্ (ঐখোই ঈড়াংচবাসীংবু) সুজিগ্যুষঃ (এরুবাবু থিংথিনা ওবাবু) কৃতং—কুরুতম্ (নখোই অনিনা তৌবিয়্)। ৭ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্রাবরুণ কৌবা লাই অনিও! ঐনা নখোই অনিবু

মথলমথা য়াম্নবা লন কংনবগীদমক কৌই, নখোই অনিমা থৌতৌবা ঐখোইবু এরুবা শুম্ন ওইহল্লু। ৭॥

ইন্দ্রাবরুণণূনুবাং সিষাসন্তীষু ধীষা।

অস্মভ্যং শর্ম্ম যচ্ছতম্ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্রাবরুণা (হে ইন্দ্রবরুণ কৌবা লাই অনি!) ধীষু (ঐখোইগী বুদ্ধি থিবিক্তা) বাং-নুবাম্ (নখোই অনিবু) সিষাসন্তীষু (চংখোন্না সেবা তৌগে নিংলবদা) আ (পুন্নামক্তা) অস্মভ্যম্ (ঐখোইগী দমক) শর্ম্ম (নুঙাইবা) নূনু—নুনু (য়াম্না থুনা) যচ্ছতম্ (পী)। ৮॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রবরুণ কৌবা লাই অনি! ঐখোই লৌসীংদা নখোই অনিবু য়াম্না নিংথিনা সেবা তৌগে নিংলবদা ঐখোইদা নখোই অনিনা য়াম্না থুনা পুন্নামক্তা নুঙাইবা পী। ৮॥

প্রবামশ্নোতু সুষ্টুতিরিন্দ্রাবরুণয়াং হুবে।

যামৃধাথে সধস্তুতিম্। ৯॥

অন্বযানুবাদ :—ইন্দ্রাবরুণা (হে ইন্দ্রাবরুণ অনি!) যাম্ (অদুগুম্বা ঐখোইনা ফজনা লৈথোনবদা) হুবে (নখোই অনিবু ঐখোইনা কৌরি) সধস্তুতিম্ (নৌবিঙানি তিন্নদা পুন্না তৌরিবা লৈসিলৈথোনবানা তিনবা চংথোনবা লৈথোনবাবু) যাম্ (মদুগুম্বা চংথোনবা লৈথোনবা অসি লৌরগা) ঋধাথে (নখোই অনিনা চাওখৎহনলু) সুস্তুতিঃ (ফজবা লৈসিলৈথোনবা ওইবা ঋক্ মবামনা) বাম্ (ইন্দ্র অমসু বরুণ নখোই অনিবু) অশ্নোতু (সিনথুংবা কংবা ওইসনু। ৯॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রাবরুণ ও! ঐখোইনা লৈসিলৈথোন্নুনা নখোই অনিবু কৌই, অদুগুম্বা লৈসিলৈথোনবা অদুবু নখোই অনিনা চাওখৎহনলু, অমসু অদুগুম্বা ফজরবা লৈসিলৈথোনবা অদুনা নখোই অনিবু কংসনু। ৯॥

৫ অনুবাদ। ১৮ সুক্ত। ব্রহ্মণস্পতিনা চিংবনা দেবতানি।

সোমানং স্বরণং কৃণু হি ব্রহ্মণস্পতে।

কক্ষীবন্তং য ঔশিজঃ। ১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—হে ব্রহ্মণস্পতে (হে ব্রহ্মণস্পতি কৌবা দেব!) সোমানম্ (সোমরস সেম্বা ঐবু) স্বরণম্ (দেবসীংদা পীনবা কোংদোকপবু) কৃণুহি (তৌ) যঃ ঔশিজঃ (উসিজগী মচা) কক্ষীবন্তম্ (কক্ষীবানবু—ইর তৌবাগুম তৌবিয়্)। ১ ॥

অনুবাদঃ—হে ব্রহ্মণস্পতি কৌবা লাইও। সোমরস পিবা ঐবু ঔসিজগী মচা কক্ষিবান্‌গুম্না লাইসীংদা অফাউবা ওইহনলো। ১ ॥

ব্যাখ্যাঃ—মৎস্য, বায়ু অমসু মহাভারততা কক্ষিবান্‌গী ৱারি হাঙ্গৈ,—কলিঙ্গ দেশগী নিংথৌ মচা পোক্তে। মহাকনা মচা ফংনবগীদমক মাগী মতুবু দীর্ঘতমাঋষিদা সেবা তৌনবা চৎহনলি। নিংথৌগী মতুনা মশানদি চৎতরে, মনাই স্নুপী ঔসিজবু মচা লৌনবা চৎহনলি। দীর্ঘতমা ঋষিদগী ঔসিজনা কাক্ষিবান্ পোকই। কাক্ষিবান্‌না ঋষি ওইদুনা ঋগ্‌বেদগী প্রথমাষ্টকতা সূক্ত ১১৫ দগীনা ১২১ ফাউবা ফোংদোকই। ইউরোপকী ভারতকী পণ্ডিত কয়ামুকনা বিচার তৌদুনা হাঙ্গৈ, মাহুদি। সনাতন হিন্দু ধর্ম্মাবলম্বীসীংনদি কাক্ষিবান্‌গী ৱাবিসিবু রূপকনি, হাঙ্গৈ। কনাগুম্বা পণ্ডিতনা হাঙ্গৈবনাবু মীনাই স্নুপীনা পোকপা অসি নত্তবা অতোপ্পা ঋষিনা ঋগ্‌বেদগী সূক্ত পুথোকই। মমিংতা মান্নাজবনি অসুম্না হাঙ্গৈ। ঐখোইগীসু অকোনবগী মত অসি লৌই।

যোরেবান্ আমীবহা বসুবিৎ পুষ্টিবর্দ্ধনঃ।

সনঃসিষক্তু যস্তুরঃ ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—যঃ (ব্রহ্মণস্পতি) রেবান্ (লন য়াম্না লৈবু) যঃ (মানা)

অরীবাণ ( অমাবা কহলগি ) যম্বুবিৎ ( লম কংই ) পুষ্টিবর্দ্ধনঃ ( হকচাং কগৎ-হনবগি ) যঃ ( মাবা ) তুরঃ ( থুনা মহে পী ) সঃ (ব্রহ্মণস্পতিনা ) নঃ (ঐখোইবু) সিষক্তু ( লৌসিনবিহুবা থৌজানবিসনু )। ২ ॥

অনুবাদ :—ব্রহ্মণস্পতি—বৃহস্পতিনা ঐখোইবু লৌসিন্দুনা থৌজান-বিসনু, মহাক্কি এনাককৈরাক য়াম্না খুনলি, অনাবা কোকহনবা, মাইবনি। লন পীবনি, ঐবু কগৎহনবনি, অমসু থুনা মহে পিবনি। ৩॥

মা নঃ শংসো অররুষো ধূর্তিঃ প্রণঙ্ মর্ত্ত্যস্য।

রক্ষা ণো ব্রহ্মণস্পতে ॥ ৩ ॥

ব্রহ্মণস্পতে ( হে ব্রহ্মণস্পতে ! ) অবরুষঃ ( ঐখোইবু মাংনবা তৌবা) মর্ত্ত্যস্য ( মীগী ) ধূর্তিঃ ( মাংনবা তৌবা ) শংসঃ ( মীচৈনা ) নঃ (ঐখোইবু ) মা প্রণক্ ( শোক্তসনু ) নঃ ( ঐখোইবু ) রক্ষ ( ঙাকউ )। ৩ ॥

অনুবাদঃ—ঐখোইবু মাংহনগে হাঙ্গৈদুনা লাক্লবা এক্লবা মীগী ফত্তবা ৱাহৈনা ঐখোইবু শোক্তবা ওইসনু, হে ব্রহ্মণস্পতে। ঐখোইবু ঙাকপিযু—কনবিযু।৩॥

স ঘা বীরো ন রিষ্যতি যমিন্দ্রো ব্রহ্মণস্পতিঃ।

সোমো হিনোতি মর্ত্ত্যম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) যম্ ( ঈড়াৎচরিবা ) মর্ত্ত্যম্ (মীবু) হিনোতি ( চাওখৎহনলি ) ব্রহ্মণস্পতিঃ ( ব্রহ্মণস্পতিদেবনা ) হিনোতি (চাও-খৎহনলি ) সোমঃ ( সোমনা ) হিনোতি ( চাওখৎহনলি ) সঃ ঘ ( অদুগুম্বা যজমাননা বীরঃ (শাক্তকনবা ওইদুনা ) নরিষ্যতি ( মাংদে )। ৪ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রনা ঈড়াৎচবা মীবু চাওখৎহনলি, মাদুম্না ব্রাহ্মণস্পতিনা ঈড়াৎচবা মীবু চাওখৎহনলি, মাদুম ভৌদুনা চাওখলবা মীনা মপাঙ্গল কন্দুনা অমাংগ অতা লৈতেংদে।

ত্বংতং ব্রহ্মণস্পতে সোমইন্দ্রশ্চ মর্ত্যম্ ।

দক্ষিণা পাত্বংহসঃ ॥ ৫ ॥

ব্রহ্মণস্পতে ( হে ব্রহ্মণস্পতি ! ) তম ( অদুগুম্বা ) মর্ত্যম্ ( কর্ম্ম তৌরিবা মীবু ) অংহসঃ ( পাপতগী ) [ পাহি ( ভাকপিয়ু ) ] সোমঃ (সোমনা) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) দক্ষিণাচ (দক্ষিণ' তৌবা দেবতানায়ু) [ পাহি ভাকপিসনু)] ।৫ ॥

অনুবাদ :—হে ব্রহ্মণস্পতি । মীওইবা কর্ম্ম তৌবিবাবু মীবু পাপতগী ভাকপিয়ু মাহুম্না সোমনা ইন্দ্রনা অমসু দক্ষিণা কৌবী দেবতানা ভাকপীসনু ।৫॥

সদসস্পতিমদ্ভুতং প্রিয়মিন্দ্রস্যকাম্যম্ ।

সনিংমেধামযাসিষম্ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অদ্ভুতম ( অঙকপগী মশক ওইবা ) ইন্দ্রস্য প্রিয়ম্ ( ইন্দ্রগী চান্নবা ওইবা ) কাম্যম ( পান্নবা ওইবা ) সনিম ( লন পীবা ) সদস্পতিম্ ( সদস্পতি কৌবা দেবতাবু ) মেধাম্ ( শাস্ত্রহৈবা জ্ঞান ফংনবগীদমক ) অযাসিসম্ ( ঐনা ফংলে । ৬ ।।

অনুবাদ ঃ—অঙকপাগী মশক ওইবা, ইন্দ্রগী চান্নবা, পান্নবা ওইবা, লন পীনহৈবা, সদস্পতি কৌবা লাই—মৈবু শাস্ত্রগী জ্ঞান ফংনবগীদমক ঐনা নোম্লুরুহুনা চংজে । ৬ ॥

যস্মাদৃতেনসিধ্যতি যজ্ঞোবিপশ্চিতশ্চন ।

সধীনাং যোগমিন্বতি ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—যজ্ঞঃ ( যজ্ঞ অসি ) বিপশ্চিতশ্চন ( পাণ্ডিত ওইহুনায়ু ) যস্মাৎ ঋতে ( সদসস্পতি কৌবা লাই নত্তনা ) ন সিদ্ধ্যতি ( থোকহনবা ঙমদে ) সঃ ( সদস্পতি দেবনা ) ধীনাম ( পুকনিংনা তোগে নিংলিবা বুদ্ধিগী তৌদনবা নিংলিবা থবক পুম্বগী ) যোগম্ ( মড়ৌলৈনবাবু ) ইন্বতি,

( সিনথুংলা নৈ, হাঙ্গৈবদি মানা যজমান থৌজান্দুনা মাগী যজ্ঞ অদু থোকহনলি। ৭ ॥

অনুবাদ :—মাগী থৌজান নত্তনা—জ্ঞানলৈবা মীমকম্ যজ্ঞ তৌবা ঙমদে, অদুগুম্বা সদস্পতি কৌবা দেবতা—মৈনা ঐথোইগী পুকনিং লৌসিংগী বিষয় পুম্বগা মড়ী লৈনহনলে। ৭ ॥

আদৃধ্নোতিহবিষ্কৃতিংপ্রাঞ্চংকৃণোত্যধ্বরম্।

হোত্রাদেবেষু গচ্ছতি ॥ ৮ ॥

আৎ ( মতুংদা ) হবিষ্কৃতিম্ ( হবিঃ থকহনলিবা যজমানবু ) ঋধ্নোতি ( সদস্পতি দৈবতানা চাউথৎহনলি, হাঙ্গৈবদি হবিঃ পীরবা মতুংদা মহৈ পী ) অধ্বরম্ ( যজমাননা তৌরিবা যজ্ঞবু ) প্রাঞ্চম্ ( থোইদোকনা চৎলিবা অপনবা লৈতনা লোইবাবু ) কৃণোতি—করোতি ( তৌই ) হোত্রা ( হোতানা কৌবা দেবতা পুম্বনা পেল্লহুনা যজমানবু থাগৎনবগীদমক ) দেবেষু ( লাই খিবিকতা ) গচ্ছতি ( চৎলি )। ৮ ॥

অনুবাদ :—অদুগী মতুংদা হবিঃ থোকহনবা যজমানবু সদস্পতি দেবতানা চাওখৎহনলি; অদুগী মতুংদা যজমাননা তৌরিবা যজ্ঞ অদু অপনবা লৈতনা লোইহনলি, হোতানা কৌবা লাইপুম্বনা পেল্লহুনা যজমানবু থাগৎনবগীদমক লাইখিবিকী মনাক্তা চৎলি। ৮ ॥

নরাশংসং সুধৃষ্ট মমপশ্যং স প্রথস্তমম্।

দিবোন সদ্মমখসম্ ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—সু ধৃষ্টমম্ ( য়াম্না থোইবা ) স প্রথস্তমম্ ( য়ামনা কাউবা ) সদ্মমখসম্ ( মতিক মঙান অচৌবা ফংলবা ) দিবঃ ন ( স্বর্গিৎ থানাচিংবাগী লৈনফম থোকফম নিংথৌ লৈবাককুম্বা ) নরাশংসম্ ( নরাশংস কৌবা দেবতাবু ) অপশ্যম্ ( ঐনা শাস্ত্রগী মীৎনা উরে )। ৯ ॥

অনুবাদ :—য়াম্না থোইবা, য়াম্না কাউবা, হুমিৎ থানাচিংবা অঙানব-সীংগী থোক্লকম নিংথৌ লৈপাককুম মঙানফমা চাওবা নরাশংস ( মাচু কৌবা লাই, মীনা থাগৎনবা মৈবু ) ঐ উরে। ৯ ॥

—:(0):—

১৯ সূক্ত। অগ্নি অমসু মরুদগণ দেবতানি।

প্রতিত্যং চারুমধ্বরং গোপীথায় প্রহূয়সে।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) যম্ ( অদুগুম্বা ) চারুম্ ( অজদা অসোই অভাম য়াওদবা ) ত্যম্=তম্ ( অদুগুম্বা ) অধ্বরম্ ( যজ্ঞবু ) প্রতি—প্রতিলভ্য ( ফংলগা ) গোপীথায় ( সোমপান তৌনবগীদমক ) প্রহূয়সে ( নহাকপু য়াম্না কৌরে ) মরুদ্ভিঃ ( মরুৎ দেবতাসীংগা লোইনাদুনা ) আগহি ( লাও ) ॥ ১ ॥

অনুবাদ :—হে মৈ কৌবা লাইও ! অদ্বাৎ-অপা লৈত্রবা ফজরবা যজ্ঞ অসিদা লাক্লগা সোমরস থক্লাবগীদমক নহাকপু য়াম্না কৌরে, মরুৎ কৌবা দেবতাসীংগা লোইনাদুনা লাউও। ১ ॥

নহি দেবোন মর্ত্যো মহস্তব ক্রতুংপরঃ।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) মহঃ ( মতিকচাওবা ) তব (নহাকী ওইবা ) ক্রতুম্ ( ক্রতু কৌবা থবক মথল অসিনত্তুনা ) পরঃ নহি (অথোইবা দেব অমা লৈতে ) মর্ত্যঃ ( মীসু ) ন ( লৈতে ) মরুদ্ভিঃ ( মরুৎসীংগা লোইনাদুনা ) আগহি ( লাও )। ২ ॥

অনুবাদ :—হে মৈ কৌবা লাইও! নহাকী যজ্ঞ অসিদু হেনবা—

লানথোকপা গুম্বা লাইস্থ লৈত্তে, মাস্থ লৈত্তে, মরুৎসীংগা লোইনহুনা যজ্ঞ অসিদা লাও । ২ ॥

যে মহোরজসো বিদুর্বিশ্বে দেবাসো অদ্রুহঃ ।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—হে অগ্নে ( হে মৈও ! ) যে ( মরুৎসীংনা ) মহোরজসঃ ( অচৌবা মতৌ, হাঙ্গীবদি নোংতাহনবা মরম ) বিদুঃ ( খংই ) মরুৎসীং অদুদি,—বিশ্বে ( মযামনি, হাঙ্গীবদি গণ-মাগী কাংলুপ তরেৎকা লোইনবনি ) দেবসঃ ( অঙানবনি ) অদ্রুহঃ ( নোং চুথহন্দুনা মশক মমিং লৈবা পুম্বগী ফনবা তৌবা মরমনা ফত্তবা তৌদবনি ) তৈঃ মরুদ্ভিঃ ( মরুৎসীংগা লোই-নাহুনা ) আগহি ( লাও ) । ৩ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! যাম্না ঙানবা অমসু মশক মমিং নাইবা পুম্বগী ফমবতা তৌবা মরুদ্গণনা নোং যাম্না চুহন্দুনা পুম্নামকপু ফহনলি, অদুগুম্বা মরুদ্গণগা লোইনাহুনা লাও । ৩ ॥

য উগ্রা অর্কমানৃচুরনাধৃষ্টাস ওজসা ।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) ওজসা ( মতিকনা মরম ওইহুনা ) অনাধৃষ্টাসঃ ( মাবু লাকন-ফানবা ঙমদবা ) উগ্রাঃ ( অকনবা—অথৌবা ) যে ( অদুগুম্বা মরুৎসীংনা ) অর্কম্ ( ঈসিংবু ) আনৃচুঃ ( চুথাহুনা থোকহনলি ) তৈঃ মরুদ্ভিঃ ( অদুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা ) আগহি ( লাউ ) ॥ ৪ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! মহাক্কী মতিকনা মরম ওইহুনা মাবু অতোপ্পনা লাকফাবা ঙমদবা, অকনবা অথৌবা মরুৎসীংনা নোং চুথহন্দুনা ঈসিং থোকহনলি, অদুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা লাউ । ৪ ॥

যে শুভ্রা ঘোরবর্পসঃ সুক্ষত্রাসোরিশাদসঃ।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৫॥

অগ্নে ( হে মৈও ! ) যে ( অদুগুম্বা মরুৎসীং অদো ) শুভ্রাঃ ( য়ামনা নিংথিজে ) ঘোর বর্পসঃ ( অকিবগী মশকনি ) সুক্ষত্রাসঃ ( নিংথিবা লন লৈ ) রিশাদসঃ ( হিংসক—জীব হাৎপাবু চাবনি ) তৈঃ ( অদুগুম্বা ) মরুদ্ভিঃ— ( মরুৎসিংগা লোইনাদুনা ) আগহি ( লাও ) ।৫।

অনুবাদ ঃ— হে মৈও ! মরুৎগণদি য়াম্না ফজে, অকিবগী মশকনি, নিংথিবা লন লৈ, জীব হাৎপবু হাৎপনি, মাথোই অদুগুম্বা মরুৎসীংগা লোই-নদুনা লাও ।৫।

যে নাকস্যাধিরোচনে দিবি দেবাসঃ আসতে।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৬॥

অগ্নে ( হে মৈও ! ) যে ( অদুগুম্বা মরুৎসীং অদুনা ) নাকস্য অধি— অৱা অনা লৈতবা সুমিৎকী মথক্তা ) দিবি ( দ্যু লোক—স্বর্গদা ) রোচনে— ( অঙানবদা ) দেবাসঃ ( মানা ইঙান ঙাননা ) আসতে ( লৈ ) মরুদ্ভিঃ ( অদু গুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাদুনা ) আগহি ( হে মৈও, লাও ) ।৬।

অনুবাদ ঃ— থোক্লিবা সুমিৎকী মথক্তা লৈবা, অৱা-অনা লৈতবা দ্যু লোকতা অঙানবদা ইঙান ঙাম্না লৈবা মরুৎসীংগা লোইনাদুনা হে মৈও, ! লাও-ও ।৬।

য ঈংখয়ন্তি পর্ব্বতাস্তিরঃ সমুদ্রমর্ণবম্।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—যে ( মরুৎসীংনা ) পর্ব্বতান্ ( নোংথিবিকপ্ন ) ঈংখয়ন্তি ( হমদুনা পুই ) অর্ণবম্ ( ঈসিংথম্না লৈবা ) সমুদ্রং ( সমুদ্রবু ) [ তিরস্কুর্ব্বন্তি

( ঈথক হৌনবাগীদমক হুমহুনা ঈরাং হৌহনলি ) তৈঃ মরুদ্ভিঃ ( অহুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা ) অগ্নে ( হে মৈও ! ) আগহি ( লাও )। ৭ ॥

অনুবাদ ঃ—মরুৎসীংনা নোংময়াম হুমহুনা পুই, ঈসিং থম্মা লৈবা সমুদ্রবু ঈথক হৌনবগীদমক হুমহুনা ঈরাং হৌহনলি, অহুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা হে মৈও ! মফম অসিদা লাউও। ৭ ॥

আয়েতন্বস্তি রশ্মিভি স্তিরঃ সমুদ্রমোজসা।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—যে ( অহুগুম্বা মরুৎসীংনা ) রশ্মিভিঃ ( নুমিৎকী মঙান হুংশা ঘিবিককা লোইনাহুনা ) আতন্বস্তি ( অতিযা সন্দোকই ) ওজসা—( মাগী মপাঙ্গলনা ) সমুদ্রম্ ( সমুদ্রবু ) তিরঃ কুর্ব্বস্তি ( হুমহুনা ঈথক হৌহনলি ) অগ্নে ( হে মৈও ! ) মরুদ্ভিঃ ( মরুৎসীংগা লোইনাহুনা ) আগহি—( লাও ) ।৮।

অনুবাদ ঃ-- মরুৎসীং—নুংশাগা লোইনাহুনা অতিযা পুম্বদা সন্দোকতুনা লৈ, মাগী মপাঙ্গলনা সমুদ্রবু হুমহুনা ঈথক হৌহনলি, হে মৈও ! অহুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা লাও-ও ।৮।

অভিত্বা পূর্ব্বপীতয়ে সৃজামি সোম্যং মধু।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৯॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— অগ্নে ( হে মৈও ! ) ত্বা—ত্বাম্ প্রতি ( নঙোন্দা )—সৌম্যং মধু ( সোমগী অথুম্বাবু ) অভি সৃজামি ( ঐনা সেমহুনা লৈরে ) মরুদ্ভিঃ ( মরুৎসীংগা লোইনাহুনা ) আগহি ( লাও ) ।৯।

অনুবাদ ঃ— হে মৈও! নঙোন্দা সোমগী অথুম্বা রস পীথকে হাঙ্গহুনা হাম্না সেমহুনা থমলে, অহুনা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা লাও ।৯;

প্রথমোঽধ্যায়ঃ সমাপ্তঃ।

—ঃ(*)ঃ—

# ২ অধ্যায়।

——:(*):——

## ৫ অনুবাক ( হুঙনবা )। ২০ সূক্ত। ঋভুগণনা দেবতানি।

ওঁ

অয়ংদেবায় জন্মনে স্তোমোবিপ্রেভিরাসয়া।

অকারি রত্নধাতমঃ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—জন্মনে ( পোকপা ঋভু কৌবা লাই কাংবুগী পেয়-বগীদমক ) অয়মস্তোমঃ ( অসিগুম্বা স্তোম—লৈসিলৈথোনবা স্তোত্র অসি ) বিপ্রেভিঃ ( লাইরিক হৈবা ঋত্বিক্‌সীংনা ) আস্যয়া ( মাখোইগী মচিননা ) অকারি ( সেম্বনি ) স্তোত্র অসিদি "রত্ন ধাতমঃ ( মহাক্না—লৈসিলৈথোনবা অসিনা রত্ন ময়াম পীবনি। ১ ॥

অনুবাদ ঃ—ঋভু কৌবা মীনা পোকপা লাইকাংবুগী পেয়বাগীদমক. অসিগুম্বা লৈসিলৈথোনবা স্তোম কৌবা ব্বাহে অসি লাইরিকহৈবা ব্রাহ্মণসীংনা শেম্বনি, মাসিমক্তি মানা মণি, মুক্তা, রত্ন ময়াম পী। ১ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—আলোচ্য ঋগ্‌ অসিগী ব্যাখ্যাদা সায়ণাচার্যনা হায়ি, মাহুদি,—ঋভু কৌবা লাইসীং অসিদি তাইবংমীনা তপস্যা তৌদুনা ওইথিবা লাইনি। অঙ্গিরাগী মচা সুধন্বানা ঋভু, বিভু অমসুং বাজ কৌবা মচা অহুম পোকই। মাখোই অসি মাখোইগী তৌজমলনা লাই ওনখি। অদুগা সূর্যলোক হুমিৎনা থোকলিবা মফমদা লৈখি। প্রথমাষ্টকতা ১১০ সুবা সূক্তগী ২ অমসুং ৩ সুবা ঋগ্‌ মন্ত্রদগী খাফম অসি থংই। সায়ণাচার্যনা ঋভুশব্দবু সূর্যকিরণ হায়িনাসু ব্যাখ্যা তৌই। ম্যেক্‌স্‌মুলারনা ঋভুবু সূর্য অসুম্না ব্যাখ্যা তৌই। উইলশননা সূর্যরশ্মি অসুম ব্যাখ্যা তৌই। ম্যাক্‌স্‌মুলারনা মত অসিমসু হায়ি, মাহুদি,—ব্বু কৌবা ঋত্বিক্‌না ঋভুবু ইহান হান্না লাই ওইনা পূজা তৌখি, ঋভুসীংগা মান্নবা গ্রীগ্‌সীংনা ( orphevs )—ওরফেঅস কৌবা

য়ারি অমা ঋভুগণগুম্না চৎলৈ। ঋভুগী মমিং অমনা অর্ভুবসু কৌই। মাসিদগী ঐখোঙ্গী খংবা ঙমই, মাহুদি মীনা লাই ওইবা য়াই, হাঙ্গবসিগী লেঙ্গবা প্রমাণদি ঋভুগী য়াকম অসিনা ওইরি, মাসিদি সোইদবনি। ১॥

য ইন্দ্রায়বচো যুজা ততক্ষুর্মনসাহরী।

শমীভির্যজ্ঞমাশত ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—যে ( অহুগুম্বা —ঋভুসীংনা ) ইন্দ্রায় ( ইন্দ্রগী পেন্নবগী দমক ) বচোযুজা ( চিন্না হাঙ্গবতনা রথতা মথন্তা হেক্তা পানজবা ) হরি কৌবা সগোন অনি ) মনসা ( পুকনিংনা নিংবতনা ) ততক্ষুঃ ( সেমখি ) তে ( অহুগুম্বা ঋভুসীং অহুমা ) শমীভিঃ ( পাত্রনাচিংবাবু থোকহনবা থবক খিবিক্লা মরম ওইহনা ) যজ্ঞম্ ( ঐখোইগী যজ্ঞবু ) আশত ( সিনথুংনা লৈসনু )। ২ ॥

অনুবাদ :— ঋভুসীংনা ইন্দ্রগী পেন্নাবগীদমক, হরি কৌবা সগোন অনিবু পুকনিংনা খনবাতনা মরম ওইহনা থোকহনখি, সগোন অনিহনা হোইজিন্দবাসু চিন্না হাঙ্গবাতদা রথতা মথন্ত চংহনা পাল্লি,—মাহুম্না সগোনশেম্বা ঋভুনা চমসনাচিংবা পাত্রগা লোইনবা যজ্ঞদা সিনথুংনা লৈসনু। ২ ॥

তক্ষন্ নাসত্যাভ্যাং পরিজ্যমানং সুখং রথম্।

তক্ষন্ ধেনুং সবর্দুঘাম্ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :— [ ঋভবঃ দেবাঃ ( ঋভুদেবসীংনা ) ] নাসত্যাভ্যাম্— ( অশ্বিদেব অনিগী পেন্নবগী দমক ) পরিজ্যমানম্ ( মকম পুম্নামক্তা চৎপা ) সুখম্ ( তোংবা নুঙাইবা ) রথম্ ( রথ অমা ) সর্ববদুঘাম্ ( মখোম থোকপী ) ধেনুম্ ( যণবী অমাসু ) অতক্ষন্ ( সাহনা থোকহনলি )।৩।

অনুবাদ :—ঋভু কৌবা লাইসীংনা অশ্বি কৌবা লাই অনিগী পেন্নবগী দমক মকম পুম্নমক্তা চৎপা য়াবা রথ অমা অমসু মখোম থোকপী যণবী অমাসু সেমহনা পুখোকখি।৩।

যুবানাপিতরাপুনঃ সত্য মন্ত্রা ঋজুয়বঃ।

ঋভবোবিষ্ট্যাক্রত ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—সত্য মন্ত্রাঃ ( মন্ত্র সিদ্ধ ওইবা ) ঋজ্য়বঃ (তাৎ য়াওদবা) বিষ্টী ( থবক পুন্নমক্তা মন্ত্রগী পাঙ্গন মাংদবা—ব্যাপ্তিনা তিনবা ) ঋভবঃ ( ঋভু কৌবা লাইসীংনা ) পিতরা ( মমা মপা অনিবু ) পুনঃ ( অমোক হন্না )—যুবানা ( নহা ওইবাবু ) অক্রত ( তৌখি—ওইহনখি ) ৪।।

অনুবাদ ঃ—মবুক তিংবা, নিংলিবা পুম্বা থুংবা মন্ত্র পুবা, ঋভু কৌবা লাইসীংনা হন্দবা মমা মপা অনিবু অমোক হন্না নহা ওইহনখি, মন্ত্র অক্লগী পাঙ্গলনা থবক পুম্বদা ঋভুসীংগী অকাইবা লৈন্তে।৪।

সং বোমদাসো অগ্মতেন্দ্রেণ চ মরুত্বতা।

আদিত্যেভিশ্চ রাজভিঃ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—"ঋভবঃ" ( হে ঋভুসা ! ) বঃ ( নখোইগী ওইবা ) মদাসঃ ( ময়াই কানবা ওইবা সোমরসসীং অসি ) মরুত্বতা ( মরুৎকা লোইনবা ) ইন্দ্রেণ চ ( ইন্দ্রগাসু ) রাজভিঃ ( অঙানবা ) আদিত্যেভিঃ চ ( আদিত্যসীংগাসু) সমগ্মত ( তিন্নরে ) ।৫।

অনুবাদ ঃ— হে ঋভুসা ! মরুদ্‌গণগা লোইনবা ইন্দ্র অমসু অঙানবা সুমিৎ অসিগা লোইনদুনা নখোই পুম্বদা ময়াই কানবা সোমরস পীরি ।৫।

উতত্যঞ্চমসংনবংত্বষ্টু র্দেবস্য নিষ্কৃতম্‌ ।

অকর্ত্তচতুরঃ পুনঃ ।। ৬ ।।

অন্বয়ানুবাদ ঃ-- উত ( অমসু ) ত্বষ্টুঃদেবস্য ( ত্বষ্টাদেবগী ) নবম্ ( অহনবা ) ত্যম্ ( চমস—সোম হাপনবা, উনসাবা চমস কৌবা পাত্র )

নিষ্কৃতম্ (সাবা লোইবা) [ অকরোৎ (তৌখি) ] ঋভুসীংনা চমস পাত্র অমর্ চতুরঃ (মরিথোকনা) অকর্ত্ত (থুগাইখি)। ৬ ॥

অনুবাদ :—ত্বষ্টাগী অহনবা চমস পাত্র অসি সাবা পুমলোই লোইরে, অদুবু ঋভুসীংনা মরিথোকনা থুগাইরে। ৬ ॥

ব্যাখ্যা :—সোমরস হাপনবা উনা সাবা পাত্রবু "চমস" কৌই, মহাক্তি উনা সাবনি। বিশ্বকর্ম্মাবু ত্বষ্টা কৌই। ত্বষ্টানা ইন্দ্রগী বজ্র সাই। ত্বষ্টাগী গুরুনা ঋভুগণনি। অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই অনিনা ত্বষ্টাগী পোকমিন্নবী মুপীগী মচানি। মাসুম তৌহুনা ত্বষ্টাগী মচানুপী সরণ্যুনা সগোন ওইহুনা অশ্বিনীকুমার পোকই। মাসুম তৌহুনা গ্রীকনা লাৎনবী দেবী এরিনিজ ডিমেটর (Erinys Demeter) সু সগোন অমোম ওইহুনা আরিয়েন অমসু ডিস্পোনা কৌবা মচা পোকই। ৬ ॥

তেনোরত্নানিধত্তনত্রিরাসাপ্তানিসুম্বতে।

একমেকংসুশাস্তিভিঃ ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—তে (ঋভুসীংনা) সুশস্তিভিঃ (ফজনা থাগৎপা রাহে থিবিকনা তিনবা ওইহুনা) নঃ (ঐখোইগী) সুম্বতে (সোমাভিষব (তৌরিবা যজমানগীদমক) ত্রিরা (অথোইবা, ময়াই, অমসু অতোনবা অসুম্না অহুম থোকনা মশা খুদিংমক্তা থাঙবা) সাপ্তানি (বর্গতরেৎ ওইবা) রত্নানি (সনা, মণি, মুক্তানাচিংবা লন খিবকপু) একমেকম্ (অমামম—হাঙবদি মপুমতিংনা) ধত্তন (নখোইনা পিয়ু)। ৭ ॥

অনুবাদ :—হে ঋভুগণসা! নখোইনা ঐখোইগী ফজনা হাঙজবা প্রার্থনা অসি ফংলগা নখোইগী পেন্নবা সোমরস সেম্বা ঐখোইদা মথল অহুম ওইবা রত্নবু মপুম তিংনা অমামম ওইনা পীয়ু, অদুগা রত্নসীং অদুবু তরেৎ অহুম ওইহনলু।৭।

ব্যাখ্যা :— "ত্রিরা সাপ্তানি" হাঙবদি অহুমক হনবা বর্গ তরেৎ হাঙবনি। মাদুদি,—রত্ন—সনা, মণি, মুক্তানাচিংবা লননি। লন অসি অমামমদা অফবা, ময়াই, অতোনবা (উত্তম, মধ্যম অমসু সাধারণ) অসুমনা অহুম

থোকই। অগ্ন্যাধেয়, দর্শপৌর্ণমাস্তনাচিংবা হবির্যজ্ঞ তরেৎ, বৈশ্বদেব, ঔপাসন হোমনাচিংবা পাকযজ্ঞ তরেৎ অমসু অগ্নিস্তোম, অতি অগ্নিস্তোমনাচিংবা সোম যজ্ঞ তরেৎনি। মাথোই তরেৎ অহুম অসিবু ত্রিবর্গ কৌই। তরেৎ অহুম ওইহনবগী অর্থদি—শ্লভুসীংনা যজ্ঞনা মরম ওইহুনা হাঙ্গৈথরবা বর্গ অহুম অহু থোকহনবিয়ু হাঙ্গৈবনি।

**সমীক্ষা :—** "ত্রিরা সাপ্তানি" হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অসিনা "অহুম তরেৎ" হাঙ্গৈবনা কুম্মাথোই থংহনলি, মাসি পাটীগণিতকী সুপ্নান্নি। পাটীগণিত হাঙ্গৈবদি ইথ্‌ংইনা থংনৈ, মাহুদি,— যোগ, বিয়োগ, গুণন, হরণ, বর্গ, বর্গ-মূল, ঘন অমসু ঘনমূল হাঙ্গৈবা পরিপাটীনা তৌবা গণিতপু পাটীগণিত কৌই। মাসিদা "পাটী" ৱাহৈ অসি আর্যভাষাগী শব্দ নত্তে, দ্রাবিঢ় ভাষাগী শব্দনি। মাগী অর্থদি কোর্ব্বাক মাহু হাঙ্গৈদ্রগা অপাকপদা ইহুনা গণনা তৌবা হাঙ্গৈ-বনি। মাসুম হোত্তবা করিগুম্বা উ গী মরূ—বীজনা গণনা তৌবাবুনা—বীজ গাণত কৌই। অসিগুম্বা বিছা অসিনা বিছা পুম্বাগী মরুনি। মাসি ভারততগী হৌথিবনি, মাহুমক্তদসু অনার্য দ্রাবিঢ় জাতিনা হৌদোকপনি। অসুমনা হৌজিক্কী কালগী অহৈ অসিংনা নিংই। মাহুসু চুমদে, হাঙ্গৈবা বেদগী "ত্রিরা সাপ্তানি" হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অসিনা তাক্লবা অসিনি। মরমদি ৱাহৈ অসিদি পাটীগণিতকী হৌফমনি। মিতৈলৈপাক মণিপুর অসিনা মকম পুম্নমক্কী অহানবনি, বেদগী অহানবা থোকফম ওইবনা, জগৎকী—সভ্যতা পুম্বাগী অহানবা থোকফমনি, অসুম্না বেদনা হাঙ্গৈ। মাহুগী থুদম ওইনা মিতৈনা মসিং থিবদা পাটীগণিত হৈথিবগী থুদম অমত্তং মতাং অসিদা উংলি। মাহুদি,— মিতৈনা অম্না, অনি, অহুম, মরি, মঙা, তরুক, তরেৎ, নিপান, মাপন অমসু তরা, কুন, কুনথরা, নিফু, য়াথৈ, হুফু, হুমফুতরা, চা, লীশিং, লক্ষা অসিনাচিংবা। কুন= তরা অনিনি, মাসিনা মসিং থিবদা—অয়াম্বগী অহানবা চাং অমা ওইহনলে। অহু ওইরবদি কুন+তরা=কুন্থ্রা, কুনদা অনিনা ফুবা=নিফু। নিফুদা তরা য়ানসিনবা=য়াথৈ। কুনদা ওনা ফুবা= X =হুমফু। হুমফুগা তরাগা=হুমফুতরা। কুনদা মরিনা ফুবা= (২০ X ৪) মরিফু, মরিফুদা তরা য়ানবা=মরিফুতরা। চৈনা মসিং থংনবা থাবা=চামা, লীনা থাবা=লীশিং অসিনাচিংবনি। মসিং মথি অসি আর্য-

অহাঅনি। পুন্নবু আর্দলীংনা স্নুবা, হাৎপা অলিনাচিংবনা থংনৈ। প্লাসি-দগী চিংবেবা মৈক্তনা থংলে, মাতুদি—মিক্কৈগী সভাতা অসি করামরুম কুই-রুমগে অমসু কয়া মাল্লা রাংবগে হান্জিবাদু হান্জিরিবা অসিদা উরে।৭।

অধারয়ন্ত বহ্নয়ো ভজন্ত সুকৃত্যয়া।

ভাগং দেবেষু যজ্ঞিয়ম্ ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বহ্নয়ঃ ( চমসনাচিংবা যজ্ঞ তৌনবা মচাক সান্নুনা যজ্ঞ পুনবা সাদোং ওইবা ঋত্বিক্সীংনা ) অধারয়ন্ত ( অহানবদা মী ওইহনা শিগ-দবা ওইরমহনাসু—অমৃতত্ব—শিদবগী মতৌ ফংহনা প্রাণ পুহনা লৈখি ) সু কৃত্যয়া ( যজ্ঞ তৌনবা পোৎ সাবগী মশক ওইবা অফবা থবক্না মরম ওই-হনা ) দেবেষু ( লাই পুম্নমক্কী মরক্তা লৈহনা ) যজ্ঞিয়ম্ ( যজ্ঞগী ওইবা ) ভাগম্ ( হবিঃগী মশক ওইবা শরুকপু ) অভজন্ত ( ফংখি )।৮

অনুবাদ ঃ—যজ্ঞগী সাদোং ঋভুগণসীংনা মী ওইনা পোকহনা লৈগ-দবাবু অফবা থবক তৌবগী মহৈনা লোইদবা. মাংদবা পুনসি ফংই, লাইগী মরক্তা তিন্দুনা যজ্ঞদা মা মাগী শরুক ফংহনা লৈ।৮।

---

## ২১ সুবা সুক্ত। ইন্দ্র অমসু অগ্নিনা দেবতানি।

ইহেন্দ্রাগ্নী উপহ্বয়েতয়োরিৎ স্তোমমুশ্মসি।

তা সোমং সোমপাতমা ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইহ ( কর্ম্ম অসিদা ) ইন্দ্রাগ্নী ( ইন্দ্র অমসু অগ্নি দেবতা অনিবু ) উপহ্বয়ে ( ঐনা কৌই ) তয়োঃ ইৎ ( ইন্দ্র অমসু অগ্নি অনিগীতা ) স্তোমম্ ( লৈসিলৈথোনবা—স্তোত্রবু ) উশ্মসি ( ঐখোইনা পাম্মই ) সোমপাতমা ( খোইদোক হেন্দোকনা সোম থকপা ওম্বা ) তা—তৌ ( অদুক্তুম্বা ইন্দ্র, অমসু অগ্নি দেবতা অনিনা ) সোমম্ ( সোম—সোমরসবু ) [ পিবতাম্— ( থকসনু ) ]।১।

ঐনা যজ্ঞ অসিদা ইন্দ্রগা অগ্নিগা মাখোই অনিবু কৌরি, মাখোই অনিঙবু ঐখোইনা লৈসিলৈখোনানিংই, মাখোই অনিনা ইথ্রাইদগী খোইদোক হেন্দোকনা সোমথকপা ঙমই, মাখোই অনিনা সোমথকসনু। ১॥

তা যজ্ঞেষু প্রশংসতেন্দ্রাগ্নী শুংভতা নরঃ।

তা গায়ত্রেষু গায়ত ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—নরঃ (হে মীওইবা ঋত্বিক্‌সা।) তা (অদুগুম্বা ইন্দ্রদেবতা অনিবু) যজ্ঞেষু (তৌরিবা থবক পুম্নামক্তা) প্রশংসত (থাগৎলু) শুংভত (অলঙ্কার খিবিকনা লৈভেউ) তা (ইন্দ্র অগ্নি অনিবু) গায়ত্রেষু (গায়ত্রী ছন্দঃ ওইবা মন্ত্র খিবিদা) গায়ত (সামগী মশক ওইনা হকউ) ।২॥

অনুবাদ ঃ—হে মীওইবা ঋত্বিক্‌সা। তৌরিবা যজ্ঞ অসিদা ইন্দ্রগা অগ্নিগা অনিবু থাগৎলু, মাখোই অনিবু লৈভেংহনা ফজহনলু, মাখোই অনিগীদমক গায়ত্রী ছন্দ ওইবা মন্ত্র খিবিকপু সাম ওইহনা হকউ। ২॥

তামিত্রস্য প্রশস্তয় ইন্দ্রাগ্নী তা হবামহে।

সোমপা সোমপীতয়ে ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— মিত্রস্য (মরুপ ওইবা ঐগী মড়ী ওইবা) তা ইন্দ্রাগ্নী (বৃত্র অমসু অগ্নি অনিবু) প্রশস্তয়ে (থাগৎনবগীদমক [ইচ্ছামঃ—ঐখোইনা নিংই] সোমপা (সোমথকপা ইন্দ্র অগ্নি অনিবু) সোমপীতয়ে (সোম থকনবগীদমক) হবামহে (ঐখোইনা কৌই)। ৩॥

অনুবাদ ঃ—ঐবু চানবিবা ইন্দ্র অগ্নি অনিবু থাগৎচনিংই, সোমথকপা ইন্দ্র অগ্নিবু সোমথক্নাবগীদমক ঐখোইনা কৌরি। ৩॥

উগ্রা সন্তা হবামহে উপেদং সবনং সুতম্।

ইন্দ্রাগ্নী এহ গচ্ছতাম্ ।৪॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— সুতম্ (সোমরস থকপা য়াওবা) ইদম্ (অসিগুম্বা) সবনম্ (প্রাতঃসবননাচিংবগী মশক ওইবা কর্ম্ম) উপ (মনাক্তা লাক্লাবগী দমক) উপ্রাসত্তা (এক্লবা হাৎপানাচিংবদা অকনবা মশক ওইবা) ইন্দ্রাগ্নী (ইন্দ্র অগ্নি দেব অনিবু) হবামহে (ঐখোইনা কৌরি) ইহ (থবক অসিদা) আগচ্ছতাম্ (লাকসনু)। ৪ ॥

অনুবাদ ঃ— এক্লবা হাৎপদা অকিবগী মশক ওইবা, ইন্দ্র অগ্নি কৌবা লাই অনিবু সোমরস থকপ য়াওবা, প্রাতসবননাচিংবা থবক অসিদা লাকনাবগী দমক ঐখোইশা কৌরি, মাসিদা সোইদনা লাকসনু। ৪ ॥

তামহন্তা সদস্পতী ইন্দ্রাগ্নী রক্ষউব্জতম্ ।

অপ্রজাঃ সন্ত্বত্রিণঃ ।। ৫ ॥

মহন্তা (মতিকমগুণ চাওবা) সদস্পতী (সভা ঙাকপা) তা-ভৌ (অদুগুম্বা) ইন্দ্রাগ্নী (ইন্দ্র অমসু অগ্নি দেবতা অনিনা) রক্ষঃ (রাক্ষস জাতিবু) উব্জতম্ (চুমথোকপীসনু— মপুকথাবা কোকপিসনু) অত্রিণঃ (হীংচাবা—মীচাবাসীংনা) অপ্রজঃ (পোক্তবা ওইসনু)। ৫ ॥

অনুবাদ ঃ— মতিক মগুণ চাওবা, সভা ঙাকপা, ইন্দ্র অগ্নি কৌবা লাই অনিনা রাক্ষস—হিংচাবাসীংবু মপুক অথোইবা চুমথোকপিসনু, মথোই, হিংচাবাসীং অদু ইন্দ্রাগ্নিগী থৌজান্দগী মচা পোক্তবা ওইসনু। ৫ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—ঋগ্‌বেদদা ইহানহান্না মন্ত্র অসিদা রক্ষঃ নত্রগা রাক্ষস শব্দ উই। মন্ত্র অসিগী অর্থদা পর্যালোচনা তৌবদগী থংই, মাহুদি রক্ষঃ নত্রগা রাক্ষস ভারততা লৈরম্বা আদিম জাতি বর্ব্বর জাতিসীংবু বেদনা রক্ষঃ, রাক্ষস কৌই মাথোই অদু পতিত অমসু বর্ব্বর অসভ্যসীংবু রাক্ষস কৌরমই।

তেন সত্যেন জাগৃতমধি প্রচেতুনে পদে।

ইন্দ্রাগ্নীশর্মযচ্ছতম্ ।।৬।।

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্রাগ্নী ( হে ইন্দ্র ! হে অগ্নি ! ) সতোন ( সোইদনা মহৈ পীবা মরুপ্পা অচুম্বা ওইবা ) তেন ( ঐখোইনা তৌবা কর্ম্মনা ) প্রচেতুনে ( খোইদোকনা মহৈ ফংবা খংহনবা ) পদে ( স্বর্গনাচিংবা মফমদা )— অধিজাগৃতম্ ( য়ামনা পুকনিং তপথনা লৈ ) শর্ম্ম যচ্ছতম্ ( সুখ—মুণ্ডাইবা নত্রগা যুম পীয়ু ) ।৬।

হে ইন্দ্র !·হে অগ্নি ! সোইদনা মহৈ পীবা, ঐখোইনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈনা স্বর্গনাচিংবা লোকতা লৈ, মাছ্ নখোই অনিনা খোকহল্লু, ঐখোইবু মুণ্ডাই রাইফবা ওইহল্লু ।৬।

---

## ২২সুবা সূক্ত। অশ্বিনীকুমারনাচিংবনা দেবতানি।

প্রাতর্যুজা বিবোধয়াশ্বিনাবেহ গচ্ছতাম্।

অস্য সোমস্য পীতয়ে ।১।

অন্বয়ানুবাদ :— হে অধ্বর্যো ( হে অধ্বর্যু ) প্রাতর্যুজা ( প্রাতঃ সবনগী মড়ীনা তিল্লবা ) অশ্বিনা ( অশ্বিনীকুমার অনিবু ) বিবোধয় ( হৌগৎহনলু ) অস্য ( অভিষব সংস্কারনা তিনবা ) সোমস্য ( সোমরস ) পীতয়ে ( থক্লবগী-দমক ) ইহ ( থবক অসিদা ) আগচ্ছতাম্ ( অশ্বি অনিনা লেংলকসনু ) ।১।

অনুবাদ—হে পুরোহিত অধ্বর্য্যু ! প্রাতঃসবনগী মড়ী ওইনবা অশ্বিনীকুমার অনিবু হৌদোকউ— হেৎগৎহল্লু, অভিষব সংস্কার তৌরবা সোমরস অসি থক্লবগীদমক তৌরিবা থৌ অসিদা অশ্বি অনিনা লেংবিরকসনু ।১।

যা সুঃরথা রথীতমোভাদেবাদিবিস্পৃশা।

অশ্বিনাতাহবামহে ।।২।।

অন্বয়ানুবাদ :— যা, উভা, অশ্বিনা, দেবা ( অশ্বি কৌবা লাই অনি অহ ) সুরথা ( ফজবা রথ লৈ ) রথিতমা ( রথী অখোইবনি ) দিবিস্পৃশা ( দ্যু—

লোকতা লৈ ) তা ( অশ্বি অনিবু ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌরি ) ।২।

অনুবাদ ঃ— অশ্বি কৌবা লাই অদু মাখোইগী ফজবা রথ লৈ, মাখোইদি রথী অখোইবনি, মাখোইদি দ্যুলোকতা লৈ, ঐখোইনা মাখোই অনিবু কৌরি ।২।

যাবাংকশামধুমত্যশ্বিনা সূনৃতাবতী।

তয়াযজ্ঞং মিমিক্ষতম্ ।৩।।

অশ্বিনা ( হে অশ্বী কৌবা লাই অনি ! ) বাম্ ( নখোই অনিগী ) যা ( মতুগুম্বা ) মধুমতী ( ঈসিং চোৎলবা ) সূনৃতাবতী ( অপাম্বা অচুম্বা ৱাহৈগা লোইনবা ) কশা ( সগোল সাচৈ লৈ ) তয়া ( সাচৈ অদুগা লোইনাদুনা লাকলগা ) যজ্ঞম্ ( ঐখোইনা তৌরিবা য়জ্ঞবু ) মিমিক্ষিতম্ ( সোমরসনা চাইনবগী দমক নিংউ ) ।৩।

অনুবাদ— হে অশ্বি কৌবা লাই অনি ! নখোইগী ঈসিং চোৎলবা, অপাম্বা, অচুম্বা ৱাহৈগা লোইনবা সগোন সাচৈ লৈ, মাদুগা লোইনাদুনা লাক্লগা ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসিবু সোমরসনা চাইনবা নিংউ ।৩

ব্যাখ্যা ঃ— সগোনসাচৈবু অপাম্বা অচুম্বা ৱাহৈগা লোইনবা, হাঈবগী অর্থদি সায়নাচার্যনা ব্যাখ্যা তৌই, মাদুদি,—সগোনদা সাচৈনা ফুদুনা থৌবদা সগোনথৌবনা হাঈবা ৱাহৈ অদু থুনা লাকনবা ওইবনা যজমাননা পামই, মাদুবু হাঈবনি। মাসুম্না সাচৈবু ঈসি না চোৎলবা হাঈবদি সগোননা থুনা চৎপদা মশাদা হুমাং সৌবকই, মাদুদা সাচৈনা ফুবদা সাচৈসু চোৎলি, হাঈখ্রবা অনিসিমক যজমাননাদি পাম্বনি। মরম অসিনা বিশেষণ অনিসি, হাপ্পনি । ৩ ॥

নহিবামস্তি দূরকেয়ত্রারথেন গচ্ছথঃ

অশ্বিনা সোমিনোগৃহম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অশ্বিনা (হে অশ্বী কৌবা লাই অনি !) বাম্ (নখোই অনিনা)

সোমিনঃ (সোম লৈবা যজমানগী) গৃহম্ (য়ুমদা) রথন (রথ তোংত্তুনা) গচ্ছথঃ (চৎলু) যত্র (য়ুম অদুদা চৎপা) তৎ (য়ুম অদু) ধাম্ (নখোই অনিগী) দূরকে (অরাপ্পদা) নহি অস্তি (লৈতে)। ৪ ॥

অনুবাদ ঃ— হে অশ্বী অনি! সোমরস পীবা যজমানগী য়ুমদা রথ তোংত্তুনা চৎলু য়ুম অদু লাপ্তে। ৪ ॥

হিরণ্য পাণিমূতয়ে সবিতারমুপহ্বয়ে।

সচেত্তা দেবতা পদম্ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ-- উতয়ে (ঐখোইবু ঙাকপীনবগী দমক) হিরণ্য-পাণিম্ (যজমানদা পীনবগী দমক মখুত্তা সনা পাইবা) সবিতারম্ (নুমিৎপু)— উপহ্বয়ে (ঐনা কৌরি) সঃ (সবিতা দেব অদুনা) দেবতা (মন্ত্র অসিনা হাঙ্গৈরিবা দেবতা ওইদুনা) পদম্ (যজমাননা ফংগদবা মফম) চেত্তা (খং-হনবা ওই) ।৫।

অনুবাদ ঐখোইবু ঙাকপীনবগী দমক মখুত্তা সনা পাইবা সবিতা— কৌবা নুমিৎপু ঐনা কৌরি, অদুগুম্বা সবিতা দেবনা যজমানদা ফংনফম মফম তাকপীগনি ।৫।

ব্যাখ্যা—গ্রীক, রোমান অমসু পারসীয়ানসীং সূর্যোপাসনা নুমিৎ লাৎপা অসি চৎনৈ। গ্রীকসীংনা নুমিৎপু হেলিওস্ অমসু সূর্যবংশবু হেলিনেস কৌই। রোমানসীংনা সোল্, ট্যুধনসীংনা টির অমসু পারসীসীংনা খোর-সেদ কৌই। পারসীসীংনা রথ তোংবা নুমিৎপু থোইদোকনা উপাসনা— তৌই ।৫।

অপাংনপাতমবসে সবিতারমুপস্তুহি।

তস্য ব্রতান্যুশ্মসি ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ— অবসে (ঐখোইবু ঙাকপীনবগী দমক) অপাংনপাতম্ (ঈসিংবু ঙাক্তবা) সবিতারম্ (সবিতা—নুমিৎপু) উপস্তুহি (য়ামনা লৈসি

লৈখোলদু ) তস্য ( সবিতাগী ) ব্রতানি ( থবক—সোমযাগনাচিংথবু ) উপাসি ( ঐখোইনা পাময় ) ।৬।

অনুবাদ—ঐখোইবু ডাকপীনবগী দমক ঊসিং কংহনবা সুমিৎপু লৈসি লৈখোলদু, ঐখোইনা সুমিৎকী থক্ত ভৌনিংই ।৬।

বিভক্তারং হবামহে বসোশ্চিত্রস্য রাধসঃ।

সবিতারং নৃচক্ষসম্ ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ—বসোঃ ( লৈনবগী ওইবা ) চিত্রস্য ( সনা, লুপানাচিংবা ) রাধসঃ ( লনগী ) বিভক্তারম্ ( শরুক এন্থোকপা ) নৃচক্ষসম্ ( মীওইবাসীংবু ডাকলহনবা ) সবিতারম্ ( সবিতাবু ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌই ) ।৭।

অনুবাদ—লৈনবগী কারণ ওইবা লন, মহাকনা এনবা অমসু মীওইববু মান্না ডান্থোকপীবা সুমিৎপু ঐখোইনা কৌই ।৭।

সখায় আনিষীদত সবিতা স্তোভ্যো নুনঃ।

দাতারাধাংসি শুংভতি ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— সখায়ঃ ( ঐখোইগী মরুপ ওইবা হে ঋত্বিক্সা ! ) আনিষীদত ( নখোইনা মাইকৈ অকোইবদা ফম্মু ) নঃ ( ঐখোইগী ) অয়ম্ সবিতা ( সুমিৎ অসে ) নু ( থুনা ) স্তোভ্যঃ ( লৈসিলৈথোনগদবনি ) রাধাংসি ( লন বিবিকপু ) দাতা ( পীনিংহুনা সুমিৎ অসিনা ) শুংভতি ( নিংথিনা ফজনা লৈরে ) । ৮ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ঐখোইগী মরুপ ওইবা ঋত্বিক্সা ! নখোইনা ইকোই কোইনা ফমলো, ঐখোইনা থুনা মহাকপু লৈসিলৈথোম্নরুম ওইবা সুমিৎ অসি ফজনা লৈরে ! ৮ ॥

অগ্নে পত্নীরিহাবহ দেবানা মুশতীরুপ।

ত্বষ্টারংসোমপীতয়ে ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অগ্নে ( হে মৈও ! ) উশতীঃ ( পাম্ববা ওইবী ) দেবানাম্ পত্নীঃ ( লাইসীংগী মতু ) ইহ ( লাই ঈড়াংফম অসিদা ) আবহ ( কৌরকউ ) ত্বষ্টারম্ ( ত্বষ্টাদেবতাবু ) সোমপীতয়ে ( সোমথক্রুবগীদমক ) উপ ( নাক্তা ) আবহ ( কৌরকউ ) । ৯ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! পাম্বরা ওইবী ইন্দ্রাণীনাচিংবী লাইগী পত্নীসীংবু কৌরকউ, ত্বষ্টা কৌবা লাইবু সোমপীথরুবগীদমক ননাক্তা লোইনরকউ ।৯॥

আগ্না অগ্ন ইহাবসেহোত্রাং যবিষ্ঠ ভারতীম্ ।

বরূত্রীম্ ধিষণাংবহ ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অগ্নে ( হে মৈও ! ) অবসে ( ঐখোইবু ঙাক্রবগীদমক) গ্নাঃ ( লাঈগী মতু খিবিকপু) ইহ (লাই ঈড়াংফম অসিদা) আবহ (কৌরকউ ) যবিষ্ঠ ( হে যবিষ্ঠ ! = হে পাখংবা । = হে মৈও ! ) হোত্রাম্ ( হোমতৌনবী মৈগী পত্নীবু ) ভারতীম্ ( ভরত কৌবা মুমিৎকী পত্নীবু ) বরূত্রীম্ মহাকপু বরণ তৌগদবা ওইবী) ধিষনাম্ (বাগ্ দেবী সরস্বতীবু) আবহ (কৌরকউ) ।১০॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! ঐখোইবু ঙাকপীনবগীদমক লাইগীপত্নী খিবিক, মাখোই অহুদি, হে যবিষ্ঠ !—হে পাখংবা ! হে মৈও !—মৈগী পত্নীবু ভরত কৌবা মুমিৎকী পত্নীবু, মহাকপু বরণ তৌগদবা ওইবী বাগ্ দেবী সরস্বতীবু লাই ঈড়াংফম অসিদা কৌরকউ । ১০ ॥

ব্যাখ্যা :—যবিষ্ঠ হাঙ্গৈবা দেবতা অসিবু মিতৈরোনদা পাখ বা কৌই, মফম অসিদা যবিষ্ঠ অসি সায়নাচার্যনা মৈগী মিং ওইনা হাঙ্গি, মিতৈগী পাখংবাসু মৈগী মশক ওইবা মুমিৎকী মঙানবু পাখংবা কৌইসু হাঙ্গি, মাহুদি,—মিতৈগী পুযানা হাঙ্গি,—

১। গুরুনা মপাবু গুরুবু খংবরা ? এংগে হাঙ্গৈহুনা যণ অশিবা ওইনা তুরেলদা তাউথারকই । মাহু উবদা কুপত্রেংনা যণ অপুম্বনি, তুরেলদা হাঙ্গৈরে । অহুদা শেত্রেংনা যণ অপুম্বা ওইরমদঘন্থু য়াই, অহুম্বা থুমকই, অহুম তৌহুনা কুপত্রেং শেত্রেং মাখোই অনিমা ওহাক এংই । অহুম্বা শেনত্রেংনা ওহাক লৈরগা হাঙ্গৈরকই, যণ অপুম্বনাবু মমৈ হুবরা হাঙ্গি । মাহু

তাবলা গুরুনা মমৈ হুমলকই। মাহু উবদা কুপত্রেং, শেনত্রেং অনিনা গুরুনি হাঙ্গবা খংলে। যণ অশিবা গুরুনা ওইবাবু কংকান্দা চিংখৎলে। গুরুনা মুর্তি পান্দুনা যণ অশিবদগী থোরকতুনা শেনত্রেংদা হাঙ্গরকই। নহাক্তি নপা থংই, অতুনা নহাকী নমিংদি পাখংবা কৌও, অসি হাঙ্গনা তাকতুনা শেনত্রেংবু পাখংবা কৌই। কুপত্রেংবুনা সনাঅহিংবা মৈস্নুংদা মহি চেল্লিবা মাল্লি, হাঙ্গহুনা সনামহি কৌই।

২। গুরুনা ওইবা যণ অসিবাবু যেকতবেৎনা যেন্নখি। মানা মানা ফংবা শরুক অহুদগী লৌহুনা মাখোইগী এক মমিং থোন্নাখি। মাহুদি,— ঙৌনা তাংবা খোঁড়া থুই হাঙ্গহুনা কুপত্রেংগী এক মমিং অঙোম কৌই। শেনত্রেংনা নিংথিজবা মীৎ লৌখি হাঙ্গহুনা মানী একপু নিংথৌজা কৌই। পামন্নিংবনা লম্বাইলেন্ফু লৌখি হাঙ্গহুনা লুব্রাং কৌই। লৈশংতাওনা খুমাং লৌখি হাঙ্গহুনা খুমন কৌই। কোলসৌবেননা মৈনা কুপফমগী মখাংবা মল্লিংমল্লিং লাংবা শরুক লৌখি হাঙ্গহুনা মোইরাং কৌই। মাস্নুম তৌহুনা অশংবগা তুমাঙানবগানা চেংলৌমাইথোং মাহুগী মখাওইনা লৈবা থমোই অঙানবগা লৌখি, হাঙ্গহুনা মথংমথং মাখোই অনিগী একপু মথংশিৎনা চেংলৈ খাবা অমস্নু ঙানবা কৌই।

৩। একখল্লাই হাঙ্গবসি তবেৎনি, ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুব্রাং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং, ৬ চেংলৈ, খাবা অমস্নু ৭ ঙানবা। মখোই তবেৎ অসিনি। চেংলৈ খাবা অমস্নু ঙানবগা তিন্নবগা তককনি। অমোক, চেংলৈ খাবনে, ঙানবনে অমস্নু অঙোমনে অহুম তিনসিনলগা মঙাতা ঙাই। মরম অসিনা একখলাইদি তবেৎনি, ৬ নি অমস্নু ৫ নি। মাসিনা বেদবু ব্যাখ্যা তৌব্রিবনি।

ঐখোইনা মথক্তা লৌখৎলিবা মিতৈগী একখলাইগী ব্রারি অসি,— পৌরাণিকী কথানি, হাঙ্গবদি মাইথোলোজিনি, ব্রারি অসিনা হাঙ্গরক্লদবা দ্বিতীয়াষ্টকক্তা সূক্ত ১৬৪ গী ঋগ্‌মন্ত্র ১২। অমস্নু ১৫ মুবা ব্যাখ্যা তৌবনি, মাহুদি,—

পঞ্চপাদং পিতরং দ্বাদশাকৃতিং দিবঃ আহুঃ পরে অর্দ্ধে পুরীষিণম্।

অথেমে অন্য উপরে বিচক্ষণং সপ্তচক্রেষলর আহুরর্পিতম্ ॥১২॥

(ঋঃ ১।২।১৬৪।১২)

সাকং জানাং সপ্তথমাহুরেকজং ষলিদ্যমা ঋষয়ো দেবজা ইতি।

তেষামিষ্টানি বিহিতানি ধামশঃ স্থাত্রে রেজন্তে বিকৃতানিরূপশঃ।১৫॥

(ঋঃ ১।২।১৬৪।১৫)

ঋতু মঙানা মখোঙ ওইবা, তাইবংগী অপোকপা, থা তরানিথোইনা মওং ওইবা, ঈসিং পীবা, চহি কৌবা চক্রবু নিংথৌ লৈপাককী অৱাংথংবা নাক্তা লৈবা হুমিত্তা হাপই। কনাগুম্বনা হাঙ্গবনাবু—অয়ন, ঋতু, মাস, পক্ষ, দিবা, রাত্রি অমসু মুহূর্ত্ত মাখোই তরেৎনা হঞ্জন হঞ্জন উরু-রু লৈবা অমসু ঋতু তরুক্না মচৈ ওইত্নুনা ময়োন্দা লেংসিন্দুনা চহি কৌবা চক্রদা মথন মখা য়াম্বা মচু পুবা হুমিৎপু হাপই।১২।

পোকমিন্নবা ঋতু তরেৎকী মনুংদা তরেৎসুবা ঋতুদি অমত্তনা পোকপনি, অতৈ তরুকতি অনি অনিনা পোকপনি, মাখোই তরেৎমক মওং-মতৌ ফজে, মাগী মাগী মফমদা তোঙান তোঙান লৈ, মশক অমগা অমগা—মাম্নদে, মাখোই তরেৎমক মা মাগী লৈফমদা হঞ্জন হঞ্জন ওই।১৫।

সমীক্ষা ঃ— লৌখৎলিবা ঋগ মন্ত্র অনি অসিগা মিতৈ পুয়াগী এক ষলাইগী রাল্লীগা থানত্নুনা এংবদগী ঐখোইনা খংলে, মাহুদি,—

চহি অমাগী ঋতুবু একষলাই কৌই, মহাকপু মিতৈনা অপোকপা কৌই, মহাক্তি পিতৃগণ হাঙ্গবনি, মরম অসিনা শ্রুতিনা হাঙ্গ "ষড্ঋতবঃ পিতরঃ"—ঋতু তরুকপু পিতৃগণ কৌই, মাহুদি হিম, শিশির, বসন্ত, গ্রীষ্ম, বর্ষা, অমসু শরৎ মাখোই তরুকপু পিতৃগণ কৌই।

থানাত্নুনা এ.বা অসিদগী ঐখোইনা উরে, মাহুদি, বেদনা ঋতুদি তরেৎনি, তরুকনি, অমসু মঙানি, অন্নুমা মখল অন্নুমখোকনা হাঙ্গ,

মাহুম্না ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুৱাং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং, ৬ খাবা অমসু ৭ ঙানবা অপোকপা তরেৎ।

১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুৱাং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং অমসু ৬ খাবা ঙানবা অপোকপা তরুকনি।

১ খাবা, ঙানবা, অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুৱাং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং অপোকপা মঙানি।

শ্রুতিনা "ষড়্ ঋতবঃ পিতরঃ"—ঋতু তরুকতি পিতৃগণ—অপোকপনি, অসুম্না পিতৃগণবু তরুকনি, হায়বদি সুপ্লাক্তা হায়বনি, মাহুদি ৭+৬+৫= ১৮ নি; মহাকপু ৩ না এল্লগা ( ১৮÷৩= ) ৬ নি। অতুনা ময়াইদা—লৌহনা ঋতু তরুকপু পিতৃগণনি, অসুম্না শ্রুতিনা হায়বনি। মরম অতুনা ঋতু তরেৎসু তরুকসু অমসু মঙাসু পিতৃগণনি।

## ঋতুবু ৭নি, ৬নি অমসু মঙানি, অসুম্না বেদনা হায়বা করিগীনো ?

বেদাঙ্গ জ্যোতিষনা হায়,— চহি মঙা মঙাদা অহেনবা থা—মলমাস অনি অনি ওই। মলমাস থোকপা কুমদা থা ১৩ না চহি ওই। বেদনা হায়,—কুম অহুদা ঋতু তরেৎ ওই, তরেৎসুবা ঋতুদি থা অমনা ঋতু অমা সাই। করিগুম্বা কুমদা মাসক্ষয়— থা অমা মাংই ( ৱাৎলি ), কুম অহুদা থা ১১ না চহি অমা ওই। কুম অহুদা থা অনি অনিনা ঋতু অমামম— ওইবদা অরোইবা ঋতুদি থা অমতা ঙাইরে, অতুনা কুম অহুদা ঋতুসু ক্ষয় ওই, কুম অহুদা ঋতু মঙানা চহি ওই। মরম অসিনা পিতৃগণ অপোকপবু মিতৈগী প্রয়ানা ৭ থোকনা, ৬ থোকনা অমসু মঙা থোক্লা খায়দোকপনি।

মথক্তা লৌখৎলিবা বেদগী বিচার অসিবু মিতৈগী প্রয়ানা বীজগণিত কুম্না মশক পান্না পুথোকতুনা ব্যাখ্যা তৌই, মাহুদি

### মলমাস থোকপা।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | কুপত্রেং | — | অঙোম | — | শীতঋতু |
| ২ | সেনত্রেং | — | নিংথৌজা | — | বসন্তঋতু |
| ৩ | পাম্বরিংবা | — | লুৱাং | — | গ্রীষ্মঋতু |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৪ | লৈশংতাউ | — | থূমন | — | বর্ষা ঋতু |
| ৫ | কোনসোৗবেন | — | মোইরাং | — | শরৎ ঋতু |
| ৬ | অশংবা | — | থাবা | — | হেমন্ত ঋতু |
| ৭ | তুমাঙানবা | — | ঙানবা | — | ” ” |

——(০)——

## মলমাস থোক্তবাকুম।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | কুপত্রেং | — | অঙোম | — | শীতঋতু। |
| ২ | শেনত্রেং | — | নিংথোজা | — | বসন্তঋতু। |
| ৩ | পাম্মরিংবা | — | লুৱাং | — | গ্রীষ্ম। |
| ৪ | লৈশংতাউ | — | থূমন | — | বর্ষা। |
| ৫ | কোনসোবেন | — | মোইরাং | — | শরৎ। |
| ৬ | অশংবা-তুমাঙানবা | — | থাবাঙানবা | — | হেমন্ত। |

——(০)——

## মাস অমসু ঋতু মাংবা কুম।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | অশংবা, তুমাঙানবা, কুপত্রেং | — | থাবাঙানবা অঙোম | — | শীতঋতু। |
| ২ | শেনত্রেং | — | নিংথোজা | — | বসন্ত। |
| ৩ | পাম্মরিংবা | — | লুৱাং — | — | গ্রীষ্ম। |
| ৪ | লৈশংতাউ | — | থূমন — | — | বর্ষা। |
| ৫ | কোনসোবেন | — | মোইরাং — | — | শরৎ। |

মথক্তা ইবিবা অসিগী মতুংইন্না মিতৈনা অপোকপা, ঋতু, মাসবু চৎনৈ। মিতৈগী থাবা যাদবা অরুবা ধর্ম্মদি যেক মশেন লৌনবা য়াদে। মরম অহুনা থাবনে ঙানবনে অমসু অঙোমনে মাখোই অহুম অসি লৌনবা যাদে।

## গুরুনা যণ অশিবা ওইহুনা তুরেনদা তাউথারকপা।

গুরুনা যণ অশিবা ওন্দুনা মপাবু খংবরা? এংগে হাঙ্গৈহুনা তুরেনদা তাওথারকই, হাঙ্গৈবদি গুরুনা সুমিৎনি যণনা সুংসা হাঙ্গৈবনি, দক্ষিনায়নদা সুমিৎনা নোংমা নোংমগী মখায়োমদা মথংমথং চৎথখিবাগী মতুংইন্না নিংথম-থাদা ঈঙথারকপবু হাঙ্গৈবনি।

গুরুনা ওইবা ষণ অশিবাবু কুপত্রেং, শেম্রেং অনিনা এৎই, কুপত্রেংনা ষণ অপুম্বনি তুক্কচৈ, হাঙ্গৈবগী অর্থদি,—কুপত্রেংদি শীতঋতুনি, নিংথমথা—শীতঋতুদা হিমপ্রধান দেশ—মিতৈলৈপাকতা মুমিং থোকনি হাঙ্গৈবতামগাইবা মৈশাদি ইয়াও য়াওরক্কবা অতুদা মুমিং অসি মাগী মৈশা শিরে, ঈংলে, হাঙ্গৈবনি। কুপত্রেংনা বসন্তঋতুনি, মানা ঙাইখো শিদবাসু য়াই, হাঙ্গৈবদি বসন্তঋতু য়ৌরগা শিরিবা ঈংলবা মুমিং অসি হিংগৎলকখিগনি, সারকখিগনি, ঙাইখো হাঙ্গৈবনি।

শেমত্রেংনা উহাক লৈরগা হাঙ্গৈরকই, ষণ অশিবনাবু মমৈ হুম্বরা? হাঙ্গৈবদি বসন্তঋতু চংবা হৌরগা মুমিংকী মঙান থজিক্কং হেনগৎপা হৌবা উরগা মুমিং অসি শিরবদি করিগী মঙান অসি শাবা হেনগৎকদগে? অমসু অমোক অব্রাংলোমদা হেনগৎলকইবসি শিদবনি হাঙ্গৈবনি। অতুদগী মথং মথং মমৈ হুমগৎলকলে—মথং মথংমথং মুংসাগী অশাবা হেনগৎলকলে।

গুরুনা ওইবা ষণবু এক তরেৎনা এনখি মানা মানা ফংবা শরুক অতুদগী লৌতুনা মাখোইগী এক মমিং থোনখি, হাঙ্গৈবদি মথক্তা লৌখৎখ্রবা (ঋগ্‌বেদ ১।২।১৬৪।১২—১৫) মন্ত্রনা মুমিংকী মঙানবু ঋতু ৭। ৬ অমসু ৫ থোকনা এনথোকতুনা ঋতু খাইদোকই, ঋতু অতু অমামন্না পিতৃ অমামম ওইতুনা পিতৃগণ ৭।৬।৫ থোকপাবু হাঙ্গৈবনি। মরম অসিনা শুক্লযজুর্বেদ কণ্ডিকা ৩২ মন্ত্র ৮-না ঋতুবু পিতৃগণনি, হাঙ্গৈতুনা খুৎমই, মাতুদি,—

নমোবঃ পিতরো রসায় নমোবঃ পিতরঃ শোষায় নমোবঃ পিতরো জীবায়, নমোবঃ পিতরঃস্বধায়ৈ নমোবঃ পিতরো ঘোরায় নমোবঃ পিতরো মন্যবে নমোবঃ পিতরঃ পিতরোনমোবো গৃহান্নঃ পিতরো দত্ত স তোবঃ পিতরো দেষ্মৈ তদ্বঃ পিতরোবাস আধত্ত॥ ৩২ ॥

১। হে পিতৃগণসা! রসগী মশক ওইবা বসন্তঋতু নংবু খুৎমজে।

২। হে পিতৃগণসা! থবাইপানবা পুম্ববু কংসনহনবা গ্রীষ্মঋতুবু খুৎমজে।

৩। হে পিতৃগণসা! থবাইপানবাবু হিংহনবা বর্ষাঋতু নংবু খুৎমজে।

৪। হে পিতৃগণসা! স্বধাগী মশক ওইবা শরৎঋতুবু খুৎমজে।

৫। হে পিতৃগণসা! থবাইপানবা পুম্বাবু ৱাহনবা হেমন্তঋতুবু খুৎমজে।

অ হে পিতৃগণসা! থরাইপানবা, পুষ্বাবু রাহনবা শিশির কৌবা ঋতু নহাকপু থুরুমজে।

মাস্তম তৌহনা পিতৃগণবু ঋতু তরুকী মশক ওইনা থুরুমই।

**অসম্বা ব্রাকম** ঃ— পিতৃগণবু মিতৈরোনদা একবলাই, অপোক্কপা, কৌই। মাথোই অসিগী মশক্তি ঋতুনি, মাহুগী মতুংদা নিংথোজা একী অপোক্কপদি শেক্রেং পাখংবনি, মহাক্তি বসন্ত ঋতুনি। পাখংবাবু মিতৈনা বৈদিক সংস্কৃততা 'যবিষ্ঠ' কৌরমই,—আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিদা মৈবু 'যবিষ্ঠ' হাঙ্গনা কৌবা অসি, মিতৈরোনদা শেক্রেং পাখংবাবু হাঙ্গবনি।

ব্রাকম অসিদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মহাভারত শান্তিপর্ব্বগী মতুংদা মোক্ষ ধর্ম্মপর্ব্ব অধ্যায ৩৪২ দা সন্দোকপা ব্যাখ্যা অমা তৌই, মাহুদি,—

নিদর্শনমপিহত্র ভবতি ॥ ৭ ॥

বিষয অসিদা শ্রুতিগী দৃষ্টান্তসু লৈ,—

"নাসীদহোন রাত্রীরাসীন্ন সদাসীন্না সদাসীৎতম এব পুরস্তাদ্ বিশ্বরূপস্য রজনীহি এবমস্যার্থোঽনুভাষ্যঃ ॥ ৮ ॥

তাইব'মপুনা তাইবং অসি সেমদরিঙৈ— প্রলয় ওইরিঙৈদা অযুক নুংথিন লৈরমদে, অহিংসু লৈরমদে, অওইবা (সৎ) ওইদবা (অসৎ) সু লৈবমদে, সুপনাগী অমম্বতা মনাক্তা লৈরমই, মহাক্তি বিশ্বাত্মাগী অহিংনি, মাসিগুম্বা শ্রুতি অসিবু হাঙ্গদবনি, অমসু খংগদবনি ॥ ৮ ।

"তস্মেদানীংতমসঃ সম্ভবস্য ব্রহ্মযোনে ব্রহ্মণঃ প্রাদুর্ভাবে স পুরুষঃ প্রজাঃ সিসৃক্ষ মাণো নেত্রভ্যামগ্নীসোমৌসসর্জ। ততো ভূতসর্গেষু সৃষ্টেষু প্রজাক্রমবসাদ্ ব্রহ্মক্ষত্র মুপাতিষ্ঠৎ। যঃ সোমস্তদ্ ব্রহ্ম যদ্ ব্রহ্মাতে ব্রাহ্মণা যোঽগ্নি স্তৎক্ষত্রং ক্ষত্রাদ্ ব্রহ্ম বলবত্তরম্ ॥ ৯ ॥

ঈশ্বরনা মাযাগা তিন্নাহনা ব্রহ্মযোনি পুরুষ ওই, পুরুষ অসিদগী ব্রহ্ম পোকই, মতম অতুদা পুরুষনা প্রজা সেমগে নিংজনা মহাক্কী মীৎনা মৈ (সূর্ষ্যিৎ) অমসু সোম পোকই। মাস্তম তৌহনা ভৌতিক সর্গগী সৃষ্টি ওইরবা তুংদা প্রজাসীংগী থোকপা মতম ওইববদা মশংমথং—অকোন অহান নাইবা ব্রহ্ম অমসু ক্ষত্র থোরকই। সোম, মহাক্তি ব্রহ্মনি, ব্রহ্মনা ব্রাহ্মণ ওই।

মৈনা (সুমিৎনা) ক্ষত্র ওই, ক্ষত্র মহাক্তি ক্ষত্রিয়নি। ক্ষত্রিয়দগী ব্রাহ্মণনা মন্তিক মগুণ চাওবা হেল্লি। ৯ ॥

মহাভারত, অহানবা হেক হৌবা আদিপর্ব্ব প্রথমাধ্যায়দা সুমিৎকী মঙান মৈ সুংসানা ক্ষত্রিয়বংশ পোকপা অসি, সম্বোকনা ব্যাখ্যা তৌই, মাহু পাঠকসীংগী সুগুইনবা লৌখৎলি,—

দিবঃ পুত্রো বৃহদ্ভানুশ্চক্ষুরাত্মাবিভাবসুঃ।
সবিতাসঋচীকোঽর্কো ভানুরাশাবহোরবিঃ॥
পুত্রাবিবস্বতঃ সর্ব্বে মহ্যস্তেষাং তথাবরঃ।
দেবভ্রাট্ তনয়স্তস্য সু ভ্রাড়িতি ততঃ স্মৃতঃ॥
সুভ্রাজস্ত্রয়ঃ পুত্রাঃ প্রজাবন্তো বহু শ্রুতাঃ।
দশজ্যোতিঃ শতজ্যোতিঃ সহস্রজ্যোতিরেবচ॥
দশপুত্র সহস্রাণি দশজ্যোতের্মহাত্মনঃ।
ততোদশগুণসাশ্চান্যে শতজ্যোতেরিহাত্মজাঃ॥
ভূয়স্ততোদশগুণাঃ সহস্রজ্যোতিষঃ সুতাঃ।
তেভ্যোঽয়ং কুরুবংশশ্চ যদূনাং ভবতস্যচ॥
যযাতীক্ষ্বাকু বংশশ্চ রাজাষণাঞ্চ সর্ব্বশঃ।
সম্ভূতাবহবো বংশা ভূতসর্গাঃসুবিস্তরাঃ॥

অনুবাদ:—মমাঙৈদা দিবঃপুত্র, বৃহৎ, ভানু, চক্ষুঃ, আত্মা, বিভাবসু, সাবিতা, ঋচীক, অর্ক, ভানু, আশাবহ অমসু রবি, হাঙ্গৈখ্রবা মিং পুম্বা অসি বিবস্বান্গী মিং ওাক্তনি। অরোইবা মিং 'রবি' অসিদি মহ্য (মহী-পৃথিবীদা গর্ভ পীবা, অমসু মহাকপু পূজা তৌগদবা হাঙ্গৈবনি)। মহাক্কী মচানা দেবভ্রাট্ কৌই, দেবভ্রাট্কী মচানা সুভ্রাট্ কৌই। সুভ্রাট্কী মচা অহুম পোকই, মাখোই অহুম্মক মচা যাম্না পোকই, অমসু শাস্ত্র য়াম্না হৈ, মাখোই অহুমগী মিংদি,—দশজ্যোতি, শতজ্যোতিঃ অমসু সহস্রজ্যোতিঃ কৌই। মহাত্মা ওইবা দশজ্যোতিনা মচা লীসিংতরা পোকই, শতজ্যোতিনা শরুক তরা হেন্না—মচা লাখ অমা পোকই, অমোকসু মাগোন্দগী শরুক তরা হেন্না সহস্রজ্যোতিনা মচা লাখ তরা পোকই। হাঙ্গৈখ্রবা মন্নাম

অসিদগী কুরুবংশ, যদুবংশ, ভরতবংশ যযাতি অমসু ইক্ষ্বাকু বংশ অমসু অতোপ অতোপ্পা রাজর্ষিবংশপুম্বা সন্দোকই, মাসুম তৌহুনা মাখোইগী বংশ ময়াম সন্দোকতুনা চাওরবা ভাইবংপানবা অসি থম্না ভূতসর্গ অসি ওই।

**মথক্তা হাঙ্গৈখ্রবা রাকম পুম্বগী অনুপ্পা রাকম।**

ঐখোইনা হুজিক্তি বেদব্যাসমকনা তৌবা বেদগী ব্যাখ্যাদগী সংসংনা খংলে, মাহুদি, হুমিংকী মঙান মৈদগী সংক্ষত্রিষ পুম্নামক অসি পোকপনি, অম্মুম্না বেদনা সংসংনা তাকই, মাদুদি হুজিক কলি কৌবা যুগ্ অসিদদি মণিপূর নত্তবা মফমদদি ব্রাকম অসি ওম্না কাওনখরে, সুপনা মিকৈলৈপাক মণিপূরগী প্রাচীন অধিবাসী মিতৈনা কাওদবি। ঐখোঙ্গৈনা শেংনা, চাওখোকনা হাঙ্গৈবা ওমই, মতম অসিদা মিতৈমরুম শেংবা বেদ চৎপা পৃথিবীদা অনিসুদে।

মিতৈনা মলমাস থোকপা চহি এংহুনা ঋতু তরেৎথোকনা থাইহুনা যলাই সুমিংকী মঙান মুংশাগী মপু লাই তরেৎথোকনা খাইদোকই, শীত ঋতুবু অঙোম, বসন্তবু নিংথৌজা, গ্রীষ্মবু লুৱাং, বর্ষাবু খুমন, শরৎপু— মোইবাং, হেমন্তবু অনিথোকনা খাইদোকতুনা খাবা, অমসু ঙানবা, অম্মুম্না খাইদোকই, শিশিরবু অঙোম কৌই। চুম্নাগী চহি থা ১২ না সাংবগীনা খাবা অমসু ঙানবা অনি তিনসিন্দুনা খাবাঙানবা কৌই, মাসক্ষয় ওইবা কুমগী এংহুনা ঋতু মঙাতা ঙাইরবগীদমক হেমন্ত অমসু শীতঋতু অনিনা ঋতু অমতা ওইহুনা অঙোম খাবাঙানবা অম্মুম্না ঋতু মৃঙাতনা ওই। অসিগুম্না বেদগী অর্থসি মিতৈ নত্তবা জীব অমত্তানা খংদবে।

অভিনোদেবীরবসামহঃ শর্মণানৃপত্নী।

অচ্ছিন্নপত্রাঃ সচন্তাম্ ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অসিন্নপত্রাঃ (মশাকক্তবী— থুনা চৎপী) নৃপত্নীঃ (মীওইবাবু ঙাকপিবী) দেবীঃ (লাইগী মুপী— লাইরমাসীংনা) অবসা (ঙাকপিহুনা) মহঃ শর্ম্মণা (য়াম্না মুঙাইবগা লোইননা) নঃ (ঐখোঙ্গৈবু) অভিসচন্তাম্ (পেনবিসমু)। ১১ ॥

অনুবাদ :— মশা পানবাগুম্বী—থুনা চৎপী লাইগী মুপীসীংনা ঐখোইবু ঙাকপিহুনা অমসু মুঙাইহনবিহুনা পেনবিসমু। ১১ ॥

ইহেন্দ্রাণীমুপহ্বয়ে বরুণানীং স্বস্তয়ে।

অগ্নায়ীং সোমপীতয়ে ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— ইহ ( ঐখোঙীনা তৌরিবা থবক অসিদা ) স্বস্তয়ে ( ঐখোঙীগী অমাংবা ওইদনবাগীদমক ) সোমপীতয়ে ( সোমরস থক্লাবগী-দমকসু ) ইন্দ্রাণীম ( ইন্দ্রগী পত্নীবু ) বরুণানীম্ ( বরুণগী পত্নীবু ) অগ্নায়ীম্ ( অগ্নীগী পত্নীবু ) উপহ্বয়ে ( ঐনা কৌজরি )। ১২ ।

অনুবাদ ঃ—ঐখোঙীনা তৌরিবা থবক অসিদা ঐখোঙীবু ঙাকপিনবগী দমক অমসু সোমরস থক্লবগী দমকসু, ইন্দ্রাণী ইন্দ্রপত্নী, বরুণানী—বরুনপত্নী, অগ্নায়ী—মৈগী পত্নীবু ঐনা কৌজরি। ১২ ॥

মহীদ্যৌঃ পৃথিবী চন ইমং যজ্ঞং মিমিক্ষতাম্।

পিপৃতাংনোভরীমভিঃ ॥ ১৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—মহী ( অচৌবী ) দ্যৌঃ ( দ্যুলোক দেবতানা ) পৃথিবীচ ( লৈপাকলৈমদেবতানাসু ) নঃ ( ঐখোঙীগী ) ইমম্ যজ্ঞম্ ( যজ্ঞ অসিবু ) মিমিক্ষতাম্ ( মহাক্কী ম'চিওইবা রস থিকথাবিসনু ) ভরিমভিঃ ( য়োক্লবা খিবিকনা মরম ওইদুনা ) নঃ ( ঐখোঙীবু ) পিপৃতাম্ ( থলহনবিসনু )।১৩॥

অনুবাদ ঃ—চাওরবা অতিয়া অমসু লৈপাক লৈমানা ঐখোঙীবু যজ্ঞগী রসনা চোৎহনবিসনু, অমসু য়োকপিদুনা ঐখোঙীবু মপুং ফাহনবিসনু।১৩॥

তয়োরিদ্ঘৃতবৎপয়োবিপ্রারিহন্তিধীতিভিঃ।

গন্ধর্বস্য ধ্রুবেপদে ॥ ১৪ ॥

গন্ধর্বস্য ( গন্ধর্বগী ) ধ্রুবেপদে ( লেংদবা লৈফম—অন্তরিক্ষলোকতা) তয়োঃইৎ ( লৈপাকনে নিংথৌনে অনিগী মড়ী লৈনবা ) পয়ঃ ( ঈসিংবু ) ঘৃতবৎ ( থৌগুম্না ) বিপ্রাঃ লাইরিক হৈবা ব্রাহ্মণসিংনা ) ধীতিভিঃ (মাখোইগী কর্ম্মনা মরম ওইদুনা ) রিহন্তি ( থক্লই )। ১৪ ॥

অনুবাদ ঃ—মী মহাক্কী তৌজমননা মরম ওইহনা অতিয়ানে লৈপাকনে অনিগী মরক অন্তরীক্ষ কৌবা লোকতা লৈহনা জ্ঞান লৈবাসীংনা মীওম্বা ঈশিং থকই। ১৪ ॥

স্যোনা পৃথিবি ভবানৃক্ষরানিবেশনী।

যচ্ছানঃ শর্ম সপ্রথঃ ॥ ১৫ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—পৃথিবি (হে পৃথিবী!) স্যোনা (পাক্লবা হুডাইবা গুণচেনবী) অনৃক্ষরা (তিংখং লৈতবী) নিবেশনী (লৈনফম) ভব (ওইয়ু) সপ্রথঃ (অপাকপা) শর্ম্ম (লৈনফম অফবা) নঃ (ঐখোঈদা) যচ্ছ (পীয়ু)।১৫॥

অনুবাদ ঃ—হে লৈপাক লৈমা! নহাকনা অপাকপা গুণচেনবী, হুডাইরবা, তিংখং লৈতনা ওইয়ু, ঐখোইদা অফবা লৈনফম অপাকপা পীয়ু। ১৫ ॥

অতো দেবা অবন্তু নো যতো বিষ্ণুর্বিচক্রমে।

পৃথিব্যাঃ সপ্তধামভিঃ ॥ ১৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বিষ্ণুঃ (পরমেশ্বরনা) সপ্তধামভিঃ (গায়ত্রীনাচিংবা ছন্দঃ তরেৎনা মরম ওইহনা) পৃথিব্যাঃ সতঃ (পৃথিবীগী মফম অহুদগী) বিচক্রমে (খোঙথাং যাম্না থাংহনা চৎখিবা) অতঃ (অসিগুম্বা পৃথিবী মফম অসিদগী) নঃ (ঐখোইবু) দেবাঃ (লাইখিবিক্না) অবন্তু (ঙাকপিসনু)।১৬।

অনুবাদ ঃ—তাইবংপানবগী মপু বিষ্ণুনা পৃথিবীগী মফম অহুদগী হৌহনা গায়ত্রীনাচিংবা ছন্দঃ খিবিকনা মরম ওইহনা খোঙথাং ময়াম থাংহনা চৎখি, অসিগুম্বা পৃথিবী অসিদগী ঐখোইবু লাইখিবিকনা ঙাকপীসনু। ১৬ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—প্রসিদ্ধ ভাষ্যকার সায়ণাচার্যনা "সপ্তধামভিঃ" ধাম তরেৎনা হায়বদা ছন্দঃনা মরম ওইহনা অহুম্না তৈত্তিরীয় সংহিতা ২।৫।২।১ না প্রমাণ ওইহনা হায়। মাহুদি,— "বিষ্ণুমুখাবৈদেবা শ্ছন্দোভিরিমাঁল্লোকান্ অনপজয্যমভ্যজয়ন্।" অসিনি। ভারতীয় পণ্ডিত পুম্নামকনা সায়ণাচার্যগী মত অসিবু ওম্বা ইয়ায়ানিংবা ওইনা মত পীনৈ, মাহুদা ঐখোইগীহু

থোইদোকপা মর্য্যাদরে, হায়বা মত লৈতে। ঐখোইনা পাম্বা মত অমদি লৈ, মাহু পাঠকসীংদা উৎনিংই, মাহুদি,—আলোচ্য ঋক্ অসিদা হায়রিবা 'বিষ্ণুঃ' অসি সূর্যনি, মহাক্কী সপ্তধাম হায়বদি মফম তরেৎতা ওইবা মঙান তরেৎ' ওইহুনা বিষ্ণু—সূর্যনা চহি অমদা থোকই, হায়বনি, অহুনা "সপ্তধাম" পদ অসিনা ঋতু তরেৎপু খংনাগনি। মাহুদি,—

সাকংজানাং সপ্ততথমাহুরেকজং ষলিদ্যমাঋষয়ো দেবজা ইতি
তেষামিষ্টানি বিহিতানিধামশঃ স্থাত্রেরেজন্তে বিকৃতানিরূপশঃ ॥
(ঋগ্ ১।২।১৬৪।১৫)

পোকমিন্নবা ঋতু তরেৎকী মনুংদা তরেৎসুবা ঋতুদি অমত্তনা পোকপনি, অতৈ তরুকতি অনিঅনিনা পোকপনি, মাখোই তরেৎমক মওংমতৌ ফজে, মাগী মাগী মফমদা তোঙান তোঙান লৈ, মশক অমগা অমগা মান্নদে মাখোই তরেৎমক মা-মাগী লৈফমদা হঞ্জন ২ ওই, অসিনি। মাহুদি ঐখোইনা উৎখরে,—

১ বসন্ত—নিংথৌজা, ২ গ্রীষ্ম—লংবাং, ৩ বর্ষা—থুমন, ৪ শরৎ—মোইরাং, ৫ হেমন্ত—খাবাঙানবা, অমসু ৬ শিরশির—অঙোম, ঋতু তরুক অমসু মলমাস থোকপদনা হেমন্তদা—অনিথোকনা থাইদোকতুনা ঋতু তরেৎ ওইহুনা থাবা অমসু ঙানবা ওই।

মতম অসিদা আর্যজাতিসীংদা মিতৈদগুম্না একবলাই থাইবদি উনফে, মুপনাগী মিতৈতদা থাই, মরম অসিনা ঐখোইনা অনুমান তৌই; মাহুদি ভারততা বৌদ্ধনা চহি লীসিং অমারোম চুপনা থুমহুনা লৈবনা অমসু আর্যসীংনা ব্রাহ্মণ্য ধর্ম্ম চৎলবদা গোত্র বরণ তৌথিবগানা মাখোইনা এক বলাই অসি কাওথিবা ওইগনি। নত্তনাদি বেদপুরাণনাচিংবা হিন্দুগী শাস্ত্র পুরাস্বকতা ইঙান ঙাম্না লৈরিবা, মুমিংচুপ্না পিতৃবন্দনা তৌবদা পিতৃগণ অনিবু হিন্দু পুরামকনা স্তুতিগী থুরুপ্পনা কাওদরি, অত্তুগী মা-মাগীদি এক বলাই অসিনি হায়বা অসিতা কাওখিনবগী মরম লৈতে। 'নহি বেদাঃ কলৌযুগে' হায়বা অহু মসিনি, বেদদি মাংদবা, কলিযুগ ওইবগী বেদনা ফুরাইনবা ওইগনি।

মতম অসিদা ভাষাবিজ্ঞানগী ঔপমিক ভাষা তম্বগী শাস্ত্রনদা মী মখল তরেং থাইদোকই, মাহুম্ব একমলাই তরেং অসি নত্তে, মাহুদি,— ১ ভারতীয় আর্য্যসীং, ২ পারস্যবাসী আর্য্যসীং ৩ ইংরাজ মাতুম্বা জর্ম্মনসীংগী পূর্ব্বপুরুষ টিউটন ( Tuton ) জাতি, ৪ রশিয়া দেশবাসী, শ্লাভনিয়ান ( Slavonian ), ৫ ফ্রান্সনাচিংবা দেশদা লৈবা কেল্ট ( Kelt ) জাতি, ৬ গ্রীশদেশবাসী পিলাসজী ( Pelasgii ) অমস্থ— ৭ ইতালিদা লৈবা রোমান ( Roman ) জাতি, মাখোই তরেং অসিনি। মাখোই হাঙ্গখুবা জাতি তরেং অসি তোঙান তোঙনবা পিতৃগণগী থাবা তরেং অদু ওইবাদু মাই, তৌইগুম্বম্ব কনানা করম্বা পিতৃগণগীনো ? অসুম্বা তোঙান তোঙানা খংনবা উপায় লৈতে।

হুজিকী মতমদা হিন্দু পুম্নামকনা, মহাক মহাকী গোত্র অমামম লৈলৈ মাহুদি,— মী মখোইবু ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গনবাগীদমক্তা মী পুম্নামকনা ঐদি গোত্র অহুনি, হাঙ্গনবাতনি, মরমদি ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গনা নিংত্রবদি বেদনা তোহাঙ্গহুনা তাকপা ধর্ম্ম অমত্তা, ইরুজবা, চাকচাবা ফাউবা য়াদে, মরম অহুনা হিন্দুনা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তং তৌরমদাইদা মা-মাগী গোত্র অহু হাঙ্গহুনা ঐ গোত্র ব্রাহ্মণ অহুগী থাবানি, হাঙ্গ। ব্রাহ্মণমু মাগী গোত্র অহুগী থাবানি, হাঙ্গদবা য়াদে, মরমদি পোকপা হাঙ্গবাসিদ্দি জাতি অশেংবনি, হাঙ্গবা কনাম্থ খংবা ওমদে, অহুনা ঐদি ইপা অহুনা পোক-পনি, ঐ ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গবা যাদে, মবমদি জাতি শঙ্করদি কনানামু খংদে অহুনা মশা মশানা ঐ ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গনা নিংলভদা ব্রাহ্মণ ওই, মরম অসিনা "যে যজামহে" অসুম্বা বেদনা ঐ ব্রাহ্মণনি হাঙ্গহুনা হোম তৌই, মাদু বেদমকমাবু মাবু ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গনা তশেংনা হাঙ্গবা ওমদে, মরমদি পোকপা হাঙ্গবসিদি চপ মাম্নে. কনানা মচানো ? খংদে, মী মহাক্কা ঐদি ব্রাহ্মণনি, নিংত্রবদি ব্রাহ্মণ ওইবা য়াদে। মরম অসিনা বৈদিক কর্ম্ম অমা তৌগদবা লৈরবদি মী অতনা হায়না গুরুদগী গোত্রবরণ তৌই, মী অদু গোত্রবরণ তৌখ্রবদি, ক্ষত্রিয় ওইরবাসু মাবু কৌবদা "ব্রাহ্মণ" হাঙ্গনা কৌই। অদুগা দীক্ষা অহু থাদোক্লগা মাবু ব্রাহ্মণ হাঙ্গনা কৌবা অহু তৌকই। য়াজিগী মরমদা পোইদোকপা অমদি যজ্ঞগী দীক্ষা তৌবা মতমদা যজমান

অচুনা মিতৈ লৈপাক বণিপূরদা মমাই গুন্দ্রবদি দীক্ষা তৌবা য়াদে, পাঠকী মুঙাইনবগীদমক বৈদিকী দীক্ষা তৌবগী হৌনবী থরদং ইরি,—

অক্সতরুক্কা লোইমনা বেদ তম্নবা ব্রাহ্মণ লৈবা লমদা যাগ তৌগনি, অচুগুম্বা অশেংবা লম অচুদা শেংদোক্লগা নোংচুপথংবদা অহিংদা খোঙচোং শুপী কৌবা থব্রানমচাক সযোমনা লৈন্নুংদগী খোরকপদা খুদোল ৮৬ খ্রাংথৎ-লকপদা ম্বা অচুম্বা অমনা থিল্লগা ম্বা অচু মফম লেংদনা থমগনি। ম্বা অচুবু প্রাগ্‌বংশ কৌই। খুচুম পাইসিনবা খুচুপ তবানিথোই নত্রগা তরা, পাকপা অমসু সাংবা চিথেক মবি নাইবা য়ুম অমা সাগনি, মাইকৈ মবিদা খোঙ মরি ফাংকনি। য়ুম অসিবু প্রাচীন বংশশালা কৌই। মরমদি ঙসাই হান্নমা থনলিবা খোঙচোংশুপীদা মতোননা থিনবা প্রাগ বংশ, কৌবা ম্বানা য়ুম অচুগী ময়াইদা লৈবা মথমনা মমিং অসি থোল্লিবনি।

অচুগী মতুংদা যাগগী পোৎলম লাংবা লোইববা যজমান অচুনা হৌনবী মতুংইন্না মশম-মনা খুজিন-খুয়া শেংদোক্লগা হৌনবী মতুংইন্না মঙ্গল স্নান তৌগনি। কত্রংগী ফি অমা সেৎ, অমা ইন তৌচুনা মাগী মরুপমপাং যাগৈ ঙাইসীংনা কোঙ্গনা ফমচুনা মাবু থাগৎতুনা মুঙাইহন্দুনা ফমগনি। ঋত্বিক্ ব্রাহ্মণনা তীর্থ জলন অশেংবা দর্ভনা লুপতুনা মার্জ্জন তৌগনি। পুরোহিতনা যজমাননা অচুবু মখূৎ ওইদা পাইচুনা অশেংবা বেদমন্ত্র মযাম ঠিচুনা নোংপোকথংবা থো লোমদা প্রাচীনবংশ শালাদা পুশিন্দুনা ফমহনলগা দীক্ষা তৌহনগনি, 'দীক্ষণীয়েষ্টি' তৌচুনা অগ্নিবৈষ্ণব একাদশকপাল পুড়োডাশ নির্বপণ তৌগনি। অসিনাচিংবা দীক্ষণীয়েষ্টি তৌবদা তৌবা হৌনবা থবক লোইরগা লাই অমসু মীবু ম্বা অসি হাঙ্গৈচুনা তাহনগনি, মাচুদি,— "অদীক্ষিষ্টায়ং ব্রাহ্মণঃ" অসিনি, দীক্ষা ফংলবা মী অচুনা ক্ষত্রিয় নত্রগা বৈশ্য ওইরবাসু "ব্রাহ্মণ অসি দীক্ষা তৌরে" "অদীক্ষিষ্টায়ং ব্রাহ্মণঃ" অসি হাঙ্গৈগনি। মী অচুনা মাগী দীক্ষা অচু থাদোক্তরিবা মথৈ, ব্রাহ্মণ ওই। অচুনা গোত্র হাঙ্গৈবা অসিদি গুরুনা নদি মাগী গোত্র অচুনি, হাঙ্গৈচুনা ভাক্লবা অচুনা মানা তৌগদৌরিবা থবক অচুদা মাগী গোত্র অচু হাঙ্গৈচুনা সংকল্প তৌবা অচুদি থবক তৌবা যানবা মাবু ব্রাহ্মণনি. হাঙ্গৈবনি, থবক অচু লোইরগা মাগী হান্নগী অচুমক হঞ্জনলি। গোত্র অচুনা মাগী পুকোক্লি,

ধারানি হাঙৈবা নত্তে, মাসি ত্রেতাদগীস্থ হৌরকপনি, একযলাইদি মা-মাগী পুকোকনি। একযলাই তরেৎ নাইরিবা অসিদি মাখোই অত্থু মা-মাগী পুকোক অত্থুগী মতুংইন্না খরা ২ শক্তাদা লিন্দাদা রাভাং রাতাদাবু ওইরবস্থ খন্না ২ ইরৈলৈ. মাসি মিতৈ লৈপাক মণিপুরতগী ইখ্রাইগা মান্নাদবা মণিপুরতদা তৌবা বেদ চৎপা কাংবুনি, হাঙৈবগী খুদম মিতৈতদা ছুজিক ফাউবা উবা ফংই, ভাষাবিজ্ঞানগী পানগননা ইউরোপিয়ান স্কোলারনা খনলিবা মী মখন তরেৎ অসিস্থ সোইদনা একযলাই তরেৎ ওইরমগনি, হাঙৈবদা হাঙৈমনবা থোকলোই। তৌইগুম্বস্থ মিতৈগুম্না মী অসিদি মাগী যলাইদি অত্থুনি, হাঙৈনা মাহৌশাগী ওইনা চৎনাবদি মিতৈতদা লৈবা উই।

রাফম অসিদা মহাভারত বনপর্ব্বদা অজাগরগা যুধিষ্ঠিরগা ভাংনবা রাফমনা অমোক হন্না চেৎসিন্নবা লৌখৎলি,—

## সর্প উবাচ।

ব্রাহ্মণঃ কোভবেদ্ রাজন্ বেদ্যং কিঞ্চ যুধিষ্ঠির।
ব্রবীহ্যতি মতিং ত্বাংহিবাক্যৈরনুমিমীমহে— ॥ ২০ ॥

লিননা হাঙৈ,—যুধিষ্ঠিব নিংথৌও! করম্বা মীনা ব্রাহ্মণনো? খংগদবানা করিনো? মাত্থু হাঙৈয়ু, নংগী নৱানা খংই, নহাকপু বুদ্ধি য়াম্না ফবনি, হাঙৈনা নিংই। ২০ ॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

সত্যং দানং ক্ষমাশীলমানৃশংস্যতপোঘৃনা।
দৃশ্যন্তে যত্র নাগেন্দ্র স ব্রাহ্মণ ইতিস্মৃতঃ ॥ ২১ ॥
বেদ্যং সর্প পরংব্রহ্ম নির্দ্দুঃখমসুখঞ্চযৎ।
যত্র গত্বানশোচন্তি ভবতঃ কিংবিবক্ষিতম্ ॥ ২২ ॥

যুধিষ্ঠিরনা হাঙৈ,—হে লিন নিংথৌও! সত্য, দান, ক্ষমা, সচ্চরিত্র, কোমলতা, তপস্যা অমস্থ দয়া গুণসীং অসি লৈবা মী অত্থু ব্রাহ্মণনি। ২১॥

অমস্থ হে লিনও! মহাক্তি অৱাবা মুভাইবা লৈতবা, মাবু ফংলবদি অমোক হন্না কাঙৈনাবগী অৱাবা লৈতবা মাত্থবু পরব্রহ্মনি, হাঙৈনা খংগদবনি, রাফম অসিদা নহাকী হাঙৈনিংবা করি লৈরিবগে? হাঙৈয়ু।২১।২২॥

## সর্প উবাচ।

চাতুর্বর্ণ্যং প্রমাণঞ্চ সত্যঞ্চ ব্রহ্মচৈবহি।
শূদ্রেম্বপিচ সত্যঞ্চ দানমক্রোধ এবচ।
আনৃশংস্যমহিংসাচ ঘৃণাচৈব যুধিষ্ঠির॥ ২৩॥
বেদ্যং যচ্চাপি নির্দুঃখমসুখঞ্চ নরাধিপ।
তাভ্যাংহীনং পদঞ্চান্যন্ন তদস্তীতি লক্ষয়ে॥ ২৪॥

লিননা হাঙ্গ,—( নংনা হাঙ্গবিবাসিনা ব্রাহ্মণ ওইরবদি, অহু ওইরবদি ) —মেচহ অমসু অন্ত্যজ-জাতিনাচিংবাসু ব্রাহ্মণনি হাঙ্গবা তাই। মরম অসিনা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় বৈশ্য অমসু শূদ্র বর্ণ মরি অসিগী মনুংচনবা মীনা বেদ খংলরা মাহুম্না বেদসু হৈবা, সত্যনাচিংবা গুণ লৈবা, অমসু ব্রহ্মবু খংবানা ব্রাহ্মণনি ( অসুম্না হাঙ্গবনা ব্রাহ্মণ কৌবা যারোই মবমদি ), যুধিষ্ঠির! শূদ্রদাসু সত্য, দান, ক্ষমা, সচ্চরিত্র, কোমলতা, তপস্যা অমসু দয়ালৈ ( মাখোই অহুসু ব্রাহ্মণ কৌগদরা ? )। ২৩।

হে নিংথৌও! নহাকনা মাসিসু হাঙ্গ, মাতুদি,— অৱাবা মুওাইবা অনিমক লৈতবা পবব্রহ্মবু খংগদবনি, হাঙ্গবাসু চান্নদে, মরমদি, অৱাবাসু মুওাইবাসু অনিমক লৈতবা পবব্রহ্ম লৈ হাঙ্গবসু ঐদি খংদে। ২৪॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

শূদ্রেচ তত্তবেল্লক্ষ্ম দ্বিজেচৈতচনবিদ্যতে।
নবৈশূদ্রোভবেদ্‌শূদ্রো ব্রাহ্মণোনচ ব্রাহ্মণঃ॥ ২৫॥
যত্রৈতল্লক্ষ্যতে সর্প বৃত্তং স ব্রাহ্মণঃস্মৃতঃ।
যত্রৈতন্ন ভবেৎ সর্প তং শূদ্রমিতি নির্দ্দিশেৎ॥ ২৬॥
যৎ পুনর্ভবতা প্রোক্তং ন বেদ্যং বিদ্যতীতিচ।
তাভ্যাংহীনমিতিহ্যত্র পদংনাস্তীতিচেদপি॥ ২৭॥
এবমেতন্মতং সর্প তাভ্যাং হীনং ন বিদ্যতে।
যথা শীতাপ্ণযোর্মধ্যে ভবেন্নোষ্ণং ন শীততা॥ ২৮॥
এবংবৈ সুখদুঃখাভ্যাং হীনমস্তি পদং কচিৎ।
এবা মম মতিঃসর্প যথাবা মন্যতে ভবান্‌॥ ২৯॥

যুধিষ্ঠিরনা হাঙ্গ,—'শূদ্রদা লক্ষণ-অহু লৈরবদি মহাক শূদ্র নত্তে,

অমোকস্ত্ ব্রাহ্মণদা লক্ষণ লৈত্রবদি মহাক ব্রাহ্মণ নত্তে। ২৫ ॥

অহু ওইরবদি হে লিনও! লিপা অহুদা অহুগুণ্যা গুণ অহু লৈরবদি নিপা অহু শূদ্র ওইরবাস্ত্ মহাকপু ব্রাহ্মণনি হাঙ্গীনা খংগদবনি। মাস্তুম ভৌহুনা নিপা অহুদা অহুগুণ্যা গুণ অহু লৈত্রবদি, মী অহু ব্রাহ্মণ ওইরবস্তু মাবু শূদ্রনি হাঙ্গীনা খংবাগনি। ২৬॥

মতুং অহুদা মাসি মাস্ত্ নহাকনা ঐঙোন্দা হাঙ্গীবিরি মাহুদি,—

"অৱাবস্তু স্তুঙাইবস্তু লৈতবা পোৎ লৈ, অস্তুমা মাবু খংনবা পোৎ লৈভে" অসিনি, মাহুগী মরমদা ঐনা হাঙ্গীরি,—ঐখোইনা উবা, লেংহৈ-পাল্লিবা তহিবংপানবা অসিদা অহুগুণ্যা পোৎ লৈত্রবাস্ত্, করিগুণ্যা ঊসিংদা অসাবা লৈতবাগুম মাহুমা মৈদা অইংবা লৈতবগুম, অৱাবা, স্তুঙাইবা লৈতবা পোৎ লৈত্রবাস্ত্ অহুমনা ওইরবাস্তু, খল্লাইপানবগী হকচাংদা অৱাবাস্ত্, স্তুঙাইবাস্তু অনিমক লৈতবা—হাঙ্গীবদি, নিগুর্ণ ওইবা করিগুণ্যা পোৎ (জীবব্রহ্ম) লৈ, হে লিনও! নহাকনা খন্দুনা এংবিয়ুনা করিনো? মাহুনা ঐগী মতানি। ২৭—২৯।

## সর্প উবাচ।

যদিতে বৃত্ততোরাজন্ ব্রাহ্মণঃ প্রসমীক্ষতঃ।
বৃথাযাতিস্তদাযুষ্মন্ কৃতির্যাবন্নবিদ্যতে॥ ৩০॥

লিননা হাঙ্গী,— পুষ্পিবা হে নিংথৌও! নহাক্না ব্রাহ্মণবু গুণ মতুংইন্না খংগনি, হাঙ্গীরবদি মাঙোন্দা ব্রাহ্মণগী গুণ লৈত্রিবামথৈ মাবু ব্রাহ্মণনি হাঙ্গীরবদি অৱেস্বা কান্নদবনি। ৩০ ॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

জাতিরত্র মহাসর্পমনুষ্যত্বে মহামতে।
সঙ্করাৎ সর্ব্ববর্ণানাংদুষ্পুরীক্ষ্যেতিমেমতিঃ। ৩১ ॥
সর্ব্বে সর্ব্বেষপত্যানিজনয়ন্তি সদানরাঃ।
বাঙ্মৈথুনমথোজন্মমরণঞ্চ সমং নৃণাম্॥ ৩২ ॥
ইদমার্ষপ্রমাণঞ্চ যে যজামহ ইত্যপি।
তস্মাচ্ছীলং প্রধানেষ্টং বিদুর্যেতত্ত্ব দর্শিনঃ॥ ৩৩ ॥
প্রাঙ্নাভিবর্দ্ধনাৎপুংসোজাতকর্ম্ম বিধীয়তে।

তদাস্যমাতা সাবিত্রী পিতা ত্বাচার্য উচ্যতে ॥ ৩৪ ॥
তাবচ্ছূদ্রসমোহ্যেষ যাবদ্বেদেনজায়তে।
তস্মিন্নেবংমতিদ্বৈধেমনুঃ স্বায়ম্ভুবোঽব্রবীৎ ॥ ৩৫ ॥
কৃতকৃত্যাঃ পুনর্বর্ণা যদিবৃত্তং ন ভিদ্যতে।
সঙ্করস্তত্র নাগেন্দ্র বলবান্ প্রসমীক্ষিতঃ ॥ ৩৬ ॥
যত্রেদানীং মহাসর্প সংস্কৃতং বৃত্তমিষ্যতে।
তং ব্রাহ্মণমহংপূর্ব্বমুক্তবান্ ভুজগোত্তম ॥ ৩৭ ॥

যুধিষ্ঠিরনা হাঙ্গী,— হে মহামতি! মহাসর্প! ঐনা নিংবদি অসিনি, মাহুদি বর্ণপুম্বা অসি ইয়ান য়ান্নথিবা মরম্না মী হাঙ্গীবাসিমক্তবু জাত্তি অসিনি, হাঙ্গীনা লেপ্পা য়াম্না লুরে। ৩১ ॥

মরমদি মী হাঙ্গীবা অসিমক্তবু নুপী পুম্নামক্কী গর্ভদা মচা পোকপা ইপোক পোকনৈ, অহুগা মী পুম্নামক্কী রাভাংবা য়ুশ্বানবগী থবক তৌবা, পোকপা, অমসু শিবা চপ মান্নৈ। ৩২ ॥

অহুগা ঋষিনা সিজন্নহুনা শোল্লিবা "যে যজামহে" নাচিংবা বেদনা হাঙ্গীবা মন্ত্রসু কনানা পোকপনো খংদবাগী প্রমাণনি, মরম অসিনা—চান্নবা অচুম্বা খংবা—তত্ত্বদর্শী, মাখোইনা মহোশাগী ওইবা সত্য— অচুম্বা গুণবু ব্রাহ্মণগী লক্ষণনি হাঙ্গীনা লৌই। ৩৩ ॥

অহুগী মতুংদা পোক্লবাতুংদা খোই লেন্দরিডৈ মমাংদা নিপাগী জাত কর্ম্ম তৌই। মতম অহুদা মমাবু সাবিত্রী মাহুম্না মপাবু আচার্য কৌই।৩৪।

মতম অহুদা অভাং অহু 'ব্রাহ্মণলা? কনানো মশক খংদরিভৈদা স্বায়ম্ভুব মনুনা হাঙ্গী, উপনয়ন তৌদরিবামখৈ, অভাং অহু শূদ্রগা মান্ননা লৈ।৩৫।

হে লিন নি থোও! বর্ণ মরিগী নিয়ম মতুংইন্না সংস্কার তৌরবা অহুদা বৃত্তিগী ভেদ অহু লৈত্রবদি মাখোই অহু য়াম্না য়ানসিন্নরে হাঙ্গীনা খংগনি।৩৬।

হে লিন অথোইবা! নহাক্কা পুকনিংদা লেপপিয়ু সত্যনাচিংবা গুণ, যাজনচিংবা বৃত্তি তৌরবদি, মী অহু ঐনা হাঙ্গীখরে, ব্রাহ্মণনি। ৩৭ ॥

সমীক্ষা।--

ঐখোইনা মহাভারত বনপর্ব্ব অজগর যুধিষ্ঠির সম্বাদ আলোচনাদগী

খংলে, মাহুদি,—মমাংগৈদা বৈদিক যুগতা বর্ণ খাঙ্গৈবা অসি, মমামপানা লোকপগী মতুংইন্না খাইবাদগী গুণনা খাইবনা অথোইবনি, হাঙ্গৈনা লৌই। মাসিগী মরমদা ডাক্তর মঙ্গলদেব শাস্ত্রীনা বেদগী মন্ত্রনা প্রমাণ তৌই,—

"কারুরহং ততো ভিষগুপলপ্রক্ষিণীননা"

(ঋগ্ ০৯।১১২।৩)

(অর্থদি ঋষিকা অমনা হাঙ্গৈ,—মাহুদি,—ঐদি কবিনি, ঐগী ইপানা মাইবনি, অমসু ইমানা বামতকপীনি, (মিতৈরোন্দদি ফৌশুলল্লোনবীনি) মাসিদগী ঐখোইনা খংবা ওমলে, মাহুদি,—ঋগ্বেদগী মন্ত্র মযামগী ঋষিসীংবু মতুংগী লাইরিক লেংবাসীংনা চৎনবী লোনগী মিঙ্গৌদা বৈশ্যঋষি, রাজন্য মাহু হাঙ্গৈত্রবা ক্ষত্রঋষী অসিনাচিংবা হাঙ্গৈনা কৌই। (১)

থাংগৈশেংবদা হাঙ্গৈরবদি, মতম অদু, তশেংতশেংবা প্রজাতন্ত্র অমসু সাম্যবাদ ওইবমই। মতম অদুদা আয মীয়াম্না মহাক মহাকপু 'বিশ' হাঙ্গৈবদি আর্য প্রজানি, হাঙ্গৈনা খংনরমই। মতম অদুগী মীনা মহাক মহাকনা পুরোহিত, রাজা ম্যাসুম্না লানমী ওইরমই। অমগা অমগা মুন্নিং চুপ্পা নংনা করি, ঐনা কবি হাঙ্গৈনা পানবা পুনসি অসিদা ক্ষত্র অমসু ব্রহ্ম অনি অসিগী মশিননা হেনবা ওইহনাসু বৈদিক কালদদি মীপুম্বাবু বিশ্ কৌনবনা লেম্লবা ওইরমই।

## মিতৈগী চান্নবা মশক।

ঐখোইনা 'যবিষ্ঠ' শব্দগী খবা শানা সমালোচনা তৌরকলে, মাসিদগী ঐখোইনা খংলে, মাহুদি মিতৈ জাতি অসি, কাংলুপ তরেৎথোক্না একযলাই

(১) রাজন্যবৈশ্যা ঋষিকাঃ স্ত্রিযস্তাস্ত্রির্বগ্যোনয়ঃ।
দেবাঽদেবাপ্সবোনদ্যো গন্ধর্ব্বাস্তেস্বয়ম্ভুবঃ॥ ইতি

ক্ষাত্রিয় ঋষি, বৈশ্যঋষি, স্ত্রীঋষি, পশুঋষি, দেবঋষি, অপ্সরঃ ঋষি, নদীঋষি গন্ধর্ব্বঋষি, মা'খাই অসিগী ঋগ্তি (ঋ০৪।৪২।২) (ঋ০৪।৪৩।১) (ঋ০ ১০।৬৫।১) (ঋ০ ১০।৬৬।১) (ঋ০ ০।৬৬) (ঋ০ ৫।২৮।১) (ঋ০ ১০।১০৯।.) (ঋ০ ১০।১০৮।২) (ঋ০ ১০।১০৮।২) (ঋ০ ১০।১০৮।৪) (ঋ০ ১০।৮০।১) মন্ত্রসীং অসিদা হাঙ্গৈখবা ঋষিসীং অদু উগনি।

অরেংখোক্লা থাই। মাদু বেদগী থাজেংশেংবনি। তোইণ্ডুমক্ষু মিতৈগী আর্ষ গোত্র—শাণ্ডিল্য, কশ্যপ হাইবনাচিংবা গোত্রদি মহৌশাদি লৈরম্মে, মরম অদুনা মিতৈসমাজদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমস্থ শূদ্র কৌবা বর্ণ-বিভাগ অসি মহৌশাদি এলহৌভৈদগীনা লৈরমদে, হুজিক লৈরিবা অসিদি মৈদিঙু গরিবনিৱাজ মহারাজগী মাহাকথক্তাদগী কোম্না থাইবনি। মরম অসিনা ময়েক্লা অরে মিতৈদি, ব্রাত্যনি।

মিতৈদা ব্রাহ্মণ্য ধর্ম্মচংবা হৌবা ইতিহাসদা ভশেংনা চংবা হৌবদি মৈদিঙু ক্যাম্বগী মা মহাকথক্তা শ্রীবিষ্ণুবিগ্রহ লাৎপা হৌবদগী ব্রাহ্মণ্য ধর্ম্মগী মঙান চঠুনা মথংমথং চাওখৎলকই, অদুনা মৈনিঙু গরিবনিৱাজ হাকথক্তা আর্ষগোত্রবরণ তৌহুনা মিতৈনা আয হিন্দু ওই, মৈদিঙু চিংথং-খোম্বগী মাহাকথক্তগীনা গৌড়ীয় ধর্ম্ম চৎপা হৌই। অদুনা মিতৈদি থাজেংশেংবা ব্রাত্যনি। ১৬॥

ইদং বিষ্ণুর্বিচক্রমে ত্রেধানিদধেপদম্।

সমূহ্লমস্যপাংসুরে ॥ ১৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— বিষ্ণুঃ ( ত্রিবিক্রম অবতার তৌবা—বামননা ) ইদম্ ( অসিগুম্বা জগৎ অসিবু ) বিচক্রমে ( থোইদোকনা খোংনা থাংহুনা নেৎ-তুনা চৎখি ) ত্রেধা ( অহুমথোকনা ) পদম্ ( মহাক্কী খোঙবু ) নিদধে ( থাখি ) অস্য ( মাসিগুম্বা বিষ্ণুগী পাংসুরে ( উফুল লৈবা খোঙুলদা ) সমূহ্লম্ ( তাইবংপানবা পুম্বনা মন্নুংদা লৈ )। ১৭॥

অনুবাদ ঃ— বামন অবতার তৌবা বিষ্ণু— তাইবংপুম্বদা সিনথুনা লৈবা পরমেশ্বরনা তাইবংপানবাবু কোঈখি, মাহুদা মহাকনা মথল অহুম খোকনা খোঙ থাংখি, মহাক্কী উফুল লৈবা খোঙগুল মন্নুংদা তাইবংপুম্বসি লৈ। ১৭॥

ব্যাখ্যা :— আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিবু ব্যাখ্যা তৌবদা সাযণাচার্যনা যাস্কাচার্যগী বচন লৌদুনা শাকপুনি অমসু ঔর্ণনাভগী মতনা ব্যাখ্যা তৌই, মাহুদি বিষ্ণুগী খোঙনা অহুমথোকনা থাখি, হায়বদি, শাকপুনিনা হায়বদি

পৃথিবীদা অমা, অন্তরিক্ষ—পৃথিবীগা থম্নানমচাক্কা অনিগী মরক অহাংবা অমা মাস্থম তৌহূনা দিবি—স্বর্গদা অমা অস্থুম্না অহুমথোকনা থাই হায়ী, ঔর্ণনাভনা হায়ীবনাবু, সমারোহনদা অমা বিষ্ণুপদদা অমা অমস্থু গয়শিরদা অমা অস্থুম্না মফম অহুম অসিদা থাই, অস্থুম্না হায়ী। হুজিকী কালগী পণ্ডিত হৈথোইসীংথোইবাসীংনা হায়ীবনাবু, রমানাথ সরস্বতীনা মতম অসিগী পণ্ডিত হৈথোইসীংথোইবা ইউরোপিয়ানসীংগী মত এংলহূনা হায়ী, মধ্য এসিয়াদগী আর্যসীংনা ভারততা লাকপদা বিষ্ণু কৌবা নিপা অমনা ভাক্তুনা লাকই, লম্বেন্দা মফম অহুম পোৎথাখি, অমস্থু মহাকনা মাখোয়ীগা লোইনবা সীংনা চৎপদগী থোকপা খোঙুলগী উফুল ময়াম্না তাইবংপানবা অসি কুপসিনখি, অস্থুম্না ব্যাখ্যা তৌই। মত অসিবু রেভরেণ্ড কৃষ্ণমোহনবন্দোপাধ্যায়না সমর্থন তৌই। অমস্থু মত অসি ইউরোপিয়ান স্কোলার অযাম্বনা য়াই। মতম অসিগী স্কোলারসীং অসিদি মাখোইগী ভাবনা সাবনা অযাম্বা ওই। মাখোইগী ভাবনা সাজনবা মংক্রোংহাক্রোংগুম্বা রাসীং অসিদি মতম থরদা মাংখি মধ্য এসিয়াদগী আযনা খূন সন্দোকপা পৃথিবীগী মফম মফমদা চৎনাখি, হায়ীবা রা অসিদি অওইবা নত্তে,- লৌবা হৌনদে, চুমদবনি। অস্থুম্না পণ্ডিতসীংনা লৌনদরে, অহুনা ওইদবগী মথক্তা থমহূনা হায়ীবা অর্থ অসি হুজিক্কি কনাস্থু যানাদরে।

য়াকম অসিদা ঐতরেয ব্রাহ্মণদা য়ারি অমা হায়ী,—মাহূদি,—ঐতরেয ব্রাহ্মণ ( ৬।১৫ ) লাইগা হিংচাবগা তাইবং এন্নডৈদা হিংচাবদা ইন্দ্রনা হায়ী, বিষ্ণুনা মথোঙনা কান্দুনা লেৎপা ওহাগী মথৈ, লম অহু লাইগী ওইবা, অরেস্বনা হিংচাবগী ওইবা, অসি হায়ীবদা হিংচাবনা যারে। মাহূদা বিষ্ণুনা খোঙথাং অহুমলক থাংহূনা চৎপদা বেদ অমস্থু রাহৈগা লোইনমা সীনখুনো লৌখি। শতপথনা ( ১।২।৫ ) হায়ীবনাবু হিংচাবনা হায়ী, বিষ্ণুনা বামোন ওইহূনা থনবাগীমথৈ লম অহু লাইগী ওইবা অরেস্বনা হিংচাবগী ওইবা অসি হায়ীবদা লাইনা যারে, বিষ্ণুনা হিপতুনা তাইবংপানবাপুম্বা থমথ্রুনা লাইনা তাইবংপানবা পুম্বা লৌখি, অস্থুম্না হায়ী। হায়ীরিবা রা অসি পৌরাণিকী কথা ভাক্তুনি, মহাঙ্কি বৃটার্থ কাল্পনিক কথানি, চায়বা অর্থনা মঙ্গুংদা চেংদা থম্নগা মপান্দা য়াকম 'মা' পান্দুনা হায়ীবা ভাক্তুনি, ঐখোইনা

মতুংগী অর্থ অদু লৌগদবনি। মাদুদি, বিষ্ণু হাঙৈবদি সুমিৎপু হাঙৈবনি, বিষ্ণুনা খোঙথাং অহুম থাংবা হাঙৈবদি সুমিৎনা উদয় চীঙদা খোকপনা অহানবা খোঙথাংনি, অনিসুবা খোঙথাংনা সুমিৎ যু বা মতমদা অন্তরিক্ষদা লৈবাবু অনিসুবা খোঙথাং কৌই, অহুমসুবা খোঙথাং হাঙৈবনা অস্তগিরিদা লৈবা—তাবা সুমিৎপু হাঙৈবনি।

ত্রীণিপদাবিচক্রমে বিষ্ণুর্গোপাঅদাভ্যঃ।

অতোধর্ম্মাণিধারয়ন্ ॥ ১৮ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ— অদাভ্যঃ (কনাগুম্বা অমত্তনাসু মহাকপু হিংসা তৌবা ঙমদবা) গোপাঃ (জগৎপুম্ব'্ মানা ঙাকপিবা) বিষ্ণুঃ (বিষ্ণুনা) ধর্ম্মাণি (অগ্নি হোত্রানাচিংবা ধর্ম্মবু , য়োক্তুনা) অতঃ—এতেষুস্থানেষু) ত্রীনি পদানি (খোঙথাং অহুম্সু) বিচক্রমে (নেৎখি)। ১৮ ॥

অনুবাদঃ— বিষ্ণুনা তাইবং অসিবু কনবি, মাবুদি কনা অমত্তনাসু মাংহনবা ঙমদে, মানা ধর্ম্ম পুম্নামকপু য়োকপিদুনা পৃথিবীনচিংবা মফম পুম্নামক্তা খোঙফম অহুম নেৎখি। ১৮ ॥

ব্যাখ্যা—বিষ্ণুনা খোঙাং অহুমলক থাংদুনা নেৎখি, হাঙৈবাসি,—ব্যাখ্যাকার পুম্নামকনা বিষ্ণুবু সুমিৎনি, সুমিৎনা অহানবা উদয় চীঙদা থোকপা অনিসুবনা য়ুংবা, অমসু অগুমসুবনা সুমিৎ তাবাবু হাঙৈবনি, অসুম্না ব্যাখ্যাকার ঋষিসীংনা ঙম্না হাঙৈ। অদুদা ঐখোইনা এংগদবদি— উদয়চীঙ, সুমিৎকী থোকফম চীঙ কদাইদনো? হাঙৈনা থিফম থোকই। তৌইগুম্বসু মাদুদি, থিবা য়াবা হৌনদে। মরমদি অঙাংফাউবা ইরাইলাইনা শংক্ষৈ, মাদুদি পৃথিবী গোলাকার অসিগী আহ্নিকগতিনা মরম ওইদুনা মফম পুম্নামক উদয়চীঙ, ইওইদ্তা ওইদুনা লৈবা য়াই। মরম অসিনা শাস্ত্রনা মাসি উদয় পর্ব্বতলি. অচুম্বা চৎনবা মফম অমা লৈবা তাই। মাধবভাষ্যদা স্কান্দপুরাণগী বচন অমনা হাঙৈ,—"ঋগ যজুঃ সমাথর্ব্বচ ভারতং পঞ্চরাত্রকম্। মূলরামায় শৈব শাস্ত্রমিত্যভিধীয়তে ॥ যতোঽন্যো গ্রন্থবিস্তারঃ নৈব শাস্ত্রং কুবর্ত্মতৎ ॥" অর্থাৎ,

ঋগ্, যজুঃ, সাম অথর্ব্ব, মহাভারত, মূল রামায়ণ, পঞ্চরাত্র. মখোই শিবু শাস্ত্র কৌই, মাখোই অসিগী মত নত্তবদি শাস্ত্র কৌদে, মাখোই অতুদি শাস্ত্র নত্তে, কত্তবা লম্বেন কুবর্ত্ম কৌই। রামায়ণ কিস্কিন্ধকাণ্ডদা সুগ্রীবনা সীতা থিনবা যেং ময়াম থাবদা হাঙ্গী,—

উত্তরেণ পরিক্রম্য জম্বুদ্বীপং দিবাকরঃ।
দৃশ্যো ভবতি ভূয়িষ্ঠং শিখরংতম্মহোচ্ছ্রয়ম্॥

অর্থঃ—নুমিৎনা উত্তরায়ণ লোইবদা উদয় চীঙগী থ্বাংলবা ক্ষ্ণবা মত্তোনদা থোকপা উই। মাসিনা উদয় চীঙগী অথ্বাংগী লমথৈ তাকই, মাতুদি, উত্তরায়ণ লোইবা হাঙ্গীবদি কর্কটক্রান্তিবু হাঙ্গীবনি। মাসুম্না অথ্বাংগী লমথৈ তাক্লগা নো পোক নোংচুপকী লমথৈসু তাকই, মাতুদি, রামায়ণ অতুদা মতাং অতুমক্তা হাঙ্গী,— "অত্রসুদর্শনোদ্বীপঃ পুরোযক্ষপ্রকাশতে।"

অর্থদি:—উদয় চীঙগী মনাক্তা সুদর্শনদ্বীপ কৌবা ভারতবর্ষ অসি লৈ। রামায়ণগী থ্বাহৈ অসিগী অর্থদি,—সম্না হাঙ্গীরবদা রামায়ণগী মতমদা কলার্দ্ধ অমামম চপসিনবা কর্কটক্রান্তি অসি, অথ্বাংগী অক্ষাংশ ২৪ নি, হাঙ্গীবা য়াই, হাঙ্গীরিবা সৌমনস কৌবা চীঙদোন অসিনা সুদর্শনদ্বীপ কৌবা ভারতবর্ষগী মনাক্তা লৈ, হাঙ্গীবদি ভারতকী নোংপোকথংবা লমথৈ কর্কট ক্রান্তিদা লৈবা চীঙ 'সৌমনস' কৌবা হাঙ্গীরবদি, 'সোমরা' চীঙদোনবু রামায়ণ যুগতা সৌমনস কৌরমই, হুজিক্ক লোন থৈনরকতুনা 'সোমরা' হাঙ্গীবদা বুদ্ধি লৈবা তাইবং মী কনানা ওক্কদগে? মতাং অসিমক্তদা ঋষি বাল্মীকিনা থ্বাফম অসি মাসু হাঙ্গী মাতুদি— "অত্র পূর্ব্ব পদং কৃত্বা পুরা বিষ্ণুঃ ত্রিবিক্রমে।"— মমাঙৈদা ত্রিবিক্রম বিষ্ণুনা তাইবংপানবা থুংনবা খোঙথাং অহুম থাঙৈদা— বামোননা বলিদা খোঙথাং অহুমগী লম পিয়ু নিহুনা খোঙথাংবদা উদয়চীঙগী চীঙদোন সোমরাদা অহাংবা খোঙ থাখি অসুম্না হাঙ্গী,—মাতুগী অশম্বা অর্থদি মণিপূরগী সোমরা চীঙদা লৈবা খাঙ্গোই মন্দিরদা বামনাবতার বিষ্ণুগী শ্রীচরণনা অহানবা নেংখি হাঙ্গীবনি।

মাতুগী তাৎপর্যার্থদি— তাইবংপানবা সেম্বা হৌগৎপদা সোমরা চীঙদোনদা খাঙ্গোই মন্দিরদা নুমিৎনা ইথ্‌ইমক্তগী ইহানহান্না থোকখি, হাঙ্গীবনি। মরম অসিনা উদয় চীঙ অসিবু মহাভারততা আদিপর্ব্বদা রাজসূয় যজ্ঞদা

যুধিষ্ঠিরদা পোৎএবো লাকপা মিংথৌ মরাম থারকপদা সোমরা চীওবু "সূর্যো-দয়াগিরি" কৌই। মাহুদা হাঙ্গী,— হিমালয়গী মথাথংবা, ব্রহ্মপুত্রনদগীদি নোংপোকথংবাদা লৈবা সূর্যোদয় গিরিদা লৈবা হাও খুলাকপা মিংথৌনা সামুময়া, কৈ মণ্ডল, পুহুনা যুধিষ্ঠিরদা কৎকদবগীদমক ঙাইহুনা লৈ, হাঙ্গী। অসিগুম্বা মুমিংকী অহানবা থোক্কনফম মুমফাল মণিপূরবু মহাভারততা ভগবদ্‌যানসন্ধিপর্ব্বদা মথান্দা লৌথৎলিবা শ্লোকসীং অসি হাঙ্গীহুনা বেদব্যাসনা থাগৎলি,—

অস্যামুদয়তে পূর্ব্বং সর্ব্বলোকপ্রভাবনঃ। সবিতা যত্র সন্ধ্যায়াং সাধ্যা-না'বর্ত্ততে তপঃ। ১॥ অস্যাং পূর্ব্বমতির্ধাতা যয়াব্যাপ্ত-মিদংজগৎ। চক্ষুষী যত্র ধর্ম্মস্য যত্রবৈস্মপ্রতিষ্ঠিতে। ২॥ হুতং যতোমখেহব্যং সর্পতে সর্ব্বতো-দিশং। এতদ্দ্বারংদ্বিজশ্রেষ্ঠ দিবসস্য তথাধ্বনঃ। ৩॥ অত্র পূর্ব্বং প্রসূতাবৈ দাক্ষায়ণ্যাঃ প্রজাস্ত্রিয়ঃ। অস্যাংদিশি প্রবৃদ্ধাশ্চ কশ্যপস্যাত্মসম্ভবাঃ ৪॥ অতো মূলং সুরানাঃ শ্রীর্যত্র শক্রোহভিষিচ্যতে। সুররাজ্যেন বিপ্রর্ষে দেবৈশ্চাত্রত-পশ্চিতম্। ৫॥ এতস্মাৎকারনাৎ ব্রহ্মন্ পূর্ব্বেত্যেষাদিগুচ্যতে। যস্মাৎ পূর্ব্বতরে কালে পূর্ব্বমেবাবৃতাসুরৈঃ। ৬॥ অত এবচ পূর্ব্বেষাং পূর্ব্বামাশাং প্রচক্ষ্যতে। পূর্ব্বং সর্ব্বাণিকার্য্যাণি দেবানাং সুখমীপ্সতা। ৭॥ অত্র বেদান্ জগৌপূর্ব্বং ভগবান্ লোকভাবনঃ। অত্রৈবোক্তা সবিত্রাসীৎ সাবিত্রী ব্রহ্ম-বাদিষু। ৮॥ অত্র দত্তানি সূর্য্যেণ যজুংসিদ্বিজসত্তম। অত্র লব্ধবরঃ সোমঃ সুরৈঃক্রতুষু পীয়তে। ৯॥ অত্রতৃপ্তাহুতবহা হুতভুক্ স্বাংযোনিমুপভুঞ্জতে। অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়মাপচ। ১০॥ ইতি।

বিষ্ণোঃ কর্ম্মাণি পশ্যতযতো ব্রতানি পস্পশে।

ইন্দ্রস্য যুজ্যঃ সখা।১৯॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে ঋত্বিগাদয়ঃ (হে ঋত্বিক্‌নাচিংবসা!) বিষ্ণোঃ (বিষ্ণুগী) কর্ম্মাণি (পালন—ঙাকপনাচিংবা থবক থিবিকপু) পশ্যত (এংউ) যতঃ (যেঃ—অহংগুম্বা ঙাকপিবনাচিংবা থবকসীংনা) ব্রতানি (অগ্নিহোত্রনা চিংবা থবকপু) পস্পশে (যজমানপুম্বনা শোকই, হাঙ্গীবদি বিষ্ণুগী

থৌজনদগী তৌই ) ইন্দ্রস্ত ( ইন্দ্রগী ) যুজ্যঃ ( মতিক্তাবা ) সখা (সখানি)।১৯॥

অনুবাদ :—হে ঋত্বিক্‌নাচিংবাসা। বিষ্ণুগী তাইবংপুম্ববু ঙাকপিবনাচিংবা গুণ ময়াম লৈ, এংউ, মাদু লৈবাগী মপাননা যজমাননা অগ্নিহোত্রনাচিংবা থবক তৌবা ঙমই। ১৯॥

তদ্বিষ্ণোঃ পরমংপদং সদা পশ্যন্তি সুরয়ঃ।
দিবীব চক্ষুরাততম্। ২০॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—সূরয়ঃ ( ঋত্বিক্‌নাচিংবা পণ্ডিতসীংনা ) বিষ্ণোঃ (বিষ্ণুগী সম্বন্ধ ওইবা ) পরমম্ ( অথোইবা ) পদম্ ( স্বর্গস্থানবু ) সদাপশ্যন্তি (শাস্ত্রগী মীৎএংনা মতম পুম্নামক্তা উই ) দিবি ( অতিয়াদা ) আততম্ ( মকম পুম্নামক্তা কোইশা লৈহুনা এংবা ) চক্ষুঃ ( মীৎনা ) ইব ( উবাগুমই )। ২০॥

অনুবাদ ঃ— অতিয়াদা মাইকৈপুম্বদা এংবা মীৎনা পুম্নামক উবাগুম্বা পণ্ডিতসীংনু মতম পুম্নামক্তা বিষ্ণুগী অথোইবা মফম উই। ২০॥

তদ্বিপ্রাসোবিপন্যবো জাগৃবাংসঃ সমিন্ধতে।
বিষ্ণোর্যৎপরমংপদম্ ॥২১॥

অন্বয়ানুবাদ :— বিপন্যবঃ ( লৈসিলৈথোনবা হৈবা ) জাগৃবাংসঃ (শব্দনে অর্থনে অনিমক্তা অঙকপা লৈতনা থংবা ) বিপ্রাসঃ ( শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈবা-সীংনা ) বিষ্ণোঃ ( বিষ্ণুগী ) যৎ ( অদুগুম্বা ) পরমম্ ( অথোইবা ) তৎ পদম্ ( পদবু ) সমিন্ধতে ( চংথোম্না ঙানহনলি )। ২১॥

অনুবাদ :— লৈসিলৈথোনবা হৈবা শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবা মীনা বিষ্ণুগী অদুগুম্বা অথোইবা পদবু মাখোইগী থমোইদা ঙানথোকহনলি। ২১॥

-:(০):-

## ২৩ সূক্ত। বায়ুনাচিংবনা দেবতানি। ছন্দনা গায়ত্রীনাচিংবনি।

তীব্রাঃসোমাস আগহ্যাশীবন্তঃ সুতাইমে।

বায়োতান্ প্রস্থিতান্পিব ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— বাযো! ( হে বায়ু। ) ইমে ( অসিগুম্বা ) সোমাসঃ ( সোমবস অসে ) সুতাঃ ( সুম্লবনি ) আশীর্বন্তঃ ( নিংথিনা লোন্দুনা শেম্লবনি) তীব্রাঃ ( যাম্লবা ওইবনা মহাও কল্লহুনা থকপদা পেনলগদবনি ) আগহি ( তৌরিবা থবক অসিদা লাও ) প্রস্থিতাম্ ( উত্তব বেদীদা থম্লবা ) তান্ ( সোমবস খিবিক অসি ] পিব [ থকউ ]। ১ ।।

অনুবাদ :— হে বায়ুদেব! সোমরস অসি, যাম্না যাম্লহুনা মহাও যাম্না কল্লে থকপদা যাম্না পেল্লগনি, লাওও। উত্তর বেদীদা থম্লবা সোমরস অসি থক্লো। ১ ॥

উভা দেবাদি বিস্পৃশেন্দ্র বায়ূ হবামহে।

অস্য সোমস্য পীতযে ॥ ২ ॥

অন্বযানুবাদ :— দিবিস্পৃশা ( দ্যুলোকতা লৈবা ) উভাদেবা ( ইন্দ্র, বায়ু, লাই অনিবু ) অস্য সোমস্য পীতযে ( সোমবস অসি থক্লাবগীদমক ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌরি ) ॥ ২ ॥

অনুবাদ :— দ্যুলোকতা লৈবা, ইন্দ্র অমসু বায়ু কৌবা লাই অনিবু সোমবস অসি থক্লাবগীদমক ঐখোঈনা যজ্ঞ অসিদা লাও হাঈত্তুনা কৌরি।২॥

ইন্দ্র বায়ূ মনোজুবা বিপ্রাঃহবন্ত উতয়ে।

সহস্রাক্ষাধিয়স্পতী ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বিপ্রাঃ ( হে লাইবিক হৈবা। যজমানসা! ) উতয়ে

( ঐখোইবু ঙাকপিনবগীদমক ) মনোজুবা ( পুকনিং মরুম য়াংবা ) সহস্রাক্ষা ( মীৎ লীসিং অমা পানবা ) ধিয়স্পতী ( থবক অমসু বুদ্ধিবু ঙাকপিহৈবা ) ইন্দ্রবায়ূ ( ইন্দ্র অমসু বায়ু অনিবু ) হবন্তে ( কৌই )। ৩ ॥

অনুবাদ ঃ—হে লাইরিকহৈবা ঋত্বিক্‌সা! যজমান্‌সা! ঐখোইগী কর্ম্ম অসিদা ঐখোইবু ঙাকপিনবগীদমক, পুকনিংমরুম য়াংবা, মীৎ লীসিং অমা পানবা, থবক অমসুং বুদ্ধিবু ঙাকপিহৈবাবু ঐখোইনা কৌরি। ৩ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—মীৎ লীসিং অমা পানবদি স্তুপনাগী ইন্দ্রতনি, বায়ুদি পান্দে, অদুবু ইন্দ্রগা পুন্না হাঙ্গৈমন্নবাদগী বায়ুবুসু মীৎ লীসিং অমা পানবাগুম্না ভাবনি। ৩॥

মিত্রং বয়ং হবামহে বরুণং সোম পীতয়ে।

জজ্ঞানা পূতদক্ষসা ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ- বযম্ ( থৌ তৌবিবা ঐখোঈনা ) সোমপীতয়ে (সোমরস থকপিনবগীদমক ) জজ্ঞানা ( থবক তৌফমদা লাকপা ) পূতদক্ষসা ( অশেংবা পাঙ্গনকনবা ) মিত্রম্ বরুনম্ ( মিত্র অমসু বরুণবু ) হবামহে ( কৌই ) ।৪॥

অনুবাদ ঃ—সোমথকপিবনবা হাঙ্গৈদুনা যজ্ঞ—তৌফমদা লাকপা, পাঙ্গন অশেংবা কনবা, মিত্র অমসু বরুণবু যজ্ঞ অসিদা লাকপিয় হাঙ্গৈদুনা কৌরি। ৪ ॥

ঋতেন যাবৃতাবৃধাবৃতস্য জ্যোতিষস্পতী।

তা মিত্রা বরুণাহুবে ॥ ৫ ॥

অন্বায়ানুবাদ ঃ—যৌ ( অদুগুম্বা মিত্রাবরুণ অনিনা ) ঋতেন ( অওইবা রাহে হাঙ্গৈদুনা ) ঋতাবৃধৌ (সোইদনা ওইগদবা ওইবা কর্ম্মগী মহৈবু চাওখৎহনলি ) ঋতস্য ( অওইবা ) জ্যোতিষঃ ( মঙান ) পতী ( ঙাকপানি ) তা মিত্রাবরুণা ( অদুগুম্বা মিত্রাবরুণ অনিবু ) হুবে ( ঐনা কৌরি )। ৫ ॥

অনুবাদ ঃ— মিত্র অমসু বরুণ কৌবা লাই অনিনা যজমানবু খৌজান-বিহুনা অচুম্বা রাহৈনা সোইদনা ফংগদবা ওইবা, যজ্ঞগী মহৈ চাওখৎহনলি,

অমসু অচুম্বা অকবা মঙাবদু ঙাকপি অচুগুম্বা মিত্রাবরুণ অনিবু লাক্ষ্যরগীদমক ঐনা যজ্ঞ অসিদা লাও হাঙ্গীচুনা কৌরি। ৫ ॥

বরুণঃ প্রাবিতাভুবন্মিত্রো বিশ্বাভিরূতিভিঃ।

করতাংনঃ সুরাধসঃ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—বরুণঃ ( বরুণনা ) প্রাবিতাভুবৎ ( যাম্না কন্না ঙাকপিসনু) মিত্রঃ ( মিত্রনা ) বিশ্বাভিঃ ( অয়াম্বা ) উতিভিঃ ( রক্ষা ঙাকনবা খিবিক তৌচুনা—প্রাবিতাভুবৎ—ঙাকপিসনু ) নঃ ( ঐখোঈবু ) সুরাধসঃ ( লন যাম্না লৈবা ) করতাম্ ( মাখোই অনিনা তৌধিসনু ) । ৬ ॥

বরুণনা ঐখোঈবু যাম্না কন্না ঙাকপিসনু, মিত্রনা ঐখোইবু ঙাকনবা থবক মযাম তৌচুনা ঙাকপিসনু, বরুণ মিত্র, অনিনা ঐখোইবু লন যাম্না লৈহনবিসনু । ৬ ॥

মরুত্বন্তং হবামহ ইন্দ্রমাসোম পীতয়ে।

সজুর্গণেনতৃংপতু ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—মরুত্বন্তম্ ( মরুৎগণগা লোইনবা ) ইন্দ্রম ( ইন্দ্রবু ) সোমপীতয়ে ( সোমথক্লবগীদমক ) আহবামহে ( ঐখোইনা যজ্ঞ অসিদা কৌরি ) গণেন ( মরুৎগণগা ) সজুঃ ( লোইনাচুনা ) তৃপন্তু ( পেনবিসনু) ।৭॥

অনুবাদ ঃ—ঐখোইনা মরুৎগণগা লোইননা ইন্দ্রবু সোমথক্লাবগীদমক যজ্ঞ অসিদা লেংবিরক্লবা কৌজে, মহাকনা সোমরস থক্লুনা পেনবিসনু ।৭॥

ইন্দ্রজ্যেষ্ঠা মরুদ্গণা দেবাসঃ পুষরাতয়ঃ।

বিশ্বেমমশ্রুতাহবম্ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—দেবাসঃ ( হে লাইসা ! ইন্দ্রজ্যেষ্ঠাঃ ( ইন্দ্রনা লুচিংবা ওইবা ) মরুদ্গণাঃ ( মরুৎ কাংবু ওইবা ) পুষরাতয়ঃ ( পুষানা পীবা )

মিখে ( য়ায়াম ওইবা নখোইমা ) য়মন্নবন্ ( ঐনা কৌবা ) শৃন্নুত (তাউ) ।৮॥

অনুবাদ :—হে মরুদ্গণ কৌবা লাইসা ! মরুৎ কৌবা লাই কাংবু নখোইদি পুথানা নখোইবু পীবনি, ইন্দ্রনা নখোইগী লুচিংবনি, নখোইপুম্বনা ঐনা কৌবা অসি তাউ। ৮ ॥

হতবৃত্রংসুদানব ইন্দ্রেনসহসাযুজা।

মানো দুঃ শংস ঈশত। ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— সুদানবঃ ( ফজবা দানতৌবা হে মরুৎ কাংলুপ ! ) সহসা ( পাঙ্গনবা ) যুজা ( মতিক চাওবা ) ইন্দ্রেন ( ইন্দ্রগা লোইনদুনা ) বৃত্রম্ ( এরূাববু ) হত ( নখোইনা মাংহল্লু ) দুঃশংসঃ ( ঐখোইগী ফত্তবা ঙাংবা এরূবনা ) নঃ ( ঐখোইবু ) মাঈশত ( ঙম্বা ওইদসনু ) । ৯ ॥

অনুবাদ :—ফজবা নিংথিবা পীবা ! হে মরুৎ কাংলুপও। নখোইনা অকনবা মতিক চাওবা ইন্দ্রগা লোইনাদুনা ঐখোইগী এরূবা মাংহনলু, এরূবনা ঐখোইবু থিনা ঙাংদুনা ঐখোইগী ইথকথোংবা ওইহনবিগনু। ৯ ॥

বিশ্বান্ দেবান্ হবামহে মরুতঃ সোমপীতয়ে।

উগ্রাহি পৃশ্নিমাতরঃ ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—মরুতঃ ( মরুৎগণ কৌবা ) বিশ্বান্ দেবান্ ( লাই পুম্নামকপু ) সোমপীতয়ে ( সোম থক্লাবাগীদমক ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌই ) [ তেচহি ( ইথ্বাইনা থংদুনা ফাওরিবা মরুতসীং অদু ) উগ্রাঃহি ( এরূাবনা থাওবা ঙমদবা পাঙ্গল লৈ ) পৃশ্নিমাতরঃ ( পৃশ্নি—পৃথিবী, আকাশ নত্রগা মেঘ—নোংগী মচানি ) । ১০ ।

অনুবাদ :—ঐখোইনা মরুৎগণবু সোমরস থক্লাবগীদমক কৌরি, মাখোইদি উগ্রওইবা য়াম্না কনবনি, পৃশ্নি হাঙ্গবদি পৃথিবী নত্রগা আকাশ নত্রগা মেঘ-নোংগী মচানি। ১০ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—সায়ণনা পৃশ্নিবু পৃথিবীনি, হাঙ্গৈ, বি, সি, চাযণ্ডা চাতরুকী মমাংদা লেংবা সংস্কৃতভাষাগী নিঘণ্টু (কোষ) দা পৃশ্নিগী অর্থদি. আকাশনি হাঙ্গৈ। হুজিকী মতম অসিদা লেংবা নিরুক্তগী টীকাকার Roth নাদি পৃশ্নিগী অর্থদি মেঘ নোংনি, অসুম্না হাঙ্গৈ। ঋগ্‌বেদগী টীকাকার লাংলো-য়ানাস্থ পৃশ্নিগী অর্থদি নোংনি হাঙ্গৈ। ১০ ॥

জয়তা মিবতন্যতুর্মরুতামেতি ধৃষ্ণুয়া।

যচ্ছুভং য়াথনানরঃ ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—নরঃ (হে নেতা মপু ওইবা মরুৎসা!) যূয়ম্ (নখোইনা) যদ্—যদা (মতম অদুদা) শুভম্ (ফজবা লাঙ্গৈড়াৎফমদা) যাথন (চত্তুনা য়োবা) তদা (মতম অদুদা) জয়তাম্ (লান ঙম্নবা লানমীসীংগী খোঞ্জেন) ইব (মতৌগুম্না) মরুতাম্ (মরুদ্‌গণ—দেবতাসীংগী) ধৃষ্ণুয়া (নাপনতৌবগা লোইবা) তন্যতুঃ (খোঞ্জেননা) এতি (লাকই)। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—মপু ওইবা! মরুৎগণসা! নখোঙ্গৈনা ফজবা যজ্ঞ তৌফমদা লাকতুনা হেক য়োবা মতমমক্তদা লানঙম্নবা লান্মীসীংগী খোঞ্জেনগুম্বা, নাপন তৌবগা লোইনবা, নখোঙ্গৈ লাকপগী খোঞ্জোন হেক্তা লাকই। ১১ ॥

হস্কাদ্বিদ্যুত স্পার্যতো জাতা অবন্তু নঃ।

মরুতো মৃলয়ন্তু নঃ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—হস্করাৎ (ঙানথোকহনবা) বিদ্যুতঃ (য়াম্না ঙানবদগী) অতঃ (অন্তরীক্ষদগী) পরিজাতাঃ (মফম পুন্নামক্তগী পোকপা) মরুতঃ (মরুৎসীংনা) নঃ (ঐখোই পুন্নামকপু) অবন্তু (ঙাকপীসনু) মাহুম্না নঃ (ঐখোইবু) মৃলয়ন্তু (নুঙাইহনসনু)। ১২ ॥

অনুবাদ ঃ—ঙানথোকহনবা, য়াম্না ঙানবা নোংথাংদগী অতিয়া অহাংবদা পোকপা মরুৎসীংনা ঐখোইবু ঙাকপীসনু, মাহুম্না ঐখোইবু নুঙাইহন-বিসনু। ১২ ॥

আপূষঞ্চিত্রবর্হিষমাঘৃণে ধরুণংদিবঃ।

আজানষ্টং যথা পশুম্ ।। ১৩ ।।

অন্বয়ানুবাদ ঃ—পূষণ্ ( হে মুমিৎ ! ) চিত্রবর্হিষম্ ( ফজবা দর্ভময়ামগা তিন্নরবা ) ধরুণম্ ( যাগবু মহাক্লা পুবা ) সোমম্ ( সোমরসবু ) দিবঃ আ ( দ্যুলোক্তগী লৌরোলাও ) আঘৃণে ( হে অরাকপা মডাম্না তিনবাও ! ) অজ ( হে চৎতুনতা লৈবা ! ) যথা ( মাহুম্না ) নষ্টম্ ( মাংখ্রবা ) পশুম্ ( শাবু ) আ ( অরাপ্পদগী উরগা লৌবা ) তথা ( মাহুগুম্না লৌ ) । ১৩ ॥

অনুবাদ ঃ—হে অঙানবা ! হে থুনা চৎপা মুমিৎও ! কনাগুম্বনা মখণ মাংখরগা থিহুনা লৌবাগুম্না কুশ মযাম য়াওবা, অমম্ব যজ্ঞবু মহাকনা পুবা সোমরসবু অতিয়াদগী লাকহুনা লৌরোলাও । ১৩ ॥

পূষারাজানমাঘৃণিরপগূহ্লংগুহাহিতম্ ।

অবিন্দচ্চিত্রবর্হিষম্ ।। ১৪ ।।

অন্বয়ানুবাদ ঃ—আঘৃণিঃ ( অঙানবা ) পূষা ( সূর্যনা ) অপগূহ্লম্ (য়াম্না থুপখরবা ) গুহাহিতম্ ( গুহাগুম্না চৎঙমদবা দ্যুলোকতা লৈবা ) চিত্রবর্হিষম্ ( ফজবা দর্ভগা তিন্নরবা ) রাজানম্ ( সোমবু ) অবিন্দৎ (ফংখি) ।১৪।।

অনুবাদ ঃ—অঙানবা পুষা—সূর্যনা য়াম্না থুপখরবা, গুহাগুম্না চৎঙমদবা দ্যুলোকতা লৈবা, ফজবা দর্ভ কুশ তিন্নরবা সোমরস ফংখি । ১৪ ॥

উতোসমহ্যমিন্দুভিঃষড়্যুক্তাঁ অনুসেষিধৎ ।

গোভির্যবং নচর্কৃষৎ । ১৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—উতো ( অমম্ব ) সঃ ( পুষা—সূর্যনা ) মহ্যম্ (যজমান ঐগীদমক ) ইন্দুভিঃযুক্তান্ ( যোগগী হেতু ওইবা সোম খিবিক্তা তিন্নারবা) ষট্ ( বসন্তনাচিংবা ঋতু খিবিকপু ) অনুসেষিধৎ ( মথংমনাও নাইনা হন্না

হয়া ওইহনা লৈ ) গোভিঃ ( মণলাবাসীংনা ) যবম্ ( যব ফংনবগীদমক ) চর্কৃষৎ ( চহি খুদিংগী থোইহনা উবা ন ( মাহুগুমই )। ১৫ ॥

অনুবাদ ঃ—লৌউবাসীংনা মণলাবগা লোইনাহুনা যব ফংননাবগীদমক যবকী লৌবুকপু হয়া হয়া থোইবাগুম্না পুবা—মুমিৎনা ঐখোইগীদমক সোম—খাগা লোইনাহুনা মথং মথং ঋতু তরুকমক হয়া হয়া লৌই। ১৫ ॥

অম্বয়ো যন্ত্যধ্বভির্জাময়ো অধ্বরীয়তাম্ ।

পৃঞ্চতীর্মধুনাপয়ঃ ॥ ১৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—জাময়ঃ ( ঐখোইগী ফনবা তৌবিবা বন্ধু ওইবা ) মধুনা ( মহাও অথুম্বনা তিল্লবা ) পয়ঃ ( মখোম্ ) পৃঞ্চতীঃ ( মণবীনা-চিংবদা লৈহনবী ) অধ্ববীয়তাম্ (যজ্ঞ তৌনিংবা ঐখোইগী ) অম্বয়ঃ (ইমাগী মশক ওইবী ঈসীংনা ) অধ্বভিঃ ( লাই ঈড়াৎপা লম্বেননা মরম ওইদুনা ) য়ন্তি ( চৎলি )। ১৬ ॥

অনুবাদ ঃ—যজ্ঞবু ঐখোইগীনি, হাঈনা নিংবা ঐখোইগীদি ঈশিংনা ইমানি, অমরোমদা হাঈরগা ঈসীংনা ঐখোইগী ফনবা তৌবি, মাদোমদা হাঈরগানা ঈসিংদি ঐখোইগী চান্নবা মরুপনি, মহাকী অথুম্বা মহাওনা মণবীনাচিংবদা অহাওবা মখোম ওইনা লৈ, অহুগুম্বা ঈসিংনা লাইঈড়াৎপ্যাগী লম্বেনদা চৎলি—হোম তৌবা মফমদা চৎলি। ১৬ ॥

অমূর্যাউপসূর্যে যাভির্বাসূর্যঃ সহ।

তানোহিম্বন্ত্বধ্বরম্ ॥ ১৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—যাঃ অমূঃ ( অহুগুম্বা ঈসিংসীংনা ) সূর্যেউপ (নুমিৎকী মনাক ওইনা লৈ ) যাভিঃ ( ঈসীং খিবিকা ) সহ ( লোইনাহুনা ) সূর্যঃ ( সূর্যনা লৈ) বা ( অমদি ) তাঃ ( অহুগুম্বা ঈসিংসীং অহুনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) অধ্বরম্ ( যজ্ঞবু ) হিম্বন্তু ( পেনসনু )। ১৭ ॥

অনুবাদ ঃ—ঈশিংনা নুমিৎকা লোইনাহুনা লৈ, মাহুম্না মত্রগা নুমিৎনা

ঈসিংদা লোইনাচুনা লৈ, অহুগুম্বা ঈসিংবা ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞসিবু চানাযনস্নু। ১৭॥

অপোদেবীরুপহ্বয়ে যত্র গাবঃ পিবন্তিনঃ।

সিন্ধুভ্যঃকর্ত্ত্বংহবিঃ॥ ১৮॥

অন্বয়ানুবাদ:—নঃ (ঐখোইগী) গাবঃ (যণবীসীংবা) যত্র (অহুগুম্বা ঈসী দা) পিবন্তি (থকই) তাঃ অপঃ দেবীঃ (অহুগুম্বা ঈসিং দেবীবু) উপহ্বয়ে (ঐনা কৌই) সিন্ধুভ্যঃ (মহীচেনবা ঈসিং কৌবা লাইসীংগী দমক) হবিঃ কর্ত্ত্বম্ (হবিঃ পীগদবনি)। ১৮॥

অনুবাদঃ—ঐখোইগী যণসীংনা ঈসিং থকই, ঈসিং অহুবু ঐখোইনা লাও হাঈহুনা কৌই, মহিচেনবা ঈসিং কৌবা লাইদা ঐখোইনা হবিঃ পীগদবনি। ১৮॥

অপস্ব ১ন্তরমৃতমপ্সুভেষজমপামুতপ্রশস্তয়ে।

দেবা ভবতবাজিনঃ॥ ১৯॥

অন্বয়ানুবাদ:—অপ্সু (ঈসিংদা) অন্তঃ (মনুংদা) অমৃতম্ (শিদ হিদাক লৈ) অপ্সু (ঈশিংদা) ভেষজম্ (হিদাক লৈ) উত (অমস্তু) অপাম্ (ঈসিং লাইসীংগী) প্রশস্তয়ে (থাগৎনবগীদমক) দেবাঃ (হে ব্রাহ্মণসা!) বাজিনঃ (যাম্না থুবা) ভবত (ওইয়ু) হাঈবদি লৈসিলৈথোনলু)। ১৯।

অনুবাদ-ঃ—ঈসিংদা অমৃত লৈ মাচম্না অনাঅয়েক কোয়বা হিদাকস্নু লৈ, অহুনা হে ব্রাহ্মণ লাইসা। থিল্লগম্নু—থুরো—লৈসিলৈথোনলু। ১৯॥

অপ্সুমেসোমো অব্রবীদন্তর্বিশ্বানি ভেষজা।

অগ্নিংচ বিশ্বশংভুবমাপশ্চবিশ্বভেষজীঃ॥ ২০॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অপ্সু (ঈসিংদা) অন্তঃ (মনুংদা) বিশ্বানিভেষজা (হিদাক পুম্নামকস্তনা লৈ) মে (মন্ত্র উবা ঐঙোন্দা) সোমঃ (সোম কৌবা লাইনা) অব্রবীৎ (হাঙ্গী) মাতুম্না বিশ্বশংভুবং (তাইব' পুম্বাবু নুঙাই-হনবা) অগ্নিম্চ (মৈবুসু ঈসিংদা লৈ হাঙ্গীনা সোমনা হাঙ্গী) বিশ্বভেষজীঃ (হিদাক পুম্নামকী মশক ওইবা) আপঃচ (ঈসিবুসু হাঙ্গী) ২০ ॥

অনুবাদ ঃ—মন্ত্রউবা ঐঙোন্দা মোমনা হাঙ্গী, মাতুদি ঈসিংদা হিদাক পুম্নামক লৈ, তাইবং পুম্বাবু নুঙাইহনবা মৈসু ঈসিংদা লৈ, হাঙ্গী, ঈসিং হাঙ্গীবাসি হিদাক পুম্বাগী মশকনি, হাঙ্গী। ২০ ॥

আপঃ পৃণীতভেষজং বরূথং তন্বে৩মম।
জ্যোক্চসূর্যংদৃশে ॥ ২১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—আপঃ (হে ঈসি সা) মম (ঐগী) তন্বে (হকচাংগী দমক) বরূথং (অনাবচংদনবা) ভেষজম্ (হিদাক) পৃণীত (যামখৎহল্লু) জ্যোক্ (কুইনা) সূর্যম্ (নুমিৎপু) দৃশে (উনবগীদমক)। ২১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ঈসিংও' ঐগী হকচাংগী অনাবা কোক্লবা হিদাক য়ামখৎহল্লু, মরমদি ঐনা নুমিৎপু মতম কুইনা উনবগীদমকনি। ২১ ॥

ইদমাপঃ প্রবহতযৎকিঞ্চ দুরিতংময়ি।
যদ্বাহমভি দুদ্রোহ যদ্বাশেপ উতানৃতম্ ॥ ২২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ময়ি (যজমান ঐঙোন্দা) যৎ কিঞ্চদুরিতম্ (খংদনা তৌখিবা পাপ) বা (অমদি) অহম্ (ঐনা) অভিদ্রোহঃ (খংনা খংনা অতোপ্পবু ফত্তনবা তৌখিবা পাপ) বা (অমদি) শেপে (সাধুজনদা চৈখিবা) উত (অমসু) অনৃতম্ (চুমদবা হাঙ্গীখিবা) [ইদং (সর্ব্বাপরাধজাতং—(অসিগুম্বা অপরাধ মযাম্বু] আপঃ (হে ঈসিং!) প্রবহত (ঈচেন ওইনা পুথোকপিখবো)। ২২ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ঈসিংও! ঐঙোন্দা লৈবা খংদবদগী তৌখিবা পাপ,

উতয়ো যাশুষেম্বায়শশ্চক্রে অসাম্যা ।

অস্মাক মুদরেষ্বা । ১৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—উত ( অমসু ) যঃ ( বরুণনা ) মান্তুষেষু ( মীপুম্নামক্তা) যশঃ ( চানবা চীঙ্গাকপু ) আচক্রে ( পুম্নামক্তা বাৎতলবা তৌবা ) সঃ ( অতুগুম্বা বরুণনা ) আ ( পুম্নমক্তা ) অসামি ( রাৎহন্নদে ) অস্মাকম্ ( ঐখোইগীনা ) উদরেষু আচক্রে ( ঐখোইগী পুকথন্নবাবুনা থোইদোকনা তৌই ) । ১৫ ॥

অনুবাদ ঃ—বরুণদেবনা থৱাইপানবাপুম্বগী অমসু থোইদোক্লমক ঐখোই পুম্নামকীদমক চীঙ্গাক যাম্না থৌরাং তৌতুনা থমই । ১৫ ॥

পরামেয়ন্তিধীতয়ো গাবোনগব্যূতীরনু ।

ইচ্ছন্তীরুরুচক্ষসম্ । ১৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—উরুচক্ষসম্ ( ময়াম্না এংনবা ওইবা ) বরুণম্ (বরুণবু) ইচ্ছন্তীঃ ( পাম্বা ) মেধীতয়ঃ ( শুনশেপ ঐগী বুদ্ধিনা ) পরায়ান্ত ( মাই ওন্থোকপা নৈতনা চৎলি ) গাবঃ ( যণবী ময়াম্না ) নগব্যূতীঃ অনু ( যঙ্গোন ভম্না চৎপাগুমই ) । ১৬ ॥

অনুবাদ ঃ—পুম্নামক্না বরুণবু এংগদবনি, যণ পুম্নামকনা যঙ্গোনগী মাইকৈ অকোইবদা এংতুনা চৎপাগুম ঐগী ৱাখল্লা হন্দোকপা নৈতনা বরুণগী মাইকৈ অকোঈবদা চৎতুনা লৈ । ১৬ ॥

সংন্নুবোচাবহৈপুনর্যতোমেমধ্বাভৃতম্ ।

হোতেবক্ষদসে প্রিয়ম্ ॥ ১৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—যতঃ ( মরম অতুদগী ) মে ( ঐগী হিংনবগীদমক ) মধু ( অহাওবা হবিবু ) আভৃতম ( চৎখোম্না সেমলে ) হোতা ইব ( হোম

তৌবদা তৌবওয়া ) প্রিয়ম্ ( পান্নবা ওইবা হবিবু ) ক্ষদসে ( নংনা চাই ) চাহুনা পেন্নবা নহাকন্থ হিংলবা ঐন্থ 'মু' ( সোইদনা ) সংবোচাবহৈ ( চংথোক্না য়ারি য়ানসি ) ॥ ১৭ ॥

অনুবাদ :—হে বরুণ ঐগী হিংলবগীদমক নঙোন্দা পিনবা হাওন্নবা হব্য অসি সেমলে, মরম অসিনা হোম তৌরিবা মী অসিগুম্বা নংনা অহাওবা, হব্য অসি চাও, অতুগা ঐথোই অনি ম্নুঙাইনা য়াঙাংনসি । ১৭ ॥

দর্শংন্নুবিশ্বদর্শতংদর্শংরথমধিক্ষমি ।

এতাজুষতমেগিরঃ ॥ ১৮ ॥

বিশ্বদর্শতম্ ( পুম্নামক্না উনিংবা ঐথোইবু থোজান্দুনা উহনবিবা বরুণবু) দর্শংন্নু ( ঐ উরে ) ক্ষমি ( থোজানবী পৃথিবীদা ) রথম্ ( বরুণনা তোংবা রথ ) অধিদর্শম্ ( ঐ য়াম্না উরে ) এতাঃ ( হাঙ্গৈরিবা ) গিরঃ ( ঐগী লৈসি-লৈথোনবা য়াহৈ আস ) জুষত ( বরুণনা লৌবিরে ) । ১৮ ॥

অনুবাদ :—ঐ, পুম্নামক্না এংনিংবা—ফজবা বরুণ উরে, লৈপাক মথক্তা ঐ বরুণগী রথ উবে, ঐনা লৈসিলৈথোনজবস্থু বরুণনা লৌবিরে । ১৮ ॥

ইমংমে বরুণ শ্রুধীহব মদ্যাচ মৃলয় ।

ত্বামবস্যু রাচকে ॥ ১৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—বরুণ ( হে বরুণ ! ) মে ( ঐগী ) ইমম্ হবম্ ( কৌ-জবাসিবু ) শ্রুধি ( নহাকনা তাবিয়ু ) অদ্য (ঙসি ) মৃলয ( ঐথোইবু ম্নুঙাইহনলু) অবস্যুঃ ( ঙাকপিবা পামদুনা ঐনা ) ত্বাম্ ( নহাকপু ) আচক্রে ( মাইওন-শিন্দুনা লৈসিলৈথোনজরি ) । ১৯ ॥

অনুবাদ :—হে বরুণ ! ঐনা কৌরিবা অসি তাবিয়ু, ঙসি ঐবু ম্নুঙাই-হনবিয়ু, ঐবু কনহনবিংদুনা ঐনা নহাকপু লৈসিলৈথোনজরি । ১৯ ॥

ত্বং বিশ্বস্যমেধিরদিবশ্চগ্মশ্চ রাজসি ।

সয়ামনিপ্রতিশ্রুধি ॥ ২০ ॥

ঐদা খংনাথংনা তৌখিবা পাপ, মীবু মাংনবা, কচ্ছনবা তৌখিবা পাপ ঐনা অকবা মীবু চৈথিবা পাপ, কন্দিগুম্বা ওইদবা ভাংখিবা পাপ অসিগুম্বা ঐঙোন্দা লৈবা অয়ানবা পুম্ববু নংনা কোকপিয়ু। ২২॥

আপো অদ্যান্বচারিষংরসেন সমগস্মহি।

পয়স্বানগ্ন আগহিতংমাসংসৃজবর্চসা ॥ ২৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ--অদ্য (ঙসিগী নুমিত্তা) অবভৃথগীদমক 'আপঃ' (ঈসিংদা) অনুঅচারিষম্ ( মনুংদা কুমলে ) রসেন ( ঈসিংচাইহুনা ) সম্ অগস্মহি ( চংখোয়া ঈসিংগা তিন্নারে ) অগ্নে ( হে মৈও! ) পয়স্বান্ ( ঈসিংদা লৈয়বনিদা পয়ঃগা তিন্নারবা নংনা ) আগহি ( অবভৃথগী থবক অসিদা নং লাক্ত ) তম্ মা ( অদুগুম্বা ঐবু ) বর্চ্চসা ( নঙাননসানা ) সংসৃজ ( তিন্নরে )। ২৩॥

অনুবাদ ঃ—ঐ ঙসিদি অবভৃথস্নান তৌগে হাঙ্গৈতুনা ঈসিং মনুংদা লৈরে, মাহুম্না ঈসিংগী রসগা ঐগা তিন্নারে, হে ঈসিংগা তিন্নদা লৈবা হে মৈও! অসিগুম্বা ঐগী থবক অবভৃথ কৌবা ঈরুবা অসিদা ঐঙোন্দা ইভিক-ইঙন লৈহনবিয়ু। ২৩॥

সংমাগ্নেবর্চ্চসাসৃজসংপ্রজয়া সমায়ুষা।

বিদ্যুর্মে অস্যদেবা ইন্দ্রোবিদ্যাৎ সহঋষিভিঃ ॥ ২৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অগ্নে ( হে মৈও! ) বর্চ্চসা ( ইচা পুমসিবনাচিংবনা ) মা ( ঐবু ) সংসৃজ ( তিনহল্লু-লৈহনলু ) দেবাঃ ( সোম থকপা লাইনীংথৌ ) অস্মে ( যজমান ঐগী ) অস্তুঃ ( ঐগী অনুষ্ঠান—তৌরিবা থবকপু খংবিনলু ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) ঋষিভিঃ ( ঋষিসীংগা লোইনাহুনা ) বিদ্যাৎ ( ঐনা তৌরবা অনুষ্ঠান—থবকসিবু খংবিবা ওইসনু )। ২৪ ॥

অনুবাদ ঃ—হে মৈও! ঐবু ইভিক-ইঙন লৈহনবিয়ু, ইচা-ঈবন, পুন্নসিনিয়ু, মাহুদি ইন্দ্রনা ঋষিসীংনাসু ঐবু ইথৌ তৌরিবনি, হাঙৈবা খংবিনবনি। ২৪ ॥

মাসিদা মঙাহুবা অনুবাক লোইরে।

৬ অনুবাক । ২৪ সুক্ত । অগ্নিনাচিংবনা দেবতানি, মাসিদগীনা
৩০ সুক্ত ফাউবা অজিগর্তগী মচা
শুনশেপনা ঋষিনি ।

কস্য নূনং কতমস্যামৃতানাং মনামহে চারুদেবস্যনাম

কোনো মহ্যা অদিতয়েপুনর্দাৎপিতরংচদৃশেয়ং মাতরংচ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—[ বয়ম্—শুনঃ শেপ কৌবা ঐখোইনা ]—অমৃতানাম্ ( লাইসীংগী মরক্তা ) কতমস্য ( করম্বা জাৎকা ) কস্য ( করম্বা ) দেবস্য ( লাইগী ) চারুনাম ( ফজবা মিং ) নূনম্ মনামহে ( ঐখোইনা সোনসিবা ) কঃ ( করম্বা লাইনা ) নঃ ঐখোই শিগদোরবা ঐবু ) পুনঃ ( অমোকহন্না ) মহ্যে ( মতিকচাওবা ) অদিতয়ে ( পৃথিবীগীদমক ) দাৎ ( পিগদবা ওইবা, হায়বগী অর্থদি,— মাহুন্না পীবিবা অহুনা পৃথিবীদা লৈহনবিহুনা শিন্দ্রবা ঐনা ) পিতরম্ চ ( ইপাবু ) মাতরম্ চ ( ইমাবুসু ) দৃশেয়ম্ ( উগনি ) ॥১॥

অনুবাদঃ—লাইসীংগী মরক্তা করম্বা লাইমিং শোনসিবা, করম্বা লাইনা বলি তৌহুনা হাৎহুনা শিগদোরবা ঐব মালেম লৈমাই মথক্তা লৈহনবিহুনা ঐনা ইপা ইমাবু উবা ফংজগবা ? । ১ ॥

ব্যাখ্যা— ২৪দগীনা ৩০ সুক্ত ফাউবাগী বক্তাদি শুনশেপ (ফ) ঋষিনি । মহাকপু বলি তৌহুনা বরুণদা পীথোক্লমদাইদা মানা শিনিংদাহুনা তেংথা-হুনা কপ্পা অহু ওইনা ঋগ্‌মন্ত্র অসিনা হায়রি, ঋগ্‌মন্ত্র অসিগী মিতৈ লৈপাক মণিপুর অমসু মাঙোন্দা লৈবা মিতৈসীংগা য়াম্না নক্লবা থানবা য়াদবা মড়ী লৈনৈ, অহুনা রাফম অসিবু পুরাণনাচিংবনা ব্যাখ্যা তৌবা অহু সন্দোক্লা হরি । শ্রীমদ্ভাগবত নবমস্কন্ধদা সূর্য্যবংশগী নিংথৌসীং থারকপদা ৭ অধ্যায়দা হায় । মাহুদি ত্রিশঙ্কুনা হরিশ্চন্দ্র পোকই, নিংথৌ অসি মচা পোক্তে, য়াম্না ৱায়ে, নারদনা বরুণদা হায়জে অহুগা পোক্লনি তাকপিয়ে, হরিশ্চন্দ্রনা বরুণদা ইচানিপা পোকচগে, বর নিয়ে, মাসিবু হরিশ্চন্দ্রনা বরুন্দা হায়জে, মাহুদি, ঐগী ইচা নিপা পোক্লগা ইচা অহুনা পশু ওইহুনা বলি তৌহুনা নংবু ঊড়াম্বচগে হায়রে, অসি হায়হুনা বাশকলে,

বরুণ লাকতুনা হরিশ্চন্দ্রদা হাঙ্গৈরে নচা পোকলে, ঐবু লাৎলা, অঙাং পোকলে, হৃজিক য়ুমাংলি, যাদরি, থুমই, য়ুমশেংলগা বরুণনা হাঙ্গৈরে. য়ুমশেংলে, নচাপিবো, হাঙ্গৈরে, হরিশ্চন্দ্রনা থুমই, পশু মযা হৌদরি মাংই, য়াদরি, বরুণনা মযাহৌরে পিরো, হাঙ্গৈরে, মযা সিনলগা শেংগনি, মাংলি, হাঙ্গৈরে, শাগী মযা শিনলে পীরো হাঙ্গৈরে, ক্ষত্রিয মচাদি লানগী ফিজোন কবচ লিৎতুনা খুৎলাই পাইদবিবা মখৈ মাংই. মাসুম তৌহুনা মথং মথং হেনগৎলকপা মচাগী প্রেমনা মপুকনিং সুমহৎতুনা হাঙ্গৈবা অহু বরুণনা ঙাইখি। মচা রোহিতনা মপানা তৌনিংলিবা থবক অহু খংলহুনা মথল্লাই হিংনবগীদমক বনদা চেনখবে। মপা হরিশ্চন্দ্রবু বরুণনা মীনমই, হাঙ্গৈহুনা সাওরহুনা মপাবু মপুক কংখৎপা লাইনা যগাম থংহনলে,। মপাগী অল্লাবা তাবে হাঙ্গৈবা রোহিতনা তাবহুনা ও যুমদা চৎলগে হাঙ্গৈহুনা খুঙ্গংতাল্লা লাকখি। মাহু উবদা ইন্দ্রনা রোহিতপু যুমদা হল্লকন্নু, চৎনু হাঙ্গৈহুনা খামখি। ইন্দ্রনা রোহিতপু পৃথিবীদা তীর্থসেবা তৌহুনা কোইবদি পুন্যনি, তাকই, রোহিতনা ইন্দ্রনা খাম্বা যারহুনা চহি অমা চুপনা বনদা লৈখি। মাসুম তৌহুনা রোহিতনা চহি অমা সুবগা মযুমদা চৎলগে হাঙ্গৈহুনা হল্লকই, মাতুম্না হল্লকপদা ইন্দ্রনা হল্লকন্নু, হাঙ্গৈহুনা খামই, মাসুম্না চহি অমামম লৈরগা অমোক অমোক হল্লকই,—ইন্দ্রনা রোহিতবু হল্লকপা খুদিংদা খাল্লকই, মাসুম্না চহিমঙা তৌবকই। তরুকসুন বনদা লৈরবদা অকোনবা তরুকসুবা চহিদামপাগী কোন্নুংদা হল্লকই, অহুগা অজিগর্ত কৌবা দেশদগী শুনঃশেপ কৌবা মাগী মহুৎ সিন্নবা ব্রাহ্মণমচা অমাপী অহুনা মচাগী মহুৎসিন্দুনা নরমেধযজ্ঞ তৌননা মপানা বরুণনাচিংবা দেবতাবু ঈডাৎখি। মাসুম তৌহুনা হরিশ্চন্দ্রগী মপুক কংখৎপা অনাবা অহু কোকখি। অসিগুম্বা হরিশ্চন্দ্রগী অচৌবা কথা অসি থোকখি। অসিগুম্বা কথা অসিদা হাঙ্গৈরিবা শুনঃশেপ কৌবা হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতগী মহুৎসিনবা ব্রাহ্মণ মচাবু হরিশ্চন্দ্রনা তৌবা নরমেধ যজ্ঞ অহুদা বলি তৌগদবগী বলি তৌফমদা পুসিল্লবদা "শুনঃশেপ" ব্রাহ্মণ মচা অহুনা— মাবু বলি তৌরমদাই ওইরবদা হাঙ্গৈবা রাক্ষম অহু আলোচ্য ঋগ্ অসিনা হাঙ্গৈরিবা অসিনি। শ্রীভাগবত নবমস্কন্দদা অধ্যায় :৬তা হরিশ্চন্দ্রগী যজ্ঞদা বলি

তৌগদৌরিবা শুনঃশেপবু বিশ্বামিত্রনা তাকতুনা শুনঃশেপনা বরুণবু আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিনা লৈসিলৈথোনবদগী বরুণনা শুনঃশেপবু হাংকদবদগী কনবিখি। অতুগা মহাকপু বিশ্বামিত্রনা মচা ওইনা লৌশিনখি। অসুম্না শ্রীভাগবতনা হাঙ্গী।

হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতনা ময়ুমদা হল্লকপদা ইন্দ্রনা ব্রাহ্মণ হস্লুমা সাহনা খাম্বগী য়াকম অসি ঋগ্ মন্ত্রগী ঐতরেয় ব্রাহ্মণদা য়াকমসি লৌ-থংতুনা মতাং অসিবু সন্দোক্না ব্যাখ্যা তৌই,—

রোহিতনা বন চৎপদগী য়ারহনা ময়ুমদা হল্লক্রবদা ইন্দ্রনা নিপা সাহনা লম্বেনদা কৌহনা হাঙ্গী,— "চরৈবেতি চরৈবেতি"— চৎলু, চৎলু, হল্লকসু লম্বেনদা চৎলু। "ইন্দ্রঃ ইচ্চারতঃ সখা।" লম্বেন চৎলিবগী ইন্দ্রনা সখানি।

ইন্দ্রনা হাঙ্গী,—নানা শ্রান্তায শ্রীরস্তীতি রোহিত শুশ্রুম।

(১) পাপো নৃষদ্বরোজন ইন্দ্র ইচ্চরতঃ সখা, "চরৈবেতি"

হে রোহিত। ঐথোইনা কুইরে, তারকপা, পংচৎতা চৎতুনা য়ারবা, মীনী, মথলমথা য়ামলবা শ্রীসম্পত্তি থোরকই, অথোইবা মীসু ওইসনু ভুমচনা হিপতুনতা লৈরবদি মী অদু কৈস্নুলৈতবা তুচ্ছ ওইরকই। লম্বেনদা চৎলু, চৎলু, মহাক্কী ইন্দ্রনা সখানি, লম্বেনদা পংচত্তা চৎলু, চৎলু।

(২) পুষ্পিণ্যৌচরতোজঙ্ঘে ভূষ্ণুরাত্মাফলেগ্রহিঃ।

শেরস্যসর্ব্বেপাপ্মানঃশ্রমেণপ্রপথেহতাশ্চরৈবেতি ॥

হে রোহিত। ঐথোইনা তারকপা কূইরে লম্বেন চৎপা মীগী খুকউ অদিদা মপান শাংলি, মাগী আত্মাদি চাওই, মাসুম্না তৌহনা মাহুগী মহৈদি য়ামনা চাওনা য়াল্লি, মী অহুগী পাপতি লমচৎপগী চোকথহইথাবনা হাং-তোকতুনা লম্বেনদা আহনা তুমতুনা লৈহৌই। লম্বেনদা চৎলু, চৎলু।

(৩) আস্তেভগআসীনস্যোর্দ্ধস্তিষ্ঠতিতিষ্ঠতঃ।

শেতেনিপদ্যমানস্য চরাতি চরতো ভগশ্চরৈবেতি ॥

কমহনা লৈবা মীগী মরাইপক্তি কমই, হৌগৎতুনা লেপলগা মরাই-পকসু হৌগৎতুনা লেপই, হিপতুনা লৈবগী মরাইপকসু হিপতুনা লৈ, অদুচৎপা মীগী মরাইপকসু চৎলি, লম্বেনদা চৎলু, চৎলু।

(৩) কলিঃশয়ানো ভবতি সঞ্জিহানস্তু দ্বাপরঃ।
উত্তিষ্ঠন্ ত্রেতা ভবতি কৃতং সম্পদ্যতে চরংশ্চরৈবেতি ॥

হিপতুনা লৈবদা কলি, থীকপথোকপদা দ্বাপর, হৌগৎতুনা লেপ্পদা ত্রেতা, মখোল্লাংতুনা চৎপদা কৃত—সত্যনি, মৈয়েনদা চৎলু, চৎলু।

(৪) চরন্‌বৈ মধুবিন্দতি চরন্ স্বাদুমুদুম্বরম।
সূর্যস্য পশ্য শ্রেমাণং যোনতন্দ্রায়তে, চরংশ্চরৈবেতি।

অচৎপনা অথুম্বা অমৃত ফংই, হুমিৎ অসি এংউ, হুমিৎনা পুম্নামক্কী ইহেন লেপ্পাক্তে, মান্না হুমিৎচুম্না চত্তুনবা লৈবনা গুহাক্তগী তন্দে লবেন্দা চৎলু, চৎলু।

মথক্তা উৎলিবা ঋগ্‌বেদ ঐতরেয় ব্রাহ্মণগী বচনশীং অসিদা য়াম্না সুক্ষ্মরুবা অর্থ অমা থংহন্নলি, মাতুদি,—পদ্য অসিগী অনুবাদ মরিম্লবা পাঙ্গল্লা য়ুগশিং, কলি, দ্বাপর, ত্রেতা অমসুং কৃত—সত্য অদুবা য়াহৈ মরি অসি, মতম অসিদা ইথ্‌াইনা থংনরিবা কলিনাচিংবা য়ুগ অসিগী মখিংদি, ‘তৌই তৌরগু’ অর্থাদ চৎনরিবা ইথ্‌াইনা থংনরিবা অর্থ অসিগদি যেদনা হাঙ্গৎলিবা অর্থগা মান্নদে। পাঠকসীংনা বেঙ্কটেশ বাপুজীগী ইণ্ডিয়ান এণ্ড ফোরেন ক্রোনোলোজীগা পাবিয়ু। ঐখোইনা মতাং অসিদা মিতৈগী পুরানা ব্যাখ্যা তৌরি, মাতুদি কলি, দ্বাপর, ত্রেতা অমসু কৃত=সত্যবু মিতৈ পুরানা হরিচক হয়াচক, খুনংচক অমসু লাংবাচক কৌই। অতুনা মরি অসিবু চক মরি কৌই। চক্ হাঙ্গৈবদি জগ=যগ=য়জ্ঞ হাঙ্গৈবনি, আর্যশীংগী গথাম্নল য়ুগতা হুমিৎ ৩৬৫¼ না সৌরবৎসর অমা ওইবা অসিগী প্রথম বৎসরদা হুমিৎ ৩৬৬ দা চহি ওইবাগী কোয়বগীদমক কলি, দ্বাপর, ত্রেতা অমসু কৃত মাহু হাঙ্গৈরগা সত্য কৌবা চহিহৌবা হুমিত্তা আর্যশীংনা যজ্ঞ মথল মরি তৌরমই। অহানবা চহিদা হুমিৎতাবদা চহি হৌবগী যজ্ঞ তৌই, মাহুবু কলি কৌই, মথংগী চহিদা নোংয়াইদা চহি হৌবগী যজ্ঞ তৌই, মুম অদুবু দ্বাপর কৌই। অহুমশুবা চহিনা হুমিৎ থোকপদা চহি হৌবগী যজ্ঞ তৌরমই, মাহুবু ত্রেতা কৌই, মথংগী চহিদা হুমিৎমুংবদা চহি হৌবগী যজ্ঞ তৌরমই, মাহুবু কৃত মাহু হাঙ্গৈরগা সত্য কৌরমই। মাদি বি, সি, ৩১০০ কালীনা ১২০০ ফাওবা চৎলারমই, মাসি ইণ্ডিয়ান ক্রোনোলোজিনা হায়বনি।
লৌথংখরবা ঋগ্‌বেদ ঐতরেয় ব্রাহ্মণগী মন্ত্রসুবা "কলিঃশয়ানঃ" হায়রিবা

শ্রুতি অসিগী বৈজ্ঞানিকভিত্তিদা ব্যাখ্যা তৌবদগী মহাক্কী তাৎপর্য চিংনবা লৈতনা খংলে, মাহুদি, মীওইবনা তুমত্তুনতা লৈরবদি, মশা পুম্মাং মাংলে, মাপোকপগী মপোক অসিদা মাংবা নত্তনা করি অমত্তা ওইদরে। ছিপতুনা লৈরবস্থু তুম্বা তৌদাতুনা ৱাখন তৌহুনাত্তা লৈরবাস্থ খরা অফবা লৈ, মাহু-দগী ফমুং থাদোকতুনা হৌগৎলবদি লাইপক ফবাগী মরুহুনলে, চৎতবু চৎলবদি সোইদনা মী অহু লাইপকফবা মহৈ য়ানলে, মাসিনা শ্রুতিগী তাৎপর্যনি। *

ঐখোইনা প্রসঙ্গসঙ্গতিন্যায়না হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতনা মপাগী ফুগাম থুংহুনা য়াম্না ৱারে, হাঙ্গীবা তাহুনা বনদগী চহি খুদিংগী অমোক অমোক হল্লকপদা ইন্দ্রনা বনদা ব্রাহ্মণ হণুবা ওইনা লাকতুনা খামলবদা ইন্দ্রনা হাঙ্গীবা ঋগ্ বেদ ঐতরেয় ব্রাহ্মণ শ্রুতি খরা লৌখৎতুনা মাহুদা হুজিক্কি হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতনা মাগী মহুৎসিন্নাবা শুনঃশেপ (ফ) কৌবা ব্রাহ্মণ মচাবু বলি তৌরমদাইদা বিশ্বামিত্রনা তাকতুনা শুনঃশেপনা বরুণদা হাঙ্গীজহুনা ব্রাহ্মণ মচা অসি হিংই, অস্নুম্না শ্রীভাগবতনা হাঙ্গী। আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিনা মাবু হাৎপিদনাবগীদমক শুনঃশেপনা দেবতাদা লৈসিলৈথোনলি, হাঙ্গীরি।

ঐখোইনা মথক্তা লৌখৎলিবা ব্যাখ্যা অসি শ্রীভাগবতনা তৌবা ব্যাখ্যাগী মত-ইন্না ঋগ্ মন্ত্রসিবু ব্যাখ্যা তৌই, অহুগা মাসি ঋষি বাল্মিকিনা রামায়ণদা

* ইখ্বাইনা হাঙ্গীনাবাদদি ১ সত্য-কৃত, ২ ত্রেতা, ৩ দ্বাপর অমস্থ ৪ কলি, হাঙ্গীনৈ, শ্রুতিনা ১ কলি, ২ দ্বাপর, ৩ ত্রেতা অমস্থ সত্য হাঙ্গীনৈ মাসি ওন্নতৈনবাগুম উরে. ওন্ননা নত্তে, মাসি অনিমক অচুম্বনি, অরানবা নত্তে। মাসিমাস্থ খংদবা য়াদে, মাহুদি,—সত্যগী পরিমান চহি ১৭২৮০০০। ত্রেতা চহি ১২৯৬০০০। দ্বাপর চহি ৮৬৪০০০ অমস্থ কলিগী চহি ৪৩২০০০ নি,—অস্নুম্না চতুর্যুগ পরিমাণ চহি অসিদি— অসাবা কাল্পনিকনি, মাসি ব্যবহারদা চৎনাবনি। মফম অসিদা হাঙ্গীরিবা কলি, দ্বাপর, ত্রেতা অমস্থ কৃত হাঙ্গীবাসিদি চহি মওানা সাবা বেদাঙ্গ জ্যোতিষগী গণনাদা কল্পনা তৌবনি, মস্নুংদা মশা অমত্তনি, বেদাঙ্গ জ্যোতিষাধ্যায়ি সম্প্রদায়গী চৎনবিনি।

তৌবা ব্যাখ্যাগদি চাওরাক এংবদা য়াম্না মান্নাদবগুম্না উই। মাহুস্তু তাং-পর্থদদি মসা অমত্তনি, হাঙৈবা খংনবগীদমক ঋষিবাল্মীকিগী ব্যাখ্যাস্তু মতাং অসিদা থরদং লৌখৎতুনা তুলনামূলক সমালোচনা তৌরি।

রাময়ণ বাল্যকাণ্ড সর্গ ৬১।৬২ দা হাঙৈ,—বিশ্বামিত্রনা তপোবনদা তপঃ তৌহুতুনা লৈরিঙৈদা অম্বরীস নিংথৌনা যজ্ঞ তৌই। ইন্দ্রনা অম্বরীসকী যজ্ঞগী পশু হুরানখরে। যজ্ঞগী ব্রাহ্মণনা অম্বরীসদা হাঙৈরে, যজ্ঞগী পশু মাংখরে, নংগী যজ্ঞ অসি মাঙ্‌লগনি। যজ্ঞ কাঙৈরবদি নং শোইদনা মাংলগনি, প্রায়শ্চিত তৌনবগীদমক মী অমা বলি তৌবা তারে, থুনা পুরকউ। অম্বরীষনা যজ্ঞদা বলি তৌনবা মী অমত্তা থিবা ফংদরে। অম্বরীষনা লৈপাক, খুন, সহর, বন, তীর্থ পুম্নমক কোঙৈহুনা যজ্ঞদা বলি তৌনবা মী অমত্তা লৈগে থিবদা ফংদরে, মমৈদা তপোধন ঋচীক কৌবা মুনি অমা উনরে, মাগী মচা নিপা অহুম পোকই, অম্বরীষনা মুনিগী মচা অহুমদগী অমত্তং পীয়ু, যণবী লীসিংচামা পীগে হাঙৈজে। মুনিনা হাঙৈরে, ঐগী ঈচা অহনদি পীবা ঙমলোই, মচাদি অহনতনা মচানি, হাঙৈরে, মাহুদা মতু ব্রাহ্মণীনা হাঙৈরে. ঐদি ইচা অতোনবদি থাদোকপা ঙমলোই, মাবুনা ইহেন হেন্না নুংশিজে হাঙৈরে। মাহু তারগা মচাম্নাইমা শুনঃশেপনা অম্বারিষ নিংথৌদা হাঙৈরে, ইপানা ইচা অহনদি য়োনবা য়াদে, হাঙৈরে, ইমানা অতোনবদি নুংসি, হাঙৈরে, ঐ থংলে, নুংসিদবা য়োনবা য়াবদি ঐ থোকলে, ঐবু পুরো, অসি হাঙৈরবদা অম্বরীষ নিংথৌনা মপা মমাদা সনা, মনি, রত্ন ময়াম পীরে, যণবী লীসিং চামা পীরে, শুনঃশেপপু রথতা হাপতুনা পুবকলে। মাম্নম্না লাকপদা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা পুষ্কর তীর্থ মনাক্তা তপোবনদা থুংতুনা থোৎথাহুনা নিংথৌগা লোইনাহুনা লৈরিঙৈদা মাগী মাম থোকপা বিশ্বামিত্রগা উনরহুনা ব্রাহ্মণমচানা মাবু হাংকদবদগী কনবিয়্ন অম্বরীষ নিংথৌবুস্তু ফহনবিয়্, হাঙৈজরে, বিশ্বামিত্রনা মাগী মচা মধু-ছন্দঃনাচিংবদা হাঙৈরে,—ইচাসা! মীওইবনা মচা পোকপদি মপাগী পরলোকতা নুঙাইনা অফবা ফংনবা পোকপনি, মুনিগী মচা শুনঃশেপনা মাবু মমামপালা য়োনখোকলক্লে, অম্বরীষগী যজ্ঞদা মাবু বলি তৌবা তারে, মাবু কনবিয়্ন

হাঈরে, নখোঈ অমনা মাগী মহুৎসিন্দুনা শিবিয়, নপা ঐগী পরলোকতা মলবা হুক্তাইনবা, সেমউ, শুনঃশেপবু হিংহনলু, অম্বরীষবু যজ্ঞ তৌহনলু হাঈরিব, মচাসীংনা মা অহু ভাবদা নাপন তৌবগা লোইনন। নোঙ্কহনা খুমই,—ইপানা কৈদৌহুনা নচা অপোকপবু হন্দোকতুনা মীগী মচাবু কনগা-তৌরিবনো ? ঐখোইনা উরে,—ইপানা হন্নক তৌরিবা অদিদি নখন্তগী নপা চাবকতনা থবকতী, তৌহেদে। বিশ্বামিত্রনা মচাসীংগী ব্যবহার অহু উবনা নাউরে। নখোইনা ঐনা হাঈবাবু উশিত্তহনা তুজুংমাঙ্গুংবা থবক তৌরে, অহু ওইরবদি নখোইসু বশিষ্ঠগী মচাগুম্বা মুষ্টিক জাতি ওইনা পোকতুনা হজ্জন হজ্জন ছুইশা চাবা ওইনা চহি লীসীং অমা পৃথিবীদা লৈয়, অসিহাঈনা চৈরে। বিশ্বামিত্রনা শুনঃশেপবু বিপ্ন কোক্নবা রক্ষা তৌহুনা হাঈ,—মুনিমচা ! নং অম্বরীষগী যজ্ঞদা লৈপরেং অঙাংবা শিহুনা নশাদা অঙাংবা তৈহুনা বৈষ্ণব যূপ ( চুপ ) তা অশেংবা থোঙ্গীনা পুনগনি, মতম অহুদা মৈবু লৈসিলৈথোনজু, অমসু দিব্যগাথা ছকউ, অহু ওইববদি নং সিদ্ধ ওইগনি। শুনঃশেপনা গাথা অনি লৌরে, অহুগা অম্বরীষদা মহারাজ চৎলসি হাঈহুনা নরবলি, তৌনম যজ্ঞদা নিংথৌগা লোইশাহনা লাকই, অম্বরীষনা হয়াওনা শুনঃশেপ পুহনা লাকলে। যজ্ঞগী সদস্য ব্রাহ্মণসীংনা শুনঃশেপ মুনিমচাবু কী অঙাংবা লেৎপীরে, কুশগী থোঙ্গীনা বলিগী চুপতা পুনলে, মতম অহুদা শুনঃশেপনা মৈ খুরুমলগা ইন্দ্রনে অমসু মনাও বিষ্ণুনে লাই অনিবু বিশ্বামিত্রনা তম্বি-রকপা গাথা অনি অহু ছকতুনা পেনহনলে। লাই অনিনা পেল্লহনা যাম্না মাংনা পুন্নসিথা বর পীবে, অম্বরীষসু যজ্ঞগী মহৈ যাম্না ফংলে।

মর্থহুন লৌখৎলিবা রামায়ণগী কথা অসিবু ঋগ্‌বেদগী অহানবা অষ্টককী ২৪ তগীনা ৩৬ মুবা সূক্ত ফাউবগী ঋষি শুনঃশেপকী মমরদা ব্যাখ্যা তৌরকিং। তৌরপুরসু ভাগবতকা রামায়ণপদি ইমান মান্নাদবে অম্বুম্বা উরে, শুনঃশেপপু বলি তৌনবা লৈবা লিংথোদি অম্বরীষনি, মহাক্তি মচাগীদমক নত্তে, মশাগী-মমকনি। শ্রীভাগবতনা হাঈবমাবু শুনঃশেপপু রোহিতকী মহুৎ শিনবা কপা হরিশ্চন্দ্রনা পীহুনা বলি তৌরমদাইদা বরুণদা হাঈজহনা কবথিং; হরিশ্চন্দ্র লিংথৌবু অকায়বা কোকই, মমা রোহিতসু হিংহই, শুনঃশেপসু বিশ্বা-মিত্রনা কনবিয়া হিংহৈ অরুণকী মঙ্গল মান্নদ্রে। অম্বরীষকী পূর্বজকী

মিংবৌ হরিশ্চন্দ্রগী মচুধোগীং থোকই, অদি অদি কনানা অরানবনো? কনাখা অচুবনো? হাঙ্গিবা উকলে। মাস্তুম তৌহুনা শ্রীভাগবতনা শুনঃশেপপু অজিগর্তগী মচানি, হাঙ্গ, রামায়ণনা ঋচীককী মচানি। মহাভারতনাহ (শান্তিপর্ব্ব ২৯২।১৪ দা) ঋচীককী মচান, হাঙ্গ। অহুনাদি শ্রীভাগবতনা রামায়ণনিনা শ্রীভাগবতনা হাঙ্গবসি লাক্লে, হাঙ্গবাহু য়ালে।

বেদদি শরুক অনিথোকই, মন্ত্রভাগপু সংহিতা কৌই, মহাকপু ব্রাহ্মণ ভাগনা ব্যাখ্যা তৌই। ঋগ্বেদগী ঐতরেয় ব্রাহ্মণ ভাগতা মোহিতনা বনদগী ময়ুমদা হল্লকপদা ইন্দ্রনা ব্রাহ্মণগী মূর্তি ওইদুনা থাম্বগী য়া হাঙ্গ, মাহু লৌথংখরে। মাহুদি শ্রীভাগবতনাদ হাঙ্গ, রামায়ণনাদি হাঙ্গদে। মরম অসিনা অহানবদা ঐখোইনা এংবদা শ্রীভাগবতনা হাঙ্গবা হরিশ্চন্দ্রোপাখ্যান অসিনা ঋগ্বেদগী য়া ওইবনা প্রমাণ ওই, অস্মা লৌই। তৌইগদবসু মাহুম্না লৌদুনাসু রামায়ণবুসু অরানবনি,— বেদগী মায়দবান, হাঙ্গিনা ঐখোইনা লোদে, মরমদি রামায়ণদি মশা পুম্নামক প্রামণনি, ভ্রম, প্রমাদ, করণাপাতব অমসু বিপ্রলিপ্সা য়াওদবা ঋষিপ্রণীতশাস্ত্রনি, মরম অসিনা ঐখোইগী মাধবগুরুনা মখাদা ইয়িবা স্কান্দগী বচন অসি, মহাকী বেদান্তভাষ্যদা লৌথংলমই,—

ঋগ্ যজুঃ সামাথর্ব্বচ ভারতং পঞ্চরাত্রকং।
মূলরাময়ণঞ্চৈব শাস্ত্রমিত্যভিধীয়তে॥
যচ্চানুকূলমেতস্য তচ্চশাস্ত্রং প্রকীর্তিতম্।
অতোঽন্যগ্রন্থবিস্তারো নৈব শাস্ত্রংকুবর্ত্ম তৎ॥

মাস্তুম তৌদুনা প্রামাণিক গ্রন্থসীংদা বেদগী ব্যাখ্যা তৌবদা মায়াক্রবদি কল্পভেদ, অমসু শাখাভেদনা তৌবনি অস্মা থংনাগান, অস্মা শিষ্টসীংনা ব্যাখ্যা তৌই। থূদমগীদমক মহাভারততা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা দক্ষযজ্ঞ থুগাইখাবু অনিরকথোক্না ইমানমায়াদনা হাঙ্গবা অহুনাচিংবা অহু ব্যাসদেবনা কল্পভেদ অমসু শাখাভেদনা তৌবনি, অস্মা শিষ্টসীংনা চংলৈ।

আস্তুম তৌদুনা তাৎপর্যদদি য়শা অমত্তা ওইরগা মপানদদি মায়ামনা ওইনা উবা অদি হৌজিককালগী য়াইহেলদি মাইথোলোজ কৌই, মহাক

পৌরাণিক কথা হাঙ্গবদি "কূটার্থকাল্পনিক কথা" নি, খুদমগীদমক মিতৈগী "হুমিংকাপ্পা" লাইরিক অসি ইউরোপিয়ান স্কোলারসীংনা তাইবংপানবদা চেনথোকতুনা অঙ্কাউবা মিতৈগী লাইরিক অমনি. লাইরিক অসি, হাঙ্গরপ হাঙ্গরপ্তা ইমাম্মাদবাগুম্না উরা মখল য়াম্নই, অদুগা তাৎপর্যদা মশা অমত্তা ওইবা অদুগুম্বনি। মাসিদা মিতৈগী পণ্ডিতসীংগীদি মাখোইগী মনাৎনিনা করিম্নু ঙরুবা নত্তে।

অগ্নের্বয়ং প্রথমস্যামৃতানাং মনামহে চারু দেবস্যনাম।

সনোমহ্যাঅদিতয়ে পুনর্দাৎপিতরং চ দৃশেয়ংমাতরংচ।২॥

অন্বযানুবাদ ঃ—বয়ম্ (ঐখোইনা) অমৃতানাম্ (লাইসীংগী মরক্তা) প্রথমস্য (অহানবা) দেবস্য (লাই) অগ্নেঃ (মৈগী) চারুনাম (নিংথিবা মিং) মনামহে (লৌরগে) সঃ (মহাকনা) নঃ (ঐখোইদা) মহ্যৈ (মতিকচাওবা) অদিতয়ে (লৈপাক) দাৎ (লৈহনবা পীগনি) পিতরম্‌চ (ইপাবু) মাতরম্‌চ (ইমাবুসু) দৃশেয়ম্ (ঐনা উগনি)।২॥

অনুবাদ ঃ—লাইসীংগী মরক্তা মৈগী মমিংবু না হাম্না লৌরগে, মহাকনা ঐবু পাক্লবা লৈমাইদা লৈহনসনু, ঐনা ইমাবু ইপাবু উবা ঙমগনি।২॥

অভিত্বাদেব সবিতরীশানং বার্যাণাম্।

সদাবন্‌ভাগমীমহে॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—হে সদাঅবন্ (মতমপুম্নামক্তা ঙাকপিবাও।) সবিতঃ দেবঃ (সবিতা কৌবা লাইও!) বার্যাণাম্ (মাবু নিননবাওইবা লনথিবিক্কী) ঈশানম্ (মপু ওইবা) ত্বা (নহাকপুন্দা) ভাগম্ (চাননবা ওইবা লন) অভিঈমহে (ঐখোঙ্গনা নিজরি)।৩॥

অনুবাদ :—হে মতম পুম্নামকত্তা ঐখোইবু ঙাকপিবা হুমিং কৌবা লাইও। নহাক্তি পুম্নামকনা মহাক্কী ওইনিংবা লনপুম্বাগী মপুনি, পুম্নামকনা চানরবা লনপুম্বাবু নহাক্কী মফমদা ঐখোইনা নিজরি।৩॥

যশ্চিদ্ধিতইত্থাভগ শশমানঃ পুরান্নিদঃ ।

অদ্বেষো হস্তয়োর্দধে ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—যঃভগঃ ( পুন্নামক্লা মাবু লুনা তৌনবা ) চিংহি (পুন্না-মক্তা ইথ্বাইনা থংনবনি ) ইথাশশমানঃ ( মখলমখা য়াম্না মাবু থাগৎনবা ওইবা ) নিদঃপুরা ( নিন্দা ভৌদরিবৈদা ) অদ্বেষঃ ( ঐগী ওইনা লৈতুনা এরুবা লৈতবা ) তে ( নহাক্কী ) হস্তযোঃ (খুৎঅনিদা ) দধে ( হাপ্পা ) অতুগুম্বা লনবু ঐখোইনা নিজরি ) । ৪ ॥

অনুবাদ ঃ— হে সবিতা দেব। মুমিৎ কৌবা লাইও। লুনা তৌনবা, থাগৎননা ওইবা, অমসু এংথিবা লৈতবা লনবু নখুৎ অনিমা পুই, অতু-গুম্বা লন অতু ঐখোইনা নিজরি। ৪ ॥

ভগভক্তস্যতেবয় মুদশেমতবাবসা ।

মূর্ধানংরায় আরভে ॥ ৫ ॥

অন্বযানুবাদ :— হে সবিতঃ ( হে মুমিৎও। ) তে বযম্ ( নহাক্কী ওইবা ঐখোই—শুনঃশেপ কৌবনা ) ভগভক্তস্য ( লন লৈবা ) তব (নহাক্কী) অবসা ( ঙাকপিবনা ) রাযঃ ( লনগী) মূর্দ্ধানম্ ( অথোইবাবু ) আরভে ( ফংনবগীদমক ) উদশেম ( থোইদোকনা চাওখৎলগনি ) । ৫ ॥

অনুবাদ :—হে মুমিৎ কৌবা লাইও।— শুনঃশেপ কৌবা ঐখোই অসি, লন লৈবা নহাক্কা ঙাকপিতনা লন চাওখৎপা ওইরগনি। ৫ ॥

নহিতেক্ষত্রং নসহো নমন্যুংবয়শ্চনামীপতয়ন্তআপুঃ ।

নেমা আপোঅনিমিষংচরন্তীর্নযেবাতস্যপ্রমিনন্ত্যভ্বম্ ।৬॥

অন্বযানুবাদ :—হে বরুণ। ( হে বরুণও। ) পতয়ন্তঃ ( বাংনা পাইরিবা) অমী ( উরিবা ) রযশ্চন ( খুনখ্রাংনাচিংবা উচেকসীংনা ) তেক্ষত্রম্ ( নহাক্কী

হুকচাংগী পাঙ্গলবু ) নহি আপুঃ ( ফংবা ঙমদে ) সহঃ ( নহাকী ভৌবাঙম্বা পরাক্রমবু ) ন আপুঃ ( ফংবা ঙমদে ) মন্যুম্ ( নহাকী অসাওবাবু ) নচ ( ফংবা ঙমদে ) অনিমিষং চরন্তীঃ ( ঈচেল ওইনা ভক্তনা চৎলিবা ) ইমাঃ আপঃ ( ঈসিংসীং অসিনা ) ন ( নহাকী পাঙ্গনবু ফংবা ঙমদে ) বাতস্য ( নুংসিৎকী ) যে ( অহুঙবা খোঙচৎ খিবিকনা ) অভ্বম্ ( নহাকী অইনবাবু) ন প্রমিনন্তি ( মাংহনবা ঙমদে ) । ৬ ॥

অনুবাদ :-হে বরুণ! য়াংবরেনও; য়াংনা পাইরিবা উচেকসীং অসিনা নহাকী হুকচাংগী পাঙ্গনবু ফংবা ঙমদে, নহাকী ভৌবাঙম্বাবু ফংবা ঙমদে, নহাকী অসাওবাবু ফংবা ঙমদে, ঈচেল ওইনা ভক্তনা চেল্লিবা ঈসিংসীংবানু নহাকী পাঙ্গল ফংবা ঙমদে, নুংসিৎকী খোঙচৎ খিবিকনা নহাকী অইনবাবু মাংহনবা ঙমদে। ৬ ॥

অবুধ্নে রাজাবরুণোবনস্যোর্ধ্বংস্তূপংদদতেপূতদক্ষঃ।

নীচীনাঃস্থুরুপরিবুধ্নএষামস্মে অন্তর্নিহিতাঃ কেতবঃস্যুঃ ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—পূতদক্ষঃ ( অশেংবা পাঙ্গলকনবা ) বরুণঃ রাজা (বরুণ কৌবা নিংথৌনা ) অবুধ্নে ( হৌবকফম লৈতবা হাঙ্গৈবদি ঙমখৈ লৈতবা অভিয়াদা লৈছুনা ) বনস্য ( মঙানগী ) স্তূপম্ ( মপৈবু ) ঊর্ধ্বম্ ( মথক-লোমদা ) দদতে ( পুই ) নীচীনাঃস্থুঃ ( মথক্তা লৈবা বরুণগী মঙানসীং অহুনা লৈপাকলোমদা মখা ওন্থাহুনা লৈ ) এষাম্ ( মঙানসীং অসিগী ) বুধ্নঃ (মরুনা) উপরি ( মথক্তা লৈ ) কেতবঃ ( প্রান— থরাইনা ) অস্মে ( ঐখোইদা ) অন্তর্নিহিতাঃস্যুঃ ( হাপচুনা লেংদনা থমই, হাঙ্গৈবদি সিদবা ওইগনি। ৭ ॥

অনুবাদ :—অশেংবা পাঙ্গললৈবা বরুণনা হৌরকফম লৈতবা অভিয়াদা লৈছুনা মাগী অখোইবা মঙান্‌সী মপৈবু মথক্তা পুহুনা লৈ, অহুঙবা মঙানগী মপৈ অহুনা মচীনদা মখাদা মরুনা মথক্তা লৈ. মঙান অহুনা মরম ওইদুনা লাকইবা ঐখোইগী থরাইপুম্বা হিংহনজি। ৭ ॥

ব্যাখ্যা :—আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিনা বরুণ দেবতাবু এহানি হাইবা তারক্ষি, মাচুম তৌহনা বরুণ কৌবা গ্রহ অসিনা মীওইবদা পীবা মঠৈহসি পুনসিসি, "অস্মে অন্তর্নিহিতাঃকেতবস্যঃ" অসিবি,—অর্থাদি বরুণনা ঐখোইগী থবাই য়োকপিহনা হিংহনলি, হাঈবনি। অহনদি মতেক্কা তারে, মাহুদি মীওইবনা পোকপা মতমদা বরুণনা অকবা মকমদা লৈরগা মী অহু পুনসি, কত্তবা মকমদা লৈরগা পুনসি তেল্লি, নত্রগা হিংদে, অসিনাচিংবনি।

ঐখোই হিন্দুপুরুষনা হুজিক গ্রহতরেৎ চৎলৈ, মাহুদি রবি, চন্দ্র, মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র, অমসু শনি, তরেৎ অসিনি, (রাহুকেতুদি তমোগ্রহনি, কনাদ পীবা অহনা মথক উদবনি) ঋগ্ ১০।৭২।৮ না হাঈবদি নিপানদি, হাঈ,—

"অষ্টৌপুত্রাসো অদিতের্যেজাতাস্তন্বস্পরি।
দেবাউপপ্রৈৎ সপ্তভিঃ পরামার্তণ্ডমাস্যৎ।।" অসিনি,—

অহগা ঐখোইনা এংবদদি অতিয়াদা তরেৎতা মতৌই, মাহুম হুজিক্কি বিজ্ঞানগী পাক্কনা বেদনা হাঈবগী মতুংইন্না থিবদা বৃহস্পতিগী মথং, লৈপাক-পোকপগীদি মথক্তা গ্রহ অমা কাইথিবাগী গ্রহ মকুপ মরাম লৈবা অহু উরে। মাহুনা বেদগী সত্যবচনগী প্রমাণ ওইরে। অমসু ঋগ্ মন্ত্র,—"অষ্টৌপুত্রাসো…" না হৌবানা গ্রহবু নিপানদি, হাঈবা অসিদি শনি, মসীনা মার্তণ্ড কাউবা-তাগী মসীংনি। শনিগী মথক্তা গ্রহ অতৈ লৈরি, মাখোই অহু হুজিককী পণ্ডিতসীংনা বেদদা য়েংবদা হুজিক ফাউবদা গ্রহ তরাহুমদোইস্নুা বেদগী থিবা ফংলে। তৌইগুম্বাসু বেদনা হাঈবা গ্রহ তরাহুমদোই অহু স্নুা আকাশদা উবদি ফংদরি। স্নুপনাগী গ্রহ অহুমদি হুজিক ফাউবদা ইউরো-পিয়ান পণ্ডিতসীংনা আকাশদা উরে, মাখোই অহুম অহুগী মসিংদি গ্রহশত উত্নুা মাখোইগী গতি, স্থিতিপুখোকপা মী অহুগী মিংনা গ্রহ অহুগী মিং ওইলৈ, মাহুদি হর্ষণ, নেপচুন অমসু প্লুত অসিনি। মাখোই অহুম অসিবু বেদদা চানহনা য়েংবদা পৃথিবীগী অকাউবা অহৈবা পণ্ডিতসীংনা হর্ষণবু প্রজাপতি মাহু হাঈনবগা ইন্দ্রনি, প্লুতবুনা রুদ্রনি, মাসুম তৌহনা নেপচুনবু বরুণ মিতৈজেরোনদা খাংবেনেনদি, হাঈনা খংলে। হৌজিক্কি পৃথিবীগী পণ্ডিত পুরুনা খংলে, মাহুদি হায়াগী নবগ্রহনা পীবা বল অসিদা অয়াংপা লৈরে.

মীওইবগী দশা এবেদা নবগ্রহনা পিদবা মহৈ কয়ামরুম মীওইবনা হেক হেক্ক ফংবা উই। বেদদগী ফংবা গ্রহ অছম অসিমা হাপ্চিনলবদি মী ওইবনা হিক্হনা পানবদা ফংবা মহৈ পুম্বা হুয়ে, অম্বম্না পৃথিবীদা ফাউবিবা পণ্ডিতপুম্বনা য়ানরে।

আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিদা বরুণবু মহাকী মঙাননা মীওইবাবু অফবা নত্রগা ফজুবাসু ওইরা মহৈ পীবনি, হাঙ্গৈবদি গ্রহ অমনিসুম্না অশেংতশেংনা হাঙ্গরে, মাসি কলিযুগ অসিদা বেদ কাওনাখিহ্না ঐখোইনা মতম কুইনা খংলুদরে, হৌজিকতি—অমোকহন্না বিজ্ঞান যুগতা ঐখোইসু পণ্ডিতসীংগী খোঁজানদগী খংলে, অদু ওইরবদি মিতৈ ইপাইপুসীংদি খংখিবরা হাঙ্গৈবাসু ঐখোইনা এংখিকম থোকই।

বরুণবু মিতৈনা রাংবরেণ কৌই। মিতৈগী ভাষাবিজ্ঞাননী ব্যাখ্যা তৌরবদি—রাংবরেণ হাঙ্গৈবদি ঈশ্বর বরুণ হাঙ্গৈবনি। পতঞ্জলিনা পস্প-সাহুদা হাঙ্গৈ,—“লক্ষ্যলক্ষণে ব্যাকরণম্”—অর্থদি লোন অহুগী লোন মশা অহুনা ব্যাকরণনি। ঈশ্বর=শ্বার=শ্বাং=রাংনি। মিতৈয়োনদা স্বরবর্ণ-গী মখাদা লৈবা অন্ত্যস্থরনা ব্যঞ্জনবর্ণনা মখাদা লৈরবদা নত্রগা অন্ত্যবর্ণ—ওইরবদা ং অনুস্বার ওই! মাহুদি ঘার=থোং অসিনচিংবনি, মাসুমতৌহ্না ঘারকা=থাঙ্কা। হৌজিকফাউবা— চকপাসীংনা “লাইশ্বাং” অমুম্না হাঙ্গৈরি। মিতৈলৈপাক মণিপুরদা মিতৈনা বরুণবু ঈশ্বর বরুণ হাঙ্গৈবদগী রাংবরেণ কৌই।

মণিপুরদা রাংবরেণগী মতিক মগুণদি অঙকপনি, হৌজিক ফাউবা মহাকী মগুণদি—মিতৈতা নত্তনা মণিপুরদা লৈবা পুম্নামক্না ঈখংখংনারিবা অসিনি, মাসুম্না খংবদা মহাকপুদি মপুকখাবা লাইনি, হাঙ্গৈনা খংমৈ। মহাকী অসি-গুম্বা মগুণ অসি, মমাংঙৈদা মহাভারতকী যুগ ফাউবদা ভারতবাসীপুম্বনা লোইনা খংলমই, মরম অসিনা মহাভারত, উদ্যোগপর্ব্ব, ভগবদ্ যানসন্ধি পর্ব্বদা ১০৮ অধ্যায়দা মিতৈলৈপাক মণিপুরগী বর্ণনাদা বেদব্যাসনা হাঙ্গৈ,—

“অত্রপাতালমাশ্রিত্যবরুণশ্রিয়মাপচ।”

সুমিৎকী অহানবা থোকক্ষম মণিপুর অসিদা বরুণনা পাতালদা লৈহ্না মাগী সম্পত্তি ফংই মসিনি।

পুক মথক্তা কোঙ্গরককোইনা খোঙ্গদোনা লৈবাগুম্না সমুদ্রদা চীঙ ময়াম্না কোইসিন্দুনা লৈবা লৈপাক অসিবু পৃথিবীগী নাভিস্থাননি, হাঙ্গত্তুনা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মণিপূর হাঙ্গনা মমিং থোনলমই, অদুনা চীঙনা কোঙ্গশিনবা সমুদ্রগী লৈথাবু পাতাল কৌই। মরম অসিনা অমনা মাবু থিংবা ওমদবা মতমগী খোংলৈনা সমুদ্রগী ঈসিংনা মথংমথং কংথারকপদা লুমন্দুনা কংবা লোইদবা মফম লৈহৌবাবু পাতাল কৌবদগী হুজিকফাউবা পাত কৌবিবা অসিনি। পাত পুন্নামক্তগী মানা ইহেনহেম্না চাওবদি লোক-তাকপাত অসিনি। লোকতাকতগীনা চীঙনুংহুৎ তান্না চৎথিবা মণিপুরগী ঈসিংপুম্বাগী চেম্থাফম সুগ্নুগী তুবেল লৈথাদা হুজিকফাউবা লৈরিবা রাংবরেণগী থুবম অসিবু বেদব্যাসনা মহাক্কী কাব্য অথোইবা মহাভাবততা মণিপুরগী বর্ণনাদা রাংববেণগী সম্পত্তি ফংফম অসি, মহাভারততা ইরম্বা অদু লৌখৎখ্রবা পত্ত অসিনি।

উরুং হি রাজা বরুণশ্চকার সূর্যায় পন্থামন্বেতবা উ।

অপদে পাদা প্রতিধাতবেঽকরুতাপবক্তা হৃদয়াবিধশ্চিৎ ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—বরুণঃ বাজা ( রাংবরেণ নিংথৌনা ) সূর্যায় ( নুমিৎকী ) পন্থাম্ ( উত্তরায়ণ অমসু দসিনাযণ লম্বেনবু ) উরুম্ চকার ( সন্দোকই ) হি ( ইথ্বাইনা থংনবা অফাউবান ) মবমদি,—অন্বেতবাউ = অনুক্রমেন—উদয়াস্তময়ৌগন্তুমেব ( মথংমথং ওইনা অমোকথোক অমোকতা তৌনবগী-দমক্তনি ) মাসুন্না—অপদে ( খোঙথাফম লৈতবা অতিয়াদা ) পাদাপ্রতিধাতবে ( খোঙথানবগীদমক—লম্বেন সেমই ) উত ( অমসু ) হৃদয়াবিধশ্চিৎ (ঐথোইগী থম্মোই থিজাইবা একনবাবু ) অপবক্তা ( লৈহন্দবা ওইসনু )। ৮ ।।

অনুবাদ :—লাইনিংথৌ বরুণদেবনা নুমিৎকী থোকপা তাবদা চৎনবা লম্বেন সেমই, খোঙথাফমলৈতবা অতিয়াদা নুমিৎকী খোঙথানবগীদমক বরুণনা লম্বেন পী, অদুগুম্বা লাইনিংথৌ বরুণনা ঐথোইগী থমোই থিজাইবা এক্কাবরু মাংহনবিসনু। ৮ ॥

শতংতেরাজন্ভিষজঃ সহস্রমুর্বীগভীরাসুমতিষ্টেঅস্তু ।

বাধস্বদূরেনিঋর্তিংপরাচৈঃকৃতংচিদেনঃ প্রমুমুগ্ধ্যস্মৎ ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :- রাজন্ ( হে লাইনিংথৌও ! ) তে ( নহাকী ) শতম্ ( চাম ) সহস্রম্ ( লীসিং ) ভিষজঃ ( অনাবা কোক্লবা হিদাক লৈ ) তে ( নহাকী ) সুমতিঃ ( ঐখোইবু থৌজানবা বুদ্ধি ) উর্বী ( য়াম্না পাক-চাওবা ) গভীরা ( য়াম্নাসূকপা ) অস্তু ( ওইসনু ) নিঋর্তিম্ ( ঐখোইগী কন্তবনবা ভৌবী, নিঋর্তি কৌবী পাপকী লাইরমাবু ) পরাচৈঃ ( মমাই ওন-থোকহন্দুনা ) দূরে ( ঐখোইদগী য়াম্না লাপ্পা মফমদা থমদুনা ) বাধস্ব ( লংনা থিংবিয়ু ) কৃতংচিৎ ( ঐখোইনা তৌখিবা ) এনঃ ( পাপপু ) অস্মৎ ( ঐখোইদগী ) প্রমুমুগ্ধি ( য়াম্না কম্না তৌদুনা মাংহনবিয়ু ) । ৯ ॥

অনুবাদ :—হে লাইনিংথৌ বা'বরেণও ! নহাকীদি অনাবা কোক্লবা হিদাক লীসিং লীসিং চামচাম লৈবনে, ঐখোইবু থৌজানবীবা নহাকী বুদ্ধি অদু পাকথোক চাওথোকপা ওইসনো, নহাকী বুদ্ধি অদুনা য়াম্না সূকনা শুপথবা ওইসনো, পাপকী লাইরমা নিঋর্তিবু মমাই ওনথোকহনলু, অদুগা লাপনা ভানথোকপিয়ু, ঐখোইনা তৌবা পাপপুম্বা নহাকনা কোকথোকপিয়ু ।৯॥

অমীয- ঋক্ষানিহিতাসউচ্চানক্তংদদৃশ্রেকুহচিদ্দিবেয়ুঃ ।

অদব্ধানি বরুণস্যব্রতানিবিচাকশচ্চন্দ্রমানক্তমেতি ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অমী ( অহিংদাউথা ) ঋক্ষাঃ ( সপ্তঋষিসীং নক্ষত্রগা অমক্রমসীং ) উচ্চা ( অতিয়াদা ) নিহিতাসঃ ( থম্বা ) যে-সন্তি ( মাখোই লৈ ) তে ( নক্ষত্রসীং অদু ) নক্তম্ ( অহিংদা ) দদৃশে ( উবা ফংনা উই ) দিবা ( অঙানবা অয়ুক মুথনদা ) কুহচিৎ ( করিগুম্বদা ) ইয়ুঃ ( মাখোইনা চৎখিবরা ?—উদে ) বরুণস্য ( বরুণ লিংথৌগা ) ব্রতানি ( নক্ষত্র উবনাচিংবা থবক ) অদব্ধানি ( কনানা তনাশু মাংহনবা ঙমদে ) চন্দ্রমা ( থানা ) নক্তম্ ( অহিংদা ) বিচাকশৎ ( ঙালবাদুনা ) এতি ( লাক্লি, হায়রিবদি বরুণগী য়াথংনা ভানদি ) । ১০ ॥

অনুবাদ ঃ—ঋক্ষ কৌবা থৱানমচাকসীং অসি, অৱাংবা অতিৱাদা থোকপা অহিংদা উই, অয়ুক হুংথিলদদি কদাইদা চৎখিবনো উদে, লাইনিংথৌ বরুণগী থবক অসি কনা অমত্তনাস্থ মাংহনবা ঙমদে, মহাক্না যাথংনা অহিংদা থানা ঙানলি ॥ ১০ ॥

ব্যাখ্যা,—

আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিবু ঐখোঙ্গীনা গুরু পরম্‌পরাগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌই, অদুনা মন্ত্র অসিগী তাৎপর্যদা যাম্না জটিল ওইনা তারগনি, তৌই-গুম্বস্থ মাদুগী মতুংইন্না তৌরবদি মফম অত্তেদা থিবাফংলৱোইদবা মণিমন্নাম থোরকই, অদুনা ঐখোইনা গুরুপরম্‌পরাবু থাদোক্তে। হুজিক্কীকালগী গুরু পরম্পরা য়াওদবা কাংবুনা আলোচ্য ঋগ্‌ অসিবু অনুবাদ তৌবদি, মাসুন্না তৌই, মাদুদি,—"থৱানমচাকসীং অসিবু অতিয়া মথক্তা ঈরেংলেংদনা লৈহনলি, অহিংদানা ঈবংলংনা উই, অয়ুক হুংথিনদানা কদাইদবু চৎখিবনো উদে, অমসুং যাম্না ইবংহেকলংনা থানা অহিংদা থোবকই, মাখোই অসিনা তাইবং-পানবগী মপুইবুঙোগী রাএন মাংহনবা ঙমদে।"

ঐখোইদি পরম্পরাগী মতুংইন্না অলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিবু অনুবাদ তৌখরে, মাদুগী ব্যাখ্যাদি, ঋক্ষ হাঙ্গীবাসি, চুম্নাগী থৱানমচাক পুম্বাগী মিং নত্তে, ক্রান্তিবৃত্তগী খা ৱাংদা অংশ ৮।৮ দগী থোকপা থৱানমচাকসীংবু ঋক্ষ কৌই। মরম অসিনা "ঋক্ষাঃস্তৃভিবিতি নক্ষত্রানাম্" অসুন্না যাস্কাচার্যনা হাঙ্গী অসুন্না সায়নাচার্যনা নিরু° ৩।২ গী বচন অসি লৌখৎলি, মাদুগী অসন্না রাদি ঋক্ষ হাঙ্গীবগা অশ্বিনীনাচিংবা অভিজিৎ থারগা নক্ষত্র ২৮বু খংনৈ। অদুগা ঐখোইনা মতাং অসিদা ঋক্ষশব্দগী অর্থ অসি, সায়ণাচার্যনা লৌখৎপা বাজসনেয়ীসীংগী বচন "ঋক্ষাইতিহস্মৈপুবাসপ্তঋষানাচক্ষতে" অসিনা মরম ওইদুনা 'সপ্তঋষি' কৌবা উত্তরধ্রুবকী মনাক্তা থোকপা থৱানমচাকসীং অসিবু খংনাগনি। মরমদি থাইনা কুইতাকুইথ্‌রবা মতম বৈদিক যুগতা আযসীংনা চৎলম্না হুজিক্তি মাদুনা মাখোইগী কৃষ্টি—সংস্কৃতি ওইদুনা লৈরবাসীংগী লীচৎনা বাজসনেয়ীগী বচন অসিবু প্রমাণ তৌই। মাদুদি ইউরোপতা লৈখিবা আর্যসীংনা সপ্তঋষিমণ্ডলবু গ্রেট বীয়ার ( Great Bear ) কৌই, মদুম্না ধ্রুবমৎস্যবুস্থ লিটল বীয়ার কৌই মাসিদগী ঐখোইনা

খংলে, মাহুদি চিত্রদা ধ্রুবগী মথক্তা ওইরোমদা ক্রতু, পুলহ, অনিদগী মমাংপরেংগোনা পুলস্ত্য, অত্রি, অঙ্গিরা, বশিষ্ঠ, অমসু মরীচি. মাখোইতয়েং অসিবু সপ্তঋষি কৌবা থয়ানমচাকনি, অমুস্না খংনাগনি। মাখোই অসিবু ইউরোপিয়ানসীংনা Bear কৌরুবদি, মাখোইনা সওম হাঙ্গবনি, মরমদি 'ঋক্ষ' হাঙ্গবদি অর্থ অমদা সওম কৌই। অহুনা মাসিদগী চিংনবালৈতনা খংলে, মাহুদি, বৈদিকালদা মীপুম্নামকনা সপ্তঋষিতারামণ্ডলবু ঋক্ষ কৌরমই, ঋক্ষবুদি সওম কৌবা মরম্না ইউরোপিয়ানসীংনা Bear কৌখিবনি। ১০ ॥

তত্বায়ামিব্রহ্মণাবন্দমানস্তদাশাস্তেযজমানোহবির্ভিঃ।

অহেলমানো বরুণেবোধ্যুরুশংসমানআয়ুপ্রমোষীঃ ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বরুণ ( হে বরুণ ! ) শিগদোরবা ঐনা ত্বা ( নঙোন্দা) তৎ ( পুনসি ) যামি ( নিজরি ) ব্রহ্মণা ( স্তোত্র—লৈসিলৈথোনবা ময়াম হাঙ্গৈতুনা ) বন্দমানঃ ( লৈসিলৈথোন্দুনা i যজমানঃ ( ঈড়াৎপানা ) হবির্ভিঃ ( হব্য খিবিক পিহুনা ) তৎ ( পুনশিবু ) আশাস্তে (—নিজরি ) ইহ ( থবক অসিদা ) অহেলমানঃ ( লুনা থৌওইনা তৌবিদবা তৌদানা ) বোধি (ঐখোইনা পাম্বাবু খংবিয়ু ) উরুশংস ( হে য়াম্না থাগৎনফম ওইবও ! ) নঃ ( ঐখোইগী) আয়ুঃ ( পুনসি ) মা প্রমোষীঃ ( মাংহনবিগনু )। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—ঐনা নহাকপু লৈসিলৈথোন্দুনা নঙোন্দা পুনসি নিরি, যজমানসু নঙোন্দা হব্য পিহুনা পুনসি নিরি, হে বরুণ নহাকনা মরম অসিদা থৌওইদবা তৌবিগনু, ঐখোইনা পাম্বা খংবিয়ু, হে য়াম্না থাগৎনফমওইবাও। ঐখোইগী পুনসি মাংহবিগনু। ১১ ॥

তদিন্নক্তংতদ্দিবামহ্যমাহুস্তদয়ংকেতোহৃদআবিচষ্টে।

শুনঃশেপোযমহ্বদগৃভীতঃসোঅস্মান্‌রাজাবরুণোমুমোক্তু ॥১২॥

অম্বয়ানুবাদ ঃ—তদিৎ ( অতুগুম্বা বরুণবু থাগৎপাবু ) নক্তং (অহিংদা) মহ্যম্ ( শুনঃশেপ ঐঙোন্দা ) আহুঃ ( তৌগদবনি হাঙ্গনা অখংবাসীংনা তাকই )

তৎ ( মাতুবু ) দিবা ( অযুক মুংথিন্দাসু তাকই ) হৃদঃ ( ঐগী থমোইদগী থোকপা ) অয়ংকেতঃ ( প্রজ্ঞাসিনাসু মাসিতা তৌগদবা ওইনা ) আবিচষ্টে ( পুম্নমক্তগী থোইদোকপা ওইনা ফোংদোকতুনা তাকই ) গৃভিতঃ ( বলি তৌনবা চুপতা পুল্লবা ) শুনঃশেপঃ ( শুনঃশেপ কৌবা মী অসিনা ) যম ( বরুণবু ) অহ্বৎ ( কৌই ) সঃ রাজাবরুণঃ ( অচুগুম্বা বরুণ নিংথৌনা ) অস্মান ( শুনঃশেপ কৌবা ঐখোইবু ) মুমোক্তু ( হাৎনবা পুনবাসি থাদোকপিসনু )। ২॥

অনুবাদ ঃ—অহিংদাসু অযুক মুংথিনদাসু শুনঃশেপ কৌবা ঐনা তৌগদবদি বরুণবু লৈসিলৈথোনবা অসিতনি, অসুম হাঙ্গৈতুনা অহৈঅসিংপুম্বনা তাকপী, ঐগী থমোইদা লৈবা জ্ঞাননাসু তৌগদবদি মাসিতনি, হাঙ্গৈনা ঐবু খংহনলি, বলি তৌতুনা হাৎকদবগীদমক পুন্দুনা লৈরবা শুনঃশেপ ঐনা বরুণবু কৌজবি, মহাকনা শুনঃশেপ ঐখোইবু হাৎকদবগী পুনবা অসি থাদোকপীসনু। ১২ ॥

শুনঃ শেপোহ্যহ্বদ্ গৃভীতস্ত্রিষাদিত্যংদ্রুপদেষুবদ্ধঃ।
অবৈনং রাজাবরুণঃসসৃজ্যাদ্বিদ্বাঁ।অদব্ধোবিমুমোক্তু পাশান্ ।১৩।

অন্বয়ানুবাদ ঃ—গৃভীতঃ ( পুন্নবগীদমক মাবু ফারবা ) ত্রিষু ( অহুম-থোকপা ) দ্রুপদেষু ( উগীচুপকী মফমদা ) বদ্ধঃ ( পুল্লবা ) শুনঃশেপঃ (শুনঃ শেপনা ) আদিত্যম্ ( অদিতিগী মরুণবু ) অহ্বৎ ( কৌখিরমই ) হি (মাসুম তৌববদগী ) বরুণঃবাজা সঃ ( বরুণ নিংথৌ অদুনা ) এনম্ ( অচুগুম্বা শুনঃশেপবু ) অবসসৃজ্যাৎ ( পুনবাদগী কোকহনবীসনু— থাদোকপিসনু ) মাহুদি,—বিদ্বান্ ( পুনবা থাদোকনবগী মরমখংবা ) অদব্ধঃ ( কনামত্তনাসু মহাকপু মাংনবা তৌদবা ) বরুণঃ ( বরুণনা ) পাশান্ ( পুন্নানবা থৌড়ী খিবিকপু ) বিমুমোক্তু ( থদৎতুনা পুনবা থাদোকপিসনু )। ১৩ ।।

অনুবাদ ঃ—মহাকপু বলি তৌনবগীদমক ফাবিরবা অমসু উচুপতা অহুমথোকনা মাবু পুনসিনবিরবা শুনঃশেপনা অদিতিগীমচা রাংবরেনবু কৌখিএ, মরমদি, লাইনিংথৌ রাংববেণনা শুনঃশেপবু পুনবদগী থাদোকপিসনু, লাই-নিংথৌ মহাক্তি থৌড়ীনা পুনবা মপুন পুম্নামকপু থাদোকপা তৈবনি, মাবুদি

কনাগুম্বা অমত্তনাসু মাংহনবা ওমফদবনি। ১৩॥

অব তে হেলো বরুণ নমোভিরব যজ্ঞেভিরীমহে হবির্ভিঃ।

ক্ষয়ন্নস্মভ্যমসুর প্রচেতা রাজন্নেনাংসি শিশ্রথঃ কৃতানি ॥১৪॥

অন্বয়ানুবাদঃ— বরুণ ( হে বাংবরেণও। ) তে (নহাক্কী) হেলঃ অসাওববু) নমোভিঃ ( খুকুমজবনা মরম ওইদুনা ) অবেমহে ( কোকহনজগে ) যজ্ঞেভিঃ ( অঙ্গা লোইনবাযজ্ঞ তৌদুনা ) হবির্ভিঃ ( হবি: খিবিক কৎতুনা ) অবেমহে (বরুণবু পেলহন্দুনা অসাওবা কোকহনগে ) অসুব ( হে ফত্তববু কোকহনবাও !) প্রচেতঃ ( অথোইবা জ্ঞান লৈবাও ! ) রাজন্ ( হে অঙানবা ! হে লাইনিংথৌ রাংবরেণও ! ) অস্মভ্যম্ ( ঐখোইগীদমক ) ক্ষয়ন্ ( থবক অসিদা নহাকনা লৈবিদুনা ) কৃতানি ( ঐখোইনা তৌবা ) এনাংসি ( পাপখিবিকপু ) মিশিশ্রথঃ (কোকপীযু )। ১৪॥

অনুবাদ :— হে লাইনিংথৌ রাংবরেণও ! নহাকপু খুকুমদুনা অমসু যজ্ঞদা হব্যময়াম কৎতুনা নহাক্কী অসাওবাবু কোকহনজগে, হে অসুব— ফত্তবা পুম্বাবু কোকহনবাও। হে প্রচেতঃ !— অথোইবা জ্ঞান লৈবাও! হে রাজন্— অঙানবাও ! লাইনিংথৌ নহাকনা ঐখোইগী ফনবগীদমক অসিদা লৈবিদুনা ঐখোইনা তৌবা পাপপুম্বা কোকহনবিযো। ১৪॥

ব্যাখ্যা—আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিদা রাংবরেণবু 'অসুব' হাঙ্গবা মিংথৈ এসি কৌদুনা লৈসিলৈথোনলি। ঐখোইনা হুজিক চৎনবিবদি অসুরবু হিংচাবা কৌই। তৌইগুম্বসু বৈদিককালদদি অসুরশব্দ অসি, দেবতাগী মিংসু ওইরমই, অসুম্বা খংনৈ। মরমাদ, অসুধাতুদগী 'অসুর' শব্দ ওই। মাগী অর্থনা ক্ষেপন, ইনথোকপা অমসু ঙানবা অর্থ অনি, হাঙ্গ। বেদদদি ঙানবগী অর্থ হাঙ্গরবদা অসুরনা দেব লাই, হাঙ্গ অমসু অসুরনা ইনথোকপা অর্থ হাঙ্গরবদা হিংচাবা হাঙ্গ। মরম অসিনা বেদদা অসুর অসি, লাই অমসু হিংচাবা অনিমক্তা সিজরে। খুদমগীদমক ঋগ্ বেদদা অসুরশব্দ লেংবা মন্ত্রপুম্বা মথাদা লৌখৎলি,—

| মণ্ডল | সূক্ত | ঋক্ | কন্যাদালেংই |
|---|---|---|---|
| ১ম, | ২৪শ | ১৪শ | বরুণ |
| ,, | ৩৫শ | ৭ম | সূর্য্যরশ্মি |
| ,, | ৩৫ | ১০ম | সবিতা |
| ,, | ৫৪ | ৩য় | ইন্দ্র |
| ,, | ৬৪ | ২য় | মরুদ্গণ |
| ,, | ১০৮ | ৬ষ্ঠ | ঋত্বিগ্ গণ |
| ,, | ১১০ | ৩য় | ত্বষ্টা |
| | ২। দ্বিতীয় অষ্টক,— | | |
| ১ম | ১২২ম | ১ম | রুদ্র |
| ,, | ১২৬ম | ২য় | ভাবযব্যরাজ্ঞা |
| ,, | ১৩১ম | ১ম | সূর্য্যলোক |
| ,, | ১৫১ম | ৪র্থ | মিত্র, বরুণ |
| ,, | ১৭৪ম | ১ম | ইন্দ্র |
| ২য় | ১ম | ৬ষ্ঠ | রুদ্র |
| ,, | ২৭ম | ১০ম | বরুণ |
| ,, | ২৮শ | ৭ম | বরুণ |
| ,, | ৩০শ | ৪র্থ | বৃকদ্বয়,হিংচাবা |
| ৩য় | ৩য় | ৪র্থ | অগ্নি। |
| | ৩। তৃতীয় অষ্টক,— | | |
| ৩য় | ২৯শ | ১৪শ | অরনি,মৈবা |
| ,, | ৩৮শ | ৪র্থ | ইন্দ্র। |
| ,, | ৫৩শ | ৭ম | |
| ,, | ৫৫শ | ১ম,১০ম | অসুরত্ব-বল |
| ,, | ৫৬শ | ৮ম | সংবৎসর-চহি |
| ৪র্থ | ২য় | ২৫শ | অগ্নি |
| ,, | ৫৩শ | ১ম | সবিতা |
| ৩য় | ৫৬ | ৮ম | সংবৎসর-চহি |
| ৪র্থ | ২য় | ২৫শ | অগ্নি |
| ,, | ৫৩শ | ১ম | সবিতা |
| | ৪। চতুর্থ—অষ্টক | | |
| ৫ম | ১২শ | ১ম | অগ্নি |

| মণ্ডল | সূক্ত | ঋক্ | কন্যাদালেংবা |
|---|---|---|---|
| ৫ম | ১৫শ | ১ম | অগ্নি |
| ,, | ২৭শ | ১ম | ত্র্যরুণ, অগ্নি, রাজপুত্র |
| ,, | ৪১শ | ৩য় | বরুত্র,সূর্য্য,বায়ু |
| ,, | ৪২শ | ১ম | বায়ু |
| ,, | ৪২শ | ১১শ | রুদ্র |
| ,, | ৪৯শ | ২য় | সবিতা |
| ,, | ৫১শ | ১১শ | পুষা |
| ,, | ৬৩শ | ৩য় | মিত্র, বরুণ, |
| ,, | ৬৩শ | ৭ম | মিত্র ১সু বরুণ |
| ,, | ৮৩শ | ৬ষ্ঠ | পর্য্যণ্য-লোং |
| ,, | ১২শ | ৪র্থ | অসুরত্ব-ইন্দ্র |
| | ৫। পঞ্চম অষ্টক,— | | |
| ৬ম | ২য় | ৩য় | অগ্নি. |
| ,, | ৬ষ্ঠ | ১ম | বৈশ্বানর |
| ,, | ১৩শ | ১ম | অসুরত্ব-ইন্দ্র |
| ,, | ৩০শ | ৩য় | অগ্নি। |
| ,, | ৩৫শ | ২য় | মিত্র, বরুণ, |
| ,, | ৫৬শ, | ২৪শ | বীর, |
| ,, | ৬৫শ, | ২য়, | মিত্র, বরুণ |
| ,, | ৯৯ম, | ৫ম, | বটী |
| | ৬। ষষ্ঠ অষ্টক,— | | |
| ৮ম | ১৯শ, | ২৩শ, | সূর্য্য |
| ,, | ২০শ, | ১৭শ, | মেঘ, বল |
| ,, | ১৪শ, | ২০শ, | দেবগণ |
| ,, | ৪২শ, | ১ম | বরুণ |
| ,, | ৯০শ, | ৬ষ্ঠ | ইন্দ্র |
| ,, | ৯৬শ, | ৯ম | বলবান্ শত্রু |
| ,, | ৯৭শ, | ১ম, | বলবান্ শত্রু |
| | ৭। সপ্তম অষ্টক্ | | |
| ৯ম | ১৩-১৪শ | ১-৭ | সোম |

| মণ্ডল, | সূক্ত | ঋক্ | কনানালেংবা | মণ্ডল | সূক্ত | ঋক্ | কনানালেংবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৯ম | ৯৯শ, | ১ম | সোম | ১০ম | ৯৩শ, | ১৪শ | রামরাজা |
| ,, | ১০৪র্থ, | ২য় | স্বর্গপুবালাই | ,, | ৯৭শ | ১১শ | ইন্দ্র |
| ,, | ১১শ, | ৬ষ্ঠ | পুরোহিত | ,, | ৯৯শ, | ২য় | অসুরত্ব-বল |
| ,, | ৩.শ, | ৬ষ্ঠ | যজ্ঞ | ,, | ৯৯শ, | ১২শ | ইন্দ্র |
| | | | | ,, | ১২৪শ, | ৩য় | দেবগণ |
| ৮। অষ্টম ষ্টক | | | | ,, | ম২৪শ | ৫ম | দেবগণ |
| ১০ম | ৫৩শ, | ৪র্থ | বলবান্‌শক্র | ,, | ১৩২শ, | ৪র্থ | মিত্র |
| ,, | ৫৫শ, | ৪র্থ | অসুরত্ব-ক্ষমতা | ,, | ১৩৮শ, | ৩য়, | দেবশক্র |
| ,, | ৫৬শ, | ৬ষ্ঠ | সূর্য | ,, | ১৫১শ, | ৩য়, | ,, |
| ,, | ৭৪শ, | ২য় | পবন | ,, | ১৫৭শ, | ৪র্থ, | ,, |
| ,, | ৮২শ, | ৫ম | দেবগণ | ,, | ১৭০শ, | ২য় | ,, |
| ,, | ৯২শ, | ৬ষ্ঠ | মেঘ | ,, | ১৭৭শ, | ১ম | ,, |

ঐখোইনা লৌখৎলিবা ঋগ্‌মন্ত্রসীং অসিদা অসুবশব্দবু দেবতা অমসু শক্র নত্রগা চুষ্ট ফত্তবা হাঙ্গবা অর্থদাসু সিজন্নে। ইখ্বাইনা হাঙ্গনবা লৈ, মাহুদি বৈদিকযুগ্‌কী মমৈদা আর্যসীংনা খংনাবকখি। আর্যকাংবু অমনা পারস্যদা চৎখি। পারস্যদা চৎখিবা আর্যসীংনা অসুর মাহু হাঙ্গদ্রগা অহুববু পূজা তৌই। ভারততা লৈহৌবা অর্যসীংনা দেববু পূজা তৌই। পাবস্যদা চৎখিবা আর্যসীংনা মাখোইগী লাইবিক্তা দেববু নিন্দা তৌই, অমসু ভারততা লৈহৌবা আর্যসীংনা অসুরবু নিন্দা তৌই। পাবস্যদা চৎখিবা আর্যপার্শিয়ান্‌সীং অমসু ভারততা লৈহৌবা আর্যসীংনা ঈড়াৎপা দেবতাদি, ইন্দ্র, বরুণনাচিংবা বৈদিক দেবতা মশা অমত্তনি। মাসিদা পণ্ডিতসীংনা অনুমান তৌই, মাহুদি ভারত আর্যবর্তবাসী—আর্যসীংনা মতম অমদা যুথকপা মা ই অমসু মাংদে অসুমা কাংলুপ অনি খৎনখি, যুথক্তবা কাংবুনা লাইবু অসুব কৌখি, মাহু পার্শিয়ানসীং অসিনি। মাখোই অসিগী বেদদি মূলবেদগী মওং য়াম্মা হোংদোকখি, মাহুবু হুজিক জেন্দ আবেস্তা হাঙ্গনা খংনৈ, মাখোই অসি মমৈদা কাংবু অমা লাকতুনা ভারততা লৈরৈ, মাখোই অহু বম্বেদা পার্শি হাঙ্গতুনা খংনারি। মাসুম তৌহুনা ভারততা লৈহৌবাসীংনা দেবতা পূজা তৌবদা য়ু সিজন্নৈ। খুদমনীদমক, শ্রীরামনা বন চৎপদা গঙ্গানদী লানবদা

মীতানা হাঙ্গরমই, ইমা! ঐনা অযোধ্যাদা মহারাণী ওইরবা মতমদা মুখরুং চামা মাচুগী মত্তিকচাবা সজিগী পলাওগা কৎতুনা ঈড়াংকে, হাঙ্গরমই, মাতুদগী খংলে, ভারত আযবর্তবাসীসীং অসি,—মুনা ঈড়াংলি, ছজিক হিন্দুনা মুগী তৌরিবা ব্যবহার অসি মহৌশা নৈরমদে, মমৈদা মাবু থক্লগা অমাংবা শোকপা যাদবা ওইনাখিবনি। শ্রীভাগবতনা হাঙ্গী,— "লোকেব্যবায়ামিষমদ্য সেবাঃ নিত্যাহিজন্তোর্নহিতত্রচোদনা।" লোকতা ব্যবায়, আমিষ অমসু সুরাপান তৌবা অসি,— বেদনা তৌহাঙ্গবা অদু, পরিসংখ্যা বিধিনি. চোদনা নত্তে। স্যমন্তক মণিগী ৱাথোকতা সত্রাজিৎনা শ্রীকৃষ্ণদা স্যমন্তক মণি কৎপদা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গরমই, নংগী মণি অসি কান্নদে, ঐদি মুপী লৌনবা য়াদবা লৌই, দাওজী বলদেবসু মুঙাইহনা য়ুথকই, সত্যভামাদি মণিধারণ তৌবা যাই, অদুবু নংদি নচানিপা নৈতবনিনা শিরগা নহাক্কী স্বত্বাধিকারিণীদি সত্যভামানি, মাগী ওইবগী ওইবা নহাক মণিথমলু, হাঙ্গখি, মাহুনা খংই, য়ুথকপদি মাংই—মণিধাবণ তৌবা যাদে। দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী স্বর্গারোহণগী মতমদা উপদ্রব যান্না তৌববদা মী পুন্নামক অসি যুতা পংথক্তা থকলে, মাহু উবদা যু মাসুম থক্লবদি নৈপাক মাংলগনি, হাঙ্গহনা য়ুথকপা মীতানা লেহনা হাৎকান, হাঙ্গন। যাথ. পিথোকই। সৌত্রামণি কৌবা বৈদিক যাগদা চোদনা বিধিনা হিন্দুপুম্বা যুথকই। মাসি পুন্নামক অসিনা ভারতীয় আর্যদি যাগদা চোদনা বিধিনা হিন্দুপুম্বা য়ুথকই। মাসি পুন্নামক অসিনা ভারতীয় আর্যদি য়ুথকপা আর্যকাংবুনি।

উদুত্তমং বরুণপাশ মস্মদবাধমংবিমধ্যমংশ্রথায়।

অথাবয়মাদিত্যব্রতেতবানাগসো অদিতয়েস্যাম। ১৫ ॥

অন্বযানুবাদঃ— বরুণ (হে বরুণও!) উদুত্তমম্ (কোক্তাপুনবা) পাশম্ (থৌডীবু) অস্মৎ (ঐখোইদগী) উৎশ্রথায় (থকলোমদা হুক-কত্তুনা লৌথোকপীয়ু) অধমম্ (অতোনবা খোঙলোমদা পুনবা থৌড়ীবু) অবশ্রথায় (মখারোমদা হুকথাহনা লৌথোকপীয়ু) মধ্যমম্ (খোইদৌদাপুনবা থৌড়ীবু) বিশ্রথায় (কিশিথোকতুনা কোমহল্লগা লৌথোকপীয়ু) অথ

(অহুগী মতুংদা) আদিত্য (হে অদিতিগী মচা-বরুণও!) বয়ম্ (শুনঃশেপ কৌবা ঐখোই) তবব্রতে (নহাক্কী থবক-থৌদা) অদিতয়ে (থজত্তনবাগীদমক) অনাগসঃ স্যাম: (অপরাধ লৈতবা ওইগে)। ১৫ ॥

অনুবাদ ঃ—হে বরুণও! ঐগী কোক্তা পুনবা থৌড়ীবু থক্তা হুক্তুনা লোঁথোকপীয়্, খোঙদা পুনবা থৌড়ীবু মখারোমদা হুকথাদুনা লৌথোক-পীয়্, মাহুম্না খোইগী মপাদা খ্বাংদা পুনবা থৌড়ীবু কিশিথোকতুনা কোম-থোকহন্দুনা লৌথোকপীয়্, হে অদিতগী মচা বরুণও! ঐখোইনা নহাক্কী থবক তৌবা তোক্তনবগীদমক, নঙোন্দা অপরাধ লৈতবা ওইগে। ১৫ ॥

——:(০):——

## ২৫ সূক্ত। বরুণনা দেবতানি।

যচ্চিদ্ধিতেবিশোযথা প্রদেব বরুণব্রতম্।

মিনীমসিদ্যবিদ্যবি ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— বরুণ (হে বরুণ!) দেব (হে লাইও!) বিশঃ (প্রজাসীংনা) যথা (মাহুম্না তৌবা) তথা (মাহুগুম্না) তে (নহাক্কী) যৎচিৎহি (করিগুম্বা ব্রত—থবক) দ্যবিদ্যবি (নুমিৎ খুদিংদা) প্রমিনী-মসি (শোইদুনা মাংহনখি,—অসোইবা অদু কোকহন্দুনা নহাকনা সোইদবা ওইহনবিয়্)। ১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে বরুণ! হে লাইও: তাইবংমীওইবনা বরুণদেব নহাক্কী ব্রত পূজাতৌবা কাওই, মাহুগুম্না ঐখোইস্নু নুমিৎখুদিংগী অসোইবা অকাওবা ওই, মাদু ইবুঙো নহাকনা ঐখোইবু মপুংফানা তৌবা ওইহনবিয়্। ১ ॥

ব্যাখ্যা—"ব্রত" হায়বদি থবক হায়বনি। আলোচ্য ঋগ্ অসিগী—অসম্বা অর্থদি, মীওইবা হায়বাসিদি অসোইবাগী মশকনি, নুমিৎচুপ্পা সোই-দুনাত লৈবনি, অদুনা ঐখোইস্নু মীনিনা নহাক্কী পূজা তৌবা নুমিৎখুদিংগী সোইবামক্তনি, অদুবু নহাক্কী অচৌবা নভিকনা ঐখোইনা মীওইবগী হোৌনবী, নহাক্কী পূজা মুক্তিগী সোইবাপুম্বা সোইদবা ওই হায়বিয়্, নংবু ঈড়াৎচবগী মহৈ অদু মুক্তিগী মপুংফানা কংবা ওইজগে। ১ ॥

মানোবধায়হত্নবেজিহীলানস্যরীরধঃ।

মাহৃণানস্যমন্যবে ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে বরুণ (হে বরুণও!) জিহীলানস্য (আনাদর তৌবদগী) হত্নবে (পাপী হাৎপা নহাক্কা মড়ী লৈনবাবু) বধায় (নহাকনা হাৎননবগী দমক) নঃ (ঐখোইবু) মারীরধঃ (হাৎনবা ওইহনবিগনু) হৃণানস্য (সাওরবা নহাক্কী) মন্যবে (সাওনবাগীদমক) মা (ঐখোইবু সাওনবা ওইহনবিগনু)। ২ ॥

অনুবাদ :—হে বরুণ! নংনা ঐখোইবু থৌওইবিদতুনা অমসু হৃৎকনবা ওইতুনা ঐখোইবু হাৎপীগনু। ২ ॥

বিমৃলীকায়তেমনোরথীরশ্বংনসংদিত্য।

গীর্ভির্বরুণসীমহি ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—বরুণ (হে বরুণ!) মৃলীকায় (ঐখোইগী নুঙাইনবগী-দমক) তে (নহাক্কী) মনঃ (পুকনিংবু) গীর্ভিঃ লৈসিলৈথোনবা রাহৈখিবিক্কা) বিসীমহি (থোইদোক্কা পুনগে,—থৌজানহনগে) রথীঃ (রথমপুনা) সন্দিতম্ (লাপনা চৎলাতুনা রারবা) অশ্বংন (সগোনবু তৌবগুম্না)। ৩॥

অনুবাদ :—হে বরুণ! রথকী মপুনা লাপনা চৎলতুনা রারবা সগোনবু সজিক পীজ, ঈসিং পীথক তৌতনা নুঙাইহনবাগুম্না ঐখোইনা নুঙাইবা পামতুনা নহাকপু রাহৈ খিবিক্কা লৈসিলৈথোন্দুনা নহাক্কী পুক্নিং পেলহনগে ॥৩॥

পরাহি মেবিমন্যবঃ পতন্তিবস্য ইষ্টয়ে।

বয়োনবসতীরূপ ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে বরুণ! মে (শুনঃশেপ ঐগী) বিমন্যবঃ (অসাওবা রাওদবা বুদ্ধি খিবিক্কা) বস্যইষ্টয়ে (লন য়াম্না লৈনা হিংবা ফংনবগীদমক)

হি ( লেপনা ) পর্য়াপতন্তি ( মক্লকপা লৈতনা চংসিনলি ) বসতীঃ ( য়ুমগী মনাকপু ) বয়নঃ ( উচেকনা থাদোক্লবাগুমই )। ৪ ॥

অনুবাদ ঃ— উচেকসীংনা মহুম মনাক্তা পাইসিনবাগুম্না ঐখোইগী অসাওবা য়াওদবা য়াখনসীংনা লন ফংনবারোমতদা চংসিনলি। ৪ ॥

কদাক্ষত্রশ্রিয়ং নরমাবরুণংকরামহে।

মৃলীকায়োরুচক্ষসম্ ॥ ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ —মৃলীকায় ( ঐখোইগী নুঙাইনবগীদমক ) ক্ষত্রশ্রিয়ম্ ( অকনবা ) নরম্ ( মপুওইবা ) উরুচক্ষসম্ ( পুম্নামকপু মানা এংবিবা ) বরুণম্ ( বরুণবু ) কদা ( করম্বা মতমদা ) আকরামহে ( থবক অসিদা লাকনবা কৌসিবা )। ৫ ॥

অনুবাদ ঃ—বরুণ কৌবা লাইদি অকনবা মপুনি. মসীংলাকঙমত্রবা পুম্বাবু মানা য়েংবিবনি, ঐখোইনা নুঙাঙনবা ফংনবা, করম্বা মতমদা যজ্ঞ অসিদা মহাকপু লাকহনবা ঙবগবা ? ॥ ৫ ॥

তদিৎ সমানমাশাতে বেনন্তানপ্রযুচ্ছতঃ।

ধৃতব্রতায়দাশুষে ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ধৃতব্রতায় ( যজ্ঞ তৌরিবা ) দাশুষে ( হবিঃ পীরিবা যজমানগীদমক ) বেনতা—বেনন্তৌ ( পেনবিরবা মিত্রবরুণ অনিনা ) সমানম্ ( মান্না ) তদিৎ—তদেব ( ঐখোইনাপী হবি অদুমক ) আশাতে (লৌই) ।৬॥

অনুবাদ ঃ—হবিঃ পীরিবা যজমানবু পেন্দুনা মিত্রাবরুণ লাই অনিনা চপমান্না—যজমাননা পিবা হবি লৌই,—ছন্দোক্তে। ৬ ॥

বেদাযোবীনাং পদমন্তরিক্ষেণ পততাম্।

বেদনাবঃ সমুদ্রিয়ঃ ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ —যঃ ( বরুণনা ) অন্তরিক্ষেণ ( অকাশকী লম্বেনবা ) পতভাম্ ( চৎপা ) বীনাম্ ( উচেকী ) পদম্ ( লম্বেন ) বেদ ( খংই ) সমুদ্রিয়ঃ ( সমুদ্রদা লৈবা বরুণনা ) নাবঃ ( ঈসিংদা চৎপগী লম্বেল ) বেদ ( খঙই ) । ৭॥

অনুবাদ ঃ—বরুণনা অতিয়াদা উচেকী চৎনবা লম্বেল খংই, মাহুমা সমুদ্রদা লৈহনা সমুদ্রদা চৎনবা হিন্গী লম্বেল খংই । ৭ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—অনৌবা পণ্ডিতসীংনা হাঙ্গী, মাহুদি 'আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিনা তাকই, আর্যসীংনা অতিবাদা চৎপা হৈবমই,'—মাসি চুমদে, মাহুদি পণ্ডিতসীংগী ভাবতা বেদবু আর্যসীংনা লেংবনি, নিংহুমা হাঙ্গীবনি । বেদদি মাবু মীনা লেংবা নত্তে, মহাঋষি অরেপ্পনি, মরম অসিনা অর্যসীংনা হৈরমদবা বিদ্যা বেদনা হাঙ্গীবনি । ৭ ॥

বেদমাসোধৃতব্রতো দ্বাদশ প্রজাবতঃ ।

বেদাযউপজায়তে ॥ ৮ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—ধৃতব্রতঃ ( ব্রতকাইদবা বরুণনা ) প্রজাবতঃ ( মতম মতমদা থোরকপা প্রজাগা তিন্নবা ) দ্বাদশ মাসঃ ( চৈত্র—বচিকুলা হৌবা ফালগুন—লমদানা লোন্নবা থা তরানিথোইবু ) বেদ ( খংই ) যঃ (অহুমবা তরাহুমদোইসুবা—অহেনবা থানা ) উপজায়তে ( চহিগী মনাক্তা মথক্তা পোক্কলকপাবু ) বেদ ( বরুণনা খংই ) । ৮ ॥

অনুবাদ ঃ—মহাক্কী তৌগদবা মথৌতৌবা বরুণনা মতম মতমদা থোরকপা প্রজাবু মানা পুবা, থা তবানিথোইবু মশক খংই,—চহিগী মনাক্তা থোরকপা অহেনবা থাবুসু খংই । ৮ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—পৃথিবীবু হুমিৎনা অমোক কোইবা থুংবাবু চাহ অমা কোই, মাহুদা অমাবস্যা তরানিথোইনি, হাঙ্গীনা লোই । মাহুদা সুমিৎ থম্নদি রাৎলি, মরম অসিনা সৌর অমসু চান্দ্রবর্ষসী সামঞ্জস্য তৌনবগীদমক চান্দ্রবর্ষগী অহুম অহুম সুবদা থা অমামম হেন্দোক্লকই হেন্দোকপা থা অহুবু মলমাস মাহু হাঙ্গীব্রগা মলিম্লুচ কোই । অলোচ্য ঋগ্ মন্ত্রনা মাসিমাম্ন হাঙ্গীরি, মাহুদি, অহেনবা থা—মলমাস অহুনা চহিগী মনাক্তা থোক্লই

হাঙ্গৈবগী অর্থদি—চহি অমা লোইরমদাইগী থা অহূদা অহুম, অহুমসুবা চহিদা থা অমামম পোথাহনা—থা অহূদা তৌগদবা থবক অহু লেপ্তুনা মথংগী থাদা তৌই, থবক লেপ্তুনা লৈগদবা থা অহুবু মিতৈনা ফাইরেল থা কৌই। মাসিনা খংহল্লিবা অমদি, বৈদিকযুগ্তদি, মলমাস থোকপা থাদি সুপনগী ফাইরেনতদা মলমাস ওই, অসুম্না চংনাবমই, মাহুনা মতম অসিদদি, চৈত্র, বৈশাখ, জ্যৈষ্ঠ, আষাঢ, শ্রাবণ, অমসু ভাদ্রদা থা তরুক অসিগী মনুংদা থা অমদা মলমাস থোকপা ওইনা চংনৈ, মাসিদি মতুংদা স্মৃতিগী বিচারনা সূক্ষ্মগণিত তৌবদা সূর্যনা কানথোকতুনা মাগী মনুংদা সংক্রান্তি ওইদবাবু মলমাসান, হাঙ্গৈনা চংনরে। হৃজিক হিন্দুপুম্বনা চংলিবা মলমাসগী লম্বেন অসিদি বৈদিককালদদি চংনবমদে। মাসি মহাভারতকী যুগফাউবা হৃজিক্কী ঐখোইনা চংলিবা মলমাসগী ব্বাযেন অসি চংলমদে। মাহুগী লেংবা যাদবা সাক্ষীদ, মহাভারত বিরাটপর্ব্বদা বৃহনালগী বেষদা অর্জ্জুননা উত্তরগা লোইননা লানলাকপদা কৌরব তেঙ্গোনদা দুর্যোধননা পঞ্চ-পাণ্ডব চহি সুদনা থোবকলে, অমোক হন্না বন চংপাতাবে, হাঙ্গৈরবাদা—ভীষ্মনা হাঙ্গৈরমই, "পঞ্চমেবর্ষেদ্বৌমাসাবুপজায়তে" অসুম্না হাঙ্গৈবমই— অহুনা চহি মঙাদা থা অনি চোংথোকই, হাঙ্গৈবদি, চহি অহুম অহুমদা ফাইরেন থা অনি, অনি ওই, হাঙ্গৈবনি। অহুনা লমদা থগৌ মথকথংবা থাবু—মিতৈনা মলমাসগীদমক ঙাইহনা লৈবা থানি, হাঙ্গৈহনা "ফাইরেন" কৌরমই। মিতৈগী এলহৌতৈঙদা চংপা ধর্ম্মদি বেদমূলকনি।

বেদবাতস্য বর্তনি মুরোর্ঋষ্বস্য বৃহতঃ।

বেদা যে অধ্যাসতে ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—উরোঃ ( য়াম্না পোকপা ) ঋষ্বস্য ( ফজবা ) বৃহতঃ ( মগুণ য়াম্না লৈবা ) বাতস্য ( নুংসিংকী ) বর্ত্তনিম্ ( লম্বেনবু ) বেদ ( বরুণনা খংই ) যে অহুগুম্বা— লাইসীংনা ) অধ্যাসতে ( মথক্তা লৈ ) [ তানপি বেদ ( বরুণনা মাখোইবুসু খংই )]। ৯ ॥

অনুবাদঃ— বরুণদেবনা য়াম্না পাকপা, ফজবা মগুণ য়াম্না লৈবা, নুংসিংকী লম্বেন খংই নিংথৌলৈপাক মথক্তা লৈবা লাইবুসু খংই। ৯ ॥

নিষসাদধৃতব্রতো বরুণঃ পস্ত্যাস্বা।

সাম্রাজ্যায়সুক্রতুঃ ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ধৃতব্রতঃ ( মথোৌতোবা ) সুক্রতুঃ ( ফজবা থবক তৌবা ) বরুণঃ ( বরুণনা ) পস্ত্যাসু ( মাগী প্রজালাইসীংদা ) সাম্রাজ্যায় ( সাম্রাজ্য ওইনবগীদমক ) আনিষসাদ ( লাকতুনা ফমলৈ )। ১০ ॥

অনুবাদ :—মথোৌতোবা অমসু ফজবা থবক তৌবা, মহাক্কী লাইওইবা প্রজাসীংগী মরক্তা সাম্রাজ্য—মাগী অৗোবা সম্পাতি ফংনবগীদমক লাকতুনা ফমলৈ। ১০ ॥

ব্যাখ্যা—আলোচ্য ঋগ্ অসিদা বরুণনা ইন্দ্রমক্তগী হেনবা প্রতিষ্ঠা ওইনা হাঙ্গৈ। গ্রীক্ অমসু পার্শিস্ন বরুণগী ভক্তনি, ইন্দ্রদি চুম্নাগী লাইনী নিংথৌনিতা হাঙ্গৈ, বরুণদি সম্রাট্নি। মহাভারততা মণিপুরগী খুদম থারকপদা "অত্রপাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়সাপচ" অসুম্না হাঙ্গৈ।

অতোবিশ্বান্যদ্ভুতাচিকিত্বাঁ অভিপশ্যতি।

কৃতানিযাচ কর্ত্বা ॥ ১১ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—অতঃ—অস্মাৎ ( বরুণদগী ) বিশ্বানি ( অয়াম্বা ) অদ্ভুতা ( ওনথোকপা খিবিকপ্ন ) অভিপশ্যতি ( উই ) যা—যানি ( অহ্ণুম্বা ) কৃতানি ( বরুণনা তৌবাবু ) চ ( সু—অর্থদগী—তৌগনা তৌবসু ) কর্ত্বা ( অসিগী মতুংদা তৌরকদবাসু ) [ অভিপশ্যতি ( উই ) ]। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—জ্ঞানলৈবা মীনা বরুণগী থৌজানদগী ওইরিবা ওইরকদবা অওকপা পুম্নামক উই। ১১ ॥

সনো বিশ্বাহা সুক্রতুরাদিত্যঃ সুপথাকরাৎ।

প্রণআয়ুং ষিতারিৎ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—[illegible] ( [illegible] থবক তৌবা মবা ) আদিত্যঃ (আদিতিগী [illegible] ) মহ ( [illegible] ) [illegible] ( ফুরিৎ পুন্নামক্তা ) নঃ ( ঐখোইবু ) মনখা ( [illegible] ) কৃধং ( তৌবিনম্ম ) নঃ ( ঐখোইগী ) আয়ুংষি (পুন-সিংবু ) প্রতারিষৎ ( শাংহোক্তনবিসনু )। ১২ ॥

অনুবাদ ঃ—[illegible] থবক্তা পুক্নিংচংবা, আদিতিগী মচা বরুণনা ঐখোইবু [illegible] চংহনবিসনু, ঐখোইগী পুনসি শাংহনবিসনু। ১২ ॥

বিভ্রদ্দ্রাপিং হিরণ্যয়ং বরুণোবস্তনির্ণিজম্।

পরিস্পশোনিষেদিরে ॥ ১৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—হিরণ্যয়ম্ ( সনাগী মশক ওইবা ) দ্রাপিম্ ( কবচ ) বিভ্রৎ ( লিংতুনা ) বরুণঃ ( বরুণনা ) নির্ণিজম্ ( অনোইবা মাগী হকচংবু) বস্ত ( কুপসিন্নি ) স্পাশঃ ( সনাগুম্বা মঙান ) পরিনিষেদিরে ( অকোঞ্জবা মাইকৈদা থোরকই )। ১৩ ॥

অনুবাদ ঃ— বরুণনা সনাগী মশক ওইবা ফুরিৎ লিংতুনা মহাক্কী হকচাং লোইবা কুপসিনলি, ফুরিৎ অহুদগী সনাগুম্বা মঙান ময়াম মাগী অকোঞ্জবদা থোরকই। ১৩ ॥

নয়ং দিপ্সন্তি দিপ্সবোন দ্রুহ্বাণোজনানাম্।

নদেবমভিমাতয়ঃ। ১৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—দিপ্সবঃ ( মাবু মাংহননিংবা সন্নবনা ) যম্ ( বরুণবু ) নদিপ্সন্তি ( মাংহনিংবা কিহনা তৌদে ) জনানাম্ ( থব্বাইপানবাসীংবু ) দ্রুহ্বাণঃ ( মাংনবা তৌবাসীংসু ) যম্ ( বরুণবু ) ন ( মাংনবা তৌদে ) অভি-মাতয়ঃ ( পাপচেনবসীংনা ) দেবম্ ( বরুণবু ) ন ( শোক্তে )। ১৪ ॥

অনুবাদ ঃ— বরুণদেববু এক্কবাসীংনা এংথিবা ঙমদে, মীওৎপাসীংনাসু মাবুদি ওৎপা ঙমদে, পাপচেনবাসীংনাসু মহাকপুদি পাপকী থবক তৌসিনবা ঙমদে। ১৪ ॥